# ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা

আইঃ এসঃ অকোইজম



ফোংজবা

ডাঃ রাজেন্দ্রো মাইবম,

য়াইবিপোক্লা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মাপাগী মিংদা



ফোঙজবাঃ

ডাঃ রাজেন্দ্র মাইবম-না

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মাশাগী মিংদা

অহানবা থুংনমঃ

জুলাই, ২০০০

মখুমগী ডিজাইনঃ

অকোইজম ইবোচৌ সিংহ

থৌবাল খাংমতাবা

মখুম য়েকপাঃ

লৈতাঞ্জম মুক্তা সিংহ

থৌবাল খাংমতাবা

মমলঃ

/লুপা ৬৫/ - নত্রগা অণ্ডম্বা খর

নম্ফমঃ

সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

# *পব্লিসরগী মায়কৈদগী*

নুংশিজরবা ইয়াম্বা শ্রী আই.এস. অকোইজম্না খুদোল তম্বিরিবা ১) *'নুংঙাইবা, নুংশিবা অমসুং কখোকপা'*, ২) *'ঈশ্বরবু খক কাউগুমসি'*, ৩) *'ঈশ্বরদা চঙজসি'*, ৪) *'ঈশ্বর ফংনবা থিসি'*, ৫) *'ঈশ্বরবু থাজরগা প্রার্থনা তৌসি'*, ৬) *'পুক্নীং খুদুম চনসি'*, ৭) *'ধ্যান তৌবা অমুবা নপ্লেসি,'* ৮) *'পাউজেলী বারী খরা'* অমসুং ৯) *'জ্ঞানগী লৌখোক্লকপা বা খরা'* হায়না পন্দুপ মাপলদা যুম্ফম ওইদুনা শাগংপা *"ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা"* হায়না মিংথোলবা মমল য়ান্নবা লাইরিক অসিগী ঐনা পব্লিসর ওইবা ফংজবা থোইদোক্না লাইবক ফবনি হায়জনীংই। লাইরিক অসি ইয়াম্বসিগী নিপালগুবা খুদোলনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মাশাগী মিংদা ঐনা ফোঙজবনি। তাইবংপানগী ফংত্রবা মচরীং পুন্নমকপু য়াম্না কুপ্না নৈনরকরগা ফংলকপা অাম্না, কাম্নদ্রবা মায়াগী পোংলমশিংবু তুংওইনরম্নগা, মতম চুপ্নগী ওইনা নুংঙাইদুনতা লৈবা *শিরিচুয়েল ব্লিস* হায়বদু ফংননবা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকপা মখলনি। ইয়াম্বগী ধর্ম্মগী ওইবা পোথোক পুন্নমক মখল অসোমদা শাগংলকপনি। মীওইববু অমসুং জীব পুন্নমকপু নুংশিবিবগা লোয়ননা সেবা তৌবিবা, ঐগী হায়বা বাখল থম্লুদনা অতোপ্নগী সেবাদা পূণী কখোকপা অমসুং মদুদগী ফংলকপা নুংঙাইবা, মপাম্লোংগী ওইবা পুন্নমক হন্দোক্লম্নগা অতোনবশিংগী চঙজফম ওইরিবা জগংকী মপু মঙোন্দা থবায়-হকচাঙ লূপশিঙবা অসিনচিংবা কয়াগী লাইরিকশিংনি। মতমসিগী মীওইবা সমাজনা লম্মাঙনদুনা মমাঙদা তারিবা মণি-বু খুনঙমদবা, শেম্বীবা মপু মাগী বাখল তুংওইনরকপা, মীং উনা-উনা মীত্তাংবগুম পূণী লম্বীদা কোইমা-মারকপা কয়াবু মখুং পায়দুনা লমজীংবিবগী মহোৎন অমনি।

মতমসিগী লম্মাঙনরবা লুরবা মীংকুপসিদা ঈশ্বরবু মতৌ করম্না মীরায়ফম থোকপগে? ঈশ্বরগা মীওইবগা করিগী লাপথোক্লফম থোকপগে? মীওইবা ঐখোয়দা বাখল খম্নবগী অথোইবা শক্তি অমা পীবিরিবসি অরেম্বদা শীজম্নদনা তোক্লগদ্রা হায়বনচিংবা বাহং কয়ানি অইবনা হংলিবা। মীওইবা ঐখোয়না ইমুং অমত্তগী মতৌগুম নুংশি-চান্নরা হিংমিম্নদুনা অরোয়বদা ঈশ্বরদা চঙজসি হায়না ভক্তি প্রেমদা শাগংপা যুমফমদা লেপ্লদুনা অইবনা কম্না লাউরি। ঐখোয় পুন্নমক আত্মাদগী লাকই, আত্মাদা হল্লি। আত্মাবু মশক খঙলবদি ঈশ্বরবু খঙলবনি। নুংশিবা, নুংঙাইবা, কখোকপা, অচুম্বা, ঈশ্বরবু থাজবা অসিনচিংবা কয়াদা বাখল থমদুনা সৎ-চিৎ-আনন্দবু মশক খঙননবা থিরক্লিবা ইয়াম্বসিগী

থৌদাংসি থোইদোক-হেন্দোক্লা থাগৎনীংঙাইহনি। হকচাঙগী নুংঙাইবদি ঙাইহাক্কীনি, আত্মাগী নুংঙাইবদুনি শ্বাইনা তান্নরিবা অমসুং মতম চুপ্পগী লেঙদবা নুংঙাইবা হায়বদু।

মমল য়াম্লবা লাইরিক অসি পাবদা চোকথবা পোক্তে। কাউথোক্লুরবা ঈশ্বরবু পুক্নীংদা লাকশিঞ্জদুনা শং-শং উহনবগুম তৌই। তশেংনা হায়রবদা, ঈশ্বরগী ওইবা ভক্তি-প্রেমদা শাগৎপা মণিপুরী সাহিত্যগী অঙাংপা অমসুং অহোবা খরদি শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমগী *"ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা"* মিংথোনবা লাইরিক অসিনা মায়পাক্লা মেনশিল্লে হায়জনীংই। অইববু থোইদোক্লা থাগচ্চবগা লোয়ননা লাইরিক অসি মখা তানা নৈনবিনবা শ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি।

*ডাক্তর রাজেন্দ্রো মাইবম*<br>
জোইন্ট ডিরেক্তর (ভেটেরিনেরি)<br>
ভাইস প্রসিডেন্ট<br>
য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ<br>
থৌবাল ডিষ্ট্রিক, মণিপুর।

য়াইরিপোক<br>
তাং ১৭/০৪/২০০০ ইং

# ৱা অমনীদং

মমাংঙৈগী মতম ফরিঙৈদদি মীশিংসু য়াম্না ফরম্মী, নুংঙাই-য়াইফরম্মী অমসুং শান্তি লৈরম্মী। অদুবু হৌজিক্কী কলি যুগ অসিদদি অৱাবগী অৱাবা ঙাক্তা ঙাইগ্রে, শান্তি লৈখিদ্রে। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা অৱাবা, অকিবা, চিংনবনচিংবগী মহুমশিং শাদুনা লৈরে। ফত্তবা মতমসিগী অকনবা নুংশিৎ কয়ানা মীওইবগী সমাজ অসিদা শীৎচিল্লকখিবদুদগীদি মীনা মখোঙ অনী পানবা শাথীরবা শা মখল অমা ওইথোকখ্রে। তশেংনমক হায়রবদা হৌজিকসি মীশিংনা শাশিংদগীসু য়াম্না হেন্না শাথীরক্লে। মীওইবগী পৃক্নীং অমসুং বুদ্ধিবু শেরান্ননা শীজন্নরক্কুনা অকিবগী মশক ওইবা থৌদোক কয়া থোরক্লে। খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা, লাল-তৌনবা অমদি অতে অতে পাপকী মশক ওইবা থবক কয়াবু অথিংবা লৈতনা তৌনরকপনা হৌজিক্কী মীওইবগী সমাজদা অকায়বা চৈথেং কয়া পীরে। মদুনা মবম ওইদুনা মীওইবগী পৃক্নীবু অর্থ লৈহন্দ্রে।

পৃক্নীসিদা লল-থুম য়ারিবমখৈ তাক্সিন্দুনা পৈশল্লগা, য়ুম মথোল মথোল শাবগা, সমাজসিদা শক্লাইবা মীশক ওইরগা নত্রগা অচৌ-অচৌবা ফম পায়রগা, শাগৈ-নাতৈ য়াম্না চাউরগা অমদি ইন্দ্রিয়শিংদা য়ারিবমখৈ মখোয়গী অপাম-অপাম্বা মচিঞ্জাকশিং পীশন্দুনা মখোয়বু নুংঙাইহল্লগা লোইরে হায়না অপঙবা ঐখোয়না খল্লি; অদুগা মদুগীদমক্তা ঐখোয়না অঙাওবগী মতৌগুম লাউরি, নমথাক তৌরি, মিনম্বা ঙাঙলি অমসুং ওইদ-ওইদবা থবক কয়া তৌরি। অদুগা অমুকসু তুং-কোয়দবা হকচাঙগী পেন্ননবগীদমক্তা মীশিংনা থৱায়-থাবা ফাওবা কিনদ্রি, অদুগা অশেংবা "ঐ" ওইরিবা আত্মাদুবুদি চরা হেলহল্লি। মসিদি জ্ঞান-য়াওদবা হিংচা-য়াইতম্বগী শাজৎনি, শিরগা নরক কোমদা ইশানা চোংথদুনা ৱাজগে হায়না থৌরাং তৌজবনি।

মালেমসিদা লৈরিবা জীব ঐখোয়সে পোকপদগী হৌরগা শিবফাওবদা অৱা-অনা কয়ামুক নংই। মালেমসিদি অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংগদবা মফম নত্তে; অৱাবা মফমনি। মরমদুনা অশেংবা নুংঙাইবদু ফংগে হায়রবদি মালেমসিদা অমুক হন্না পোক্লক্তনবা ঐখোয়না কন্না হোৎনফম থোকই। মদুগীদমক্তা ঐখোয়না সংসারগী অপাম্বশিংদু থাদোকপা তারকই। গীতানা হায়রিঃ "নহানমুক্কী মপোক্তা অপাম্বা লৈখিবদু থুংননবা হন্দকমুক হঞ্জন্না পোক্লকপনি।" অপাম্বা লৈরিবমখৈদি ঐখোয় অমক পোকলকপা তাই। অপাম্বা লৈতগনা মুক্তি ফংগনি।

অপাম্বনা হকচাঙগী অমসুং পূক্লীংগী অৱাবা কয়া পোকহল্লি। অদুগা পূন্সীগী লম্বী চংপদসু অপাম্বশিংনা অচৌবা পোংলূম অমা ওইহল্লি। ঐখোয়গী পঙ্খুংফমদি অপাম্বা লৈতবা অথোইবা শান্তিগী মফম অদুনি। পঙ্খুংফমদু য়ৌনবা চংপদা অচৌবা পোংলূমদু পুদুনা চংলগা ঐখোয়না ইশাবু অরেম্বদা য়াম্না ৱাহনবগী দরকার লৈতে। পেম্থোকপা তমগদবনি। ঐখোয়না অপাম্বদু ফংদ্রগা নীংবকায়রকই অমসুং শাউরকই। অদুগা অমুকসু অপাম্বা অমগী মথক্তা অপাম্বা অমা অমা হাপকংলক্লুনা অপাম্বা ময়াম অমা ওইরকই। অপাম্বশিংদুবু ফংবা ঙমহৌনবা ঐখোয়না ঐখোয়গী পূন্সীবু শাংদোকহল্লীংই, অদুবু মী অয়াম্বনা মখোয় মখোয়না পাল্লিবশিংদু ফংননবা হোৎনরিঙৈদা পূন্সীগী অশেংবা পান্দম ফংদনা শিখিবা ঙাক্তনি। মখোয়না মখোয়গীনি হায়না লান্না খঙরিবা খুদিংমক হন্দোক্লম্লগা চংখি। তাইবংসিদা ঐখোয়গীনি হায়বা পোং অমতা লৈতে। ঐখোয়গী হকচাঙশিংসি ফাওবা ঐখোয়গী নত্তে, মতম খরগী ঈশ্বরদগী ৱাইবনি, অৱাইমল ঈশ্বরদা পীফম থোকই। ঐখোয়গীনি হায়বা নত্তবা পোংশিংসিবু ঐখোয়গী ওইগে হায়দুনা কন্না পামশিল্লুরবদি ঐখোয় মশানা ৱাজবা তাবনি। অদুগা অপাম্বদু লৈরিবমখৈসু আধ্যাত্মিকী চাওখৎপা হায়বদু লৈরোই। আধ্যাত্মিকী লমদা মীৎ-তাংলবা মী অমগী পূন্সীবু শাংদোকহল্লুবগী করিদি কান্নগনি? উপাম্বী অমনা চহি লিশিং লিশিং পূন্সীজরবসু মদুগী অশাংবা পূন্সী মখল অদু য়াম্না মরুওই হায়না লৌবা য়াদে।

সংসারগী তুং-কোয়দবা লল-থুমনচিংবা পূম্নমকপু য়াম্না কন্না পামশিল্লুগদবা নত্তে। মখোয় পূম্নমক মখোয়গী লৈফম থোকপা মফমশিংদা অসুম লৈজসনু, ঐখোয়গী পূক্লীংদা মখোয়বু লৈহন্দনবা লাক্লগদবনি। পূক্লীংদা মখোয়না লৈরবদি পূক্লীংদা শান্তি লৈবা ঙম্লোই। মখোয়বু ঐখোয়গীনি নত্রগা ঐখোয়গী ওইগে হায়না শেরান্ননা খল্লুবদগী ঐখোয়না ৱাবনি। মখোয়গী অশেংবা মপুদি ঈশ্বরনি। মখোয়বু লান্না ইরন্নাইগী ওইনা শীজন্নরবদি মখোয়দুনা নুংঙাইতবা থৌদৌ কয়াগী মরম ওইরক্কনি। ইশাগী ওইজবা খিবনা মীওইববু মায়াগী লাংদা থুহল্লি, অদুগা অৱাবদা তাহল্লি।

মায়া-সংসারগী লাংদা থুবা হায়বসিদি জীবাত্মানা সংসারগী কৈশুমশঙদা নাম্থোকপা হেক ঙমদবমখৈ লৈবা হায়বদুনি। বন্দি অমবু য়োৎহেলৌ-কোহেলৌনা পুল্লি, অদুগা কৈশুমশঙদা পোরোন লোনশিন্দুনা থম্মী। অদুম হায়না ঐখোয়বুসু বন্দিশিংগুম শেংদবা অপাম্বশিংনা চেংনা পুল্লি, অদুগা শেংদবা নুংশিবদা পোরোন ওইরগা ঐখোয়বু সংসারগী কৈশুমশঙদা চেংনা পোরোন লোনশিন্দুনা থম্মী। ঈশ্বরবু পাম্বনা অশেংবা অপাম্বনি, ঈশ্বরবু নুংশিবনা অশেংবা নুংশিবনি। মায়া-সংসারগী ওইনদি অশেংবা অপাম্বা অমসুং অশেংবা নুংশিবা লৈতে। মরমদুনা মায়া-সংসার অসিদা শান্তি লৈবা ঙমদে।

শান্তি লৈত্রবদি অশেংবা নুংঙাইবসু ফংবা ঙম্লোই। অশেংবা নুংঙাইবদু মতৌ করম্না ফংগদগে অদুগা কদাইদগী ফংগদগে হায়বদুগী মরমদদি শুকখন-খন্থরুন্দনা ঐখোয়না অরেম্বদা মপান্দা নুংঙাইবা থিরি। অশেংবা নুংঙাইবদি, অপাম্বা লৈত্রগা নত্রগা থম্মোয় শেংদোক্লগা, থম্মোয়নুংদা ফংগদবনি। *মপানগী নত্রগা হকচাঙগী নুংঙাইবদি নুংঙাইবগী* শক্তম লৌবা অৱাবনি; অদুগা আত্মাগী নুংঙাইবনা অশেংবা নুংঙাইবনি, আনন্দনি। ঐখোয়না হন্দক-মপোকসিদা হকচাঙগী নুংঙাইবদুখক্তা থিরি, অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয় *হৌজিক ৱারি*, অদুগা *শিরতুংদসু ৱাগদৌরি*। আত্মাবু নত্রগা ঈশ্বরবু থাজরগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লবদি ঐখোয়না শিরতুংদা ঈশ্বরগী লৈবাক্তা তুং-কোয়না অমদি শেংনা নুংঙাইরুবা ঙমগনি।

য়াম্না মুন্না খন্ননঙাই ওইবা পৃথীগী থেংনগদবা অশেংবা সমস্যাদি পোকপা, হকচাঙ নারকপা, অহল-ওইরকপা অমসুং শিবা হায়দুনা লৈরিবসিনি; অদুগা সমস্যা অসিবু কোকহন্নবা পাম্বে পুথোক্তুনা নুতিগী পৃথীদা থবক্ত-থবক ওইনা আধ্যাত্মিকী নত্রগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকপা হায়বদুনা পৃথীগী অশেংবা পান্দমদা লাকপা হায়বদুনি। ঐখোয় কনামতনা হকচাঙ নারকপসু পামদে, অহল-ওইরকপসু পামদে, অদুগা শিবসু পামদে। হৌজিকী মতমগী চাওখৎলক্লিবা বিজ্ঞান্না সমস্যা অসিবু কোকহনবা ঙম্লোই। ঈশ্বর নীংশিংবতনা মসিবু কোকহনবা ঙমগনি। তুং-কোয়দবা হকচাঙনা পীয়ু পীয়ু হায়না তাল্লিবমখৈ পীনবা লাক্লরিবা অপঙবা ঐখোয়না ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙম্লোই। ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙমদ্রবা ঐখোয়না সমস্যা অসিদগী খক নাম্থোকপা ঙম্লোই।

ঐখোয়না হন্থ-হন্থবা মপোক কয়ারক পোক্লরবা মতুংদা মীওইপোক্তা পোকক্লিবসিবু মায়া-সংসারগী শেংদবা নুংঙাইবসি ফংননবগীদমক্তরা? নত্তে। ঈশ্বরনা মীওইববু য়াম্না নুংশি। মরমদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লগা অশেংবা নুংঙাইবদু ফংননবা হোৎনজৌ হায়দুনা ঐখোয়বু মী ওইনা পোকহল্লকপনি। মীওইবখক্তনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা ঙম্মী। খুদোংচাবা অসি মাঙহনবা চুমদে। তুং-কোয়দবা হকচাঙগী নুংঙাইনবা অমসুং শেল থুমগী ফীভমনচিংবা ফগৎনবা মায়কৈরোমদদি হৌজিক মফম খুদিংমক্তা খুমাঙ য়াম্না চাওশিল্লে, অদুগা পৃথীগী অশেংবা সমস্যা অদুবু কোকহন্নবগী য়াম্না তঙাইফদবা অমা লৈ হায়বসিগীদমক্তদি মুন্না খন্থনদ্রে। ঈশ্বরবু য়াদবা সভ্যতা অমদা লৈবদগী ঐখোয়না শান্তি ফংদবনি। শান্তি লৈত্রবদা নুংঙাইবা লৈরোই, শেল-থুমগী কান্নবসু মফম খঙলোই, পূম্নমক অরেম্বদা তাগনি।

অচৎ-চত্ত হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমকসিগী অথোইবা হৌরকফম অমা লৈ হায়বসি

কনামতনা য়াদবা ওল্লোই। মদু আত্মানি, ঈশ্বরনি। ঈশ্বরগা ঐখোয়গা তৎন-থানবা য়াদবা মরী অমা লৈ। ঈশ্বর লৈবগী ঐখোয় লৈবনি। ঈশ্বরবু খক কাউগুমসি। ঈশ্বরবু পূজা তৌসি। ঈশ্বরনা পেল্লগা লোইরে হায়না খঙ্গরিবা কনাগুম্বা মী অমগী মফমদদি মশাগী মরন্নাইগী ওইবা অপাম্বা অমতা লৈরোই। মহাক্লা ঈশ্বরগী মফমদা পুম্নমক লোইনা কখোক্কনি। অসুম্না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙজরবা মহাক অদুনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজে। ঈশ্বরগী থৌজালবু ফংজরবা মহাক অদুগীদমক্তদি মাগীনি হায়বা অৱাৎপা অমতা লৈররোই, অদুগা মানা মফমসিদা অমুক হন্না পোক্লকপগী ৱাফমসু লৈররোই। মহাক্তী অথোইবা পচ্ছুংফম য়ৌগনি। মীনা অপাম্বা লৈরীবমখৈ মী ওই, অদুগা মীনা অপাম্বা লৈরক্লবা মতমদা লাই ওইরকই। মীওইবগী পূন্সীদি ৱাই, অদুগা লাইগী পূন্সীদি নুংঙাই। শিরবা মতুংদা নুংঙাইরুনবা মীওইপোকসিদা কন্না হোৎনবা তাই। মরমদুনা ঐখোয় ইশা ইশানা ইশাবু আধ্যাত্মিকী থাক্তা পুখত্তুনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লসি।

ঈশ্বরগী মায়কৈবোমদা চঙশিনবদা খজিক্তা ওইরবসু মতেং ওইগদ্রা হায়না খঙ্গবদগী লাইরিক মচা অসি ইজবনি। মসি ইজবসিদা ঐগী ইতিক চাজদবা কয়ামুক লৈ হায়বা ঐ ইশানা য়াজৈ। অদুবু ধর্ম্মগী লাইরিক খরগী মতেং লৌরগা মসি ইজবনি। ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদু পারুবদা ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা মখল অমগী মমি তাখি অমসুং নুংঙাইখি; মদুগী মনুংঙাই অদু ঐগা ময়ামগা পূন্না ফংমীন্ননীংই। মরমদুনা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবনি। হোৎনজরিবা পুম্নমক অসি মতিক চাজদ্রবসু ইমাবোলগী অমসুং পাবিবিবশিংগী সেবানি হায়না লৌবিয়ু। শোয়খিবা অমদি লানখিবা পুম্নমক ঙাকপীগনি।

মতম পুম্নমক্তা কাউররোইদবা ৱাফম অমনা, ঐগী নুংশিরবা ইনাও ডাক্তর রাজেন্দ্রো মাইবম, জোইন্ট ডিরেক্তর (ভেটেরিনেরি), ভাইস প্রসিডেন্ট, য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ, য়াইরিপোক্লা লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মাশাগী মিংদা ফোঙবিরি, অদুগা পৈশাগী মতেংসু পীবিরি। মসিগীদমক্তা পূকচেল চাওরবা ইনাওবু হন্না হন্না থাগৎচরি। ঈশ্বরনা ইনাওবু চানবীবা ওইসনু।

সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবালবুসু লাইরিক অসি থৱায়-য়াওনা নম্বীদুনা থুনা পুথোকপা ঙমহনবগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি।

ওঁ শান্তি, শান্তি, শান্তি।

থৌবাল

তাং ০১/০৫/২০০০ ইং

ময়ামগী সেবাদা

*আইঃ এসঃ অকোইজম*

# ঈথিল অমত্তং

লাই লৈব্রা? তশেংনা ঈশ্বর হায়বসিবু লৈব্রনে? যুগ মরিগী ৱাহংনি। হংদুনতা লাকখি। হংদুনতা লৈরি। মদুসু মীওইবনা। জীব পূম্নমক্তগী হেন্না খম্বা ঙম্মী হায়না লৌনরিবা মীওইবনা। পাউখুম কয়াসু পীখ্রে। নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী। অদুমক্তদা হংলি। হংবগী মতীক পাউখুমসু পীরি। লোইদ্রি। ঙসিসুনি। হৌজিক হৌজিকসুনি। পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্কী ৱানি। ঙসি ফাওবগী সভ্যতাদা চাওখৎলবা বিজ্ঞান, মনোবিজ্ঞান অমদি বেদ শাস্ত্রনি। থোইদোক হেন্দোক্লা খঙ-হৈরবা কবি, পণ্ডিত অমদি মহাপুরুষ কয়ানি। মান্নবা পোৎতা মান্নদবা ৱাখল হায়বদুনি। ঈশ্বর লৈ লৈতে হায়বগী প্রশ্ন অসিদদি তোঙান তোঙানবা মতনি। মান্নবা মান্নদবা মীৎয়েং কয়ানি। অর্থ অমদি ৱাহন্দোক্তা। খুদমদা। থাজবা কয়া অমা। থাজদবসু কোঙ্গায়। অনীগী খলসি চাংদম্নবি। অনীমক হেক্সংলক্লি। ওম্ফোক্লা কুইববা মতমনি। নিংথৌ পাল্লিঙৈ ধর্ম্ম শন্দোকপগী খোঙজং। হান্না চৎনবম্বা ধর্ম্মবু থাদোকহল্লগা অনৌবা ধর্ম্মদা হোংহনখিবগী থৌওং। মশীং য়ামজদবশিংগী ধর্ম্মবু অচৌবা ধর্ম্মনা য়োংখিবা। পূম্নমক ইতিহাসনি। ধর্ম্ম হোংলকপা খুদিং ঈশ্ববগী মপাম্থোংগী মায়থোঙসু হোংলকখি। তোঙান-তোঙানবা ঈশ্বর থাজনবশিংগী তেঙ্গন-তেঙ্গনবা চৎনরোল, লাইনীং-লাইশোল, ফিজেৎ-চকচা অমদি উসব-মেলা লৈনবা মবক্না ধর্ম্মনা ঙসিগী মীওইবা সমাজসিবু পূনশিনহল্লিবরা নৎত্রগা খাইদোক্লিবরা হায়বসি ঙসিগী ৱাহং ওইরকই।

ধর্ম্ম হায়বসি মপাম্থোংগী মীৎয়েং অমদা সংস্থানলোমদা ঙামথবকপা, মসি তৌ, মসি তৌনু; মসি য়াই, মদুনা য়াদে হায়বা অকক্লবা নিয়মগী মনুংদতা চৎনবনিনা কনাগুম্বগী ধর্ম্মদি অতোপ্পগী মফমদা খুদোংথীনিঙাইগী মশক্নী। অদুনা নোংমা ইংরেজি উপন্যাসকার সোমরসেট মোমনা য়াম্না নোক্নীংনা হায়খিঃ *God is not so reasonable. He craves so urgently to be believed in order to reassure Himself of His own existence. He promises rewards to those who believe in Him and threatens with horrible punishment to those who do not. For my part, I cannot believe in a God who is angry with me because I do not believe in Him. I do not believe in a God who has neither humour nor common sense.* ওম্ফোক্লা অর্থ লৈব্রবা ৱাফমনি। ঈশ্বর লৈতে হায়বা নত্তে। ঈশ্বরগী অর্থ শেবান্নবা হল্লিবা কাঙবুদুদা মচেক্তা পালহনবনি। উইলিয়ম পর্ডিদি ইফোং-ফোংনবু হায়রকখিঃ *অশুবনা পঙশুদা মশুবা! নুংঙাইবনা পঙনুংদা নুংঙাইবা! শুরি-নোল্লিবশিংসিগী ফীভম য়েংশিন্নবা কান্নরবা ঈশ্বর অমত্তবু লৈব্রেদা।* জি বী সোনসু করেম্ন বকখিঃ *মহাক্নীদমক তৌবিরিবা ময়াম অসিগীদমক ঈশ্বরদি মীওইবগী মফমদা লমন তোল্লগনি।* মখল মথেল য়াম্না লৈব্রে। ঈশ্বরদা চিংননবা। ঈশ্বর লৈ হায়বসিদা থাজদনবা মরম চাবা মাল্লবা অরানবা পাউতাক কয়ানা তাইবংপালগী অক্রিয়াসি খোম্থাং য়ৈরি। ঙসি ঙসিমক অৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফমশঙশিংদা বিজ্ঞানগী নৈন-ৱারেং কয়া তাকপীরিঃ *পঙথা থাজবগী হৈনবী থাদোকউ; চিংনবা তম্মু; চিংনৌ। পূম্নমক চিংননা য়েংণু। মদুতদা অশেংবা মশক খঙগনি...* অসিনচিংবা।

অদুবু পূম্নমকসি লোইনা চুন্নবরা?

সনা-লুপা, লন-থুম অমদি শেলগী পূজা মণ্ডক হাইগৎলকপা, বিজ্ঞান্না খঙ্নরকপা, সাহিত্যনা চিংনরকপা, মীপূম খুদিংগী পুক্নীংদা ৱাহং কয়ানা ফুম্বংনহল্লকপা মতম অসিদা ওঝা শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমনা ঈশ্বর অমদি ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়া মথৎ মথৎ মীওইবা সমাজগী মফমদা লাথোরক্লি। ঙসিসু *"ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা"* হায়না মীংথোল্লবা লাইরিক অসি মীয়ামদা খুদোল তন্নক্লি। ওঝাগী লাইরিকসি পাবা ফংজবা মীকুপ্তা ইশাগী পুক্নীংদা মতম কুইনা কুপ্পুনা লৈরম্বা লৈচিন-নোংঋাই কয়া তপ্পা তপ্পা মাঙখিবগুম তৌই। মসিমক লাইরিকসিগী অহানবা পুণ্যনি। লাইরিক অমা পাবদা ঈশ্বরনা অপাবগী থম্মোয়দা লাক্নুনা ঈশ্বরগা উন্নজবা ফংবা অসিমক লাইরিক অসিগী অশেংবা মরলনি, শক্তিনি, মতিক-মগুণনি। তশেংনা হায়রবদা *"ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা"* হায়রিবা লাইরিক অসিগী লামায় খুদিংদা ঈশ্বরগী ৱাহৈগুম তরু-তশেংলবা লমজিং মঙালনা থল্লি। তান্নক মাপলনা লৈতেংবা লাইরিক অসিদা অইবনা মীওইবগী পুক্নীংবু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা তত্তনা চিংশিল্লি। ঈশ্বরগী মশেক-মঙালনা ঙাম্থোকহল্লবা পরেং খুদিংগী পুখৎলক্লিবা পাউতাক, লমজিং, খূদম অমদি ৱারী কয়াসিনা ফজববা মালেম অসি অচুম্বা পাম্বশিংগী ফিদম্নফম ওইবা লৈফম অমা ওইহন্নবা কন্না হোৎনরি, কন্না শেংদোক্লি। অইবনা পল্লিঃ *ঐখোয়না চেনগদবা মরুওইবা গুণদি নুংশিবনি। নুংশিবা হায়বদি ঈশ্বরনি। ঈশ্বর হায়বদি নুংশিবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবনা খ্বাইদগী হেনবা ললনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু নুংশিবা ঙম্লবদি জীব পূম্নমকপু নুংশিরকনি, মরমদি ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা জীব খুদিংমক্তা লৈবিরি। জীববু নুংশিরুবখক্তীদমক ইবুংঙো মহাক্না জীব খুদিংমক্তা লৈবিবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবা ওইনা জীব পূম্নমকপু নুংশিসি। ঈশ্বরবু সেবা তৌবগী খ্বাইদগী ফবা লম্বীদি পূম্নমকপু নুংশিনা সেবা তৌবনি (লাঃ ৫)।* অদুগা অমুক্নাঃ *অফবা য়েংসি, অফবা ৱাখল খনসি, অফবা ৱা ঙাঙসি, অফবা ৱা তাসি, অফবা থবক তৌসি অদুগা অফবা ওইসি।... ঈশ্বর লৈ। ঈশ্বরবু লৈবমদ্রবদি থৱায়-পানবা ঐখোয় পূম্নমক লৈরগ্নোই ... (লাঃ ১৮-১৯)।* মরম অসিমক্না অশেংবা অর্থদাঃ *ইথৌনা ঈশ্বরনি। ইথৌ নিংথিনা পাঙথোকপনা ঈশ্বর পূজা তৌবনি (লাঃ ২৬)।*

লাইরিক অসিনা তত্তনা ইনশিল্লিঃ *ঈশ্বরদি ঈশ্বরনা লৈরমগদবা মফমদতা থিগদবনিঃ মঙাল লৈবা মফমদা অমম্বা লৈতবগুম, ঈশ্বর লৈবা মফমদা পাপ লৈরোই (লাঃ ৩৬)।* অসিগুম্বা ঙসিগী বিশ্বাস মাঙখ্রবা যুগ অসিদা মায়কৈ মাঙশিল্লরুবা মীওইবদা মীওইবগী মগুণ হাপ্পবা হোৎনরিবা লাইরিকসিবু ইবিরিবা অইবগী থম্মোয়দা ঈশ্বরগী মঙাল চাউনা লৈ, ঈশ্বর লৈ। মদু নত্রগদি পরেং খুদিংগী মঙাল পীরিবা অশুক য়াম্না মঙালসিবু কদাইদগীনো? থিরুবা, পারুবা, নৈনরুবখক্লসু ওইথোকপা য়াবা নত্তে। অসিগুম্বা ঈশ্বরমঙালগী শক্তম লৌববা লাইরিক অসি ঙসিগী মানব সভ্যতাগী মফমদা মহামঙ্গলগী মশক্লি।

ওঝা শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমগী মফমদা ঐগী লৈজবা ভক্তি পূম্নমক্তা লোয়ননা কোক নোঙ্করি।

তেন্থা
০৭/০৫/২০০০

*ডাঃ এমঃ প্রিয়োবর্ত সিংহ*

# ৱাহৈ অমা অনিদং

শ্রীআইঃ এসঃ অকোইজম নৌনা অমুক শক তাক্লুবগী থোইদোক্নে। মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা লৈরাং নাচোম কয়া হান্ননা লৈশাৎ তমখ্রবা, হৌজিকমকসু, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ব্রাঞ্চকী প্রসিডেন্ট ওইরিবা সাহিত্য প্রেমি অমনি।

শ্রী অকোইজম, ইবুংঙো মহাক্কী লিলাদা, অফবদা-ফত্তবদা, অৱাংবদা-অনেম্বদা পূন্সি শরুক য়ারুরবা, পারা নিংথিনা ফারবা মীনি। ময়ামগী ফননবা অমদি কান্ননবা শেমগৎ-শাগৎপা অমসুং কখোকপা য়াম্না পামজদুনসু; তাংলবা পূন্সিগী শরুক খরদি মমখ্রবা, আশাগী মঙাল মচেৎ অমা উদ্রবা ঈরৈনুংদা ঈরাক্লরুই। শ্রীভগবানগী কৃপাদগী মপান নাইদ্রবা মঙালগী মশেক খরা ফংজদুনা শাফু কল্লবা থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা খোল্লাওনা ময়াম তাহঞ্জনীং-খঙহঞ্জনীং লাওবা হৌরকখিঃ *"ঐখোয় য়ু থকপা তোক্লসি!"* শ্রীভগবানগী পাউজেল "গীতা" মরোল মরি-মঙা থোক্লা অমদি বুদ্ধি-লৌশিং ওইননবা খোমগৎপা পাউতাক্কী লাইরিক ভোলুম মথং মথং। হন্দক অমুক্কসু খুদোঞ্জরিবা *"ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা"* হায়বা লাইরিক অসিসু পরিং অমনি। শুক তরেৎ মল্লবা মফম অদুদা কনা অমত্তা চৎহন্নীংদা, ফংজরিবা ভগবানগী কৃপানা পীনবিরিবা নুংঙাইবা, নুংশিজবগী শরুকশিংসি ময়ামদা য়েঙ্খোকচনীং কন্না লাওবনিনা শাফুদি (ৱাহৈদি) কল্লি। কন্দবসু য়াদবনি।

তাঙ্কক মাপল শুবা লামায় ১৩৩ পানবা লাইরিক মচা অসি পূন্সিরোল ওইনা লৈহৌরগদবা মমল য়াল্লবা লাইরিক অমা ওইগনি নীংই। হৌজিক হৌজিকমক যুগ-অবতার ওইনা ঙাঙ্খোইরিবা ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবানা হৌখিবা চহি ৬০ রোম অসিদা মীওই পূম্নমক্কী য়াইফ-নুংঙাইননবা তাকপী-তম্বীরক্লিবা খোল্লাওশিংনা অইবগী থম্মোয়দা য়ৈবদা থোক্লকপা ঈথক-ঈপোমশিং ইরৈবাকচাশিংগী মফমদা য়ৌহন্নীংদুনা থম্মোয় শেংনা হোৎনজবা খোঙথাং মাল্লি। হৌবদগী লোইবা ফাওবদা য়াম্না খঙহন্নীংবা অমদি ফংহন্নীংবগী অপাম্বশিংদু শাফু কন্না কন্না ফোংদোকই। তাঙ্কক নত্রগা পেরেগ্রাফকি নত্তবা ৱাহৈ পরেং খুদিং মনীংতম্বা পাওরৌ/পাওতাক ওইনা অইবনা ফোঙদোকচরিবসি অরাইবদি নত্তে, অইবগী গুণনি। অরোইবা মাপলশুবা শরুক্তা পাওতাক ২৫০মুক খনগৎলগা হাপলিবা অসিনা থোইদোক্লা লাইরিক অসিগী কান্নবা হেনগৎহল্লি। থাগৎনীংঙাইনি।

যুগ অবতার ওইখিবা শ্রীরাম লৈরিঙে নত্ত-ওইদবা হিংচা য়াইতম্বগী থবক কয়া

লৈখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ, গৌতম বুধনচিংবা কয়াগী মতমদসু অন্না ওইখি। হৌজিক্কী ওইদ-পাদবনা থল্লবা, মীহাৎ-মীপুন তোইরবা মতম অসিদসু অচুম্বা অমদি অফববু পামজবশিংনদি পান্দমশিং অদু ফংননবা লাওবা তাবনি, লম্বীদু তাকপা তাবনি। মায়গৈ অসোমদা শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমনা থবায়-হকচাঙ য়াওনা হোৎনজরকপা অসিদা শ্রীভগবান্না পাঙ্গল, থৌনা, লৌশিং অমদি ওম্ননবগী শক্তিশিং পীনবিবা ওইসনু।

থৌবাল
তাং ৯/৫/২০০০ ইং

*ব্রিং কমান্দর অকোইজম দেবেন্দ্রা সিংহ*

# য়াওফম তাকপা

নুংশিবগী অমতা ওইবা শক্তমদা পৃক্লীং তঙ-তাহল্লগা, থরায়-পানবা পূম্নমক্কী থাম্মোয়নুংদা লৈবা ঐবু (শ্রীভগবানবু) ঈড়াংলিবা মীশক অদুদি মতম পুম্বগী ওইনা ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈ। অদুগা অরাবদবু ওইরে নত্রগা নুংঙাইবদবু ওইরে, হে অর্জ্জুন, মশামক্কা চাংদম্নদুনা থরায়-পানবা পূম্নমকসে চপ মান্নে হায়না উরিবা মহাক অদুবু আথোইবা যোগীনি হায়না লৌই।

থবক পূম্নমকপু থাদোকপা হায়বসি মালেমদা লৈরিবা শাবানবা জীবশিংগীদমক্তদি তাশেংনমক ওইথোক্তে। তৌইগুম্বসুং থবক্কী মহৈৎবু থাদোক্লগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লক্লবা মীশক অদুদি অচুম্বমক ওইনা অশেংবা ত্যাগী অমা ওইরে।

থবক পূম্নমকপু ঈশ্বরগী মফমদা কাংথোক্লুনা অমসুং থবক্কী মহৈৎগা শম্নবদু থাদোক্লুনা থবক তৌরিবা মীশক অদুবু, ঈশিংনা থম্নাবু চোংহনবা ঙমদবগুম, থবক্কী ফত্ত-মহৈৎনা (পাপ্না) চুহনবা ঙমদে।

-শ্রীমদ্ভগবদ গীতা

## অমা

# নুংঙাইবা, নুংশিবা অমসুং কাপ্লাকপা

মীওইবগী পূন্সীসে মমল য়াম্না য়াম্মী। ঐখোয়না শাগী, উচেক্কী, তীল-কাঙগী অমদি হম্বু-হম্বুবা জীবশিংগী মপোকশিংদা কয়ারক হন্না হন্না পোক্লুরবা মতুংদা হৌজিক্তি ঐখোয় ঈশ্বরগী থৌজালদগী মীওইপোক্তা পোক্লরে। মসি ঐখোযগীদমক্তদদি লাইবক য়াম্না ফরবনি। ঐখোয় পূম্নমক য়াম্না ঈংনা, পূকচেল তপ্না অমদি খৎন-চৈনবা তৌদনা হিংবা ঙম্নবা হোৎনসি। ঐখোয়দা লৈরিবা শক্তি ময়ামসে ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পীনবিরকপা ঙাক্তনি, ঈশ্বরগী শক্তিনি। জগৎসিদা মমল য়াম্মে য়াম্মে হায়না লৌনরিবা সনা, হীরা, মনিমুক্তা অমসুং অতোপ অতোপ্পা লল-থুমনচিংবা পূম্নমক অসিদগী ঐখোয় মীওইবগী পূন্সীনা মমল য়াম্বা য়াম্না হেল্লি। মখোয়দি লাক্ই-চৎলি তৌদুনা অদুম লৈ।ঐখোয়গী পূন্সীদি লোইবা নাইদে-নহালপোক, হন্দকপোক অমসুং হয়েংপোক হায়দুনা অদুম লৈ, অদুগা মতুংদসু অদুম লৈখিগনি। আত্মা নত্রগা ঈশ্বর লৈরিবমখৈ পূন্সীসু অদুম লৈখিগনি। 'শিবা' হায়দুনা লৈরিবসিদি হকচাঙগী ৱানি, আত্মাগী নত্তে। মীওইবা নত্তনা অতৈ জীবশিংনা ঈশ্বরবু খঙবা ঙমদে, অদুগা ইংবুংঙো মহাক্কী মতীক-মগুণ শক-শোনবসু ঙমদে। মরমদুনা ঈশ্বরনা মীবু য়াম্না নুংশি। ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা মায়-ওন্সন্দুনা পূন্সীগী অশেংবা অচুম্বা অদু থিবনা ঐখোয়গী পূন্সীগী অথোইবা ইথৌ ওইহনসি। মমল য়াম্লবা মীওইবগী পূন্সী অসি অরেম্বদা মাঙহনগুমসি।

অফ-ফত্ত ৱাখল খনবা ঙম্বগী পাঙ্গল ঐখোয়দা ঈশ্বরনা পীনবিরক্লিবসে ঐখোয়গীদমক থোইদোক হেন্দোক্লা লাইবক ফবনি। মীওইবদগী হম্বুবা জীবশিংদা অসিগুম্বা লাইগী ওইবা পাঙ্গল অসি পীদে। মসিনা মীওইববু ঈশ্বরনা তশেংনা নুংশিবগী অশেংবা খুদমনি। লাইগী ওইবা পাঙ্গল অসি পূন্সীগী অশেংবা অচুম্বদু থিদোকউ হায়দুনা ইবুংঙো মহাক্লা মীওইবা ঐখোয়দা পীবিবনি। অদুবু ঈশ্বরগী য়াথংদগী লৈথোক্লুনা, চারগা, থক্লগা,

তৃন্নগা, তুমা-তুমা চুংসন্নদুনতা লৈরগা অমদি অতোপ-অতোপ্পা নত্তবা থবক কয়া কয়া তৌদুনা লৈরগা মমল য়াম্নবা পৃন্সী অসিবু তরাই-তরাই লেপ্থোকপদি অচুম্বা ওইরোই। হকচাঙগী নুংঙাইবা থিননবগীদমক্তা ঐখোয়দা মীওইবগী তাঙলবা পৃন্সী অসি ঈশ্বরনা পীনবিরকপা নত্তে। মসিদি ঈশ্বরগী অতাঙবা খুদোলনি। মীগা শাগা খেন্নরিবসি কবিনো ? মীসু শাসু চীঙ্গাক চাই, তৃস্মী অমসুং অতোপ্পা হকচাঙগী ওইবা থবকশিং তৌই। অদুবু খাঙকনবা, মীনুংশি-খঙবা, থৌজাল হৈবা, নুংশি হৈবা, অসিনচিংবা অফবা গুণশিং অসি মীদা লৈ, শাদা লৈতে। তৌইগুম্বসুং মীশিংনা মশাগী ওইজবা থিবদা অমসুং মীরল্লেনগী অপাম্বশিংদা লূপখিবনা মখোয়না মখোয়দা পল্লকপা অফবা গুণশিংদু কাউথোকপ্রে। তেল্লবা তাইবং পৃন্সী অসি অরেম্বদা মাঙহন্দনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌননবা ধর্ম্মগী অশেংবা অচুম্বদু থিবনা ঐখোয়গী অচুম্বা খোঙথাং ওইগনি। ঈশা-ঈশাগী লাইগী ওইবা মতৌবু য়োকখৎলগা শাগী ওইবা মতৌবু নমথদুনা মীওইবগীতা নত্তনা অতোপ্পা জীব পূম্নমক্কী য়াইফনবা অফবা থবকশিং তৌবদা থব্বায়-হকচাঙ কখোকপা ঙম্নবা হোৎনসি।

হৌজিক্কী মতমদদি হকচাঙগী নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা মীশিংনা শেল কয়া কয়া হালেংদনা চাদিং তৌনরি। অদুবু মখোয়না দান তৌবদা, অতোপ্পা অফবা থবকশিং তৌবদা অমদি ঈশ্বরগী সেবা তৌবদা শেল খজিকফাওবা চাদিং তৌগে হায়না খনদে। মসি মখোয়গীদমক্তা লাইবক য়াম্না থীবনি। হকচাঙগী নুংঙাইবদি নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অব্বাবনি হায়বসি খঙগদবনি। অপঙবা ঐখোয়না নুংঙাইবগী হৌরকফমদি হকচাঙনি হায়না লান্না লৌই। মসিগী ওইদবা নুংঙাইবা অসিদা অওইবা ওইনা অসুম লূপখ্রবদি ঐখোয়গী লাইগী ওইবা মতীক-ময়াই অসি অসুম মাঙথবক্কনি। অদুদগীদি মসিনা তমথীরবা লায়না কয়া পোকহল্লক্কনি। কনা অমতনা ঙমখৈ-নাইবা সংসাবসিদা অশেংবা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা হায়বদু ফংবা ঙম্লোই। অদুম ওইনমক মী অয়াম্বনা কলি যুগ অসিদদি হৌনবি অমা ওইনা মতম পূম্নমক্তা হকচাঙগী নুংঙাইনবা হাযদুনা ধর্ম্মনা য়াদবা থবকশিংখক্তদা মখোয়গী পূক্নীং চিংশিন্নবি।

হকচাঙগী নুংঙাইবদি অশেংবা নুংঙাইবা নত্তে, আত্মাগী নুংঙাইবনা নুংঙাইবা অয়ৌবীনি। হকচাঙগী ঙাইহাক-ঙাইহাক নুংঙাইরুবনা পূক্নীং-পোখাদবা, হকচাঙ চোকথবা নত্রগা হকচাঙ-নাবনচিংবা নত্তনা অতৈ করিমতা ওইরক্তে। আত্মাদা পেঞ্জবা অমদি নুংঙাইজবা মীনা মতম পূম্বগী ওইবা নুংঙাইবা "আনন্দ" হায়বদু ফংজৈ, অদুগা মাগী নুংঙাইবা মনুংঙাই অদু মপাম্থোংদসু ফোঙদোক্লকই। অদুদগীদি মহাক্না সংসারগী

লূদবা নুংঙাইবগা মরী লৈনরক্তে। ঐখোয়গী পূন্সীগী অশেংবা পান্দমদি মপূংফাবা নুংঙাইবদু ফংবনি। ঐখোয়না ধর্ম্মগী নত্রগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিন্দুনা থম্মোয় শেংনা ঈশ্বরগী সেবা তৌরগতা অদুগুম্বা অচুম্বা অমসুং তুংকোয়বা নুংঙাইবদু ফংবা ঙমগনি।

শক্তি, লল-থুম, মিংচৎনচিংবা মীরম্লেন্দা য়াম্না পাম্নরিবশিংসিনা অচুম্বা নুংঙাইবদু পীবা ঙমদে। তাইবং-পূন্সী অসি নিংথিজনা শীজন্নদ্রবদি অমম্বগী মশক্তি। পেন্নাইদবা অপাম্বনা লাকহৎখিদুনা তাইবং-মীনা থিরিবা ফংফম থোকপা নুংঙাইবদু ফংবা ঙমদে। মাগী লল-থুম, মাল-চাং, শক্তি অমদি মিংচৎ অঙকপা ফংনা লৈজরবসু, মহাক শেংনা নুংঙাইবা ঙমদে, শান্তি ফংবা ঙমদে। তশেংনমক্তি, সংসারগী ওইবা পোৎশিংনা অচুম্বা নত্রগা তুং-কোয়বা নুংঙাইবা হায়বদুবু পীবা ঙমদে। অশেংবা নুংঙাইবদুদি থম্মোয়দা লৈ। মীওইবনা নুং-দা লৈবা নুংঙাইবদুবু মপান্দা থিরি, থিবা ফংলোই। মসিদি অজ্ঞানগী খুদমনি। অশেংবা নুংঙাইবদি আনন্দগী মশক ওইবা ঈশ্বরনা লেঙশিন্দুনা লৈবিরিবা থম্মোয়নুংদা থিগদবনি। নুংঙাইবদি নুংঙাইবা লৈবা মফমদা থিরগা ফংগনি, অৱাবা লৈবা মপাম্থোংগী সংসাব অসিদা থিরবদি অৱাবদমক ফংগনি। কনাগুম্বা অমনা মপাম্থোংগী মচাকশিংগা শম্নরক্তুবা মতমদা মহাক্তুনা মাগী থম্মোয়লকানুংদা লৈরিবা লাইগী ওইবা নুংঙাইবদু হকথেংননা ফংই। মথম্মোয়নুংদতা নুংঙাইজবা অমদি হরাওজবা মীশক অদুনা ঈশ্বরগা অমতা ওইশিন্নরক্তুনা মুক্তি ফংই।

ঐখোয়না অফবা ৱাখল ঙাক্তা খনবা, অফবা ৱা ঙাক্তা ঙাঙবা অমসুং অফবা থবক ঙাক্তা তৌবা ঙম্লগা ঐখোয়গী থম্মোয়সে মশানা অদুম পূমশেং শেংদোকচরক্কনি ; অদুগা ঈশ্বরগী মমি থম্মোয়দা শেংনা তারক্তুনা ইবুংঙো মহাকপু উবা নত্রগা খঙবা ঙম্লক্কনি। মী অয়াম্বনা তুং-কোয়বা নুংঙাইবা অমদি শান্তি পাম্মি ; অদুবু মখোয়বু খুদক্তা হেক্তা ফংবা য়াবদি নত্তে। ঐখোয়না অহানবদা মখোয়দু কদাইদগী লাক্কদগে হায়বদু খঙদোক্কনি। মখোয়গী হৌরকফমসু মপুসু ওইরিবা ঈশ্বরবু হান্না থিদোক্কনি। ইবুংঙো মহাকপু খক কাউরোইদবনি। ঐখোয়গী নুতিগী ইথৌশিংবু ঈশ্বরগী সেবা ওইনা পাঙথোকপা ঙম্নবা ঐখোয়না হোৎনগদবনি। পূক্লীং লূদবা মীশিংনা ঈশ্বরবু উবা নত্রগা খঙবা ঙম্লোই। অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, মশাগী ওইজবা থিবনচিংববু থাদোক্লবা অমদি নুংশিবগী পূকচেল চেম্লবা মীনতা ঈশ্বরবু পূক্লীংদা লাকশিনবা ঙমগনি। অমংবা নোংনা কৃপশিল্লবা নুমিৎপু ঐখোয়না উবা ফংদে; অদুবু নুংশিৎনা অমংবা নোংদুবু হুমদোকপ্লবা মতমদা, নুমিৎতু শোয়দনা উবা ফংগনি। মতৌ অদুম্না, মীওইবনা ঈশ্বরবু মতম পূম্বদা নুংশিনা নীংজরগা

অমদি সেবা তৌজরগা অমম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞানবু মাঙহন্দুনা থম্মোয়দা ঈশ্বরগী মমি শেংনা তাহনগদবনি। অদুদগীদি নুংঙাইবগী হৌরকফম অমদি মপু ওইরিবা ইবুংঙো মহাকপু উবা ফংদুনা মীওইবনা মপৃংফানা নুংঙাইগনি।

মপৃংফাবা নুংঙাইবদু ফংননবগীদমক্তা ঐখোয়না ঐখোয়দা অকায়বা তৌরকপা মীশিংদুগী মরালদু কাউথোক্লগা ঙাকপীগনি অদুগা ঐখোয়না অতোপ্পদা তেঙবাংখিবা অদুসু কাউথোক্কদবনি। অদুদগীদি পৃক্লীংদা শান্তি লৈরক্কনা ঐখোয় নুংঙাইগনি। লমন খুম্বগী ব্রাখল থাদোক্কদবনি। কনাগুম্বনা ঐখোয়গী থম্মোয়-শোকপা থবক অমা তৌরকপা মতমদা ঐখোয় ব্রাই, অদুবু অব্রাবদু কোকহন্নবগী উপায়দি কাউথোকপা অমদি ঙাকপীবা ঙম্বদুনি। ধর্ম্মগী মায়কৈরোমদা "ঙাকপীবা" হায়বা অসি য়াম্না মরু ওই। মসিদি অচুম্বনি, ধর্ম্মনি, অহিংসানি অমসুং বেদনি। মরমদুনা ঐখোয়না "ঙাকপী হৈবা" হায়বা লাইগী গুণ অসি চেনবা ঙম্নবা কন্না হোৎনফম থোকই। মসিদি ধর্ম্মগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লগা ঈশ্বরবু নুংশিবা ঙম্লগতা ওইথোকই।

"নুংশিবা" হায়বদু মশক খঙদবা মীশক অদুদি অশিবগা চপ মান্নে। অদুগা "নুংশিবা" য়াওদবা থম্মোয় অদুনা লৈহাও লৈতবা লমগা চপ মান্নে। কনাগুম্বা অমনা মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবা নত্রগা ফম অচৌবা পায়বা নত্রগা শক্লাইবা বিজ্ঞান হৈবা মীশক অমা ওইজরবসু, মাগী থম্মোয়দা নুংশিবা হায়বদু মচেৎ অমফাওবা পক্ত্রবদি মাগী চেল্লিবা গুণ পূম্নমক অদু করিমতা কান্নদ্রে। মহাক পূম্নমক্কী য়েক্লবা ওইরে, ঈশ্বরগী য়েক্লবসু ওইরে। মহাক হিংনা হিংনা শিরবনি। "নুংশিবা" হায়বা অসিদি পৃক্সীনি। ঐখোয়না কনাবুসু নুংশিবা ঙমদ্রবা অদুগা কনানসু ঐখোয়বু নুংশিবিদ্রবদা ঐখোয়না মালেমসিদা হিংদুনা লৈবগী ঈতীক লৈরোই। মীওইবগী পৃক্সীদি মাশা অনী পানবা উচেক অমগুম্বনি হায়নৈ। মাশা অনীদুগী মনুংদগী অমনা "নুংশিবা" অদুগা অতোপ্পা অদুনা "কখোকপা" হায়বদুনি। মাশা য়াওদ্রবা উচেক অদুদি পাইবা ঙমদ্রে ; পাইবা ঙমদ্রবা উচেক অদুদি উচেক অমা ওইবগী মতীক-মগুণদু য়াওদনা অরেম্বদা তাদুনা লৈরবনি। অদুগুম্মদনা "নুংশিবা" অমসুং "কখোকপা" য়াওদ্রবা মী অমগী পৃক্সীদুদি পৃক্সী ওইদ্রে; অদুগা মানা ধর্ম্মগী অকারম কাবা ঙমদদুনা অরেম্বদা লৈখা তারগা লৈগনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী মরূপ অমদা মাগী লৈফম হংবা মতমদা মানা মাগী লৈফম অমা পীরক্কনি, অদুবু মানা পীরক্লিবা লৈফম অদুদি মহাক্কী হকচাঙগী লৈফম অদু ওইনা

পীরক্কনি। মাগী মশাগী অশেংবা লৈফমদি মাগী আত্মাদু ওইগদবনি। আত্মাদা মানা লৈবগী মহাক হিংসু হিংবা ওগ্লিবনি। আত্মা হায়বসিদি নুংশিবগী শক্তমনি। মরমদুনা ঐখোয়না "নুংশিবা" ফংননবা পৃলী খুৎলেন অমা লেনবা তাই। মদুগীদমক্তা ঐখোয়গী অপাম্বসি ঈশ্বরগী মায়কৈরোমখক্তদা ওন্নবা তাই। ঐখোয়না ঐখোয়গী পৃলীগী লম্বী চৎপদা সংসারগী অপাম্বশিংবু পুরগা চৎলবদি চৎপা য়াম্না ব্রাগনি ; পৃলীগী অশেংবা পম্বুংফম অদু চৎপা ওমদদুনা অরেম্বদা মাওগনি। পৃলীগী অশেংবা নুংঙাইবদি অপাম্বশিং ফংলগা নুংঙাইবদু নত্তে, অপাম্বশিং লৈত্রগা নুংঙাইবদুনি। মসিগী অশেংবা নুংঙাইবা মনুংঙাই অসিদি অপাম্বা ফংলবসু ফংদ্রবসু অদুম নুংঙাইদুনতা লৈবদুনি। মসিদি "আনন্দ" হায়বদুনি। মসিবু ফংননবা ঐখোয়না কন্না হোৎনগদবনি। ঈশ্বরদা পৃম্নমক কখোকপগী অশেংবা ব্রাখলগা লোয়ননা থবক পৃম্নমক পাওখোকপখক্তনা পাম্বে ওইরগা সংসারগী অপাম্বশিংসি অসুম অসুম হম্বহল্লকপা ওমগনি। মীৎনা য়েংবগী থবক ওইগে ওইরো, চীন্না ব্রা-ওাঙবগী থবক ওইগে ওইরো, খুৎনা তৌবগী থবক ওইগে ওইরো - খুদিংমকসি ঈশ্বরগী শক্তিনা পাওখোকপনি হায়বসি খঙগদবনি। ঈশ্বরগী শক্তি য়াওদনা ঐখোয়না থবক অমতা পাওখোকপা ওমদে। থবক অমা তৌবদা ঐখোয়দি ঈশ্বরগী খুৎলায় ওইবখক্তনি হায়বসি ঐখোয়না থাজবগা লোয়ননা য়াগদবনি। থবকসু থবক্কী ফলসু লোয়নমক ঈশ্বরগীনি হায়বা ব্রাখল অসি হেক চেনবা ওন্নবদি অপাম্বা হম্বরক্তনা মমৈথংদদি অপাম্বশিংগী নম্বো অদু পুবগী অব্রাবদু কোক্কনি।

ঐখোয়না চেনগদবা মরুওইবা গুণদি নুংশিবনি। নুংশিবা হায়বদি ঈশ্বরনি। ঈশ্বর হায়বদি নুংশিবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবনা শ্বাইদগী হেনবা ললনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু নুংশিবা ওন্নবদি জীব পৃম্নমকপু নুংশিরক্কনি, মরমদি ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা জীব খুদিংমক্তা লৈবিরি। জীববু নুংশিরবখক্কীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্না জীব খুদিংমক্তা লৈবিবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবা ওইনা জীব পৃম্নমকপু নুংশিসি। ঈশ্বরবু সেবা তৌবগী শ্বাইদগী ফবা লম্বীদি পৃম্নমকপু নুংশিনা সেবা তৌবনি। জীব অমগা অমগগী মরক্তা খেন্নবা মীৎয়েং থম্নবদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা অচেৎপা ভক্তি থম্বা ওগ্লোই। ঈশ্বরদি জীব পৃম্নমক্তা লৈ হায়বসে খঙলবা মতুংদা ঐখোয়না কনাবুসু য়েংথীরোই, তুক্কচরোই, অদুগা ফত্তবা থবকশিংবুসু তৌনীংলোই।

মালেমসিদা খৎন-চৈনরিবা, হিংসা-তৌনরিবা, য়েংথীনরিবা, মত-তিন্নদ্রিবা অমদি কাংখোং-চাইনবিবা পৃম্নমক অসি আধ্যাত্মিক্কী মায়কৈরোমদা য়েংলবদি পৃম্নমকসে অমতনি হায়বা ব্রাখল অদু মীয়ামগী পৃক্লীংদা ফাওদবদগীনি। অমরোমদা হায়রগা আত্মজ্ঞান

লৈতবদগী নত্রগা আত্মতত্ত্ববু খঙদবদগী মফম পূম্নমক্তা মী অয়াম্বগী ওইনা শান্তি লৈতবনি। ঐখোয় পূম্নমক্কী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আত্মা অদুদি অমতনি, চপ মান্নে। বিজুলিগী ঈচেলনা বিজুলিগী বলব্ ময়ামদা চেনশিল্লগা মখোয়বু পুমঙাল ঙালহনবগুম, ঈশ্বরনা জীব পূম্নমক্তা আত্মা ওইনা চঙশিনবিদুনা লৈবিরগা মখোয়বু লেঙ-ওৎপনচিংবা থবক কয়া তৌহল্লি। বিজুলিগী ঈচেল য়াওদনা বলব্ অমতা ঙাল্লোই ; অদুগুম্মদনা আত্মা নত্রগা ঈশ্বর য়াওদনা কনা অমতনা থবক তৌবা ঙম্লোই। আত্মা য়াওদবা হকচাঙ অদুদি শিরবনি। অশিবা হকচাঙনা থবক অমতা তৌবা ঙমদে। "ঐ" হায়বা অসি আত্মানি, হকচাঙ নত্তে। ঐনা "ঐগী হকচাঙ" হায়রি। হকচাঙ অদুগী মপুদি "ঐ" নি, আত্মানি। ঐখোয়না ব্বারিবা পূম্নমক অসিগী মরমদি ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাঙবু "ঐ" নি হায়না লান্না লৌরুবদগীনি। "ঐ"বু হকচাঙনি হায়না খন্দ্রবা মতমদা আত্মাগী অশেংবা শক্তম অদু চোঙথোরক্কনি। মরমদুনা ঐখোয়না আত্মাবু মশক খঙলবদি ঐখোয়গীদমক করিশু ব্বানীংঙাই লৈতে। অদুবু ঐখোয়না আত্মাবু কাউবা মতমদদি অব্বাবা পূম্নমক অমুক লাক্কনি।

মী অয়াম্বনা অফবা পোৎনা মখোয় মশা মশাগী ওইনবা থম্লে অদুগা ফত্তবা পোৎশিংনা ঈশ্বরদা কৎলি। মসি অচুম্বা থৌওং নত্তে। মসিদি হুরানবগী পৃকচেল-চেনবা মীখক্তনা তৌগদবনি। মপুনা পেল্লগা মনাইনা নুংঙাইফম থোকই। ঐখোয়না ঈশ্বরগী পেন্ননবা থবক তৌদ্রগা মতৌ করম্না ইবংঙো মহাক্না ঐখোয়গী পেন্নবা থবক তৌবিরক্কনি? মপুগী হৈকোল লৈকোন্দগী মনাইনা ফজ-ফজবা হৈ-লৈ হেক্লগা মপুদা কচ্চবদা মপুনা পোৎশিংদু মশামক্কী মপোৎমক ওইজরবসু নুংঙাইফম থোকই। মরমদুনা ঐখোয়না ঈশ্ববগী মফমদা লোয়নমক কখোক্কদবনি। মপাম্বোংদা ঈশ্বরবু নুংশি হায়না উত্তুনা তাৎ-তৌবা ঙাক্না করিমতা ওইবা য়ারোই, হেন্না পাপতুম লঙশিনগনি। ঐখোয়গী থম্মোয়দা নুংশিবগী ঈনোৎ মপূংফানা কাহনগদবনি। মদুতনা ঈশ্বরগী অপেনবনি। ইবুংঙো মহাক্না কনাগী মফমদগী মমল য়াম্বা সনা, মণি-মুক্তা অমদি অতৈ অতোপ্পা পোৎশিং পোৎকৎ ওইনা লৌবা পামদে। জগৎসিদা লৈরিবা পূম্নমকসি ইবংঙো মহাক্কী ঙাক্তনি। মরমদুনা ইবুংঙো মহাক্কী অব্বাৎপা অমতা লৈতে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা অসুম্না হায় ঃ "ঐগী লোয়না লৈবা মরম্না ফংদদুনা লৈবা ফংনীংঙাই করিমতা লৈতে।" ইবুংঙো মহাক্না য়েংলিবদি ঐখোয়গী থম্মোয়সে শেংলব্রা শেংদ্রিব্রা হায়বা অদুখক্তনি। থম্মোয়নবু শেংদ-শেংলবদি ঈশ্বরগা ঐখোয়গা লৈনরিবা মরী অদু ঐখোয়না তশেং-তশেংনা শোয়দনা খঙলক্কনি।

শ্রীভগবানদি মনাই ভক্তনা উনা অমা ওইরবসু, লৈরাং অমা ওইরবসু, হৈরাং

অমা ওইরবসু, নত্রগা লাইজ-ঈশিং মরীক অমা ওইরফাওবদসু থম্মোয়বু শেংনা কচ্চরবদি পূমপেন পেঙ্গে। অকুপ্পা নুং-গী অর্থদা উনানা করিনো অদুগা অতোপ্পশিংদুনা করি করিনো? উনানা ভক্তগী হকচাঙদুনি হায়নৈ। লৈরাংনা মাগী থম্মোয়দুনি অদুগা হৈরাংনা মাগী পূক্লীংদুনি হায়নৈ। লাইজ-ঈশিং অদুনা মাগী মীৎতগী শীম্থরকপা নুংঙাইবগী পিরাংদুনি। ঈশ্বরদা কৎকদবা লৈরাং অদুনা অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, নাপলনচিংবা ফত্তবা থম্মোয়-ঈহুলশিং য়াওদবা অশেংবা থাম্মোয় অদুবুনি। অদুগা হৈরাং অদুনা ফত্তবা ঈরাং চেন্দবা অমসুং ধর্মগী থুন্নবা মহীনা পীক-থল্লবা পূক্লীং অদুবুনি। ভক্তনা ভগবানবু ফংলগা হরাও নুংঙাইদুনা মাগী মীৎলুদগী পিরাং চেন্থরকই। মদুগী পিরাং অদুবুনা মানা ঈশ্বরদা কৎকদবা লাইজ ঈশিং মরীক অদুনি হায়না হায়নৈ।

থবক তৌরিবসি ঐখোয়না তৌরিবনি অদুগা তৌরিবা থবক্তুগী মহৈঃসু ঐখোয়গীনি হায়না খন্দুনা থবক তৌরবদি, ঐখোয়গী থম্মোয়সে অসুম অসুম মমশিল্লক্তুনা ঈশ্বরগী থৌজালগী মঙাল ফংবা ঙম্লোই। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদ্রবদি ঈশ্বরবু ফংবা নত্রগা উবা ঙম্লোই। থবক অমসুং থবক্কী ফল পূম্নমক থবক্কী থৌবু ওইরিবা ঈশ্বর ইবুংঙো মহাক্কী ওইগদবনি। ঐখোয়দি ইবুংঙো মহাক্কা থবক তৌবদা ইবুংঙোগী খুৎলায়থক ওইবতনি। থবক্তুনা ঈশ্বরদা কত্থোকখিদুনা ঈশ্ববগী থবক ওইপ্রবদি থবক অদু মশানা অদুম শেংজরে অদুগা থবক্তুগী ফলদুসু মশানা অদুম শেংফম থোক্লে। কত্থোকপগী থবকসি হেক তৌরকপদা থম্মোয়সু শেংদোক্লকই। অদুদগীদি আত্মাগী অশেংবা শ্বরূপ অদু মশানা ঙাম্থোরক্তুনা আত্মাবু শংশঙনা উবা ফংলকই। উৎ মনুংদা লৈরিবা অরাবা মৈতাল অদু উৎ কামথোকপ্রবা মতুংদা উবা ফংই, অসুম্না অপাম্বা, অশাউবা, নাপল অমদি হকচাঙগী ওইবা ব্রাখলবু ঈশ্বরগী মিংলেন শোন্দুনা থম্মোয়নুংদগী তাম্থোকপ্রবা মতুংদা ঈশ্বরবু উবা ফংলক্কনি। মদুগী মতুংদদি ঈশ্বরগা মীগা অমতা ওইসন্নবগী মনুংঙাই অদু ফংবা ঙম্লকই। মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা লৈত্রে। মসিবু ফংননবা হোৎনবনা ঐখোয়গী পূম্পীগী ইথৌ অমা ওইহনগদবনি।

ঈশ্বরনা মাগী ভক্তবু মশামক্তগী হেন্না নুংশিজে। ঈশ্বরগী মফমদা ঐখোয়না অকায়বা থবক কয়া কয়া তৌরুরবসু ইবুংঙো মহাক্কা ঐখোয়বু ঙাকপী। অদুবু কনাগুম্বা অমনা শ্রীভগবানগী ভক্ত অমদা অকায়বা থবক অমা হেক তৌরুবদা ইবুংঙো মহাক্কা মাবু ঙাকপীদে। মরমদুনা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু য়াম্না নুংশিফম থোকই। মমা-মপানা মচাবু কাউথোকপা ঙম্মি ; অদুবু ঈশ্বরনদি মচা ঐখোয়বু শিরতুং ফাওবদসু শুককাউ-

কাউথোক্কে। লাইবক থীবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী পূন্সীগী অরোইবা পচ্ছুংফম ওইরিবা ঈশ্বর মহাকপু ফংননবা থিদে, থিগে হায়নসু খল্লুদে।

ঐখোয়না ঈশ্বরবু ফংননবা থিফম থোকই। অশেংবা ভক্তশিংনা ঈশ্বরবু লাপ্পা খক থিরুদে। অফবা বাখল খনবা, অফবা বা-ঙাঙবা অমসুং অফবা থবক তৌবা ভক্তদুবু কদাইদা লৈবগে হায়দুনা ইবুংঙো মহাক্লুদুম থিরিবনি। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগে হায়রবদি ঈশ্বরনা পাল্লিবদু ঐখোয়না তৌবা তাই। ঈশ্বরদি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ইমা-ইপাদগীসু হেন্না নক্না লৈরিবনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গী য়েৎলোমদা, ওইরোমদা, মাংদা, তুংদা, থক্তা, খাদা অমদি মফম খুদিংমক্তা শীল্লুংনা লৈবিরি। জীব পুন্নমক্তা আত্মা ওইনা ইবুংঙোনা লৈবিবা মরম্না পুন্নমকসি ঈশ্বরনি হায়না লৌগনি, অদুগাপুন্নমকপু নুংশিগনি অমসুং সেবা তৌগনি। মদুতনা ঈশ্বরবু নুংশিবগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা লম্বীনি। মতম পুন্নমক্তা, বারবসু নুংঙাইরবসু, ঐখোয়না ঈশ্বরবু কাউরোইদবনি। নুংঙাইরগা ঈশ্বরবু কাউথোকপা হৌনদে। ঈশ্বরগী বাখলদা লুপ্তুনা লৈরগা ঈশ্বরগী সেবাদা থবক খুদিংমক তৌরবদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবা ঙমগনি। ঐখোয়না ঈশ্বররোমদা খোঙকাপ অমা থাঙশিনবদা ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়রোমদা চেনশিল্লকনি। অশেংবা নুংঙাইবদি ঈশ্বরগা ঐখোয়গা নকশিন্নদুনা অমতা ওইশিন্নবদুনি।

ঐখোয়না বাখল-খনবা, থবক-ইনখাঙ তৌবা, লেঙ-ওৎপা, চখোক-চৎশিন তৌবা, বা-ঙাঙবনচিংবা তৌবা ঙল্লিবসি ইবুংঙো মহাক য়াওদনদি করিমতা ঙল্লোই। মসি ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু নুংশিবিবগী খুদমনি। অদুগা অমরোমদা অমুক, ঐখোয়না ঈশ্বরবু পূকচেল শেংনমক হেক নুংশিবা ঙল্লবদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী দূত ওইবা ঙল্লে ; ঈশ্বরগা অমতা ওইবা ঙল্লে । যীশু পোকপা মতমদা গুণ চেল্লবা মী অহুমখক ইবুংঙো মহাকপু য়েংবা লাকখি। মখোয় অহুম্না নৌনা পোক্লক্লিবা যীশুবু উবদা থোইদোক হেন্দোক্না নুংঙাইজরম্মী। অহানবা মীদুনা যীশুগী অপোকপী মমাদা হায়রম্মী ঃ "ইমা, ইমাদি ঈশ্বরবু য়াম্না নুংশিজবা নচা নুপা অমা পোক্লে, ইমাদি য়াম্না লাইবক ফরে।" অনীশুবা মীদুনা অমুক হায়রম্মী ঃ "ইমা, ইমাদি ঈশ্বরনা নুংশিবিবা নচা অমা পোক্লে।" অহুমশুবা মী অদুনা অমুক হায়রক্লম্মী ঃ "ইমা, নচা অসি ঈশ্বরগা করিমতা খেন্নদে, মান্নে।" বারোলশিংসিগী নুং-গী অর্থদি অসিনি ঃ ঈশ্বরবু থম্মোয়শেংনা নুংশিবা মহাকপুনা ঈশ্বরগী নুংশীরবা মচা ওইরে; মসিগী অমতা ওইবা ফীভম অসিবু খঙলবা মহাক অদুনা ঈশ্বরগা অমতা ওইরে।

অশেংবা লাইনীংবশিংনা লমহেনবা শা-কৈনচিংবশিংনা লৈবা উমং-বামংদা

লাইনীংদুনা মতম লেপ্লি। মখোয় মশেল শাগা মীগা নুংশিননা মরূপ ওইবগী মতৌদা লৈমিন্নে। লমলক্কী লমহেনবা শাশিংদুনা লাইনীংবশিংগী মফমদা অদুগা লাইনীংবশিংদুনা শাশিংগী মফমদা করিগুম্বা মখল অমগী অকায়বা নত্রগা অশোক-অপন অমতা পীনদে। অহিংসা হায়বসিদি মীওইবগী খ্বাইদগী হেন্না পাঙ্গল লৈরবা শক্তি অমনি। মসিদি শাগী শক্তিদগীসু হেল্লি অদুগা মীওইবা জাতিবু মাঙহনবা ঙম্বা খ্বাইদগী হেন্না শাথীরবা লালগী খুৎলায়দগীসু হেন্না মগুণ লৈ। অহিংসাগী মহৈঃদি মায়পাকপনি, অদুগা হিংসাগীনা মায়থীবনি। লাইনীংবশিংদু শাশিংগা থেংননবা মীরম্লেনগী ওইবা খুৎলায় অমতা পায়দে, অদুবু "জীব পূম্নমকপু নুংশিবা ঙম্বা" হায়বা অহিংসাগী খুৎলায় অদুখক্তনা লমহেনবা লম্লক্কী শাশিং অদুবু তেহনবা ঙমই। ঈশ্বরবু নুংশিবা ওইনা হিংসা তৌবা থাদোক্তুনা জীব পূম্নমকপু নুংশিগদবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবগী ব্রাখলনা থম্মোয়দুদা পীক থন্না লৈরবা মতমদা মীগা ঈশ্বরগা অমতা ওইশিন্নবা ঙম্লকই। ফীভম অদুদদি মীওইবনা তৌবা ঙম্বা থবকশিংদগী হেন্দোক্লবা থবক কয়া অমা মীনা তৌবা ঙম্লক্কনি। নুংশিবদগী অচুম্বা, অহিংসা অমদি শান্তি লাকই। "নুংশিবা" হায়বসিদি অচুম্বা, অহিংসা অমদি শান্তি পুদুনা চেনবা নুং-গী ঈচেল অমনি।

ঈশ্বরনা মাগী অনীংবা অমগী মখাদা জীব খুদিংমকসি মালেমসিদা থারকপনি। ঐখোয়না মালেমসিদা হিংদুনা লৈরিবসিদি চুম্লগী ঐখোয় ইশা ইশামক হিংননবখক্কীদমক্তা নত্তে। সমাজগী সেবা তৌবদা থব্রায়-হকচাঙ কল্থোকপখক্তনা পূন্সীগী থৌদাং ওইগদবনি। চাদুনা, থক্তুনা, তুমদুনা অমদি অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিং পেলহন্নবগী থবকশিং থিদুনা অবেস্লদা পূন্সী লেপ্থোক্তুনা লৈরবদি মীওইনা পোক্লকপগী অর্থ অমতা লৈত্রে, করি মতা কান্নদ্রে। ঐখোয়গী ইথৌদি ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাদা লৈরিবা লাইগী ওইবা ফীভমদু খঙদোক্লবা লাক্লবনি। ঐখোয়না অচুম্বা, নুংশিবা অমদি শান্তিগী মূলতত্ত্ব অদবু থবক ওইনা ওল্থোক্লবা লাক্লগদবনি অদুগা শন্দোক্লবা হোৎনগনি। অদুদগীদি ময়াম পুন্না অশেংবা নুংঙাইবদু ফংমিন্নগনি।

অশেংবা লাইনীংবা মী অমা ওইগে হায়রবদি ঈশ্বরগী য়াথং ইনগদবনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী লাইপাউবু শন্দোক্কদবনি। খুদোংথীবা কয়া কয়া থেংনজরবসু নিংথৌ হরিচন্দ্রনা অচুম্বদগী খোঙফম অমফাওবা লেঙখিদে। অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা মতম অনীমক্তা ঈশ্বরবু খক কাউদনা পূজা তৌগদবনি। ফীভম মতা ওইনীংবা অমা হেক্তা ওইজরবসু, অশেংবা ভক্ত অমনদি ঈশ্বরগীদমক্তা করিমতা অখাকপা লৈতনা লোয়নমক

কখোক্তুনা ঈশ্বরবু নীংজে। মহাক্না ঈশ্বরগী য়াথংবু খক হিক্তোক্তে। মরমদুনা ঈশ্বরনা মহাকপু ঙাকশেন্বি।

হৌজিক্কী মতমদা মী অয়াম্বনা মখোয় অমসুং মখোয়গী নুপী-অঙাংশিংখক্তা নুংঙাইনবগীদমক লল-থুম অমদি মিংচৎ তানবদা পূক্নীং-লূপ্নী, অদুগা মদুগী ফল ওইনা মখোয়না শান্তি ফংদে। সংসারগী লূদবা পোৎশিং ফংননবগীদমক্তা কনাগুম্বা অমনা মথব্বায়মক ফাওবা কখোকপা ঙম্বা য়াওই। মহাক্না ঈশ্বরগীদমক্তা মথব্বায় অদু কখোকপা ঙন্নম্নবদি, মানা ঈশ্বরগী ঙমখৈ নাইদবা থৌজাল অদু শোয়দনা ফংবা ঙমগদবনি। হৌজিক মালেম অসিদা শান্তি লৈত্রে। মসিগী মরমদি মীশিংনা নুংশিবা খঙনরক্তবা, পাপ তৌবা কিনরক্তবা, পৈশাবু নত্রগা লল-থুম্বু ঈশ্বর ওইনা পূজা তৌনরকপা অমসুং শা-ওন্সিল্লকপনচিংবশিংসিননি। মীশিংগী মফমদা লৈগদবা কখোকপগী পূকচেল অদু মাঙখ্রে। মীশিংনা অচৌ-অচৌবা অমদি ফজ-ফজরবা য়ুম-কৈশিং শাই, অদুগা মখোয়দুগী পীকপ্রবা কাচিনশিংদা ঈশ্বরগী লৈফমশিংনি হায়না মফম খাক্তুনা থমনৈ। অদুবু ঈশ্বরগী অশেংবা লৈফমদি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদনি।

ঐখোয়গী হকচাঙ নত্রগা ইন্দ্রিয়শিং অসি ঈশ্বরনা ইবুংঙো মহাক্কী সেবাগীদমক্তা শীজন্ননবা ঐখোয়দা পীনবিরকপনি। ইন্দ্রিয়শিংবু মপানলোমদা অরেম্বদা চৎখিদনবা খুদুম চন্দুনা থন্নগা ঈশ্বরগী সেবাদা পুশিল্লকপা হায়বা অসি খ্বাইদগী ৱাংবা "কখোকপা" মখল অমনি। মসিনা ইন্দ্রয়-খুদুম -চল্লিবা মহাক অদুবু অমরগী লম্বীদা লমজিংই। অরৈবা লল-থুম নত্রগা তাইবংগী পোৎশিং কখোকপখক্তনা অশেংবা "কখোকপা" হায়বদু ওইবা য়াদে। ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিংদু ঈশ্বরগী সেবাদা কখোকপনা খ্বাইদগী হেনবা মকখোক্লি। কখোকপতনা ঈশ্বরগা মীগা অমতা ওইসন্নহনবা ঙম্মি। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী থম্মোয়গী অশেংবা অদুতবু য়েংই। ঐখোয়গী জাৎ, লল-থুম, শক্তি অমসুং মিংচৎপু য়েংদে। কনাগুম্বা অমনা চৎলিবা ধর্ম্মদুগসু ইবুংঙো মহাক্না মরী লৈনদে, মানা করি খল্লিবগে হায়বদুগদি মরী লৈনৈ। ইবুংঙো মহাক্না অশেংবা থম্মোয়খক্তবু পামই, লল-থুমনচিংবা মীরম্লেনগী পোৎশিংবু পামদে।

কখোকপগী পূকচেল চেন্দ্রবা মীদুগী পূম্নী অদুদি অর্থ লৈতে, কান্নদে। অতোপ্পশিংবু সেবা তৌনবগীদমক্তা অমসুং মীওইবা সমাজগীখক্তা নত্তনা অতোপ্পা জীব মখল পূম্নমক্কী নুংঙাইয়াইফবা পুরক্নবগীদমক্তা থব্বায়মকফাওবা কখোক্নবা যোগী অমনা

শেম-শাদুনা লৈ। পৃথ্বী হায়বসিদি অচৌবা লাম্ছেং অমনি ; ধর্ম্মগী অকারম ফংননবগী অফবা তাঞ্জা অমনি ; মসিদা ফিদম অমা মায়পাক্না থমহৌগদবনি।

লুহোংবা, অঙাং-পোকপা অদুগা মদুদা পুন্দুনা লৈবনা মীওইবগী অশেংবা পৃথ্বী নত্তে। লল-থুম য়াম্না লৈ নত্রগা শক য়াম্না ফজৈ নত্রগা চারোল-শুরোল য়াম্না লৈ নত্রগা মথোং-কারকপা মতাংনি হায়দুনা চাউথোকফদে। মখোয় অদুদি মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না মীংকুপ অমদা মাঙখিগনি। মপাম্ছোংগী ঈথক-ঈরাংদা তাউরোইদবনি। ঐখোয়গী থবক খুদিংমক অফবা ফিদম অমদা যুম্ফম ওইহনগা তৌগদবনি , অদুগা ঐখোয়গী পৃথ্বীবুসু ফিদম্নফম অমা ওইহন্নবা লাক্লগদবনি। ফিদম্নফম ওইবা পৃথ্বীদি ঐখোয় পুম্নমক্কী হৌবকফম অমসুং হল্লগা থুংফম ওইরিবা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা অসুম অসুম চঙশিনবদুনি। মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু নুংশিসি, ঈশ্বরবু খৌরাংদুনতা লৈবা ঙম্নবা লাক্লসি। কখোকপগী পূকচেলগা লোয়ননা ঈশ্বরবু পূজা তৌসি। অদুদগীদি ঈশ্বরগী খৌজাল হৈথবিরক্কনি। ইবুংঙো মহাক্কী খৌজাল হেক ফংবদা, গ্রহ পুম্নমক ঐখোয়গী মীচংদা লাক্কনি।

*ওঁ, শান্তি, শান্তি, শান্তি।*
*হকচাঙগী, পুক্নীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

*ইবুংঙো নহাকপু খূরুমজরি, লীশিংলক খূরুমজরি; হন্না হন্না খূরুমজরি। পূরুমজরি ইবুংঙো নহাকপু মাঙলোমদগী, পূরুমজরি ইবুংঙো নহাকপু তুংলোমদগী অমসুং পূরুমজরি ইবুংঙো নহাকপু মায়াকৈ পূম্বদগী, হে ইওইদ-ওইব ও! নতিকপু ওনঙমদবা, তোগেদা ননীং ওইবা ঈশ্বর ইবুংঙোনি নহাক্তী! ইবুংঙো নহাক্না পূম্নমকসিদা শীন-থুংনা লৈবিরি, অদুগা মতৌ অসুম ইবুংঙো নহাক্তী পূম্নমক্কী মশক ওইবিরি!*

*ইবুংঙো নহাক্তী অচৎপা অমসুং চত্তবা পূম্নমক্কী মপানি, পূম্নমক্কী ঈড়াৎনফম মকোক্নি অমসুং আথোইবা গুরুনি। ইবুংঙো নহাক্না মান্নবা কনামতা লৈতে। ..... মরম অসিনা, এনা নোঞ্জরি অদুগা ইবুংঙো নহাক্কী মাঙদা ইশা অসি শাংদ্রাং-শাংনা তিংথোক্তুনা খূরুমজরি অমসুং নহাক্কী থোজাল নিজরি, হে ঈড়াৎনীংঙাই ওইবা ইবুংঙো! মপানা মচাগী মফমদা, মরূপ্না মাগী মরূপকী মফমদা অদুগা নুংশিরিবা মীনা মাগী নুংশিবা অমগী মফমদা থোজালবিবগুম এঙোন্দসু চানবীয়ু, হে ঈশ্বর!*

*-শ্রীমদ্ভগবদ গীতা*

# অনী

## ঈশ্বরবু খক কাউগৎমসি

কলি যুগ অসিদদি মীওইবগী পৃক্সী অসি য়াম্না তেল্লে, অদুগা তৌগদবা থবক্কা য়াম্না য়াম্মী। মীৎকুপ খুদিংগী ঐখোয়গী পৃক্সীদি অসুম অসুম তেনশিল্লকই, অদুগা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌদি তৌহৌদে। মী অয়াম্বনা মখোয়গী পৃক্সীগী অশেংবা মথৌদু খঙবা ঙমদ্রিইঙেদা পৃক্সী লোমখিবনা হানবা ঙাক্তনি। ঙসি শিনি নত্রগা হয়েং শিনি হায়বা কনামতনা খঙবা ঙমদে। মরম অদুনা মতম য়ৈথোকপা তৌদনা ঐখোয়না হেক্তা ঐখোয়গী পৃক্সীগী অথৃপ্পা অদু থিফম থোকই। ঐখোয় কনামতনা মতৌ করম্না শিগনি, করম্বা মফমদা শিগনি, অদুগা করম্বা মতমদা শিগনি হায়বদুমদি খঙদ্রে। ফনা বুদ্ধি লৈবা মী অমা ওইগে ওইজসনু নত্রগা ফনা মশা ফবা মী অমা ওইগে ওইজসনু নত্রগা ফনা ফম অচৌবা পায়বা মী অমা ওইগে ওইজসনু নত্রগা ফনা ধর্ম্ম লৈবা মী অমা ওইগে ওইজসনু মহাক্না শিবদগী নাম্থোক্তুনা চেনবদি ঙম্লরোই। অদুবু ঐখোয়গী পৃক্লীং অসিনদি ঐখোয় শিরগা ঐখোয় লোইরবনি হায়বসিমদি শুকয়া-য়ানীংদে। অহৌবা নত্রগা পোকপা নাইরিবা খুদিংমকসি শিগনি হায়না উপনিষদনা হায়রি। মসিমদি নাম্থোকপা য়াদ্রবা অচুম্বনি।করিগী ঐখোয়না শিরিবনো ? ঐখোয়না পোক্লকপগী ঐখোয়না শিরিবনি। শিরিবসি হকচাঙ'দুনি, আত্মা নত্তে। ঐখোয়গী হকচাঙনা শিজবনি, ঐখোয়দি শিদে। ঐখোয়দি আত্মানি। আত্মাদি শিবা নাইদে। আত্মাদি ঈশ্বরনি।

ঐখোয় পৃম্নমক আত্মাদগী লাকই অদুগা আত্মাদা হনগনি। পোকপনা অহৌবা নত্তে, অদুগা শিবনা অরোইবা নত্তে। পোকপা অমসুং শিবা নাইরিবা হকচাঙনা অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা অদুম থেংনগনি। পোকপসু অৱাবনি, শিবসু অৱাবনি। ৱারিবদু হকচাঙনা ৱাবনি; আত্মাদি নুংঙাইদুনতা লৈ। ঐখোয়দি ঈশ্বরগী নত্রগা নুংঙাইবগী মচাশিং ওইবনিনা নুংঙাইবা পাম্মি। ঐখোয়দি শিদবগী মচাশিংনিনা শিদে, অমরনি। মসিগী অমর ওইবগী

লম্বীসি থিবা তাই। অচুম্বা লীচৎ-শাজৎ চৎলগা অমরগী লম্বী ফংগনি। অমরগী লম্বী হায়বদি অচুম্বা লম্বী হায়বনি। ধর্ম্ম কায়দবা, লমচৎ-ফবা, মীচং-মীখায় নাইদবা, নুংশিহৈবনচিংবা অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইবা গুণশিংসি য়োকখৎকদবনি। অচুম্বা লম্বী অসি ফংননবা হোৎনরকপদা অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, য়েংথীবনচিংবা ফত্তবা পৃক্লীং-ঈহুলশিং অসি লৈহল্লোইদবনি। অওইবা পৃন্সী হায়বদুদি শিরতুংদা লাক্কদবনি। মদুদি ঈশ্বরগা অমতা ওইনা লৈমিন্নবগী ফীভম অদুনি। মীওইবনা ফীভম অদু ফংবা ঙমই। ঐখোয়না হৌজিক মীওইপোক্তা পোকচবা ফংলিবসি ঈশ্বরগী থোইদোক হেন্দোক্লা মমল য়াম্লবা খুদোল অমনি। মসি ঐখোয়না অরেম্বদা খক মাঙহল্লোইদবনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী পৃন্সীদা ফংলিবা মীৎকৃপ খুদিংমক মাঙহনবা তৌদনা নিংথিনা শীজন্নসি। মদুতনা অমর ফংবগী লম্বী অমা ওইগনি। পৃম্নমক্কী মপুসু ঈশ্বরনি, অদুগা থবক পৃম্নমক তৌরিবসিসু ঈশ্বরননি। “ঐখোয়না থৌবুনি” হায়বা অরানবা ৱাখল অসি থাদোকপা ঙম্নবা লাক্লসি। ঈশ্বরবু নীংলগা ঈশ্বরবু খঙনবা লাক্লসি। সংসারগী পোৎশিংবু য়াম্না পামশিল্লুরবদি কনামতনা লাইনীং লম্বীদা লাকপা ঙল্লোই। সংসারগী মোৎলবা ঈপাক্তা লৃপ্তুনা লৈরগা অশেংবা নুংঙাইবদু খক ফংবা ঙল্লোই। ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা মায়-ওন্সনসি, ঈশ্বরবু থাজসি, ঈশ্বরবু নুংশিসি। ঈশ্বরবু অসুম অসুম নুংশিবা হেল্লকপগী মতুংইন্না সংসারগী পোৎশিংবুসু অসুম অসুম কাউথোক্লক্কনি।

ঐখোয় ধর্ম্ম লৈগদবনি। ধর্ম্ম লৈত্রবদি ঐখোয় মী নত্তে। অতোপ্পা মীশিংদা অমদি শানচিংবা অতোপ্পা জীবশিংদা অৱা-অনা থোকহনগদবা থবক অমতা তৌদনবা ধর্ম্মনা ঐখোয়দা পারা কয়া তম্মী। ধর্ম্মনা পৃন্সীগী অর্থ খঙহল্লি, পৃন্সীগী অশেংবা পন্থুং উৎপী, অদুগা পন্থুংফম অদু করম্না য়ৌগদগে হায়বগী মঙালদুসু পীবি। হৌজিক্তি মীওইবগা ধর্ম্মগা শেত্তোক-খায়দোক্লবগুম তৌগ্রে, অদুগা মীওইবা জাতিসে মীওইবগী লীচৎ-শাজৎ চত্তদুনা হিংচাবগী জাতিদা তিনগ্রে। মীওইবনা মীগী শঙংদা লৈজরবসু শাগী গুণশিং চেন্দুনা শাগী লীচৎ-শাজৎ চৎগ্রে। ঐখোয়না জ্ঞান তাদবমখৈ কান্নদ্রবা পৃন্সী খুৎলেন অমা লেল্লে। মদুননি ঐখোয়না অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া থেংনদুনা শান্তি ফংবা শুকঙম-ঙমদ্রিবসে।

লল-থুম লৈরগা লোইরে নত্রগা শক ফজরগা লোইরে হায়দুনা ধর্ম্ম য়েংদবমখৈ মশাগী ওইজবা থিবনা পৃন্সীগী য়ুম্ফম ওইনরে, ইন্দ্রিয়শিংগী মনাই ওইবনা নুংঙাইবা

ওইনরে, ঐ মণ্ডাইরে হায়না উৎপনা হৌজিক মতমগী চৎনবী ওইনরে, নাপলদা তোংদুনা চৎপনা হৈনবী ওইনরে, অদুগা য়া-কন্না-ঙাণ্ডবনা অণ্ডস্বা শক্লরে। মখোয়সিদি ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী ওইবনি। মখোয়দুদগী ফংলকপা শেংদবা নুংঙাইবদুদি নুংঙাইবগী শকফম লৌবা অৱাবনি। মখোয়শিংসিনা মরম ওইদুনা শান্তি লৈত্রে। ঐখোয়দা শান্তি লৈত্রবদি ঐখোয়না অতোপ্পদা শান্তি পীবসু ঙম্লোই। চিংনবা অমসুং অকিবনা ঐখোয়দা অৱাবা পীরে। থাঙ্গেশেংনমক হায়রবদা মালেমসিগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসিদি কিনঙাই অমসুং পূক্নীং থুক্কৎনঙাই ওইরে। ঐখোয়না চৎলু-চৎলুবা অমদি য়েংঙু-য়েংঙুবা মায়কৈদা অকিবগী অকিবা অমদি চিংনবগী চিংনবা ঙাক্তা ঙাইস্রে। য়ুমদবু লৈরবসু মপান্দবু থোক্লবসু অকিবনা নৈসন-নৈসন্দুনা লৈরে। নোংপোক্তবু ওইরো, নোংচুপ্তবু ওইরো, অৱাংদবু ওইরো, মখাদবু ওইরো, মালেমগী মফম পূম্নমক্তা ধর্ম্মগী মমল অমতা লৈরক্তে, অদুগা মীয়াম্না মশাগী ওইজবা থিবগী মায়কৈরোমদা ওন্সনস্ত্রে। হিংসা তৌবা, ময়াইকাবা হীদাক শীজন্নবা অমসুং অতোপ্পা মখল মখলগী পাপশিং তৌবনচিংবা ময়াম অমা নুমিৎ খুদিংগী অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। পূম্নমক অসি ধর্ম্মনা লৌখা তারকপা অমসুং লূদবা লমচৎ শাজৎ চৎপনা থোকহল্লকপনি। হৌজিক্কী মতমসি য়াম্না চিরবা মতমনি। ধর্ম্মবু তঙাইফদনা য়োকখৎপা দরকার ওইরে। ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্লগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা থিন্থবা তৌদনা চঙশিল্লসি।

মীওইবা জাতিগী তুংগী আশাদি নহারোলশিংগী খুত্তা লৈ। মখোয়না হিমায় চুম্নবা নৌ-য়াওদবা হিগুম ওইরোইদবনি। মখোয়না মশা মশাবু অমদি ঈশ্বরবু থাজগদবনি। মখোয়না মশা মশাবু থাজবা হেক ঙম্লবদি ঈশ্বরবুসু থাজরে হায়না লৌবা য়ারে ; মরমদি মশা মশাদু ঈশ্বর মশামক্কি। মসিগী থাজবা মখল অসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা মথাজনি। মখোয়না ফংবা ধর্ম্মগী মঙালখক্তুনতা হৌজিক হৌজিক মীওইবা জাতিদা অৱাবা পীরিবা সমস্যাশিংসিবু কোকহনবা ঙমগনি। অদুবু লাইবকথীবদি হৌজিক্কী নহারোল ওইরিবা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা মখোয়দা ঈশ্বরনা পীবিরকপা শক্তি অয়াম্বা পরিক্ষা পাশ তৌনবখক্তদা শীজন্নরে। মদুনা মখোয়দা করি কান্নরিবা ? হকচাঙ-মাঙবা অদুগা মফম খুদিংমক্তা অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা উবা নত্রগা শুকখণ্ড খণ্ডদবা নত্তনা অতৈ করিমতা ওইদে।

হৌজিক্কী মতমগী ওজাশিংসু পরিক্ষাদা করি করি হংলকপা য়াবগে হায়বদুখক্তদা ছাত্র-ছাত্রিশিংগী পূক্নীং চিংশিল্লি। তৌববুদি, পৃথীগী কান্নগদবা বিষয়শিং নৈনবা তারবসু ছাত্র-ছাত্রিশিংনা মদু তানীংদে। মমা-মপাশিংনসু মচাশিংনা পরিক্ষা পাশ তৌরকপা অদুখক্তবু

খল্লি, অদুগা মচাশিংগী হকচাঙ নত্রগা লীচৎ-শাজৎ নত্রগা থাখলগী মওং অদুগীদমক্তদি থৌশা-থাশারুদে। মখোয়দুগা শিক্ষাগা মরী লৈহন্দ্রে; দেষা-উপায় অমা তৌদুনা পরিক্ষা পাশ তৌরগা সার্টিফিকেট ফংবদুখক্তগা মরী লৈনরে। মদুগী মথক্তসু মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু অচৌবা মীশিংতমক ওইহন্নীংই। মচাশিংবু অফবা মীশিং ওইহন্নীংবা মমা-মপাদি লৈত্রে হায়বা য়ারে। হৌজিক মালেমসিদা অচৌ-অচৌবা মী য়াম্না লৈরে, অদুবু মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা থবক তৌবা অফবা মীদি থিবদা য়াম্না থানা থোকই। য়ুমগী অশেংবা লৈতেংদি য়ুমগী মপাম্থোংগী ফজবনা ওইদে ; য়ুমদা লৈরিবা অফবা মীদুনা য়ুমগী অশেংবা লৈতেং ওইগনি। মালেমসিদা ফজ-ফজরবা য়ুম-কৈনচিংবা শাগৎলগা মালেমসে য়াম্না ফজরে হায়বা য়াদে। মীশিংনা মপাম্থোংগী ফজনবা হোৎনবদা নুং-গী অশেংবা ফজববু পূমকাউ-কাউথোক্লবদি মালেমসি শান্তি লৈতদুনা মৃৎখিবা য়াবগী অকিবা লৈ।

মালেমদা শান্তি পুরক্লবগীদমক্তা মরুওইনা নহারোলশিংনা অচুম্বা থা ওাঙগদবনি, "নুংশিবা"বু য়োকখৎকদবনি, অমদি ঈশ্বরবু চেৎনা থাজগদবনি। লাইবকথীবদি, হৌজিক্কী লাইরিক তম্ফমশিংদা তোঙান তোঙানবা বিষয় কয়া হাংদোক্লবসু বিষয় খুদিংমক্কী য়ুম্ফম ওইরিবা বিষয় অদুগী মরমদদি করিমতা খন্থনদে। আত্মা-বিদ্যানা শিক্ষা পূম্নমক্কী য়ুম্ফম ওইগদবনি। মসিনা মহাসাগরনি, অদুগা অতোপ অতোপ্পা শিক্ষা মখলশিং অদুনা মহাসাগরদা চেন্থরক্লিবা তুরেল মচা-মচাশিংগুম্বনি। আত্মা-বিদ্যাগী মকদ-মরু ওইবা মচলদি ঈশ্বরবু থাজবা অমসুং কখোকপনি। মাসেমসিদা লৈরিবা সমস্যা কয়া অসিগী মরমদি ধর্ম্মগী ওইবা মতা অদু লৈতবদগীনি, শিক্ষাদা আত্মজ্ঞান পুরক্লবা বিষয় য়াওদবদগীনি।

শিক্ষা হায়বসিদি লাইরিক্তগী ফংলকপা জ্ঞান অদু নত্তে ; মশা মশামক্ল থেংনরগা খঙলকপা অদুনা খুৎলায় অমা ওইরগা ফংলকপা জ্ঞান অদুনি। ঐখোয়গী লাইরিকতম্ফমশঙশিংসিদি "মীনাইশিং পুথোক্লবগীদমক্তা লৈবা কারখানাশিংনি" হায়নরিবসিদা অচুম্বা য়াওদবা নত্তে। স্কুল নত্রগা কলেজ শিক্ষানা হৌজিক হৌজিক থবক্তা থবক ওইনা উত্তুনা পৃথীদা করি কান্নহল্লিবগে? কান্নহনবগী মহুত্তা অমাঙ-অতা কয়া অমা থোকহল্লি। ধর্ম্মবু নত্রগা ঈশ্বরবু নত্রগা আত্মাবু থাজদবা, মজাতিবু নুংশিদবা, লীচৎ-শাজৎ চুমদবা অমসুং হিংনা হিংনা শিবনচিংবসে হৌজিক কালগী লাইরিক হৈরে হৈরে হায়রিবা মীওইশিংদনা অয়াম্বা থোকই। ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইদবা শিক্ষা অদুদি কান্নদবতা নত্তনা পূম্নমক্কী ওইনা খুদোংথীনীংঙাইনি।

মীওইবনা হৌজিক হৌজিক অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া অমা থেংনরিবসিদি ধর্ম্ম নত্রগা আত্মজ্ঞান লৈতবদগী থোকপা ঙাক্তনি। মরমদুনা পৃথ্বীগী খ্বাইদগী মরুওইবা হীরমশিংদা মুন্না খন্থদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু খঙননবা লাক্লবদা খুমাঙ-চাওশিনগদবনি। ঐখোয়না করিগীদমক্তা মীওইনা পোক্লক্লিবনো? মীওইবা সমাজসিগী মনুংদা ঐখোয়গী লৈফম্না কদাইদনো ? ঐখোয় কদাইদা চৎলিবনো ? ঐখোয়গী পৃথ্বীগী পান্দমদুনা করিনো ? ৱাহংশিংসিগী পাউখুমশিংদুনা থৃপ্পুনা লৈরিবা ঐখোয়গী জ্ঞানবু য়াকাইহনগনি, অদুগা ঐখোয়বু মালেমসিদা হিংদুনা লৈরিঙৈ মতমদা অদুগা শিরতুংদসু শান্তি ফংহনগনি। অচুম্বমক হেক হায়বা তারবদি , মীওইবগী কাঙলূপ অসিবু মাঙখিগদবদগী কলহৌগে হায়রবদি হৌজিক মতমগী শিক্ষা অসি আত্মাগা মরী লৈনবা নত্রগা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা বিষয়শিংদা খর কন্না মায়ওক্সনবা দরকার ওইরকই। লাল তৌবা, মী কিহনবা, ময়াইকাবা হীদাকশিং শীজন্নবা, শাথীরবা লায়না কয়া থোক্লকপা, মহৌশাগী খল কায়থরকপনচিংবনা মীওইবগী পৃথ্বীদা ধমকা তৌরিবা সমস্যাশিংসিবু ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা পৃথ্বীগী নোমনা অদু পাম্না লৌবতনা কোকহনবা ঙমগনি। থৱায়-পানবা পৃম্নমকসি অমতনি হায়বা অশেংবা ৱাখল অসি ঐখোয়দা লৈরবদি, হৌজিক মতমগী খৎন-চৈনবা, য়েৎনবা, হাৎন-শুনবা, হিংসা-তৌবা, অসিনচিংবশিংসি লৈরোই।

শিক্ষানা অশেংবা পৃথ্বী অমা পীবা ঙম্মী। হৌজিক্কী লাইরিক হৈবশিংসিদি লাইশু খঙদে, অশেংবা পৃথ্বীগী অশেংবা নুংঙাইবদু খঙদে। মখোয়না সমাজগীদমক্তা কান্নবা পুরকপা ঙমদে। সমাজ হায়বসিদি ঈশ্বরগী শরুক অমনি, ঈশ্বরনি। সমাজগী য়েক্লবা ওইরবা মহাক অদুদি ঈশ্বরগীসু য়েক্লবা ওইরবনি। সেবা তৌবা হায়বা অসি ঈশ্বরবু পূজা তৌবনি। ঐখোয়না জীবশিংবু সেবা তৌবা ঙম্লবদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু পেলহনবা ঙম্লবনি। হৌজিক্কী মতমগী শিক্ষা মওং নত্রগা পথাপ অসিনা মীশিংবু ইন্দ্রিয়শিংগী মনাইশিংখক্তা ওইহল্লি, অদুগা সেবাগী নত্রগা নুংশিবগী ৱাখল অমতা লৈহন্দে। অসিগুম্বা মীশিং অসিনা সমাজবু নত্রগা ঈশ্বরবু করম্না সেবা তৌবা ঙমগনি ? মখোয়দি ঈশ্বরবু কাউথোকখ্রবনি।

জাতি অমনা অশেংবা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংগে হায়রবদি জাতিদুনা ধর্ম্মরোমদা নত্রগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা মায়-ওক্সনবা তাবনি। মীরম্লেনগী পোৎশিং ফংননবা হোৎননবদা মীনা মীবু মাঙহল্লরে। তাইবংগী তুং-কোয়দবা পোৎশিংনা ঐখোয়দা নুংঙাইবা নত্রগা শান্তি পীবা ঙম্লোই। মখোয়দি অওইবা নত্তে, মায়নি। শান্তি অমসুং নুংঙাইবা হায়বা মখোয় অনী অসিদি ঈশ্বরদা লৈ, ঈশ্বরদগী ফংগদবনি। মরমদুনা মখোয়বু





ফংননবা ঈশ্বরবু নীংগদবনি। অদুগা অতে অতোপ্পা সংসারগী পোৎশক অমা অমা ফংননবা ঈশ্বরদা হায়জরোইদবনি। নুংশিবা অমসুং শান্তি ফংলবদি আনন্দ ফংলবনি, আনন্দ ফংলবদি ঈশ্বর ফংলবনি। ঈশ্বর ফংলবদি পূন্নমক ফংলে, ফংদবা পোৎ অমতা লৈত্রে। মালেমসিদা লৈবা খ্বাইদগী ইনাক-খুনবা মীশক অমনা চীঙজাওশিং, মহাসাগরশিং, অতিয়া, নুংশিৎ, নুমিৎ-থানচিংবগী মপু ওইবা ঙমদে, অদুবু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মহাক অদুদি মখোয়শিংদুতা নত্তনা জগৎসিদা লৈরিবা পূন্নমক্কী মপু ওইবা ঙমই। মরমদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরগা অমতা ওইবা ফীভমদু য়াম্না থৌরাংনা পামগদবনি, অদুগা অতোপ্পা হুম্থু-হুম্থবা অপাম্বশিংদুদি করিশু কান্নদে হায়দুনা থাদোক্কদবনি।

জগৎসিদা ঈশ্বরদগী হেনবা কনামতা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্কী ওইবা ফীভমদু খঙলগা ঐখোয়না অশেংবা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি অদু ফংগদৌরিবনি। মদুবু খঙগে হায়রবদি ঐখোয়গী নুং-দা লৈরিবা লাইগী ওইবা অশেংবদু খঙদোক্কদবনি। অদুবু চীন্দা থুম থল্লগা অথুম্বগী মহাও খঙবা ঙম্লোই। অহানবদা থুম থল্লিবা চীন অদু ঈশিংনা শেংনা তেংথোক্লগা অথুম্বা চারবদি অথুম্বগী মহাও অদু খঙবা ঙমগনি। সংসারগী অপাম্বশিংসিদি থুমগা মান্নে। অপাম্বশিংদুবু থাদোক্লবা মতুংদতা ঐখোয়না ঈশ্বরবু খঙবা ঙমগদৌরিবনি। ঐখোয়না কল্লক-মিহৌবা, য়েংথীবা, অশাউবা, নাপলনচিংবা ময়ামসে থাদোক্লগা থম্মোয়-শেংদোকপা ঙল্লবদি পূন্নীগী যুম্ফম ওইরিবা অচুম্বা হায়বদু খঙবা ঙমগনি। সংসারগী অপাম্বা পূম্বা থাদোক্লবা, ফংনীংবগী অপাম্বা লৈত্রবা, মশাগীনি হায়বা খ্বাখল য়াওদ্রবা অমসুং ঐনা মহেল্লে হায়বা নাপল লৈত্রবা মহাক্তুনতা পূন্নীগী অশেংবা নুংঙাইবা অমদি শান্তি ফংগনি। মসিদি ঈশ্বরগী ফীভমদুনি। অমরোমদা হায়রগনা মসিদি মায়াগী লাংদগী লাম্থোক্লবা হায়বদুনি।

হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয় মীওইবনা মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তিশিং অসি মথং মথং পুথোরক্তুনা অথিংবা লৈতবমখৈ ইশা ইশা নুংঙাইনবখক্কীদমক্তা মখোয়বু খুদুম চন্দুনা থল্লি। মদুগী ফল অমা ওইনা মহৌশাগী খল অসুম অসুম কাইশল্লকই। মরম অদুদগীনি ঐখোয়না মালেমসিদা ঈকং, ঈশিং-ঈচাউ, যুহারহাবা, অসিনচিংবা অকিবা ফংলবা খুদোংথীবা কয়া থেংনরিবসে। করিগুম্বা শক্তি অমবু হেন্না শীজন্নথোকপ্লবদি অতোপ্পা মায়কৈ অমরোমদা অকায়বা লাকপা হায়বসি শোয়দ্রবনি। প্রকৃতিবু কা হেন্না মথোং-মরম খঙদনা শীজন্নরবদি, প্রকৃতিনা শোয়দনা শাউরক্কনি, অদুগা ঈশ্বরনসু তুমিন্না লৈথোক্রোই। মীশিংনা থাগৎনঙাই ওইবা অফবা থবক্কী মহেঃ চাবা পাম্মি, অদুবু মখোয়না অফবা থবক

অদুদি তৌদে। মখোয়না পাপকী মহৈঃ চনীংদে, অদুবু পাপকী থবকশিংদি নীংঙক-নীঙকপদা তৌরি। মরম অদুনা মখোয়গী পৃথীদি মখল মখলগী অৱাবা অমদি খোইরাংবনা পীক থল্লি। অৱাবা ফীভম অসিদগী নাম্থোক্কে হায়রবদি মপাম্থোংগী অরঙ-অরাকশিংদা লাকঙম-ফাঙমদবমখৈ কোইচৎ-চত্তুনা লৈরিবা পৃক্লীংবু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা পুশিল্লকপা তাই।

হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐখোয়দি ইশানা ইশাবু থাজবা ঙম্লদ্রে। ইশাবু থাজবা হায়বসিদি আত্মাবু নত্রগা ঈশ্বরবু থাজবা হায়বনি হায়বসি খঙনদ্রে। মরমদুনা অফবা থবক তৌবা পাম্লরবসু তৌনদ্রে, হোৎনফম থোকপদুসু হোৎনদ্রে , অশম্বা লশ্বী চৎলগা থবক্কী ফল অদু য়াম্না থুনা পাম্লরে। মদুদবু ঈশ্বরনা ঐখোয়দা খক মতেং পাংলকপা হৌনদে। হোৎপু হেক হোৎনদ্রবদি ঈশ্বরগী মতেং খক লাক্লোই। লাল্লিবদি ঐখোয়নি ; ঈশ্বরদা করিগুম্বা মখল অমগী দায়ী অমতা ইল্লনবা হৌনদে। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মতেং নত্রগা থৌজাল ফংনবা হোৎনদ্রিঙৈগী মমাংদা ইবুংঙো মহাক্না পীবিরকপা পাঙ্গল অমদি লৌশিং অদু হান্না শীজন্নদুনা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌ অদু নিংথিনা পাঙথোক্লবা কন্না হোৎনগনি , অদুগা মদুগী মতুংদা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা মতেং শোয়দনা পীবিরক্কনি। মসিদা করিমতা চিংননীংঙাই লৈতে।

ঈশ্বরনা পীবিরকপা লৈয়েং অসি ঈশ্বরগী অশেংবা অমসুং অথুম্বা মিংলেন অদু শোনবদা, অচুম্বা ৱা থোৎনা-নৌনা ঙাঙবদা অমদি অশেংবা চীঞ্জাক চাব-থকপদা শীজন্নগদবনি, অদুগা মীৎপুনা ঈশ্বরগী ফজখ্রবা মওং-মতৌশিং, ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অমসুং ঈশ্বরগা মরী লৈনবা মফমশিং অমসুং পোৎশিং য়েংবদা শীজন্নগদবনি। নাকোঙনা লাইশোল-ঈশৈশিং অমদি ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ৱারী-লাইরিকশিং তাগদবনি। ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংসি ঈশ্বরনা ঐখোয়দা ফিদম্নফম ওইবা পৃথী অমা লেন্ননবা হোৎনবদা শীজন্ননবা পীবিরকপনি। অফবা য়েংসি, অফবা ৱাখল খনসি, অফবা ৱা ঙাঙসি, অফবা ৱা তাসি, অফবা থবক তৌসি অদুগা অফবা ওইসি। অৱাবনা পীক থল্লবা তাইবং অসিদা অমুক হন্না পোক্লক্তনবা ঈশ্বরদা হায়জসি। ঈশ্বরবু শেংনা নুংশিরগা লোইরে ; অদুদগীদি ঐখোয়গী নীংবা পূম্নমক থুংগনি। ঈশ্বরদা পূম্নমক লৌইনা কখোক্লগা ঐখোয়গী অৱাৎপা করিমতা লৈতনবা লাক্লসি।

ঈশ্বরগা ঐখোয়গা লৈনরিবা তৎন-থানবা য়াদ্রবা অচুম্বা মরী অদু খঙদোক্লুনা নিংথিনা থম্বা ঙম্নবা হোৎনসি। থম্মোয়দগী হৌরক্তনা চীম্বানখক্তদগী ইবুংঙো মহাক্কী

মিংলেনবু (নাম্বু) শোল্লগা লাইনীংবনি হায়দুনা মপাম্ছোংদা উৎপদি তাৎনি, লাইনীংবা মালহনবনি। উচ্চনীংদুনা পগুউৎ-উৎপনা খক য়ারোই। পূন্নমক অরেম্বা ওইগনি। ভক্তি হায়বদুদি থম্মোয়দগী হৌরক্কদবনি। মসিদি নুপী-অঙাংশিংদগী হেন্না পাম্না ফীভম অমসুং মতম পূন্নমক্তা ঈশ্বরগী ৱাখলদা থৱায়-লূপ্না হায়বদুদিন। রাবণ লাই য়াম্না নীংখি, অদুবু মানা থম্মোয় নত্রগা থৱায় য়াওনা লাই-নীংখিদে। মরম অদুনা মহাকপু হিংচাবনি হায়না খঙনৈ। অদুম হায়না ঐখোয়সু থৱায়-য়াওনা লাইনীংদ্রবদি রাবণগী শাগৈদা তিনবা তাবনি।

ঈশ্বরনা মীওইবা ঐখোয়দা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনচিংবা মমল নাইদ্রবা খুদোল কয়া কয়া পীবিরি। লাইবকথীবদি ঐখোয়না মসিগীদমক্তা ঈশ্বরদা তৌবীমল খঙবা করিমতা উত্তে। ঐখোয়না মৈগী নত্রগা ঈশিংগী খাজনা সরকারদা থীরি, অদুবু মালেম্সু ঙালহল্লিবা নুমিৎ-থাগী মঙা ল পীবিবগীদমক্তা ঐখোয়না মমল ওইনা ঈশ্বরদা করি পীরিবগে ? মঙাল অদু ঈশ্বরগী খুদোলনি। অদুগা ঈশ্বরনা নোংসু তাহল্লি, নুংশিৎসু শীৎহল্লি, অসিনচিংবা। ঈশ্বরনা লেম্না পীবিরকপা খুদোলশিং অসিগীদমক্তা ঐখোয়না ঈশ্বরদা তৌবিমল উৎফম থোকই। কনাগুম্বা মরূপ অমনা করিশু লৈতবা পোৎ অমা ঐখোয়দা পীরকপা মতমদদি ঐখোয়না মঙোন্দা "থাগৎচরি, থাগৎচরি" হায়রি। অদুগা মমল-নাইদ্রবা খুদোল কয়া পীবিরিবা ঈশ্বরবুদি ঐখোয়না কাউথোক্লি। শিংবা ঙম্লরোইদবা ঈশ্বরগী লমন ময়াম অমা ঐখোয়দা তোল্লি। ইবুংঙো মহাকপু মতম লৈবা খিবিক্তা কাউগুমসি।

জ্ঞান-তাদবা মীশিংনা হায়রি ঃ "ঈশ্বর কদাইদা লৈবগে ? ঐখোয়না মহাকপু উনবা পাম্মি অদুগা ফাগে।" নুংশিৎ লৈত্রবদি ঐখোয় হিংবা ঙম্লোই হায়বসি ঐখোয়না খঙই। অদুবু ঐখোয়না নুংশিৎপু উবা অমদি ফাবা ঙম্বা ? ঙমদে। অদুম হায়না ঐখোয়না ঈশ্বরবু উবা নত্রগা ফাবা ঙমদে হায়দুনা ঈশ্বর লৈতে হায়বা য়ারোই। ঈশ্বর লৈ। ঈশ্বরবু লৈরমদ্রবদি থৱায়-পানবা ঐখোয় পূন্নমক লৈরম্লোই, অদুগা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা আত্মাগী শক্লোন লৌদুনা লৈত্রগসু ঐখোয়গী হকচাঙনা মীৎকুপ অমফাওবা হিংদুনা লৈবসু ঙম্লোই। মরমদুনা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী খোইথুম্নরবা মিংলেনবু তৌবিমল উৎপা ওইনা অরেপ্পা লৈতনা শক-শোল্লগা ইবুংঙোদা থম্মোয় শেংনা পুনেমজসি। ঈশ্বরবু খক কাউগুমসি।

*ওঁ, শান্তি, শান্তি, শান্তি।*
*হকচাঙগী, পূক্নীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

*বেদশিংবু পূল্লীং লূপ্না নৈনরুবখল্লা, নত্রগা লঙ্ঙজবা পাপ কোল্লবা চুম্নগী তপস্যা কম্না তৌবখল্লা, নত্রগা লাইরবশিংদা দান লক্ষা তৌবখল্লা নত্রগা ঈড়াৎ-থোনি কয়া তৌবখল্লা এবু নহাল্লা অমুক তরাই-তরাইনা হেক উবা ঙম্লোই। অদুবু পূল্লীং অণী লোঙদবা ভক্তিগী পান্থিতবা, হে অর্জ্জুন, এবু লীথুন চুম্না খঙবা ঙমগনি অমসুং শং-শঙনা উবা ঙমগনি।*

*হে পাণ্ডুগী মচা (অর্জ্জুন), এগী পেন্নবা তৌরিবা মী, এবু আথোইবা পঙ্থুং ওইনা লৌরিবা মী, এঙোন্দা পূম্নমক কাখোল্লবা মী, সংসারগী অপাম-মিহোৎবু থাদোল্লবা মী অমসুং হিংদুনা লৈরিবা থরায়-পাববা পূম্নমক্কী মফমদা তাথী-তাওইনদবা মী অদুনা এবু (শ্রীভগবানবু) লেপ্নমক ফংজে।*

*-শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা*

# অহুম

## ঈশ্বরদা চঙজসি

তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী মীৎনা ঈশ্বববু উবা ফংদে, অদুগা ঐখোয়গী ব্বাখলনসু ইবুংঙো মহাকপু লাম্বা ফংদে। খ্বাইদগী হেন্না মহৈ হৈববা অমদি থোপ ফববা মীশক অমনা চহি কয়া কয়া চঙনা ঈশ্বববু উগে নত্রগা ফংগে হায়না কন্না হোৎনজববসু পাক হেক্তা যাবা নত্তে। ঈশ্ববদি মফম খুদিংমক্তা শীন্থুংনা লৈবনি, মওং লৈতবনি, মীৎ য়াওদ্রবসু উবা ঙম্বনি, অদুগা ণা য়াওদ্রবসু তাবা ঙম্বনি। পাপ চেনবা ঐখোয়নদি ঈশ্ববদগী যাম্না লাপথোক্লবা কন্না লাক্লে; মবমদুনা ঐখোয়না ঈশ্ববদগী যাম্না লাপথোক্লা লৈ। অদুগা ভক্তশিংনদি ঈশ্ববগী মনাক্তা য়াম্না নকশিন্নবা লাক্লে ; মবমদুনা ভক্তশিংগী মনাক্তদি ইবুংঙো মহাক্লা যাম্না নক্লা লৈবি। ঈশ্বব লৈ হায়বসিগা ঈশ্ববগা ঐখোয়গা মবী পূবা লৈনৈ হাযবসিগা অনীসি খায়দোক্লবা শুকয়া য়াদে। ঐখোয়না হিংবদা ঈশ্বববু তঙাইফদনা দবকাব ওই। ঐখোযনা ঐখোযগী থবকশিং তৌবা ঙম্লিবসি ঈশ্ববনা ঐখোয়দা অশেংবা অমা ওইনা লৈবিবদগী তৌবা ঙম্লিবনি। ইবুংঙো মহাক্লা ঐখোযগী থম্মোয়নুংদা আত্মা ওইনা লৈবিবনি, অদুবু ইবুংঙো মহাক্লা ঐখোয়গী হকচাঙবু হেক থাদোক্কুনা চৎখিবগা হকচাঙদু শিবে। অদুদগীদি অশিবা হকচাঙ অদুনা লেঙ-ওৎপা অমদি থবক-ইনখাঙ তৌবা ঙম্লবোই।

অফবা থবক তৌবগা নুংঙাই অদুগা ফত্তবা থবক তৌবগনা ব্বাই হায়বসি কন্মগী নিযমনি। অফবা থবক্কী ফলদি ফৈ, অদুগা ফত্তবা থবক্কী ফলদি ফত্তে। মসিগী অচুম্বা অসিবু খোঙগাওনদুনা চৎপা মীতানা অব্বাবা নংগনি। মশা মশাগী নুংঙাইনবগীদমক্তা সংসাবগী তুং-কোয়দবা পোৎশিংগী মখা-পোল্লিবা, ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা তাল্লিবা অমসুং পূক্নীংগী ঈথিলশিংনা কোইহোই-হোইবিবা মীশিংদুদি কন্মগী ফল ওইনা অব্বাবা নংই। অদুবু "ঐগী" হায়বা ফত্তবা ব্বাখলদু থাদোক্লগা তৌবিবা থবক্কুবু

অদুগা থবক্তুদগী লাক্কদবা মহৈঃশিংদুবুসু ঈশ্বরগী মফমদা কখোকপা ঙম্লবদি, থবক অমসুং থবক্কী ফলনা কনাবুসু পুল্লোই অদুগা অব্রাবসু পীরোই।

তাইবংগী অফা-অপুন্নবশিংদগী নাম্থোক্লবা নত্রগা মুক্তি ফংননবা লম্বী অহুম লৈ। মখোয় অদুদি কর্ম্ম-যোগ, জ্ঞান-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগনি। কর্ম্মগী মতাংদনা সকাম-কর্ম্ম অমসুং নিষ্কাম-কর্ম্ম হায়দুনা কর্ম্ম মখল অনী লৈ। সকাম-কর্ম্মনা থবক তৌরিবা মী অদুবু পুল্লি, অদুগা নিষ্কাম-কর্ম্মনদি মাবু পুন্দে। সকাম-কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা থবক্তগী লাক্কদবা মহৈঃশিংবু ফংগে অদুগা চাদুনা নুংঙাইগে হায়বগী আশাদা থবক অমা অমা য়াম্না থব্রায়-য়াওনা তৌই, অদুগা মদুদা মায়পাক্লবা কন্না হোৎনৈ। থবক্কী ফল ফংবনা অহানবা মরুওইবা পূক্নীংগী ঈথিল ওইদুনা তৌবা সকাম কর্ম্মশিংবু ধর্ম্মনা য়াদে। নিষ্কাম-কর্ম্মদি থবক তৌবগী মহৈঃ পাম্বা য়াওদনা তৌবা থবক অদুনি। নিষ্কাম-কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা পূম্নীগী অরোইবা অমদি অশেংবা পম্বুং ওইবিরিবা ঈশ্বরবু ফংননবা মওংদা থবক পূম্বা পাঙথোকই। মরমদুনা মখোয়না ধর্ম্মনা য়াদবা থবক তৌদে, অদুগা মখোয়না তৌরিবা থবক অমসুং মদুগী ফল পূম্নমক ঈশ্বরদা পূমকৎ-কখোকই। তাইবংগী ঙাইহাক -ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা ফংনবগী পান্দমগা লোয়ননা তৌবা সকাম-কর্ম্মনা নিষ্কাম-কর্ম্মদগী মগুণ য়াম্না শাথীনা হৈ্ছে।

ঐখোয়না "যোগ" হায়রগা "নিষ্কাম-কর্ম্ম যোগ" বু খণ্ডনগনি। যোগ তৌরগনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চৎপা ঙম্মি, অদুগা পাপ-চেনবা থবক তৌরগনা ণরক-কোম য়ৌনবা লম্বীরোমদা কুমথৈ। অসুম্না মীওইবনা মানা তৌরুবা কর্ম্মগী মতুংইন্না কর্ম্মগী ফল ফংই। অপাম্বা, অশাউবা অমদি অতোপ্পা পূক্নীংগী ফত্তবা ঈহুলশিংবু থাদোক্তুনা যোগ নিংথিনা তৌবা ঙম্লবা যোগীনা মাগী থম্মোয় শেংদোকপা ঙম্মি, অদুগা ধ্যান তৌদুনা ঈশ্বরবু লাকশিনবা ঙম্লকই। যোগীনা থবক্কী মহৈঃ লৌদে। মাগী থম্মোয়দা শান্তি লৈ। মীরম্লেনগী খোঞ্জেল, মওং, মনম, মহাওনচিংবনা মাগী পূক্নীংগী অঈংববু থুগায়বা ঙমদে। অদুদগীদি মাগী আত্মাগী অশেংবা শ্বরূপ অদু ঙাম্থোরকই।

জ্ঞাণ যোগনা লৌশিংগী লম্বীবু তাকই। হকচাঙগা আত্মাগা খেন্নবা অদু খন্দোকপা ঙম্বগী অরেপ্পা বুদ্ধি অদু লৈতবা মীনা জ্ঞাণ যোগী অমা হেক্তা ওইবা ঙমদে। জ্ঞাণগা কর্ম্মগা ওন্ন-তৈনবা পান্দমদা চত্তে ; অনীসিগী পম্বুংফম অমতনি। তৌবতদি জ্ঞাণী অমা ওইবদা মতীক -চাবা মীনা জ্ঞাণ-যোগদা অদুগা কর্ম্ম-যোগী অমা ওইবদা মতীক-চাবা মীনা কর্ম্ম-যোগদা চৎলগা মান্নবা পম্বুংফম অদু য়ৌগনি। জ্ঞাণ-যোগনা

হেন্না ফবনি, অদুবু মদুগী মতীক ওইদবা মীতাশিংগীদমক্তদি মদু তৌরবগী মতীক ওইদে, তৌদবনা হেন্না ফৈ। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু থম্মোয়শেংবা হায়বসিমদি তঙায়ফদ্রে। জ্ঞাণ-যোগনা তাক্লিবদি নিরাকার ব্রহ্মনি, শকফোঙদবা ঈশ্বরনি। শকফোঙদবা ঈশ্বরবু ফংনবা হোৎনবসি অরায়বা থবক অমা নত্তে।

ভক্তি-যোগনা তাক্লিবনা সাকার ব্রহ্মনি। মসিদদি ব্রহ্মবু নত্রগা ঈশ্বরবু মওং, শকখঙ-খুদম অমদি গুণশিং লাক্লা লাৎলি। মরমদুনা ভক্তি-যোগনসু জ্ঞাণ-যোগদগী হেন্না লায়। কলি যুগ অসিদদি ভক্তি যোগনা খ্বাইদগী হেন্না চুনবনি। লম্বীশিংদুগী পচ্চুংফংদি অমতনি, মরমদি ঈশ্বর অনী শুবা হৌনদে। কর্ম্ম-যোগ, জ্ঞাণ-য়োগ অমসুং ভক্তি যোগ-যোগ অহুম অসি অমগা অমগা মরী ইরে লৈনে। অশেংবা ভক্তশিংদি সংসারগী ব্রাখলগা মরী কয়া লৈনদবা মরম্না মখোয়না মখোয়গী পূক্লীং অমসুং বুদ্ধিবু মীরম্লেনগী পোৎশিংদগী চিংথোক্লগা শ্রীভগবানদা লেঙদনা থম্মী। পূক্লীংদবু সংসারগী ব্রাখল লৈত্রবদি, মদুনা ঈশ্বরবু ফংননবগী অথোইবা উপায় অমা ওইরকই।

সংসারগী থবকশিংদা পূক্লীং চঙলিবা মীশিংনা ঈশ্ববদা ভক্তি তৌরিবনি হায়দুনা সংসারগী ওইবা মখল মখাগী পান্দম ফংগে হায়দুনা তাক্লি। মসিদি ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবগী অচুম্বা খোঙথাং নত্তে। জীবশিংগী য়াইফনবা ঈশ্বরদা থম্মোয়শেংনা করিমতা কৎপা তৌদনা ঈশ্বরগী ওইনা লৈরিবা মীরম্লেনগী পোৎশিংসিবু ইন্দ্রিয়শিং পেলহন্নবগীদমক্তা মরন্নাই হৈনথোক্লবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি লেপ্পমক হুরানবা অমা ওইরে। তশেংনমক মহাক্তী পাপকী ওইবা চীঞ্জাক চারবনি। প্রকৃতিগী নিয়ম মতুংইন্না মহাক্লা মতীক চাবা চৈরাক ফংগনি। হুয়েংপোক্তা মহাক য়াম্না হুম্বা মপোক্তা পোক্তনি। অদুবু অশেংবা ভক্তশিংনদি করিগুম্বা পোৎশক অমতা ঈশ্বরদা হান্না কৎপা তৌদনা খক চাদে, থক্তে। মরমদুনা ভক্তশিংনা ঈশ্বরনা চাবা য়াদবা পোৎ অমতা প্রসাদি ওইনা চাবসু থকপসু তৌদে। মসি ঈশ্বরগী মনাক্তা চৎপা ঙম্নবা হোৎনবা মখল অমনি।

লাইনীং-চেৎপা মীওই অমনা কনাবুসু য়েংথীবা তৌদে, পুম্নমকপু নুংশি অমসুং সেবা তৌই, "ঐগী" হায়বা ব্রাখল অমতা লৈতে, নাপলসু তৌদে, অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীমক্তা ফীভম অমতা কায়দনা লৈ, অব্রা-অনা তারবশিংবু থৌজালবি (মরমদি মখোয়না ব্রারিবদু মা মশানা ব্রাবগা চপ মান্ননা মাগী থম্মোয়দা ফাওই), অরানবা তৌবা মীশিংবু ঙাকপী, মাগী মপূক্লীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু নত্তবা লম্বীদা চৎখিদনবা

লাকশিন্দুনা থম্মি, থব্রায়-হকচাঙ য়াওনা ঈশ্বরবু নীংই, অদুগা পূন্নমক ঈশ্বরগী মফমদা কখোকই। মহাক্না কনাবুসু কল্লক মিহৌরুদে। মহাক্না লন্নাইগী ওইবা থবক অমতা তৌদে। মহাক্কী অনীংবদি ঈশ্বরগী অচৌবা অনীংবা অদুদা তিল্লন্নখি। মাগী লাইগী ওইবা অনীংবা অদুনা মাবু লাইগী ওইবা থবক তৌহল্লি। মহাক্না সংসারগী অপাম্বা পোৎশিংবু ফংনীংলুদে অদুগা মখোয়দুবু ফংদে হায়বগীদমক্তসু ব্রারুদে। মহাক্না পামজনা থমজবা পোৎশক অমা মাঙখ্রবসু মহাক করিশু ব্রাবিদে, অদুগা মাগী নুংশিবা মীশক অমা কায়নরবসু মহাক্কী থম্মোয় করিশু শোক্তে। মহাক্তী থাগৎলক্লবসু হরাওদে, অদুগা নিন্দা তৌরক্লবসু শাউবিদে। মানা মাগী অরৈবা অদুতদা পেঞ্জে। অসিগুম্বা মীতানা অহৌবা অমসুং অরোইবা নাইবা সংসারগী নুংঙাইববু পামসল্লুদে। হকচাঙগা মরী লৈনবা নুংঙাইবদু ফংলগা হরাওবসু তৌদে, অদুগা নুংঙাইতবদু ফংলগসু তেংথাবা তৌদে। মনম, মওং, মহাও, খোঞ্জেলনচিংবনা মাবু চিংবা ঙমদে, মরমদি মহাক্না ঈশ্বরগী ব্রাখলদা লূপখিবনা মঙোন্দা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা হায়বদুগী মহাও লৈখিদ্রে অমসুং মাবু অপাম্বনা শোকপা ঙমখিদ্রে। মহাক্না মহাক্কী হিংননবগীদমক্তা করিমতা ব্রাবিদে, মরমদি শ্রীভগবাননা মাগী পোৎলূম পূম্বা পুবিগনি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি।

অসিগুম্বা অশেংবা ভক্ত অমগী ব্রাহৈনা নত্রগা ব্রাখলনা নত্রগা থবক্না কনাবুসু অব্রাবা পীরুদে, অদুগা অমবোমদা অমুক কনানসু মহাকপু অব্রাবা পীবা ঙমদে। মহাক্না কনাদসু লম্মণ খুমগে হায়না খল্লুদে; লম্মণ-খুম্বগী মহুত্তা মানা অরানবা মীদুবু য়াম্না নুংশিহৈনা ঙাকপী। মহাক্কী য়েক্লবা অমতা লৈতে, মরমদি মহাক্না মহাক্কী য়েক্লববু য়েক্লবনি হায়না খল্লুদে। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা ফনা লাল্লরবফাওবদা, মাগী হৌখিবা পাপকী ফল ওইনা তৌরিবনি হায়না খন্দোক্লুনা মহাক্না অব্রাবা অদু নিংথিনা খাঙই। মহাক্না অব্রাবা অমা হেক ফংবা মতমদা মানা ফংলিবা অব্রাবদু ঈশ্বরগী থৌজালনা পীবিরকপা খুদোংচাবা অমনি হায়না ফজনা লৌথোকই। মহাক্না অসুম্না ফজনা খন্থেঃ "ঐগী হৌখিবা পাপকী ফল ওইনদি ঐনা হৌজিক ব্রারিবসিদগী হেন্না ব্রাফম থোকপনি, অদুবু ঈশ্বরগী থৌজালদগী ঐনা ফংফম থোকপা দৰ্ভি পূম্বা ফংদ্রবনি ; ঐনা অব্রাবা খজিক্তমক ফংলগা তোক্লবনি। অদুগা অমবোমদা অমুক ঐনা মসিগী অব্রাবা অসি মায়পাক্না থেংনবা ঙল্লবদি ঐনা শোয়দনমক ঈশ্বর ফংবগী খুদোংচাবা অদু ফংবা ঙমগনি।" মরম অসিদগী মঙোন্দা অব্রাবা য়াম্না তৌইনা লাক্লবসু মহাক্না করিশু পাখৎপীদে, পাখৎপগী মহুত্তা অব্রাবদু য়াম্না ঈংনা খাঙদোক্লুনা য়াম্না পেন্না লৈথোকই। হেক থোক্লক-থোক্লকপা থৌদোক খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী থৌজালনা মাগী ফননবগীদমক্তা মদু থোকহল্লকপনি হায়দুনা মহাক্না পেন্থোক্লুনা অদুম লৈথোকই। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা য়ৌরক্লবা মীশক অদুদি

ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙজবা য়ারে। ঈশ্বরদা চঙজবা হায়বদি ঈশ্বরগা অমতা ওইসিন্নবা হায়বনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা সাধক অমনা মতৌ করম্না বন্মাত্মজ্ঞান ফংলগা ব্রহ্মগা নত্রগা ঈশ্বরগা অমতা ওইসিন্নবা ঙমগদগে হায়বদুগী মরমদা অসুম্না তাকপীঃ "মক্তবা বুদ্ধি চেন্নগা, অবাবা অমসুং খুদোংথীবগী মায়য়োক্তা লিংজেল ফনা মশামকপু লিশাং-শীংনা ৱারকচরগা, পানগী মওং-মতৌ অমদি মনম্নচিংবা অতে অতে ইন্দ্রয়শিং পেলহন্নবগী মচাকশিংবু থাদোক্লগা, সংসারগী অপান্বদা লৃপ্পা অমসুং পামদববুনা তুক্কচবনচিংবদুদগী নাম্থোক্লগা, অচিকপা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈরগা, চাংকক্লা ৱাৎনা অয়াংবা চীঞাক চারগা, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ অমসুং পুক্লীং-হকচাঙবু খুদুম চন্দুনা থন্নগা, বৈরাগ্যদা লৈরগা ; অদুগা নাপলবু, অকন-শাববু, হেদোই-হরাও কাববু, অপাম-মিহৌবু, অশাউববু, পৈশন্দুনা থম্বগী ৱাখলবু থাদোক্লগা, "ঐগী" হায়বা পুক্লীংদা লৈবা ৱাখলদগী নাম্থোক্লগা অমসুং পুক্লীং-মরা-তপ্না উন-ৱাইমুক চীক্লা লৈরগা সাধক অমনা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংদুনা ব্রহ্মগা অমতা ওইশিন্নরকপদা মতীক চারকই।" অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পাওতাক অসি ইল্লবদি ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা অমদি মাঙ-তাকপা লৈতনা লৈবা মোক্ষগী মশক ওইবা খুভম অদু ফংগনি। মরমদুনা মোক্ষ পাম্বা মীনা শ্রীভগবানগী পেন্ননবা থবক তৌফম থোকই অদুগা মদুদা মানা তোঙবা নত্রগা মাঙবগী ৱা খনফম থোক্তে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্নসু তাকপীখি ঃ " মতম পূম্বদা ঐবু চেৎনা খল্লু, থাজৌ ; ঐবু নীংজবা ইদাইরেম ওইয়ু, ঐগী পেন্ননবগীদমক্তা পুম্নমক ঐঙোন্দা কখোক্লগা ঐবু ঈড়াৎলু, জীব পূম্নমকপু নশামক্লি খন্দুনা নুংশিয়ু, পুক্লীং-হকচাঙ-ৱাহৈনা ঐবু খুরুমজৌ। মতৌ অসুম তৌরগা নহাক্লা শুকশোয়-শোয়দনা ঐগী নাক্তা লাকনি।" ঈশ্বরগী মফমদা অসুম্না চঙজরবখক্তদা সংসাবগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চঙজবা ঙমগনি।

ইবুংঙো মহাক্কী য়াথংবু অফবরা নত্রগা ফত্তবরা হায়না ঐখোয়না খিগৎলুবগী দরকার লৈতে, মরমদি ইবুংঙো মহাক্কী য়াথংদি অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইবনিনা মতম পূম্বদা চুমদুনতা লৈগনি। ঈশ্বরগী অচুম্বদি ঐখোয়না চাং য়েংগদবা নত্তে, য়েংবসু ঙম্লোই। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী অচুম্বদুনদি ঐখোয়বু চাং য়েংগনি। শ্রীভগবানগী অনীংবা অদু নত্রগা য়াথং অদু ঐখোয়না পাঙথোকপা ঙম্নবদি, ঐখোয়না মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা য়ৌবা ঙমগনি। অদু নত্তদুনা কল্লক-য়েংথীবদগী ইবুংঙো মহাক্কী

পাওতাকপু হুন্নান্দুনা ঙাঙলবা অদুগা ময়াথংবু ইন্দ্রবা মীশিং অদুদি ঈশ্বরগী নত্রগা ধর্ম্মগী ৱাখল য়াওদ্রবনি অমসুং মাঙতাক্লবনি। ঈশ্বরদি পূম্নমক্কী অথোইবা মপুনি। মপুগী য়াথংবু মনাইনা ইন্দ্রবদি মনাইদু মতীক চাবা দণ্ডি ফংবা তাবনি।

পৃথ্বীগী পচ্চুংদি মায়াগী ঈপাক লাম্ছোক্লগা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবনি। ময়ুম পাল্লবা মীশিংনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা ঙম্লোই হায়বা ৱা লৈতে। য়ুম্বান্দুনা লৈবা মীশিংনা মখোয় মখোয়গী সংসারগী ওইবা থবক-ইথ্যাঙশিং নিয়ম-নাইনা নিংথিনা পাঙথোকপগা লোয়ননা ধর্ম্মগী থবকশিংসু পাঙথোক্কদবনি হায়না ধর্ম্মগী লাইরিকশিংনা হায়রি। মখোয়না নুতি-নুতিগী তৌদবা য়াদবা থবকশিংদু থৌনা ফনা ঈশ্বরগী সেবানি খন্দুনা তৌগনি অদুগা মায়পাক্লা অশেংবা পৃথ্বী মখল অমা লেনগনি। য়ুম্বানবা মী অমনা ময়ুমগী থবক-ইথ্যাঙশিং তৌদনা নত্রগা মাগী নুপী অঙাংশিংগী য়াইফনবা থবক অমতা তৌদনা লাইনীংঙিবনি হায়দুনা লৈথোকখ্রবদি মাবু মাগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌদ্রবনি হায়না লৌগনি। মহাক্লা সংসারগী ওইবা তৌদবা য়াদবা থবক তৌজরবসু ঈশ্বরগী সেবা নিয়ম-নাইনা তৌরবদি মানা পৃথ্বীগী পচ্চুং য়ৌবা ঙম্মি। য়ুম্বানবা থাদোক্লগা য়ুম্বানবা মী অমগুম লল তানবা তাৎতৌবা সাধু অমা ওইগদবগী শরুকপুদি সংসারদা লৈনা লৈনা হম্বুবা থাক্তা ওইরবসু ঈশ্বরগী সেবা তৌবা ঙমজবনা য়াম্না হেন্না ফৈ। মশাগী ওইজবা লোইনা থাদোক্লে হায়জিন্নরগা মশাগী খুদোংচাবা থিবা কয়াসু ঐখোয়না উবা ফংই। মখোয়শিং অসিবুদি ঈশ্বরনা লেম্না থাদে। পৃথ্বীগী অশেংবা তাল্লিবা মীনা ঈশ্বরগী মনাই অমা ওইনা থবক্কী খুদোংচাবা থিদনা থবক তৌগনি।

খুদোংচাবা য়েংলগা তৌরিবা থবক খুদিংমক্কী মমি পূক্লীংদা তাই। অসিগুম্বা মমি লিশিং লিশিংনা পূক্লীংদা তুংশিন্দুনা লৈ। মখোয়দুনা মীওইবা ঐখোয়গী য়েক্লবশিং ওইনা লৈরিবা "অপাম্বা", " অশাউবা", অমসুং "কল্লক -মিহৌবা" হায়বশিংদু পোকহল্লকই। অপাম্বা অমসুং নাপল য়াওনা তৌবা কর্ম্মনা ঐখোয়বু পুল্লি অদুগা পোকপা অমসুং শিবা হায়বদুগী লমদা হন্না হন্না পুরকই। অদুগা থবক্কী মহৈঃগী অপাম্বা য়াওদনা ঈশ্বরগী নত্রগা মীওইবা জাতিগী সেবা ওইনা তৌবা কর্ম্মনা মীওইববু মুক্তি ফংহল্লি। মুক্তি ফংননবগীদমক্তা থবক্কী মহৈঃগী অপাম্বা থাদোকপা হায়বসি অরায়বা থবক অমদি নত্তে। অদুবু ইহান হানবদা মুক্তি ফংবা পাম্বা মীনা মহাক মশামকসি কনানো হায়না মাচা-খায়না তত্তনা খঙদোক্লবা লাক্লগনি, মীৎ-না শিংনা লৈগনি, অদুগা ঈশ্বরদা মশামক্তু কখোক্কনি ; অদু ওইরবদি, হান্না মাগী মপূক্লীংদা তারম্বা থবক্কী মমিশিংদু অসুম অসুম

মাঙখিদুনা অনৌবা থবক্কী মমি অমমুক তাররোই। মসিবু পূক্লীং-শেংদোকপা হায়না কৌই। পূক্লীংবু শেংলবদা আত্মাগা ঈশ্বরগা মান্নে হায়বসি শোয়দনা খঙলক্কনি। আত্মা নত্রগা ঈশ্বরদি শিবা নাইদে অমসুং মাঙ-তাকপা নাইদে। মী অমনা মশাগী অশেংবা আত্মাদু খঙজবা ঙম্লবা মতমদা মহাক্না নুংঙাইনা, শান্তি লৈনা অমদি পেন্না মালেমসিদা লৈবা ঙম্মি। অদুদগীদি মমৈথংদা মহাক্না মুক্তি ফংজে।

"মুক্তি" হায়বসি করিনো ? মুক্তি হায়বসিদি তাইবং-সংসারগী অব্রা-অনাশিং, অফা-অপুন্নবশিং, অপাম-নুংশি অমদি অজ্ঞান্দগী নাম্থোক্লককপদুনি। কনাগুম্বা অমনা মুক্তিগী ফীভমদা লৈরক্লবা মতমদুদদি মহাক্কী পূন্সী অদু পূমওন-ওল্লে। মদুগী মতাং অদুদদি ঈশ্বরগী অচুম্বা অওইবা অদু তশেং-তশেংনা খঙজবগী খুদোংচাবা অদু ফংবা ঙমজরে। অদুদগীদি ইবুংঙো মহাক্না মাগা অসুক্কী মতীক য়াম্না নকশিন্নরক্লে মদুদি অরোইবদা মখোয় অনী অমতা ওইশিন্নরকই। অমবোমদা হায়রগনা, মহাক্না ঈশ্বরগা খেন্নবক্রে। মহাক্কী হকচাঙ, পূক্লীং অমসুং বুদ্ধিগী ব্রাংমদা চৎশ্রবনি।

অদুবু ঐখোয়না ঐখোয়গী পূন্সী অসিদা শাজৎ ফজনা চত্রবদি নত্রগা তন্দে-মান্দে হৈনীংদনা লৈথোক্লবদি মুক্তি ফংবদি লায়রদুনা ঐখোয় অব্রা-অনা হেন্না অমুক নংদুনা পোক্ল-শির তৌবা মফম অসিদা হন্না হন্না লৈখিগনি। ঐখোয়না ফংলিবা অব্রা-অনা অসি কনামতনা ঐখোয়দা পীরকপা নত্তে, ঐখোয় ইশা ইশানা তৌজখিবা কর্ম্মগী ফল ওইনা ঐখোয়না ফংদবা য়াদদুনা ফংজবনি। মরম অদুনা ঐখোয় য়াম্না মীৎ-না শিংনা লৈগদবনি, অদুগা ঐখোয়না কখোকপগী ব্রাখলগা লোয়ননা ঐখোয়গী তৌদ-য়াদবা ইথৌ অদু নিংথিনা পাঙথোক্কনি। ইথৌনা ঈশ্বরনি। ইথৌ নিংথিনা পাঙথোকপনা ঈশ্বর পূজা তৌবনি। পোকপদগী শিবফাওবদা ঐখোয়না মখল মখাগী অব্রাবশিং থেংনগনি। অব্রাবশিং অসি কোক্কে হায়রবদি ঐখোয়গী পূক্লীংসে ঈশ্বরদা থমদুনা ঈশ্বরগী থবক তৌগনি। ঐখোয়না ঐখোয় ইশামকপু থাজসি ; মদুনা ঈশ্বরবু থাজবা ওইগনি। মদুতনা ঐখোয়গী অব্রাবা কোক্কনি।

মী অমনা মপাম্থোংদা তৌথোক্লক্লিবা থবকশিং অসি মহাক মশামক্কী নুং-গী ওইরিবা ফীভম অদুগী মফোঙদোক্লি। নুং-দা ফত্তবা ঙাক্তা লৈরবদি ফত্তবা ঙাক্তা মপান্দা ফোঙদোক্লক্কনি , অদুগা নুং-দা অফবা লৈরগনা অফবা অপান্দা ফোঙদোক্লক্কনি। সমাজ অমগী মীশিংনা মশা ফরবদি, লমচৎ ফজরবদি, পূকচেল শেংলবদি অমসুং ধর্ম্ম

চেল্লবদি সমাজ অদু মশা ফরে, লমচৎ ফজরে, পূকচেল শেংলে, অমসুং ধর্ম্ম চেল্লে। অদু ওইরবদি ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাদা ৱাহং অমা হংসি ঃ "ঐখোয়না অফবা ওইনীংব্রা নত্রগা ফত্তবা ওইনীংব্রা ?" মুন্না খন্থসি, অদুগা অচুম্বা ৱারেপ অমা লৌসি। ঐখোয়না থৱায়-পানবা খুদিংমকপু নুংশিবা ঙম্নবা লাক্লসি, কনামতবু হুনগুমসি। ঐখোয় পূম্নমক পূল্লন্নসি অদুগা হৌগৎমিন্নসি। অতে অতৈমগী সেবা তৌদুনা ঐখোয় ময়াম ধর্ম্মগী মায়কৈরোমদা চঙশিনমিন্নসি।

ঐখোয় নোংমা শিবা হায়বসিমা শুকশোয় শোয়দ্রে। শিবগী মতম অদু মীৎকূপ খুদিংগী অসুম অসুম নকশিল্লক্লিবনি। হৌজিক্কী মীৎকূপ অসিমক্তদসু ঐখোয় হেক্তা শিবা য়াবনি। মরমদুনা ঐখোয় জ্ঞাণ য়াম্না থুনা তানবা লাক্লহৌসি, অদুগা শিবা নাইদবা অমদি মাঙবা নাইদবা আত্মাবু শিদ্রিঙৈগী মমাংদা খঙহৌরগা শিবা মতমদা তোংজবা খুৎশি অমা ফংনবা লাক্লহৌসি। পোক্লগনা শিবা শিরগনা অমুক পোকপা হায়বসি মায়া-প্রকৃতিগী নিয়মনি। নিয়ম অসিগী ৱাংমদা চৎশ্রবদি মপোক অমমুক হন্না তল্লক্তে। হয়েংপোক্তা করম্বা মপোক পোকসিগে হায়বা ৱাখল অদু থাদোক্তুনা অমুক হন্না মপোক অমা তল্লক্তনবা করম্না শিসিগে হায়বগী মায়কৈবোমদা লাকসি। কনাগুম্বনা প্রকৃতিদা অদুম য়ুংশন্দুনা লৈরবদি মহাক পোকপা অমসুং শিবগী চক্রদগী নাম্থোকপা শুকঙম-ঙম্লোই।

আত্মজ্ঞাণ ফংবা হায়বা অসি লাইগী নোংদমদগী ওইরকপা নত্তে। মসিদি জ্ঞাণ য়াম্না তানা অমদি তত্তনা হোৎনরগা তশেংনা খঙলকপা মতা অমা দরকার ওই। মদুগীদমক ঈশ্বরবু নিয়ম নাইনা তত্তনা পূজা তৌবা তাই। অপাম্বা, অশাউবা, মশাগী ওইজবা থিবা, কল্লক-মিহৌবা, নাপলনচিংবনা য়োল্লবা মীতানা আত্মজ্ঞাণ ফংবা ঙম্লোই। অকিবা লৈতবা, হিংসা তৌদবা, পূক্লীং-ঈংবা, ঙাকপী-হৈবা, থম্মোয়-শেংবা, ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিনবা ঙম্বা অমসুং যোগদা লৈতাবা মীতানা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙম্মি। জ্ঞান অসি ফংননবগী উপায় অমা ওইনা ঐখোয়না সাধু সঙ্গ তৌগদবনি অদুগা ঐখোয়বু নিংথিজনা তাকপী-তম্বীবা অমদি লমজিংবিবা ঙম্বা গুরু ফংননবা থিগদবনি। ঐখোয়দা থূগুনা লৈরিবা আত্মাগা মরী লৈনবা মচাকশিং অদু তশেং-তশেংনা ফন-ফন চোঙথোরক্লবগীদমক্তা ঐখোয়না নুতি-নুতিগী পূম্নীদা অসুম অসুম হেন্না আধ্যাত্মিক্কী লমদা নুংঙাইরক্লবা অমদি অপেনবা ওইরক্লবা হোৎনগদবনি।

মী অমনা মহাক্কী হকচাঙ, পূক্নীং অমসুং বুদ্ধিনা হেন্না হেন্না ফগৎলকুবা মতমদা মীথোই-মীহেনবা মীতা অমা ওইরকই। মসিনদি ধর্ম্মগী লমদা ওইবা য়াম্রি। অদুগা অমুকসু মী অমনা য়াম্না শিংবা মীওই অমা ওইজরবসু মহাক আধ্যাত্মিক্কী লমদদি য়াম্না অঙাং ওইবা য়াই। মীসে মানা প্রকৃতিগী ৱাংমদা চংনবা হোৎনরিবমখৈদি মী অমা ওইনা অদুম লৈরি। মসিগী ফীভম অসি মনুং অমসুং মপান অনীমক্তা অদুম ওইগদবনি। ঐখোয়না হকচাঙ, পূক্নীং অমসুং বুদ্ধিগী ৱাংমদা চংপা তাই; মরমদি ঐখোয়দি মখোয়দু নত্তে, আত্মানি। আত্মাদি আত্মাদগী লাকপনি আত্মাদা তিনগদবনি। মসিগী পান্দম অসি য়ৌননবগীদমক্তা ইহান-হেক-হানবদা ঐখোয়গী ৱাখল অসি ফহনবা তাই। ৱাখল হায়বসি পূক্নীংগী ঈহুলশিংদা য়ুম্ফম ওই। ৱাখলনা ওইরিবদু পূক্নীংসু ওই। মী অমনা অফবা ৱাখলতা খনবা ঙমজরবদি মহাক্না অফবা থবকশিং তৌরক্তুনা ঈশ্বরগী মনাক্তা চংপা ঙম্লকই।

হৌজিক্কি মতম অসিদদি মীগী ৱাখল অসি মোৎলবনিনা মীগী লীচৎ-শাজৎসু মোৎলে, অফবা ওইদ্রে। মহাক্না মাগী পূক্নীং অদুবু মীরম্লেনগী ওইবা অমোৎপা ৱাখল কয়া কয়ানা পীক থলহল্লি, অদুগা অচুম্বগী মায়য়োক্তা নত্ত-নত্তবা থবক কয়া অকিবা লৈতনা তৌরকই। মদুনা অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া পীদুনা মালেমসিদা শান্তি লৈহনদে। মসিগী অৱাবা ফীভম অসিদগী নাম্থোক্কে হায়রবদি ৱাখলশিং অসি অচুম্বদা হায়বদি ঈশ্বরদা য়ুম্ফম ওইহনগদবনি। মদু ওইরবতদা পূক্নীগী মায়পাকপা হায়বদু ওইগনি। ঐখোয়না মী ওইনা হিংলিবমখৈদি মীগী তৌবিমল খক কাউরোইদবনি। অদুবু ঐখোয়না মীঙোন্দা মতেং পীখিবা অদুগা মীনা ঐখোয়দা ফত্তবা তৌরকখিবশিংদুবুদি কাউথোক্কদবনি। ঐখোয়না মীঙোন্দা পীখিবা মতেং অদু অসুম অসুম নীংশিংদুনা লৈরবদি, মঙোন্দা পীখিবা মতেং অদুগী মহুৎ হল্লকপা ঐখোয়না পাম্লকনি। অদুগা মীনা ঐখোয়দা ফত্তবা তৌখিবা থৌদোক অদু অদুম নীংশিংদুনা লৈরবদি ঐখোয়না মাবু লম্মণ-খুম্নীংবগী ফত্তবা ৱাখল অমা পোক্লক্কনি। মসিগী নীংশিংবা মখল অনী অসিনা ধর্ম্মগী অকারম থিবদা অঙকপা ফংনা অকায়বা পীগনি, অদুগা ঐখোয়বু ঈশ্বরগী মনাক্তা চংপা ঙমহল্লোই।

তুং-কোয়দবা সংসার অসিদা ঐখোয়না য়েংখায়-থিনগায় লৈতবা অমদি শান্তি লৈবা পূন্সী অমা পাম্মি। পৈশা পায়বনা নত্রগা অচৌবা ফম পায়বনা নত্রগা হকচাঙগী নুংঙাইবা ফংবনা মদুগী অশোয়-অঙাম লৈতবা অমদি শান্তি লৈবা পূন্সি মখল অদু

ঐখোয়দা পীবা ওল্লোই। অদুগুম্বা পৃথ্বী মখল অদুদি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংসিদা নুংশিবগী অমৃতনা পীক-থল্লবা মতমদা ফংগদবনি। পৃথ্বী হায়বসিদি নুংশিবনি। নুংশিবা হায়বদু য়াওদ্রবা মীশক অদুদি অশিবা হকচাঙগা চপ মান্নে। ঐখোয়না ঐখোয়গী খ্বাইদগী হেন্না ফত্রবা য়েক্লবা অদুফাওবা নুংশিবা ওম্লবা লাক্লগদবনি। পূম্নমকপু নুংশিগদবনি ; ঐখোয়গী য়েক্লবা অমতা থল্লোইদবনি। ঐখোয়গী অশেংবা য়েক্লবদি মপান্দা লৈতে। ঐখোয় ঐখোয়দা লৈরিবা শেংদবা নত্রগা ফত্তবা ব্রাখলশিং অমদি পৃক্রীং ঈহুলশিং অদুনা ঐখোয়গী খ্বাইদগী শাথীরবা য়েক্লবশিংনি। অদুগা অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইবা ব্রাখলশিং অদুনা ঐখোয়গী খ্বাইদগী ফরবা মরূপনি। সংসারসিদা লৈরিবা মরূপ-মপাংশিং অমদি য়েক্লবশিংসিদি মতমগী খোঙলে মতুংইন্না অওনবা নাই। ওসি য়েক্লবা ওইবম্বদু হয়েংদি মরূপ ওইরকপা য়াই, অদুগা ওসি মরূপ ওইরম্বদুনা হয়েংদি য়েক্লবা ওইবকপসু য়াই, অদুবু "অচুম্বা" হায়বদুদি ঐখোয়গী অশেংবা অমদি লেঙদবা মরূপনি।

অচুম্বদি ঈশ্বরনি। ঈশ্বরদি অচুম্বনি। অচুম্বা ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গী মতম পূম্নমক্কী ওইবা অশেংবা, লেঙদবা অমদি তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরূপনি। মসিগী মরূপ অসিদি মতম লৈবা খিবিক্তা ঐখোয়গা লৈমিন্নে। অশেংবা, লেঙদবা অমদি তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরূপ অসিবু ফংগে হায়রবদি মপান্দা অরেম্বদা ব্রানা থিরূগদবা নত্তে, থম্মোয়নুংদা থিগদবনি। থম্মোয়দা নুংশিবগী অশেংবা অমৃত অদু থন্না লৈহন্নবা লাক্লসি। জীব পূম্নমক্তা লৈরিবা আত্মাগা ঐখোয়দা লৈরিবা আত্মাগা অমতনি হায়বদু খঙলবা মতমদা নুংশিবা অমসুং সেবাগী অশেংবা ব্রাখল অদু পোক্লক্কনি। ইশানা ইশাবু নুংশিবা অদুমুক জীব পূম্নমকপু নুংশিসি, অদুগা ইশাগী ওইজবা য়েংদনা জীব পূম্নমক্কী সেবা তৌসি। নুংশিবগা ঈশ্বরগা খেন্নবা লৈতে। পৃথ্বীগী অশেংবা পম্বুং য়ৌবা হায়বদি ঈশ্বরবু ফংবনি। ঈশ্বর ফংবা ওম্লনবগীদমক্তা পূম্নমকপু নুংশিবা ওম্লনবা হোৎনসি, অদুগা জীব খুদিংমক্তা ঈশ্বর উদ্রিফাওবা জীব পূম্নমমকপু সেবা তৌসি। মদুনা ঈশ্ববদা চঙজবগী উপায় অমা ওইগনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী অব্রা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া অসিদগী নাম্থোক্কে হায়রবদি ঈশ্বরদা চঙজবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। মরম অদুনা ঐখোয় ঈশ্বরদা চঙজসি।

*ওঁ, শান্তি, শান্তি, শান্তি।*
*হকচাঙগী, পৃক্রীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

*নুংশিবা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা কনাগুম্বা অমনা উনা অমখক্তংবু নত্রগা লৈরাং অমখক্তংবু নত্রগা হৈরাং অমখক্তংবু নত্রগা লাইজ-ঈরীক অমখক্তং ফাওববু ঐঙোন্দা পূকচেল শেংনবু কচ্চরবদি, নহাক্না অসুম্না তম্নক্লিবা চম্নবা খুদোল অসিবু ঐনা লৌই।*

*নহাক্না হেক তৌরিবমখি, নহাক্না হেক চারিবমখি, নহাক্না যজ্ঞদা হেক কচ্চরিবমখি, নহাক্না দান-দা ওমজবা পীথোক্লিবা হেক মখি অমসুং নহাক্না তৌরিবা তপস্যা হেক মখি ------ মদু, হে অর্জ্জুন,ঐঙোন্দা কৎপগী মশক ওইনা তৌ। অসুম্না তৌরবদি, নহাক্না অফ-ফত্ত মাইহৌশিং পীরিবা কর্ম্মগী অফা-অপুনশিংদগী নাম্থোক্লুনা চৎপা ঙমগনি।*

*মতম পুম্বদা নপুক্নীং অদু ঐঙোন্দা চেৎশিন্না থম্মু। ঐবু নীংজবা ভক্ত অমা ওইয়ু, ঐঙোন্দা পুম্নমক কাথোকউ, ঐঙোন্দা নোল্লু; অসুম্না নশামক্তু ঐঙোন্দা মপুংফানা ওন্সিল্লগা অমসুং ঐবু নহাক্কী অথোইবা পন্থুংফম ওইনরগা, নহাক ঐঙোন্দা শোয়দনা লাক্কনি।*

*-শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা*

## মরি

## ঈশ্বর ফংনবা থিসি

ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌনীংবা মীশিংনা লাইশঙশিংদা নত্রগা ধর্ম্মগী ওইবা মফমশিংদা তত্তনা চৎনৈ। অসুম্না ধর্ম্মগী নত্রগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকপা হায়বা অসি পৃথীগী অশেংবা পান্দম অদু ফংননবা হোৎনবদা য়াম্না মতেং ওই। ফত্তবা মীশিংনদি ধর্ম্মগী ওইবা অশেংবা মফমশিং থম্ববু য়াম্না থীনা নিন্দা তৌই। মদু ধর্ম্মনা য়াদে, ঈশ্বরনা য়াদে। অপঙবা ঐখোয়না অশেংবা মফমশিংদুদা চৎলগা ঈশ্বরবু নীংশিংজবা অমদি খুরুমজবা ফংজবসিদি ঐখোয়গী লৃদবা থম্মোয়দু শেংদোকপদা থোইদোক-হেন্দোক্লা কান্ননীংঙাই ওই। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থব্রায়-হকচাঙ য়াওনা তত্তনা নীংদুনা পূজা তৌজরগা ঐখোয়গী থম্মোয়বু শেংদোকপা ঙমজরবদি, মদুনা ঐখোয়গী ঈশ্বর ফংননবগী মরুওইবা পাম্বৈ অমা তশেংনা ওইরকই।

ঈশ্বরদি অশেংবনি। অশেংবগা অশেংবগা তিন্নগদবনি। ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাবু হান্না শেংদোক্লিবমখৈদি ধর্ম্মগী নত্রগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা খক চঙশিনবা য়ারোই। কখোকপগী পৃকচেলগা লোয়ননা মতম পৃম্নমক্তা থবক তৌরবদি ঐখোয়গী থম্মোয়সে মশানা অদুম শেংদোকচরকই। ঈশ্বরগা মরী লৈনবা বাফমশিং তারগা, ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু তত্তনা শোল্লগা অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিকশিং নিংথিনা নৈনরগা ঈশ্বরগী বাখল অদু মশানা অদুম লাকচৈ ; অদুদগীদি ঈশ্বরবু তত্তনা নীংশিংবা ঙম্লকই।

ঐখোয়গী হকচাঙ, ইন্দ্রিয়শিং অমদি মীরম্লেনগী পোৎশিং অসি ঐখোয়গী লন্নাই ওইনা শীজন্নরোইদবনি। মখোয়দুদি পৃম্নমক্কী মপু ওইবিরিবা ঈশ্বর মহাক্কীনি। মরমদুনা পৃম্নমকসি ইবুংঙো মহাক্কী পেন্ননবগীদমক্তা শীজন্নগদবনি। অদুবু হৌজিক্কি মতম অসিদদি মীফত্ত ময়ামসিনা মখোয়বু মখোয় মশা মশা নুংঙাইনবখক্কীদমক্তা

শীজন্নরে। মায়াগী শক্তিনা শুদ্ধাংখিদুনা ঐখোয়সে ইশা ইশাগী ওইজবতা খন্দুনা লৈনরে, অদুগা আত্মাগী নত্রগা ঈশ্বরগী ব্রাখলদি শুক্লে-লৈনদ্রে। "ঐখোয় ঈশ্বরগুম্বনি, ঈশ্বরদৌনা ঐখোয় নুংঙাইগনি" হায়না খল্লগা ঐখোয়না মায়াগী লাংদগী নাম্থোকপা ঙমদবমখৈ লৈরি। ঈশ্বরনা ফংফম থোকপশিংদুবু ঐখোয়গী ইরান্নাই ওইগে হায়না খল্লুবদগী ঐখোয়সে য়াম্না ব্রানরে, হিংবা কিনরে। তাইবংগী অব্রা-অনা অমদি অকিবা কোক্কে হায়রবদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা অমদি ভক্তি থমগদবনি, অদুগা ইবুংঙো মহাকপু মপুংফানা পেলহন্নবা সেবা তৌগদবনি। ভক্তি হায়বদি মপু অমসুং মনাইগী মরক্তা য়াম্না নুংশিনা লৈনরিবা মরী অদুনি। মনাইগী মথৌদি মপুবু পেন্নবা সেবা নিংথিনা তৌবনি, অদুগা মপুগী মথৌনা মনাইনা দরকার লৈরিবমখৈ মঙোন্দা পীবিবনি। মপুনা পেল্লগা মনাইগী অব্রাৎপা লৈরোই। অদুবু ঐখোয়না ঐখোয় ঐখোয় নুংঙাইরগা লোইরে হায়না খল্লি, অদুগা ঈশ্বরবু করম্না নুংঙাইহনসিগে নত্রগা পেলহনসিগে হায়বগী ব্রাখলদি খক খল্লুদে। মরমদুনা ঐখোয়না তাইবং-সংসার অসিদা অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংদনা লৈবনি। নুংঙাইবগী মহুত্তা নোংম-নোংমগী ঐখোয়গী অব্রাবা অমসুং অকিবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। অব্রাবা অমসুং অকিবসিদগী নাম্থোক্কে হায়রবদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিন্দুনা ঈশ্বরবু ফংননবা থিবা তাই। ঈশ্বরবু নীংসি। ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংসি ঈশ্বরগী সেবা তৌবদা নিংথিনা শীজন্নসি, অদুওইরবদি ঐখোয়না অশেংবা নুংঙাইবদু ফংবা ঙমগনি। মীরল্লেনগী ওইবা থবক অমসুং ব্রাখলদি অব্রাবগী মশক্লি, অদুগা লাইরল্লেনগী ওইবা থবক অমসুং ব্রাখলদি নুংঙাইবগী মশক্লি।

বেদগী ওইবা থোইদোক্লবা মহে-মশিংনা নত্রগা ধর্ম্মগী ওইবা লাইনীংনা নত্রগা তপস্যাগী খম-থেংবা মতৌনা ফংবদা ব্রারবা ঈশ্বরবু ভক্তশিংনদি য়াম্না লায়না ফংবা ঙম্মি। অশেংবা ভক্তশিংনা ঈশ্বরখক্তবু উই, মখোয়না তৌরিবা থবক হেক মখৈ মখোয়না ঈশ্বরবু পূজা তৌজবনি হায়না খল্লগা তৌই। মখোয়গী মীত্তা ঈশ্বর নত্তনা অতোপ্পা অমতা উদে, অদুগা মখোয়গী মণাকোঙনসু ঈশ্বরগী ব্রাখক্তা তাই। মখোয়গী ব্রাখলসু ঈশ্বরগী ব্রাখল নত্তনা অতোপ্পা অমগী ওইদে। মতম অমসুং মফম পুম্নমক্তা মখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী রূপতমক উই, মখোয়গী মচিন্নসু ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনতমক শোঙ্কে। অসিগুম্বা ভক্তশিংসিদদি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগী মতেংখক্তনা ফংবা ঙম্বা "লৌশিংগী মীৎ" অদু পীনবি, অদুগা ইবুংঙো মহাকপু উহল্লি। অসুম্না কলি যুগ অসিদদি ভক্তিগী লম্বীদা চৎলগা ইবুংঙো মহাকপু লায়না থিবা ফংগনি।

মীয়প্পেন অসিদি তশেংনমক হেক হায়রবদা নুংঙাইবা মফম নত্তে, অদুগা য়াম্না খুদোংথীনঙাইসু ওই ; মরমদুনা ঐখোয়না নুংঙাইতবা মফম অসিদা অমুক হন্না পোক্লক্তনবা অদুগা অব্বাবা অমসুং খুদোংথীবা অমতা লৈতবা ঈশ্বরগী লৈবাক্তা য়ৌবা ওম্নবা কন্না লাক্লসি। শিদ্রিঙৈদা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা থিগদৌবগী মহুত্তা শিরবা মতুংদা অশেংবা নুংঙাইবদু ফংলুনবা ঐখোয়না মপোকসিদা হোৎনফম থোকপা অদু হোৎনবা তাই। সংসারগী অব্বা-অনা অমদি খুদোংথীবা হায়বদুদি হঞ্জন হঞ্জন পোক্ল-শির তৌদুনা লৈবদুনি। মসিবু য়াম্না থুনা লেপহন্নবা লাক্লগদবনি। ঐখোয়না মায়া-সংসাবগী ঈপাক্তা অমুক লূপথ অমুক ফাউগৎ তৌদুনা লৈরিবমখৈদি ঐখোয় খুদোংথীনঙাই ওইবা ফীভমদা অদুম লৈখিগনি। অদুবু, ঐখোয়গী পৃন্দী অসিদা লৈত-য়াদদুনা অব্বাবা অমসুং খুদোংথীবা কয়া অমা লৈজরবসু, ঐখোয়না করিমতা নাচুংবিদনা ঈশ্বরবু পূজা তৌব-তৌবগা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক য়ৌনবা লাক্লগদবনি। ঐখোয়না হোৎনগদবদি অতৈ অতোপ্পা হোৎনগদবা নত্তে, ঈশ্বরবু ফংননবা হোৎনবা অদুখক্তনি। ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরবু পূজা তৌব-তৌবগা ভক্তগা ভগবানগা অনীগী মবক্তা ভক্তগী তোঙজবদু লাক্কনি। মসিনা ঈশ্ববগী মায়কৈবোমদা থাঙজিল্লকপা ঈশ্বর ফংননবা হোৎনবগী অচুম্বা খোঙথাঙ অমা ওইগনি।

ভক্তগী অথোইবা মরুপ শ্রীভগবাননা লৈরিঙৈদা ভক্তনা কবিমতা কিনীংঙাই লৈতে অদুগা মাগী খুদোংথীনীংঙাইসু করিমতা লৈতে। তাইবংগী অব্বা-অনাশিং অমদি খুদোংথীবশিং হেক লাকপা মতম মতমদা ভক্তনা করিমতা কিদনা মখোয়বু তরাম তবাম ওকই, মরমদি মখোয়না লাকপদা মানা জ্ঞাণ হেন্না তারক্তুনা ঈশ্বরবু তত্তনা হেন্না নীংশিংবা ওম্লকই। অব্বাবা নত্রগা খুদোংথীবনা মাগী য়াম্না খুদোংচাবা অমা ওইবকই। মরমদুনা মানা অব্বাববু নত্রগা খুদোংথীববু অব্বাবা নত্রগা খুদোংথীবা অমা ওইনা লৌদে-ঈশ্বরগী অচৌবা থৌজাল অমনি হায়না লৌই। মানা মদুবু ঈশ্বরমক্তি হায়নসু লৌই।

ঐখোয়গী পৃন্দীগী থবক্তি অব্বা-অনা অমদি খুদোংথীবদুখক থেংনরগা শিবা হায়বদু নত্তে ; মখোয়দুবু ওইহল্লক্লিবা মরম অদুগী মপু অদুফাওবা হেক থেংনরগা মপুদুগা ঐখোয়গা অমতা ওইনা ওইশিন্নবা লাক্লবদুনি। ঐখোয়না মরুদা লৈরিবা ফীভম অদু ফংননবা হোৎনবা তাই। মীওইবা ঐখোয়সে জীব অতৈদগী থোইদোক-হেন্দোক্লা লাইবক ফবা জীবশিংনি। মীওইবনা আত্মজ্ঞাণ ফংলগা ঈশ্বরবু মশক খঙবা ওম্মি। মালেমসিগীদা নত্তনা মরোল পূম্নমক্কী ষাখল লাকশিনবা ওমহল্লিবা অমসুং ঈশ্বরনা

আত্মাগী মশক লৌদুনা জীব খুদিংগী থম্মোয়নুংদা লৈবিরি হায়বা অশেংবা ৱাখলসি পোকহল্লিবা পূম্নমকসে ধৰ্ম্মগী মতেংননি। জীব পূম্নমক্কী অৱাবা অমদি খুদোংথীবা পূম্নমকপু মায়পাক্লা থেংননবগী মরুন্দ-মরুওইবা খুৎলায়দি ধৰ্ম্মনা শোয়দনা ওইগনি। ধৰ্ম্মগী মতুংইন্নদি তাইবংগী অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবশিংসে লৈফম থোক্তবা অমদি কান্নদবা অমতা নত্তে। ঐখোয়না হন্দকপোক্তা অৱা-অনা নংলিবসিদি হয়েংপোক্তা হেন্না ফবা পূন্নী অমা থেংনরুনবগীদমক্তা তঙাইফদবনি। ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা নুংশিবনা ঐখোয়বু অৱা-অনা নংহনবগী ৱানি ; মদুগী মতীক-চাবা মরম লৈ। ঐখোয়বু ৱাহল্লগা ইবুংঙো মহাকপু নীংশিংহন্দুনা করিগুম্বা অফবা পম্বুং অমদা ঐখোয়বু পুবিনবগীদমক্তা ঈশ্বরনা অফবা থৌরাং অমা তৌবিবনি। ঐখোয়না য়াম্না ৱারবা অমদি লাইবক থীরবা মতমদা ঐখোয়গী থম্মোয়সে অসুম শেংদোরক্তুনা ঈশ্বরবু তশেংনা নীংশিংলকই। ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙম্বা হায়বা অসি ধৰ্ম্মগী অকারম কারবনি। অসুম্না তৌরগা ঈশ্বরবু ফংলবদি অৱাবা নত্রগা খুদোংথীবা অমতা লৈররোই।

শিবনা অরোইবা নত্তে ; শিরবা মতুংদা অনৌবা ফীভম অমা লাক্কনি। শির-তুংগী ওইরক্কদবা ফীভম অদুদি শিবগী মীৎকুপ্তা অথোইবা শরুক অমা ওইনা লৈখিবা মওং অদুনা শেম্মি। শিবগী মীকুপ্তা ঈশ্বরবু মপূংওইনা নীংশিংবা ঙম্লবা মীশিংনা ঈশ্বরবু শোয়দনা ফংগনি। মীওইবখক্তনা তাইবংদা অমুক হল্লক্তনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা ঙম্বগী খুদোংচাবা মরাংকাইনা ফংই। অতৈ জীবশিংনা মসিগী খুদোংচাবা অসি ফংদে। নহালপোক্কী থবক মতুংইন্না হন্দকপোক্কী মপোক লেপ্পগুম হন্দকপোক্কী থবক মতুংইন্না হয়েংপোক্কী মপোকসু লেপকনি। ঐখোয়গী অওইবা পূন্নী হৌগদবদি ঐখোয়না শির-তুংদা অমুক হন্না পোক্লক্তদুনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌরগা হৌগদবনি। শির-তুংগী পূন্নীদা ঐখোয়না ওইগদৌরিবা ফীভম অদুদি ঐখোয়না হিংলিঙৈদা খনখিবা ৱাখল অমদি তৌখিবা থবক্কী ফল অদুমক্কি। মীওইবনা মা-মাগী তুংশিন্দুনা থম্লকপা কৰ্ম্মগী ফলনা মরম ওইদুনা পোক্ল-শির তৌবা হকচাঙশিংদা চঙলগা মপোক মপোক পোকথদুনা অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া হন্না হন্না থেংনরৈ। অদুবু কৰ্ম্ম অমসুং কৰ্ম্মগী ফলবু ঈশ্বরদা পূমকৎ-কখোকপ্রবদি মীওইবনা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল ফংদুনা তাইবংগী অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা পূম্নমক্তগী লাম্থোকপা ঙম্মি।

কনাগুম্বা অমনা শেল-থুম, লৌ-ইশ্বোল, অচৌ-অচৌবা য়ুম-কৈ, চান-থক্লবা পোৎ-চৈ, মচা মশু, হকচাঙগী নুংঙাইনবগী অতোপ্পা মচাকশিং য়াম্না মরাংকাইনা

লৈবা য়াই, অদুগা মখোয়শিংদুগী মথক্তদসু মানা অচৌবা ফম নত্রগা উপাধি ফংবা য়াই; অদুবু মখোয়শিং অসিগী মপু ওইদুনা নুংঙাইবদি তুং-কোয়রোই। মসিগী মনুংঙাই অসিদি হকচাঙগা মরী লৈনবনি অমসুং শেংদবনি। হকচাঙদি শিরগা মাঙখিগনি। ঐখোয়গী তোঙান তোঙানবা পৃক্লীংগী মওংশিংগী মতুংইন্না ঐখোয়না শির-তুংদা অমুক তোপ্লোপ-তোপ্লোপ্পা মখলগী হকচাঙশিং ফংগনি। কনাগুম্বা অমনা হন্দক-মপোক্তা তাইবংগী নুংঙাইবা ফীভম অমদা লৈবা ফংজরবসু চাবগা তৃপ্বগা তৌদুনা অদুম লৈরগা মাগী মপৃক্লীংদা ওক্কী রাখল মপৃংফানা শাগত্তুনা লৈরবদি মানা হয়েংপোক্তা ওক্কী হকচাঙ ফংদুনা ওক্কী পৃক্সী লেনগনি। হন্দকপোক্তা তাইবংগী নুংঙাইবা ফংদুনা লৈরগা হয়েংপোক্তা ওক ওইনা পোক্কদবা লৈরবদি ঐখোয়না মী ওইনা পোক্লকপগী করিদি কান্নরি ? ঈশ্বরগী থাক্তা কাখৎপগী মহুত্তা শাগী থাক্তা কুমথরকপদি ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবগী মায়য়োক্তা থবক তৌরকপনি। ইবুংঙো মহাক্কা পান্নিবদি ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইবদুনি।

সংসারগী তুং-কোয়দবা পোৎশিং ফংননবা লাক্করিঙৈদা ঈশ্বরবু কাউথোকপদি চুমদে। মদুনা ঐখোয়গী অচৌবা অমাঙবা অমা ওইগনি। পোৎশিংদু লোয়নমক মাঙজগ্নবসু ইবুংঙো মহাক্তবু ফংজরবদি, মদুনা ঐখোয়গী হেন্না তোঙজবনি। মীওইবগী হকচাঙবু নুংঙাইহন্নবা উপায় কয়া কয়া পুথোক্লে, অদুবু মখোয়না পৃক্লীংগী অরাববু কোকহন্দুনা শান্তি ফংহনবদি ঙমদ্রি। মদুদি ঈশ্বরগী খুত্তা লৈ। পৃম্নমকসে ঈশ্বরগী মখা পোনবনি। ইবুংঙো মহাক্কী খৌজাল য়াওদনা ঐখোয়না ঐখোয়গী পৃক্সীদা করিমতা মায়পাকপা ঙম্লোই। ঐখোয়সে ঈশ্বরগী মখা পোনবনি হায়না খল্লগা থবক তৌরবদি ঐখোয় রাদ্রে অদুগা শান্তি ফংলে। ইবুংঙো মহাক্কী মখা পোন্না লৈবা হায়বসিমক তশেংনা ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইসন্নবা মওংনি। মশানা মশা মথন্তদা পৃমপেন-পেঞ্জরিবা ইবুংঙো মহাক্কা ঐখোয়গা অমতা ওইবা ঙমজরবদি, ঐখোয়সু ইবুংঙো মহাক্কা অম্মা ওইবে, পেন্দবা লৈত্রে।

শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মহাক্কী ভক্তশিংবু য়াম্না নুংশিজে অমসুং মখোয়গী নুংঙাইনবতা খল্লি। অশেংবা ভক্তশিংনসু ইবুংঙো মহাক্কী পেন্ননবতা খল্লি। ভক্তগা ভগবানগা য়াম্না নকশিন্নে। মখোয় অনীদি অমতনি। মমা-মপানা মচাবুদি কাউথোকখিবা য়াই, অদুবু ঈশ্বরনদি মচা ঐখোয়বু শুককাউ-কাউথোক্তে। মচাদুগী মমা-মপা, মরূপ-মপাঙ, শাগৈ-নাতৈ অমদি মরী-মতা লিশিং লিশিং লৈজরবফাওবদসু মাবু ঈশ্বরনা

ঙাকপী-শেনবিদ্রবদি কনামতনা মাবু শৌগত্তুনা হিংহনবা ঙম্লোই। ঈশ্বরনা শিহল্লগে হায়না খল্লবা অনাবা অমবু খ্বাইদগী হেন্না ফরবা হিদাক অমনা নত্রগা মাইবা অমনা হিংহনবা ঙম্লোই। ঐখোয় পূম্নমকসে ঈশ্বরগী মখা পোন্না লৈবনি। মরম অসিনা ঐখোয়বু করিদা শোয়খিগদগে হায়দুনা ঙাকপী-শেনবীগদবদি ঈশ্বরনদনি ; অদুগা ঐখোয়গী তঙাইফদবা ইথৌনা ইবুংঙো মহাকপু থবায় হকচাঙ য়াওনা পূজা তৌবনি হায়বসি ঐখোয়না খঙগদবনি।

কনাগুম্বা অমনা মাগী শক্তি, মিংচৎ, ইজ্জৎনচিংবা মতীক চানা লৈরে হায়দুনা কৈদৌনুংদসু নাপল তৌফদে-য়াম্না নোল্লুক্লা চৎকদবনি। মাগীনি হায়রিবা মতীক-মগুণশিংদু ঈশ্বরনা পীনবিবনি, ঈশ্বরদগীনি, ঈশ্বরগীনি। ঈশ্বরগী মতীক-মগুণবু মাগীনি হায়না চাওথোকচরিবা মহাক অদুদি খ্বাইদগী অচৌবা হুরানবনি। য়াম্না মতীক মগুণ লৈবা মী অমনা শিরগা মাগী হকচাঙগী মগুণ অমদি মমল অদু লৈফম থোক্লে। আত্মাগী মশক লৌদুনা মহাক্কী হকচাঙদা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক্লা হকচাঙদু হেক থাদোকখিবগা লৈমায়দা লফু মতৃপ অমা তাবগুম লৈরিবা হকচাঙ অদুগী মতীক-মগুণ-লৈররোই। ঈশ্বর য়াওদ্রবদি পূম্নমকসি শূণ্যনি। মানা হিংলিঙৈদা মাগী মমাংদা চৎপা ফাওবা কিনরম্বা মহাক অদুনা শিরবা মতুংদদি মাগী অশিবা হকচাঙগী মমায়দা খোঙপাক্লা কাওবফাওবা কনানসু কিররোই। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী হকচাঙ অসি ফজে, চুং-ফিরাল চাই অমদি শক্তি লৈ হায়দুনা নাপল তৌবা য়ারিব্রা ? য়াদে।

মতম অমদা য়াম্না ফজরম্বা মালেমসি হোজিক্তি অসুম অসুম মশক থীজল্লক্লি। হৌজিক্কী মতমগী মীশিংসি পৃক্লীংগী পোলেপফম খঙদদুনা য়াম্না চম্মমনরে, তৌফম খঙলক্লে, অদুগা আশা অমতা লৈরক্লে। মসিগী মরমদি মখোয়না তুং-কোয়দবা হকচাঙগী নুংঙাইনবতা খল্লুবা, আত্মাগী নত্রগা ঈশ্বরগী ব্রাখল অমতা তৌরুদবা অদুগা ঈশ্বরদগী অসুম অসুম লাপথোরকপদগীনি। ঐখোয় পূম্নমক্লা মপোক অমদগী মপোক অমদা লান্না পাপ লেপ্তুনা তৌরক্লি। ঐখোয় পূম্নমক পাপী ঙাক্তনি। তৌবতবু পাপ চাউনা তৌবা অমদি পাপ পীক্লা তৌবা হায়বগী ব্রাদনি। ঐখোয়না পাপনি খঙনা খঙনা অচৌবা জীবশিংবু হাৎলি, অদুগা লম্বী চৎপদা নত্রগা শ্বর হোনিঙ্ঙনবদা জীব মচা মচা কয়াসু খঙদনা হাৎলি। খুৎহাৎ অনীমক পাপ ঙাক্তনি। পাপতি অমম্বনি, মায়াগী থবক্লি। অদুগা ঈশ্বরনা অমম্বু কোকহনবা ঙম্বা অমদি মায়াবু লাকথুবা ঙম্বা মঙালগী মশক্লি। মরমদুনা ঐখোয়না তৌজরুবা পাপ অদু কোকচগে হায়দুনা ঈশ্বরগী মফমদা

তঙাইফদনা চঙজবা অমা দরকার ওই।

ঈশ্বরদি ঙাকপীহৈবনি। ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু হায়না থম্মোয়শেংনা হায়বু হায়জরবদি ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু শোয়দনা ঙাকপীগনি। অদুবু ঐখোয়না য়াম্না চেকশিনগদবদি অমুক হন্না মতুংদা পাপ তৌজররোই হায়না অনুতাপ তৌরম্লগা অমুক হন্না নৌহৌনা পাপ তৌখৎলক্লবদি ঐখোয় শুকশোয়-শোয়দনা মহাপাপীশিং ওইরক্লনা লাইবক য়াম্না থীরক্কনি। ঈশ্বরদা হায়জরুবগী অর্থ লৈহন্নবা লাক্লসি। মঙাল লৈবা মফমদা অমম্বা লৈতবগুম, ঈশ্বর লৈবা মফমদা পাপ লৈরোই। মরমদুনা পাপীশিংনা পাপ কোক্লনবা ঈশ্বরবু খক কাউথোক্লোইদবনি। ঐখোয় পূম্নমক পাপী ঙাক্তনি, মরম অদুনা ঐখোয়না পাপ কোক্লনবা উপায় অদু থিবা তাই। উপায় অদুদি ঈশ্বর ফংননবা হোৎনবদুনি। ঈশ্বর ফংননবা ঈশ্বরগী মনাক্তা চৎপা তারবদি শাগী লম্বীদা অকিবা লৈতনা চৎকদবা নত্তে, ঈশ্বরগী লম্বীদা চুমদ্রিং চৎলগতা ইবুংঙো মহাকপু ফংবা ঙমগনি। ঈশ্বরবু ফংননবা হায়দুনা ঐখোয়না য়াম্না লাপ্না চৎলগা থিরুগদবসু নত্তে। পোৎ অমা থিবা তাববদি পোৎ অদুগী লৈফমদু হান্না খঙদোক্কদবনি। ইবুংঙো মহাক্কী লৈফমদি জীব পূম্নমক্কী থম্মোয়লকানুংদা লেঙদনা লৈ। মসি খঙলগা ঈশ্বর ফংননবা থিসি।

*ওঁ, শান্তি, শান্তি, শান্তি।*
*হকচাঙগী, পৃক্নীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

# ঈশ্বরর থাজরগা প্রার্থনা তোমি

*হে অর্জ্জুন, ঈশ্বরবু থাজবা হায়বদু য়াওদনা যজ্ঞদা হেক কাখোক্লিবমখৈ অমসুং দান-দা হেক পীখোক্লিবমখৈ, অমদি তৌরিবা তপস্যা হেক মখৈসু নত্রগা হেক আতোবা থবক মখৈসু আরেম্বদা তাই। মসিদি "অসৎ" কৌই অদুগা হিংলিঙে অমসুং শির-তুং অনীমক্তা মহৈঃ লৈতবা নত্রগা কান্নদবা হায়বদু ওই।*

*অদুবু থাজবগা লোয়নবা, এবু মখোয়গী লমথুংফম ওইনা লৌরগা, অচুম্বা কৌবা লাইগী রাফমশিংবু ইল্লিবা ভক্তশিং অদু এঙোন্দদি খম-খেংনা নুংশি-চান্নবা থোকই।*

*নুংঙাইবদা হরাও-মখোই কাগন্দবা অদুগা কল্লক-য়েংথীবসু লৈতবা, তেংথাবসু তৌদবা অদুগা সংসারগী পোৎ-চৈনচিংবশিংপীদমকসু অপাম-মিকারুদবা অদুগা অফ-ফত্ত পুম্ববু পুংথা-থারবা অদুগুম্বা ভক্তি চেল্লবা মখোয় অদুসু এঙোন্দদি য়াম্না নুংশি-চান্নবা থোকই।*

*-শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা*

# মণ্ডা

## ঈশ্বরবু থাজরগা প্রার্থনা তৌসি

মালেমসিদা ধর্ম্ম ময়াম অমা লৈজরবসু ঈশ্বরদি অমতনি। ঈশ্বরগী মওংদি লৈতে, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মওং কয়া পুথোক্লগা লাৎনরি। ইবুংঙো মহাক্কী মমিংসু য়াম্না লৈ, অদুগা মতীক-মগুণসু থাবদা লোইবা নাইবা নত্তে। ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা ওইথোক্তবা হায়বদুসু লৈতে। ঈশ্বরবু উবা ফংদে হায়দুনা ঈশ্বর লৈতে হায়বা য়াদে। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি ঐখোয়না ইশা ইশাবুসু থাজদ্রবনি। পৃম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বর হায়বদুনা লৈরমদ্রবদি ঐখোয় পৃম্নমক লৈরম্লোই। লেঙলি-পাম্লিবা পৃম্নমক অসিগী থব্বায়দি ইবুংঙো মহাক্লি। পৃম্নমক্কী মপু ওইবিরীবা ইবুংঙো মহাকপু পৃম্নমক্কী থাদোক্লবা য়াদ্রবা ইমা-ইপানি হায়না থাজরগা পূজা তৌফম থোকই। ঈশ্বরনা পৃথীনি, অচুম্বনি অমসুং মঙালনি। পৃথী, অচুম্বা অমসুং মঙাল অহুমসি লৈত্রবদা জগৎ অসি লৈফম থোক্তে।

অচুম্বগা অরানবগা নত্রগা অমম্বগা অঙানবগা লাল অমদি শোক্লদুনা অদুম লাক্লি। জগৎ অসিদি অচুম্বা নত্রগা মঙালনা লৈরিবমখৈ লৈগদৌরিবনি। লাল অসিদা অরানবনা নত্রগা অমম্বনা জয় হেক ওইপ্রবদি মীওইবা জাতিসিসু মাঙখিবা তারকপনি। মরম অদুনা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা নুমিৎ খুদিংগী অচুম্বনা করিনো অরানবনা করিনো হায়বদু নুংশিদুনা তাকপীরি ; অদুবু লাইবকথীবনি মায়াগী চৈথেং ফংলবা অপঙবা ঐখোয়না ঈশ্বরগী য়াম্না কান্নরবা ব্রা অদু তাবা ঙমদে। অদুগা অমুকসু অচুম্বনা ফৈ হায়বা খর খঙজরবসু ঐখোয়না অরানবদা হেক্তা চঙশিল্লি। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পীবিরিবা অচুম-অরান খন্দোকপা ঙম্বগী শক্তি অদুবু ঐখোয়না অরেম্বদা মাঙহল্লি। মসিগী মরমদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজদবনি। ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি পাপ তৌবা কিদ্রে। অরানববু তৌদুনা ফত্তবা মীচৎ-শাজৎ চৎলবদি ঐখোয়না মী ওইনা পোকচরক্লবসু ঐখোয় মী ওইদ্রে,

ঈশ্বরবু নীংশিংবা ঙমদ্রে। খোঙ অনী পাল্লি খুৎ অনী পাল্লি হায়দুনা মপাম্ছোংগী মীৎয়েংদা য়েংলগা ঐখোয়বু মীনি হায়না হেক্তা লৌবা য়াদে। মীনা শাগী লীচৎ-শাজৎ চৎলগা শা ওইরে ; অদুগা হিংচাবগী লীচৎ-শাজৎ চৎলগনা হিংচাবা ওইরে।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা অসুম্না হায়ঃ "ওইদনা অওইবা শাবা ; শক-ফজবনি, লল-লৈবনি অমদি মতীক-মগুণ লৈবনি হায়দুনা নাপল তৌবা; ঐ মঙাইরে হায়দুনা মশাগী লৈজবা শক্তিদগী হেন্দোক্লা অতোপ্পদা উৎননবা লাক্লবা ; মশাবু মতীক-চাবনি খঞ্জদুনা চাওথোকচবা ; ইকাইখুম্নবদা মতীক-চাবা নত্রগসু মখোয় মশাবু ইকাই-খুম্নফমনি হায়না খঞ্জবা অমসুং ইকাইখুমহন্নীংবা; শাউগনবা ; নুংশিহৈতবা; পূকচেল খাবা ; বুদ্ধি-বিচারগী মখা পোন্দনা থবক খুদিংমক মচিং-মশোন্দা তৌবশিংসি হিংচাবগী লৈখোন চেনবা মীতাশিংগী মগুণশিংনি।" মখোয়দি হিংচা-য়াইতম্বগী শাজৎনা হৈজল্লবনি। মপাম্ছোংগী শকফমদা মখোয় মী ওইজরবসু, মখোয়না "মী" হায়বা মিং অদু ফংবদা মতীক-মপা চাদে। মখোয়দি হিংচাবগী কাঙলূপ্তা চনগদবনি। মশক য়াম্না ফজরবসু, লল-থুম অঙকপা ফংনা লৈজরবসু, ময়ামগী মরক্তা মচীন-মব্রা য়াম্না চৎপা ওইজরবসু মখোয়বুদি মীনি হায়না লৌবা য়াদে। খুদম ওইনা হায়রবদা, রাবণ মী অমা ওইনা পোকখি, মহৈ-মশিং য়াম্না হৈখি, নিংথৌরেল ওইখি, ললগী মপু ওইখি ; অদুবু মহাক্লা চৎখিবা হিংচা-য়াইতম্বগী লীচৎ-শাজৎ য়েংলগা অমদি মহাক্লা চেল্লিবা ফত্তবা গুণশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা মহাকপু " রাবণ-হিংচাবা" হায়না লৌনরিবনি। মী মীদুগী লমচৎ-শাজৎপু শাগৎলিবা গুণশিং অদুনা মাবু করম্না মীতানো হায়বদু লেপ্পী ; মাগী হকচাঙগী মওং, শকফম অমদি ব্রা-ঙাঙনা লেপ্তে।

মশাগী ওইজবতা থিবা, ধর্ম্ম লৈতবা, মরমচৎ কাম্বা, মপূকচেল ফত্তবা অমদি মী মাঙননবতা তৌবা মীতাবু " হিংচাবা" কৌই। মহাক্তি অহংকারনা লাকহৎখিদুনা অব্রাবা য়াম্না নংই। মহাক্তি তৌগদবা থবক্লা করিনো তৌরোইদবা থবক্লা করিনো খঙদে, নুং-পান অনীমক মোৎনি, অশেং-অমাং লৈতে, আচার-বিচার লৈতে অমসুং নুংশিবা খঙদে। মহাক্লা অতোপ্পগী ফংফম থোকপা হকশিংবু মৎপী, মশাগী নুংঙাইনবথক্কীদমক্তা থবক তৌই, অদুগা য়াম্নসু শাথী। অরানবা থবক তৌবদা মহাক্লা অকিবা করিমতা পোক্তে। মহাক্লা অচুম্বা, নুংশিবা অমসুং ঈশ্বরবু লৈতে হায়। মহাক্কী ব্রাখলদি তুংগী ব্রা করিমতা খল্লদনা হিংলিঙৈদা য়ারিবমখৈ মশাগী নুংঙাইনবতা হোৎনরগা লোইরে হায়বসিনি। মহাক্লা মী অতৈদা অমদি তোল্লবা জীবশিংদা নুংশিবা উৎপগী ব্রা লৈতে। অসিগুম্না

মীতাশিংনা লান্না নুপা-নুপী মরী লৈনবা, জুবার শান্নবা, শানৈ-যুনৈবনচিংবগুম্বা ফত্তবা থবকশিংদা তত্তনা চঙশিল্লি। মখোয়দি মালেমসি লূম্নবা পোল্লকগা ঈশ্বরগী অনীংবগী মায়য়োক্তা লৈরবনি।

হিংচা-য়াইতম্বগী ঈচৎ-শাজৎ চৎপা মীশিংনা তৌবা পাপ চেনবা থবকশিংগী অরূম্বনা মালেমসিদা হেঞ্জন্না হাপকৎলক্লবা মতমদা মালেমসিনা পোৎলূমদু পুবদা য়াম্না ৱানা থোকই। ঈশ্বরবু থাজদবা মীশিংনা মালেমসিদা শারাশন্না লৈরক্লবা মতমদা মখোয়দুনসু মালেমগী য়াম্না লূম্বা পোৎলূম অমা ওইরকই। পোৎলূম অসি য়াংহন্নবগীদমক্তা লাল, চাকতাঙবা, ঈশিং-ঈচাউ, ঈকং, লৌনগনবা অমদি শিনগনবা লায়না, য়ূহারাবা অমদি শাথীরবা লাইচৎনচিংবা থোরকই। প্রজাশিংনা লৈবাক্কী আইন থুগাইবকই অদুগা মীহাৎ-মীপুন্নচিংবা তৌনরকই। লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিং মকোক শারকই। মসি প্রকৃতিগী নিয়ম্নি।

অচৌ-অচৌবা চীংশাং কয়া, অৱাংবা চীং কয়া অমসুং অচৌ-অচৌবা ঈপাক্লচিংবা কয়া লৈবা মবম্না মালেমসি য়াম্না লূম্মী, অদুবু মসিনা মালংদা অতাউবা পোৎশক অমগুম তাউদুনা অদুম লৈ। মসিনা অসুম তাউদুনা লৈবগী মরমদি ঈশ্বরনা মসিগী মনুংদা চঙদুনা লৈবিবদগীনি। ঈশ্ববনা আত্মাগী মশক লৌদুনা কনাগুম্বা অমগী হকচাঙদা লৈবিবমখৈদি মহাক্কী হকচাঙদু ঈশিংদা তাউগনি, অদুবু আত্মানা হকচাঙ থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতমদা অশিবা হকচাঙ অদু ঈশিংদা লূপথখিগনি। অদুম হায়না মালেমসিদা ঈশ্বব থাজদবা মীশিংনা শারা-শল্লক্তুনা লৈববা মতমদা মালেমসি লূম্মনখিদুনা লূপখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। শূণ্যগী মমাংদা মশীঙ অমা হাপত্রবদি শূণ্যগী মমল লৈতে। ঈশ্ববু কাউথোক্লবদি মালেমসি শূণ্যনি, মীওইবগী পুন্সীসু শূণ্যনি, নুমিৎসিসু শূণ্যনি, অতিয়াসিসু শূণ্যনি অদুগা থাসিসু শূণ্যনি। শূণ্য ময়ামসি ঈশ্বর লৈবগী মমল লৈবনি। মরমদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবা তাবনি ; ঈশ্বরবু থাজবা তাবনি অদুগা ঈশ্ববদা প্রার্থনা তৌবা তাবনি।

ঈশ্বরবু থাজবা হায়বসিদি থম্মোয়দগী লাক্কদবনি, মপান্দগী লাক্কদবা নত্তে। মসিদি জীব খুদিংমক্কী থাম্মোয়নুংদা ঈশ্বর লৈ হায়বা অচুম্বসিবু খঙবদুনি। হুরানবা মী, য়েক্লবা মী, শা-ষণ, উচেক-ৱায়া, তীন-কাঙনচিংবগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আত্মাদুবু উগদবনি। অদু ওইরবদি পূম্নমকপু নুংশিবা ঙম্লক্কনি অমসুং সেবা তৌনীংবা পোল্লক্কনি।

হুরানবা মী নত্রগা য়েক্লবা অমবু কনাগুম্বা অমনা মশাগা মান্ননা য়েংবা ওন্নবদি হুরানবগী নত্রগা য়েক্লবগী বাখল অদু মাঙখিগনি। মসিগী অচুম্বা মীৎয়েং অসি ঐখোয়দা লৈত্রিফাওবদি ঐখোয়গী লৌশিং অমসুং ধর্ম্মগী শাজেলশিং পূম্নমক করিমতা কান্নবা লৈতে। ঐখোয়গী পূক্নীংবু অৱাবা পীরিবা ফত্তবা বাখলশিংনা পূক্নীংদা লৈবিদ্রবদি অকিবা হায়বদু অমতা লৈররোই, অদুগা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বর লৈ হায়বদুসু উখোক্লক্কনি। ঈশ্বরদি মতম পূম্নমক্তা ঐখোয়গী থম্মোয়লকানুংদা লৈবিবনি, অদুবু লাইবকথীবদি, ইবুংঙো মহাকপু থাজরুদবদগী, ঐখোয়না ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ইবুংঙো মহাক্লা লৈবিরি হায়বসি খঙলুদে, খঙগে হায়দুনসু হোৎনরুদে। মরমদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী পূন্সীদা অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া নংলি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু তশেংনা হেকমক থাজবা ওন্নবদি, তাইবংগী অৱা-অনানা ঐখোয়বু শোকপা ওন্নরোই।

ঈশ্বরদি মতম পূম্নমক্তা ফদুনতা লৈবনি। অদুগা ইবুংঙো মহাক্লা তৌবা ওমদবসু অমতা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্লা য়োৎপু সনা ওলহল্লি, লৈবাকপু চিনি ওলহল্লি, ফত্তববু অফবা ওলহল্লি, অৱাববু নুংঙাইবা ওলহল্লি,অশিববু অহিংবা ওলহল্লি, অসিনচিংবা। তাইবংগী অৱা-অনাসি থেংনগদবগী শরুকপুদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী লৈবাক্তা চত্তুনা আনন্দ ফংলুবনা য়াম্না হেন্না ফৈ। মরমদুনা ঐখোয়না অফবা লমচৎ চত্তুনা অফবা মী অমমম ওইনবা লাক্লসি। ঐখোয়না য়ুমদগী থোরক্লগা য়ুমদা অমুক হঞ্জিনবগুম ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরদগী লাকপনি, অদুগা মালেমসিদা মতম খর লৈরম্লগা ঈশ্বরদা অমুক হঞ্জিনফম থোকই। ঐখোয়গী অশেংবা য়ুমদি ঈশ্বরগী লৈবাক্তা লৈ। ঐখোয়গী অশেংবা লৈফম অদু য়ৌনা চৎননবগীদমক্তা মালেমসিনা পাম্বে অমা ওইবগা ধর্ম্মগী অকারম থিগদবনি। ঐখোয়না মালেমসিদা অফবা থবক তৌর-তৌরগা ঈশ্বরগী লম্বী খঙলক্কদৌরিবনি। অফবা থবক তৌবা হায়বসিদি অতোপ্পগী ফননবা নত্রগা য়াইফনবা থবক তৌবা হায়বনি; ইশাগী ওইজবা থিবগী থবক তৌবা হায়বদু নত্তে।

ঈশ্বরবু থাজবা অফবা মী অমনা তাইবংপানবা অসিবু ফনা অদুম উই, অদুগা ঈশ্বরবু থাজদবা মীফত্তশিংনদি পূম্নমকসি ফত্তনা অদুম উই। ফত্তবা মরক্তা অফবা তৌবা ওন্নবদি, অফবগী শক্তি ফুদোকররকই। "ফৌ পূর ফৌ শিং, চেং পূরা চেং শিং" হায়বসিদি মীওইবগী অনেম্বা থাক্কী চৎনবীনি। "অফবদি অফবনা শিংগনি, ফত্তবদি ফত্তবনা শিংগনি" হায়বসিদি মমল তিক্লবগী ৱানি ; মদুনা ধর্ম্মগী নত্রগা আধ্যাত্মিক্কী লমদা কান্নবা লৈতে। অদুবু ঐখোয়না ঐখোয়দা ফত্তবা তৌরকপা মীদা অফবনা হনখিবা

ঙল্লবদি, মদুনা মায়কৈ অনীমক্তা পাপতগী কনবিবা ঙম্বা শক্তি অমা ওইরকই। অফবগী মমাংদা ফত্তবা লৈবা ঙমদে। য়েংথীনরিবা মীশক অদুবু হাৎকদবা নত্তে, য়েংথীনবগী মতৌ অদুবু হাত্তোক্লগা মাঙহনখিগবদনি। অফবা মী অমা ওইরকপা হায়বা অসি থম্মোয় শেংলবা মীগীদমক্তদি য়াম্না লায়না থোকই। অফবা মীশিংনা উফুলদগী হেন্না তোন্না নত্রগা নোল্লুক্লা লৈ। মালেমসিদা লৈরিবা মীশিংনা নত্রগা শাশিংনা উফুলবু খোঙনেৎনৈ। অসুম্না খোঙনেৎনরিবা উফুলদুদগীসু হেন্না হম্থনা লৈবা ঙল্লবা মহাক অদুনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লগা ঈশ্বরবু ফংবা ঙমই। ঈশ্বরবু ফংলবদি আনন্দসু ফংই।

মীওইবনা আনন্দবু য়াম্না কন্না পাম্মি। থাজবা লৈবা মফমদা, নুংশিবা লৈ। নুংশিবা লৈবা মফমদা শান্তি লৈ। শান্তি লৈবা মফমদা অচুম্বা লৈ। অচুম্বা লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ। ঈশ্বর লৈবা মফমদা আনন্দ লৈ। আধ্যাত্মিকী লম্বীদি থাজবনা হৌই অদুগা আনন্দদা লোইশিল্লি। নুংশিবা অমসুং অচুম্বনা ঐখোয়বু খাঙবা কলহল্লি, মীগী ফত্তবা ব্রা ঙাঙহন্দে, মীগী নুংঙাইতনবা ব্রাখল খলহন্দে অদুগা মীগী মরাল থিহন্দনা ঐখোয় ইশা ইশাগী ইরালতবু থিদোক্লগা চুমথোকচবা ঙমহল্লি। অদুদগীদি অশেংবা জ্ঞান লাকই। অচুম্বা, জ্ঞান অমসুং আনন্দ ফংলবা মহাক অদুদি ঈশ্বরগী থাক্তা কাখৎলক্লবনি। ফীভম অসিদবু য়ৌবক্লবদি অচুম্বনা জ্ঞানসু আনন্দসু ওইরক্লে। আনন্দ ফংলবা মী অমগী হকচাঙদা থাংনা চগৎ চগৎ য়ান্দুনা মাবু শাথীনা ওৎ-নৈবিরবফাওবদসু মহাক্কী নুং-দা অদুম য়াম্না নুংঙাইনা লৈগনি। মসিগী নুংঙাইবা অয়ৌবী অসিবুনি ঐখোয়না ফংননবা তানগদবদি, তাইবংগী ঙাইহাক-ঙাইহাক নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অব্রাবদু নত্তে।

অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইরগা ঐখোয়গী পৃক্সীগী থবক খুদিংমক তৌগদবনি। ঐখোয়না অচুম্বা য়াওদনা পৃক্সীগী নিয়মশিংবু ঙাক্লা চৎপা ঙম্বা হৌনদে। অচুম্বা ব্রা ঙাঙগদবনি, অচুম্বা ব্রাখল খনগদবনি অমসুং অচুম্বা থবক তৌগদবনি। ব্রানা অমা ঙাঙবা, ব্রাখলনা অমা খনবা অদুগা থবক্লা অমা তৌবা য়াদে। মখোয় অহুমসি চানহনগদবনি। মীশিংনা অশেংবা অচুম্বা অদুবুদি হেক্তা খঙবা ঙমদে। ঐখোয়না খঙলি-উরিবা অচুম্বসিদি অশেংবা অচুম্বদুগা মরী লৈনবা হম্থবা অচুম্বখক্তদনি, মরমদুনা ঐখোয়না অহানবদা হম্থবা অচুম্বদুখক ইল্লগা অরানবদা চৎখিদনবা লাক্লখিবা তাই। অশেংবা অচুম্বদি লাইবিকশিংদা ফংলোই। মদুদি মীওইবগী থম্মোয়দা লৈবা মরম্না থম্মোয়দা থিগদবনি। বুদ্ধদেবনা হায়রম্মী ঃ "অহিংসানা খ্বাইদগী অথোইবা ধর্ম্মনি।" মরমদুনা অহিংসানা উপায় অমা ওইরগা মদু থিরবদি শোয়দনা ফংগনি। অচুম্বা থিরকপা মতমদা অপাম্বা,

অশাউবা, য়েংথীবা, ওইজবা থিবনচিংবা পূন্নমক মশানা অদুম মাণ্ডজখিগনি। অচুম্বা হায়বসিদি ঈশ্বরনি। অচুম্বা থিবগা ঈশ্বর থিবগা অন্দানি। ঐখোয়না অচুম্বা থিবদা খুদোংথীবা কয়া থেংনরকপা য়াই। মদুদা পূক্রীং লাণ্ডতক্লবা য়াদে, মরমদি অচুম্বা থিবদা খুদোংথীববু লাক্লবদি ঐখোয়গী অচুম্বা থিবগী থবক অদু তত্থায় অমা মায়পাকপা হৌরবনি। খুদোংথীবা অমা হেক লাকপদা ঈশ্বরগী মতেং দরকার ওইরক্লুনা ঈশ্বরবু নীংশিংলক্কনি।

অফবা থবক অমা তৌবদা খুদোংথীবা কয়া লাক্লবসু লাকচসনু ; মখোয়দুবু থৌনা য়াম্না ফনা থেংনগদবনি। "মায়পাকপা" নত্রগা "মায়থীবা" হায়বদুদি ঈশ্বরগী মখুত্তা য়াম্না থাজনা শীন্নত্রগদবনি। ঐখোয়না তৌফম থোকপা থবক্তু থবায় য়াওনা তৌত্রগা লোইরে। মদুগী মহৈঃদুদি ঈশ্বরগীনি। পূন্নমক ঈশ্বরগী মখা পোনবনি। ইবুংঙো মহাক্লা নোল্লুকপা, মশানা থবক তৌবদা চেকশিঞ্জবা অমদি উইন-কনবা মীশিংদা মতেং পীবি। থবক তৌরিবদি ঈশ্বরননি, ঐখোয়দি ইবুংঙো মহাক্কী খুৎলায় ওইবখক্তনি। থবক্কী মহৈঃ য়েংলগা থবক তৌগদবা নত্তে। থবক খুদিংমক ঈশ্বরগী পূজা ওইহনসি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজরবদি ঐখোয় শোঞ্জরবসু খাণ্ডবা কল্লক্কনি , লিংজেল লৈরক্কনি অমসুং থৌনা ফরক্কনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পাঙ্গল অমদি লৌশিং পীনবিরিবনি। মরমদুনা ঐখোয়গী করিশু ব্রানীংঙাই লৈতে। মসিদা চিংনবা অমতা লৈরোইদবনি। ঈশ্বরবু থাজত্রবদি "চিংনবা" মশানা অদুম লাকচৈ। অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা মতম অনীমক্তা পূক্লিং ঈরাং হৌদনা ঈশ্বরবু থাজবা ঙম্নবা লাক্লসি।

ঈশ্বরবু থাজবা মীশিংগী মফমদদি "হিংবা" অমসুং "শিবা" চপ মান্নে। মখোয়গী ব্রাখলদদি হিংঙবসু ফৈ শিরবসু ফৈ হায়না লৈ। ঐখোয়না হিংগনি হায়রগা হরাওবা শিগনি হায়রগা কিবা তৌরোইদবনি। ঐখোয়না কিগদবদি ঈশ্বরখক্তবুনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু কিরবদি ঐখোয়গী অতোপ্পা অকিবা অমতা লৈররোই। ঐখোয় নোংমদি শোয়দনা শিগনি, অদুবু ঈশ্বরদি শিবা নাইদে। ঐখোয়না হিংলিঙৈদসু শিরতুংদসু অনীমক্তা ঈশ্বর নত্তনা ঐখোয়বু ঙাকপী-শেনবিনবা কনামতা লৈতে। মরমদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু নীংগদবনি অমসুং ঈশ্বরদা ঐখোয়গীনি হায়বা পূন্নমক কখোক্লগা চঙজগদবনি। পূন্নমক ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা কখোকপ্রবদি, ঐখোয়গী হকচাঙ ফাওবা ইবুংঙো মহাক্কী ওইব্রে। হকচাঙ অসি নারক্লবসু ঐখোয়গী হকচাঙ ওইদ্রবনিনা ঐখোয়গী করিমতা ব্রানীংঙাই ওইদ্রে। ঐখোয়গী অশেংবা অব্রাবদি ঈশ্বরবু কাউথোকপদা লৈ, অদুগা অশেংবা

নুংঙাইবনা ঈশ্বরবু মতম লৈবা খিবিক্তা খন্দুনতা লৈবদা লৈ। ঐখোয়না মতম পুম্বদা ঈশ্বরবু কাউদ্রবদি তাইবংগী অৱাবা মৈরক্তা চৎনা চৎনা ঐখোয়না মোমোন মোমোন নোকপা ঙমগনি। ঈশ্বরগী য়াথং য়াওদনা সংসারসিদা করিমতা থোক্তে। মরমদুনা ইবুংঙো মহাক্কী ময়াথং মখাদা থোক্লক-থোক্লকপা খুদিংমক থেংনবদা করিগী ৱারুফম থোকই ?

আত্মা লৈ অমসুং অমরনি হায়বসি য়ানীংদ্রিবমখৈদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজবা ঙম্বা হৌনদে। ঈশ্বরবু থাজদবা হায়বসিদি তুং-কোয়দবা পোৎশিংনা পীক থন্না লৈবা মায়া-সংসারবু থাজবা হায়বনি। মসিগী শেংদবা মথাজা অসিগী মনুংদা "চিংনবা" হায়বদু লৈ। ঐখোয়গী পুক্নীংদা চিংনবা লৈরবদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা ঙম্লোই। ঈশ্ববরু থাজবা হায়বসিনা অশেংবা থাজবনি। ঈশ্বরবু থাজদবা মীনা মশাবুসু থাজবা ঙমদে। মবমদুনা মহাক্তা মীওইবা জাতিবুসু থাজদে। ঐখোয়না ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা থাজনরক্তবদগী মালেমসিদা চিংনবগী মহুম চাউনা শারকই। মদুগী ফল অমা ওইনা অকিবা ফংলবা থৌদোক মখল কয়া কয়া থোক্লকই। চিংনবা হায়বসিদি মীওইবগী থম্মোয়দা চঙলকপা য়াম্না শাথীরবা মীওইবা জাতিবু মাঙহনবা ঙম্বা মহিক অমগুম্বনি। হৌজিক্তি মালেমদা লৈবিবা মীশিংসি চিংনবগী লায়নানা নারে। ঐখোয়না ইশা ইশাবু চিংনজববদি ইশানা ইশাবু থাক হম্বুহঞ্জরবনি।

মশানা মশাবু থাজবা হায়বদি ঈশ্বরবু থাজবা হায়বনি। ঈশ্বর-থাজবনা মমল য়াম্লে য়াম্লে হায়বা তাইবংগী পোৎশিংদগী য়াম্না হেন্না মগুণ লৈ। অনী অসি শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌনবা য়াদে। মোহম্মদপু শেল য়াম্না পীগে ঈশ্বরবু থাজগনু হায়না কন্না থেম্বা মতমদা ইবুংঙো মহাক্তা হায়খিঃ "ঐগী খুৎ অমদনা নুমিৎ পীরবা, অদুগা অতোপ্পা ঐগী খুৎ অমদনা থা পীরবফাওবদা ঐনা ঈশ্বরবু থাজরিবসিবু খক থাদোকপা ঙম্লোই। ঈশ্বর নত্তনা ঐখোয় মীওইবগী অৱাবা অসি কনামতনা কোকহনবা ঙম্লোই।" ঈশ্বরবু থাজবা লেপ্পা য়াদে। থাজবা অসিগী ঈচেলনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা অমুক্তংবু চেনবা হৌরবদি, মসিনা তাথীনঙাই ওইবা সংসারগী পোৎশিংবু পাম্বগী ৱাখল অদু য়াম্না লাপ্না পুথোকখিদুনা ঐখোয়গী থম্মোয়সে শেংদোকপী। থম্মোয়বু শেংলবদি ঐখোয়না ইশা ইশাবু থাজরক্কনি, মীওইবা জাতিবু থাজরক্কনি অদুগা ঈশ্বরবুসু অরোইবদা চেৎনা থাজরক্কনি। ঐখোয়গী পাঙ্গল পুম্নমক ঈশ্বরবু থাজবদা লৈ।

মীনা মীগী অৱাবা কোকহনবা ঙমদে। শক্তি পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা

ঈশ্বরগী শক্তিদি হন্থবা নাইদে, অদুগা মীওইবগী শক্তিদি হন্থবা নাই, তুং-কোয়দে অমদি ঙমখৈ-নাই। মরমদুনা ঐখোয়না তাইবংগী অৱাবা ঈপাক অসি লাম্থোক্কে হায়রবদি ঈশ্বরগী লেঙদবা শক্তি অদুদা থাজবা থম্বনা অচুম্বা ওইগনি। মীওইবা ঐখোয়বু তাইবংগী অৱাবা কয়াগী মরক্তা লৈরুচো হায়না ঈশ্বরনা থাবিরকপদি ঐখোয়বু অফবা পম্মুং অমদা পুশিনবিগে হায়দুনা থৌরাংবিবনি। ধর্ম্মগী অকৃপ্পা মীৎয়েংদা য়েংলবদি তাইবংগী অৱা-অনাশিং অসিদি ঈশ্বরগী বরনি। ঐখোয়গী ঙাকপী-শেনবীনবা ঈশ্বর লৈরি হায়বসি খঙলবদি ঐখোয়না তাইবংগী অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া থেংনবদা করিমতা কিনীংঙাই ওইদে। অকিবা পূম্নমক অসিদি ঈশ্বরবু থাজবা ৱাৎপগী খুদমনি। হকচাঙ অমসুং পূক্নীংগী অৱা-অনাশিংবু মায়পাক্না থেংনবা ঙম্নবা হোৎনসি, অদুগা মদুনা ধর্ম্মগী লমদা ঐখোয়গী য়াম্না কান্নবা ওইগনি। ঐখোয়বু ঐখোয়গী পূন্সীদা অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবা কয়া থেংনবা ঙমহনবগীদমক্তসু ঈশ্বরবু থম্মোয় য়াম্না শেংনা থাগৎসি।

ঈশ্বরনা ঐখোয়গী অশেংবা ইপানি, ইমানি, মরী-মতানি অমসুং মরূপনি। ঐখোয়গী নক্নবা মীশিং অসিদি মশা মশামকফাওবা উপায় লৈজদ্রবনি। ঐখোয়সু ইশা ইশাগী ওইনা উপায় লৈজদ্রবনি। উপায়-লৈজদ্রবশিংগী উপায়দি ঈশ্বরনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মখা পোন্না হিংবা নত্তনা অতোপ্পা অমা অমগী মখা পোন্না হিংবা শুকঙম-ঙল্লোই। মরমদুনা ঐখোয় পূম্নমক্না ঈশ্বরদা চঙজগদবনি অদুগা থম্মোয় শেংনা প্রার্থনা তৌজগদবনি। ঈশ্বরদা হায়জবা নত্রগা প্রার্থনা তৌবা হায়বা অসি ধর্ম্মগী য়াম্না মরুওইবা অমনি। ধর্ম্ম য়াওদনা ঐখোয়না হিংবা ঙমদে। প্রার্থনানা পূন্সীগী য়াংলেন-শরূ ওই। প্রার্থনা তৌবা হায়বসিসু থম্মোয় য়াওনা তৌদ্রবদি প্রার্থনাগী কান্নবা ফংলোই। থম্মোয় য়াওদনা ৱাহৈনা প্রার্থনা তৌবদগীদি ৱাহৈ য়্লাওদনা থম্মোয়না প্রার্থনা তৌবনা য়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা ফৈ। মরোল-থোক্তবশিংনা প্রার্থনা তৌবদি থম্মোয়না তৌবনিনা ঈশ্বরনা নিংথিনা তাবী। থম্মোয়গী প্রার্থনানা পূক্নীংগী শান্তি পী। প্রার্থনা নিংথিনা তৌবা মীনা তাইবংসিদা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমই, অদুগা প্রার্থনা তৌদবা মীনা য়াম্না ৱানা লৈগনি অদুগা অতোপ্পদসু অৱাবা কয়া পীগনি। প্রার্থনা তৌবা হায়বা অসিদি থম্মোয়গী থবক্নি। হুনা পীক থন্না লৈবা থম্মোয়দগী লাকপা প্রার্থনানা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা ঙল্লোই।

ঐখোয়না ঐখোয়গী পূন্সীদা অৱাবা, খুদোংথীবা, নীংবকায়বা, খঙদবনচিংবা কয়া অমা থেংনরকপা মতমদা থৌনাফনা থেংনগদবনি, অয়ম্বা থক ওইরোইদবনি।

প্রার্থনা তৌবা হৈনবা মীদি কৈদৌনুংদসু অয়ম্বা ওইদে, মরমদি প্রার্থনানা মঙোন্দা কনামতনা পীবা ঙমদবা শক্তি, পাঙ্গল অমসুং পূক্নীং-লৈতানা-লৈবা মতৌ অদু পী। ঐখোয়না তুং-কোয়দবা হকচাঙগীদমক্তদি নুমিৎ খুদিংগী চীঞ্জাক পীরি। আত্মা য়াওদ্রবদি হকচাঙ লৈরোই, অদুবু আত্মাদি হকচাঙ য়াওদ্রবসু অদুম মাঙদনা লৈগনি। হকচাঙদগী য়াম্না হেন্না মরুওইবা আত্মাগী চীঞ্জাক্কী প্রার্থনানি। মরমদুনা য়ামদ্রবদা অয়ুক অঙনবদা অমুক তূম্মমদাইদা অমুক তঙাইফদনা আত্মাগী চীঞ্জাক পীফম থোকই। তূম্বা হায়বসিদি শিবগী মনাওনুপানি। তূম্বদগী হৌগৎলকপা হায়বসিনা শিরুরগা অমুক হন্না পোক্লকপনি হায়না লৌগনি। তূম্বা হৌগৎলকপগী নুমিৎ অদু সেবাগীদমক্তা মপূংফাবা নুমিৎ অমা ওইহনবিয়ু হায়দুনা ঈশ্বরদা হায়জগদবনি। অয়ুক অঙনবগী প্রার্থনা তৌবা মতমদা নোংমদুগী অচুম্বা থাখল খঙ্গগে, অচুম্বা থা ঙাঙজগে অদুগা অচুম্বা থবক তৌদুনা ঈশ্বরগী সেবা তৌবা ঙমজগে হায়দুনা ঈশ্বরদা হায়জরগা নোংমদুগী থবকশিংদু তৌবা হৌরবদি, মদুনা আধ্যাত্মিক্কী লমদা য়াম্না কান্নবা ওইগনি। নোংমগী অহানবা প্রার্থনা অসিনা আত্মাগী চরা-থানবনি। অদুগা তূম্মমদাইদা অমুক "ঐহাক হৌজিক শিগদৌরবনি, অদুনা ঐনা লানখিবা পূম্নমক অদু ঙাকপীয়ু" হায়দুনা ঐখোয় খুদিংনা আত্মাদা নুংমিদাংগী চরা পীজবা ওইনা প্রার্থনা অমুক তৌগনি অদুগা ঈশ্বরগী মতম্বাক্তা শিরবনি হায়না শেংনা খল্লগা তূমথগনি।

প্রার্থনা তৌবগী পান্দমদি ঈশ্বরবু থাগৎপা নত্তে, ঐখোয়গী লল-থুম, মিংচৎ, ঈজ্জৎনচিংবা পীবিয়ু হায়না হায়জবা নত্তে ; ঐখোয়গী পূক্নীংবু শেংদোকচবা ঙম্বখক্তুনি। পূক্নীং শেংদোক্লবা হোৎনরকপা মতমদা ঐখোয় ঐখোয়গী থম্মোয়লকানুংদা ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা লৈ হায়বসি খক কাউরোইদবনি। প্রার্থনা হায়বসিদি ঈশ্বরবু য়ৌনা থাজবগী থবক্তুনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজরগা প্রার্থনা তৌগদবনি। ঈশ্বরগী মমিং লৈশিং লিশিং লৈবা য়াই, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী অমতনি। ঐখোয়না হেক পাল্লিবা ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেন্দু শোল্লগা প্রার্থনা তৌবা য়াই। তুমিন্না প্রার্থনা তৌবনা অফোংবা প্রার্থনাদগী মপাঙ্গল কনবা হেল্লি। ঐখোয়না চীন্দা থা লেপ্তুনা ঙাঙলগা প্রার্থনা তৌরবদি, থম্মোয়নুংদগী থোরকপা পীকপদগী পীক্লবা ঈশ্বরগী খোঞ্জেল অদুদি তাবা ফংলরোই।

ব্রত কৎলগা প্রার্থনা তৌবদি য়াম্না কান্নে অমসুং ব্রত তৌবগী অথাবা খঙদে ; অদুগা প্রার্থনা তৌদনা চরা হেনবদি য়াম্না থানা থোকই। প্রার্থনা তৌবসি পোৎলূম অমনি হায়না ঐখোয়না লৌরবদি, ঐখোয়না প্রার্থনা তৌরুবগী কান্নবা অমতা ফংবা ঙম্লোই।

ঈশ্বরনা ঐখোয়বু প্রার্থনা তৌদবা য়াদে হায়দে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গীনি হায়দুনা লৈরিবা পোৎশিং অসি ইবুংঙো মহাক্না পীবিবনিনা ইবুংঙো মহাক্কী লমন ঐখোয়দা য়াম্না তোল্লি। মসিগী তৌবিমল উৎপা ওইনা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু মতম লৈবা খিবিক্তা নীংশিংগদবনি, অদুগা তত্তনা প্রার্থনা তৌগদবনি। প্রার্থনা তৌবা হায়বসিদি ঐখোয়গী অশোনবা ময়াম অসি লৈহন্দনবা মীৎ উইশিল্লগা অমদি ণাকোঙ মেনশিল্লগা ঈশ্বরগা ব্রা-তান্নবনি। তাইবংগী পোৎশিংসি উরগা অমসুং সংসারগী ওইবা মপানগী ব্রাশিংসি তারগা ঐখোয়গী লাকণ্ডম-ফাঙমদ্রবা পূক্লীং অসিনা ঙাওরক্তুনা ঈশ্বরদা লেঙদনা লৈবা ঙম্লক্তে; মরম অদুনা ঐখোয়না প্রার্থনা তৌবা মতমদা মীৎ উইশিনগনি অমসুং ণাকোঙ মেনশিনগনি। প্রার্থনা তৌবা মতমদা মপানগী ব্রাখল পোক্লকপা য়াদে। প্রার্থনা তৌবা মতমদা তাৎ তৌবসু য়াদে। ঈশ্বরদগী পূক্লীং চোয়খিদনবা পূক্লীংগী মীৎ-নাবু খুমজিনগদবনি।

লাইরিক হৈবা অমদি ফম অচৌ-অচৌবা পায়বা মী অয়াম্বনা লাইশঙশিংদা চত্তুনা লাই-খূরুমনদে। মখোয়দি পাপ শুক্লে লৈতদৌনা তৌই। লাইশঙশিং অসি পাপীশিংগীনি, পাপ-চেল্লবা মীওইবা জীতিগী দরকারগী মতুং ইন্না থম্বনি। ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক পাপ চেনবা মীওই ঙাক্তনি। অচৌ-অপীক খায়দনা ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরগী মনাই ওইগদবনি। লাইশঙশিং অসিনা পাপ-চেন্দবশিংগীদা ওইরম্লবদি মীওইবা অমতা লাইশঙশিংদা চঙদুনা ঈশ্বরবু পূজা তৌবা য়াররোই। মরমদুনা ঐখোয়না লাইশঙশিংদা ইকাইবা অমদি চিংনবা লৈতনা চঙদুনা মীয়ামগা পূন্না প্রার্থনা তৌমিন্নবা করিশু কায়দে, য়াম্না কান্নগনি।

তাইবংগী পাপ চেল্লবা মীৎ অসিনা উবা ঙমদবা ঈশ্বরগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থম্বা হায়সি মায়াগী ঈপাক্তা তাউরিবা ঐখোয়গীদমক্তদি অরায়বা থবক অমা নত্তে, অদুবু তাইবংগী মীৎ উইশিল্লগা জ্ঞানগী মীৎ পাঙথোক্লবদি ঈশ্বরবু উরক্তুনা ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্বা ঙম্লক্কনি। কনাগুম্বা মী অমনা সংসারগী ওইনা অব্রাৎ-অপা লৈতবা পূশী অমা ফংবা য়াই, অদুবু মাগী পূশী অদু ঈশ্বরদগী ওইরকপনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মখূত্তা লৈ হায়বসি খঙদ্রবদি মহাক্কী পূশী অদু মহাক্কী আত্মাগী খ্বাইদগী মম্লবা মতমনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গী ব্রাখলশিং, পূক্লীংগী ঈহলশিং অমসুং ঐখোয়না করি করি দরকার ওইরিবগে হায়বা পূম্নমক অদু তশেং-তশেংনা খঙই। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গীদমক্তা তৌবা ঙমদবা অমতা লৈতে। মরমদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু লেঙদবা

ভক্তিগা লোয়ননা পূজা তৌসি। ভক্তিগা লোয়ননা ঐখোয়গী থম্মোয়সে ঈশ্বরগী মফমদা হেকমক কখোকপা ঙমজরবদি, ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল ঐখোয়দা হৈথবিরক্কনি। অদুদগী ঐখোয়না অশোয়-অঙাম অমতা লৈতনা ইবুংঙো মহাক্কী মায়কৈরোমদা চঙশিনবা ঙমগনি। হৌজিক্তি ঐখোয়বু খুৎ-পায়রগা অরোইবা পচ্চুংফমদু য়ৌবা ফাওবা লমজিংবিয়ু হায়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরসি ঃ

*ঐখোয়দি পাপকী চৈথং ফংদুনা*
*লেঙ-ওৎপা ঙমদনা তাদুনা লৈরে,*
*চিংবিয়ু ঐখোয়বু শোরো-শোরো লাক্নুনা*
*অরোইবা পচ্চুংফমদু য়ৌনবা লম্বীদা,*
*অদুগা চিংখৎপীয়ু ঐখোয়বু খুৎ-পায়দুনা*
*পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা হৌরকফমদুদা।*

*ওঁ, শান্তি, শান্তি, শান্তি,*
*হকচাঙগী, পুক্লীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

পূন্নীংবু জয় তোবা ওন্নবা মী অমগীদমক্তদি, পূন্নীংদুনা মন্নপক্তগী খাইদগী ফবা মন্নপ্পী; অদুবু অসুম্না তোবা ওমদবা কনাগুম্বা মী অমগীদমক্তদি, মপূন্নীং অদুমক্না পান-গী য়েক্লবগী পাংথক্লুম্না নুং-দগী মাওনবা তোরক্নি।

মশাবু লাকশিঞ্জরবা অমসুং মপূন্নীং উন-রাইমুক চীকপ্পবা মীদি অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাই অমদি চোঞ্চা-লেম্বদসু পাংদিং চপ মান্নবা লৈ।

আত্মাগী জ্ঞান অমসুং লৌশিংদা পেক্তরবা, পূন্নীং লেওদনা লৈরবা অদুগা মাগী ইন্দ্রিয়শিংগী মপূ মহাক্না ওইরবা অদুগা মাঙাল্দা লৈতুম, নুঙ্গুম অমসুং সনা-মাচেং চপ মান্নরবা যোগী অদু যোগদা চুশিল্লে হায়নি।

মন্নপশিং, লোয়নবশিং, য়েক্লবশিং, কনাগীসু মীচঙ-ওইদবশিং, মরক-চেনবশিং, তুক্কচবা মীশিং, শাগ-নাতৈশিং, সাধুশিং অমসুং পাপীশিংগী মফমদা পাইমা পূন্নীং ইমান-মান্নরবা যোগী অদু থোইদোক-হেন্দোক্লবনি।

-শ্রীমদ্ভগবদ গীতা

## তরুক

## পূন্নীং খুদুম চনব গুম্লনবা লাক্লসি

পূন্নীং হায়বা অসি ঐখোয়গী অপৌবা হকচাঙ অসিগী মনুংদা লৈবা অকুপ্পা হকচাঙ অমনি। থম্মোয়গী খুবীমুক হাংবা মফম অমদা পূন্নীং লৈ। মসিনা হকচাঙগী অকুপ্পা শরুক অমা ওইবা মরম্না, হকচাঙনা নারকপা মতমদা পূন্নীংদসু অনাবা ফাওই ; অদুগা পূন্নীংদা নারকপা মতমদসু হকচাঙদা অমুক অকায়বা অমা হেক্তা লাকই। পূন্নীংদি আত্মাদগী মঙাল ফংই। পূন্নীংসু মশামক্কী মঙাল লৈজদ্রবা ফাওবদা আত্মাদগী য়ৈরকপা মঙাল অদুগী পান্বেনা ঙাল্লি। পূন্নীংনা আত্মাদগী ব্রাইরকপা জ্ঞানগী মঙালদা ঙাঙ্হোইরগা জ্ঞান ফংননবগী উপায় অমা ওইরকই। পূন্নীংনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা লাক্লবদি মসিনা ঐখোয়গী য়াম্না ফবা মরূপ অমা ওইরকই, অদুগা সংসারগী তুং-কোয়দবা পোৎশিংগী মায়কৈরোমদা চৎখ্রবদি মসিনা ঐখোয়গী খ্বাইদগী শাথীবা য়েক্লবা অমা ওইরকই।

ব্রাখলশিংসি পূন্নীংদগী হৌরকই। হকচাঙগী লায়না অয়াম্বা পূন্নীংদা লৈরিবা ফত্তবা ব্রাখলশিংদগী পোক্লকই। ফত্তবা ব্রাখলশিংনা চাবা তুমহন্দে, থম্মোয় শোকহল্লি, ঈশিং-পূকচৎপা অমদি থবোম্বীগী লায়নানচিংবা কয়া নাহল্লি। মখোয়শিং অসিগী মথক্তসু, ফত্তবা ব্রাখলশিংনা পূন্নীংগী লায়না কয়া পোকহন্দুনা মীবু ঙাওহল্লি, অদুগা ধর্ম্মগী অকারম কাবা ঙমহন্দে। মরমদুনা ঐখোয় পূম্নমক্না ঐখোয় ঐখোয়গী পূন্নীংসি অফবা অমসুং অশেংবা ফীভম অমদা থম্লনবা কন্না লাক্লবা তারকই, মদু নত্রবদি, পূন্নীংদা ঙাল্লিবা আত্মাদগী পূরকপা মঙালদু নুমিৎ খুদিংগী অসুম অসুম শিথরক্কনি। অদুদগীদি মকশিল্লক্লিবা পূন্নীংদু লংহন্নবা তকথোকপা দরকার ওইরকই। সনাগী চফুদি লংহন্নবা ইতৎ-তত্তনা তকথোকপা দরকার ওইদে। পূন্নীংনা আত্মাগা নত্রগা ঈশ্বরগা শম্নখ্রবদি পূন্নীংদু সনাগী চফু ওল্লে। ইশাগী ওইজবা থিবা, অপাম্বা, কল্লক মিহৌবা, নাপল, অশাউবনচিংবগী ঈথকশিংনা পূন্নীংদা কারক্লবা মতমদা পূন্নীং শেংলকই।

অদুদগীদি মশাগী অশেংবা মওংদা আত্মানা তরং তরং ওাল্লকই। শেংদবা পূক্লীংনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবা ওমদে। অদুবু পূক্লীংনা শেংদোরক্তুনা আত্মারোমদা চঙশিনখ্রবদি পূক্লীংগা আত্মাগা অমতা ওইশিন্নখিদুনা পূক্লীং মাঙখি অদুগা জীবন্মুক্তো ওইখি।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি ঐখোয়গী পূক্লীং অসি মায়কৈ ময়াম অমদা মফাং মফাং চৎলে। পূক্লীংনা অপান্বা অমদগী অতোপ্পা অপান্বা অমদা চত্তুনা ঐখোয়বু থবক ময়াম অমা অরেম্বদা তৌহল্লি। পূক্লীংবু জয় তৌবা ওমদ্রবদি শান্তি ফংবা ওল্লোই। শান্তি ফংদবা মীনা নুংঙাইবসু ফংবা ওল্লোই। লমহেম্বা পূক্লীংবু খুদুম চন্দুনা তপথহনবা ওল্লবদি শান্তি ফংলে অমসুং নুংঙাইরে। নুংঙাইবা ফংলবা মীনা অতোপ্পবুসু অমুক নুংঙাইহনবা ঙম্মী। মহাক্কী থবক্তি নোংম -নোংমগী অসুম ফগৎলক্কনি। মঙোন্দা পৃন্সীগী চাংয়েং কয়া থেংননবা পাঙ্গল অমসুং যৌনা করিমতা ব্রাৎলোই। মাগী ইমুং-মনুং, মরী-মতা অমদি মরূপ-মপাংশিংসু য়াইফগনি। হৌজিক্তি মালেমসিগী ওইনা অসিগুম্বা অফবা-মীতাশিংসি য়াম্না দরকার ওইরে। সংস্কৃত পাওরৌ অমনা অসুম্না হায়ঃ "পূক্লীংবু জয় তৌবা ওল্লবা মহাক অদুনতা পৃথিবীবু জয় তৌবা ওমগনি।" ঐখোয়গী তুংগী ওইরক্কদবা ফীভম অদুদি ঐখোয়না ঐখোয়গী পূক্লীংবু জয় তৌগদ্রা নত্রগা তৌরোইদ্রা হায়বদুগী মখা পোল্লে। ঐখোয়না পৃন্সীগী খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক অদু কাগে হায়রবদি পূক্লীংবু জয় তৌবদগী হেন্না মরুওইবা উপায় অমা লৈত্রে।

অপান্বা পোৎশিংনা পূক্লীংবু মখোয়রোমদা কন্না চিংশিল্লি, অদুগা চিংশিল্লিবদুগী শক্তি অদুবু ঐখোয়না থিংবা ওম্নবা লাক্লবদা য়াম্না ব্রানা থোকই। পূক্লীংনা হকচাঙদা থবক তৌই, অদুগা হকচাঙনসু পূক্লীংদা থবক তৌই। হকচাঙনা তৌবা থবক্কী ফল পূক্লীংদা মমি তাই, অদুগা পূক্লীংগী ফীভমগা মরী লৈনবা হকচাঙগী ফীভম অমসু শেম্মি। হকচাঙ অমসুং পূক্লীংবু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চিংশিল্লকপা ঙম্নবা কন্না লাক্লগদবনি। অফবা থবক তৌর-তৌরগা ঐখোয়গী পৃন্সীগী অশেংবা পান্দম অদু ফংগদবনি। পৃন্সীগী অশেংবা পান্দম অদুদা ঐখোয়গী পূক্লীং অসি লেঙদনা থম্নবা পূক্লীংবু ফাজিনগে হায়রবদি তোপতোপ্পা শাজেল অমা য়াম্না দরকার ওই। ধর্ম্ম নৈনবগী শাজেল শান্নরগা অঙাওবা পূক্লীংবু খুদুম চনবা হায়বা অসিনা অয়ৌবী ওইনা তঙাইফদ্রে।

পূক্লীংসি তরামাথোইশুবা ইন্দ্রিয়নি। ইন্দ্রিয়শিংগীদি পূক্লীংনা নিংথৌনি। পূক্লীংগী মথক্তা বুদ্ধি লৈ, অদুগা বুদ্ধিগী মথক্তা আত্মা লৈ। আত্মানা জ্ঞানগী মঙাল

পী। পূক্লীংনা নীংই, অদুগা বুদ্ধিনা চপ-চানা লেপ্পি। বুদ্ধিদি আত্মাগা থংননা লৈবনিনা আত্মাগী অশেংবা মঙাল ফংই। পূক্লীংনা বুদ্ধিগী য়াথং লৌদনা ইন্দ্রিয়শিংগা থবক তৌত্রবদি অফবা ওইদ্রে, অদুবু বুদ্ধিগী য়াথং লৌদুনা পূক্লীংনা ইন্দ্রিয়শিংগা থবক তৌরক্লবদি অফবা ফল লাকই। মদুদা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙম্নবগী অফবা তাঞ্জা অমা লাকই। ইন্দ্রিয়শিংবু থবক তৌহল্লিবসি পূক্লীংননি ; পূক্লীংনা ইঙ্গিত পীরবা মতুংদা ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী মচীঞ্জাক ওইরিবা পোৎশিংদা চাক্তরকপনি। পূক্লীংনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা ওঙ্গনত্রবা মতমদদি পূক্লীংগা মপানগী পোৎশিংগা শম্নরক্রে। মতম অদুদদি ইন্দ্রিয়শিংগী চাক্তাফম পীরক্তদুনা মখোয়গা পোৎচৈশিংগী তাইবংগা লৈনরিবা মরী অদু ককথৎলক্কনি। অদুদগীদি হকচাঙগী শান্তি, পূক্লীংগী শান্তি অমসুং আত্মাগী শান্তি লৈরকই। পূক্লীংবু মপান্দা থোকহন্দনা আত্মাদা ফাজিন্দুনা থম্লগা আত্মাখক্তবু নীংদুনা লৈরবদি মঙালগী মশক ওইবা আত্মজ্ঞান ফংদুনা মুক্তি ফংবা ঙম্নকপা হায়বা অদুমা শোয়দ্রে। যীশু খৃষ্টনা হায়ঃ "নহাক্কী নমীৎসি অমতা ওইরম্লবদি, নহাক্কী হকচাঙ অদু মঙালনা পীক থল্লমগদবনি।" ঈশ্বরখক্তবু পূক্লীংগী মীৎনা য়েংলগা নীংলবদি পাপনা য়োমশিনখিদুনা মকসিল্লবা হকচাঙ অদু জ্ঞানগী মঙালনা পীক থলহনবা ঙমগনি।

ধম্মগী শাজেলশিংগী মরুদ-মরু ওইবা অশেংবা পান্দমদি আত্মাবু মায়াগী লাংদগী নাম্থোকহন্দুনা নীংতমহনবদুনি। আত্মাগী অপেনবদি নীংতম্বা ফংবদুনি। আত্মাগী অপেনবা ফংলবদি পূক্লীংসু মতম চুপ্পদা মকা-লাম্না লৈ। আত্মাগী নীংতম্বা হায়বদুদি মপূংফাবা , জ্ঞান ৱাত্তবা, শক্তি ৱাত্তবা, মতম অমসুং মফম পুম্নমক্তা অৱাৎপা করিমতা লৈতবা হায়বনি। ঐখোয়গী পাঙ্গল, থৌনা অমদি য়াইফরোল পুম্নমক ঈশ্বরগী মখা পোনবনি। নুমিৎ ফাওবা ইবুংঙো মহাক্কী মখা পোল্লি, মরমদি নুমিৎনা ইবুংঙো মঙোন্দগী মঙাল লৌই। খ্বাইদগী ৱাংবা অমদি শেংবা নীংতম্বা মখল অদু ফংননবগীদমক্তা পূক্লীংবু খুদুম চল্লগা ঈশ্বরগী মফমদা লেঙদনা থমসি। ঐখোয়গী পূক্লীং অসি সংসারগী কান্নদবা পোৎশিং ফংননবগী পান্দমদা থমগদবগী মহুত্তা খ্বাইদগী ৱাংবা অমসুং শেংবা পান্দম অদুদা থমসি। মদুতনা ঐখোয়বু তাইবংগী অৱাবশিংদগী চিংথোকপীরক্তুনা মুক্তি ফংহনগনি।

ঐখোয়না পোখাবা হৈতবা পূক্লীংবু খুদুম চন্দুনা তপথহনবা ঙমদ্রিফাওবদি পৃথীগী অথোইবা পঙ্কুং য়ৌনবা হোৎনবা পুম্নমক মায়পাকপা ঙম্লোই। পূক্লীংনা ঐখোয়গী নুংঙাইবা নত্রগা অৱাবগী মরুওইবা মরম্নি। ঐখোয়না পূক্লীংবু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা

ওলহনবা হেক ঙম্লবদি ঐখোয় তশেংনমক অওইবা ওইনা নুংঙাইগনি ; অদুগা হকচাঙরোমদা নত্রগা সংসারগী তুং-কোয়দবা পোৎশিংরোমদা ওলহনম্নবদি ঐখোয়না তশেংনমক অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংদ্রে, ব্বারে। ঈশ্বরগী নুংঙাইরবা লৈবাক অদুদি পূক্নীংবু চুম্না শীজন্নবা ঙম্লবা অদুগা অচুম্বা ব্বাখলবু শীজন্নবা হৈরবা মীশিংগীদমক্তনি। ঐখোয়না অচুম্বা ব্বাখল খল্লবা অদুগা অচুম্বা থবক তৌরবা মতমদা, ঐখোয় লাল্লরোই, নুংঙাইরনি। মসিবু "আনন্দ" হায়বদু ফংননবা পূক্নীংদা য়েক্তুনা থম্লগদবনি। ঐখোয়না থম্মোয়নুংদা লৈবা শান্তি, অমসুং নুংঙাইববু মপান্দা থিরবদি মখোয়দু ফংবা শুকঙম-ঙম্লোই। থম্মোয়দদি শান্তি, নুংশিবা অমসুং নুংঙাইবা অয়ৌবী "আনন্দ" না পীক থন্না লৈবনি। থম্মোয়নুংদগী থোরকপা পূম্নমক অশেংবা ঙাক্তনি। হকচাঙসিনা অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, নাপলনচিংবা ফত্তবা ময়ামগী মরম্নি। হকচাঙগী নুংঙাইনবখক্কীদমক্তা খন্দুনা তৌবা থবকশিংদি কান্নদে। মরমদুনা পূক্নীংবু হকচাঙদা থমগুমসি।

পূক্নীংবুদি পূক্নীংনতা খুদুম চনগদবনি। ঐখোয়না পূক্নীংবু খুদুম চন্নবা হোৎনবদা থেংনরিবা খুদোংথীবশিংদুদি ঐখোয় ইশা ইশামক্কী পূক্নীংনা শেমজবনি। মরমদুনা পূক্নীংবু খুদুম চন্নবগী থবক পূম্নমক ঐখোয় ইশা ইশানা তৌজগদবনি ; অতোপ্পা কনামতনা ঐখোয়গীদমক তৌবিবা ঙম্লোই। পূক্নীংবু খুদুম চনগে হায়রবদি পূক্নীংনা থেংনদবা য়াদ্রবশিংসি শোয়দনা থেংনরগদবনি হায়বসি য়াগদবনি। বুদ্ধদেবনা হায়বিরম্মীঃ "ঐখোয় নোংমদি অহল ওইরক্কনি, লায়না পক্কনি, শিগনি, ঐখোয়গীনি হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমক অসি তুং-কোয়দবনি, অদুগা ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভমসি, অফববু ওইরো ফত্তববু ওইরো, ঐখোয়না তৌখিবা কম্মগী ফলনি। মখোয়শিংসি থেংনদবা য়াদ্রবনি হায়বসি য়াগদবনি ; মদুবু য়াদ্রবদি, পূক্নীংগী কান্নদ্রবা সমস্যা কয়া লাক্তুনা ঐখোয় অব্বাবা তাগনি। ঐখোয় নোংমদি অহল শোয়দনা ওইরক্কনি হায়বসি মুন্না খন্থরুরবদি নহা ওইবগী নাপলদু মাঙখিগনি নত্রগা হন্থরক্কনি ; ঐখোয় নোংমদি লায়না অমা নত্রগা অমনা নারক্কনি হায়বসি অমুক মুন্না খন্থরুরগনা "ঐ হকচাঙ ফৈ" হায়বগী নাপলদু মাঙখিগনি নত্রগা হন্থখিগনি ; "ঐ নোংমা শোয়দনা শিগনি" হায়বসিসু অমুক মুন্না খন্থরুগনা পূম্নীগী নাপল অদু মাঙখিনি ; "সংসারগী পোৎশিংসি তুং-কোয়দবনি" হায়বসি অমুক মুন্না খন্থরুরগনা মখোয়গী মপু ওইনীংবগী অপাম্বা অদু মাঙখিগনি নত্রগা হন্থখিগনি ; অদুগা "ঐখোয়গী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসি ঐখোয়না তৌখিবা কম্মগী ফলনি" হায়বসিসু মুন্না অমুক খন্থরুরবদি হকচাঙগী

নত্রগা পূক্লীংগী নত্রগা ব্রাখলগী মহৌশাগী হৈনবী ওইনা তৌরিবা ফত্তবা থবকশিং অদু তৌরক্লোই নত্রগা হন্থরক্কনি।" ধর্ম্মগী ওইবা বুদ্ধদেবগী পাওতাকশিংগী মতুং ইন্না চৎপনা পূক্লীংবু শেংদোকপদা মতেং য়াম্না পীগনি। পূক্লীংবু শেংদ্রবদি পূক্লীংগী পোত্থাফম খণ্ডলোই।

পূক্লীংগা হকচাঙগা য়াম্না হকচিন্না মরী লৈনৈ। পূক্লীংগী পাঙ্গলসি হকচাঙগী পাঙ্গলগীসু মখা পোল্লি। অফবা চীঞ্জাক্লা হকচাঙ ফহল্লি, অদুগা হকচাঙ ফরবদি পূক্লীংসু ফরে। পূক্লীং অমসুং হকচাঙগী ফীভম অসি ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাক অদুনা ওইহল্লকপনি। উপনিষদনা হায়ঃ "চাশিনম্রিবা চীঞ্জাক অদুগী খ্বাইদগী পৌবা শরূক অদুনা অমাংবা (থী) ওনখি, খ্বাইদগী কৃপ্পা শরূক অদুনা পূক্লীং ওইখি, অদুগা মরক্কী পৌসু পৌদবা কৃপসু কৃপ্তবা ময়ায় ওইবা শরূক অদুনা শদোং (হকচাঙ) ওইখি।" পূক্লীং অসি চীঞ্জাক্লা শেন্মি হায়রবনিনা চীঞ্জাক্লা শেংলবদি পূক্লীংসু শেংফম থোকই। খোইহী থকপগা য়ু থকপগা অনীসিগী তোঙান-তোঙানবা ওইরক্কদবা পূক্লীংগী ফীভম অনী অদু য়াম্না খেন্নগনি। পূকচেল শেংবা, অফবা লীচৎ-শাজৎ চৎপা, মীনুংশি খণ্ডবা, ধর্ম্মগী ওইবা মহোৎনচিংবা হোৎনবা, ঈশ্বরবু থাজবনচিংবা পূন্নমক অসি অফবা চীঞ্জাক্কী মখা য়াম্না পোল্লি।

প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুম লৈরিবসিগী মরক্তা সত্ত্ব গুণনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা গুণনি ; সত্ত্বগী মখাদা রজঃ লৈ, অদুগা খ্বাইদগী হন্থবা অমসুং ফত্তবা অহুমশুবা গুণ অদুনা তমঃ গুণনি। গুণগী মতুংইন্না মীওইবগী চীঞ্জাকসু সত্ত্বগী ওইবা, রাজঃগী ওইবা অমসুং তমঃগী ওইবা হায়দুনা খায়দোকই। সত্ত্বগী ওইবা চীঞ্জাকশিং চারবদি পূক্লীংবু লাকশিনবা ঈরায় লায়না ঙমই, অদুগা রজঃ অমসুং তম ঃ গী ওইবা চীঞ্জাক চারবদি, ঐখোয়না পূক্লীংবু জয় তৌবা ঙমদে। মরমদুনা পূক্লীংবু অৱাংবা থাক্তা লেঙদনা থমগে হায়রবদি সত্ত্বগী ওইবা চীঞ্জাক শীজন্নগদবনি। পূক্লীং অমসুং হকচাঙদা লায়না পক্লকপা অদুগা ধর্ম্মবু যৌশা-ৱাশাদবনচিংবশিংসি অরানবা চীঞ্জাক্লা থোকহনবনি।

সত্ত্বগুণ চেনবা মীশিংনা পূন্সী তোলোইগদবা, হীংবগী পাঙ্গল হাপকদবা, মহাউ শেংনা লৈবা, পূক্লীং লৈতানা লৈহনগদবা, থম্মোয় নুংঙাইহনগদবা, লায়না-তীন্না কোকহনগদবা, থুম য়াক্তবা, থম্মোয় ফহনগদবা চেং, গেহু, শঙ্গোম, হৈ-রা, মনা-মশিং, খোইহীনচিংবা অশেংবা চীঞ্জাকশিংসি য়াম্না পামজনা শীজন্নে। রজ ঃ গুণ

চেনবা মীশিংনা খামনবা, থুস্মনবা, মোরোক শামনবা, ফকমনবা, য়াম্না শাগৎহনবা, মৈথক্তগী লৌথরকপদা ঙাইদুনা পোকপমখে শারিবা, পূক্লীং অমদি হকচাঙদা অন্না-অনা পোকহনবা, য়াম্না য়াকপা, তিলহৌ-চনম-মসলা য়াম্না থাকপা অমদি মরেক-মহাউ কনবা চীঞাকশিং চাগনি। মসিগুম্বা চীঞাকশিং অসিনা মীবু ময়াই কাহল্লি অদুগা ঙাওহল্লি। তম ঃ গুণ চেনবা মীশিংনা মহী য়াওদদুনা কংলবা, মহাউ য়াওদ্রবা, পুমদুনা মনম নমথীরবা, অহিং-নোংলেল্লবা, লুখাক ওইরবা অমাংবা চীঞাকশিংদু য়াম্না পামজনা চাগনি। সত্বগী ওইবা চীঞাক চারবদি পূক্লীং অমসুং হকচাঙ নুংঙাইগনি। শা চাবনা অমদি ময়াইকাবা মহী-মনাই থকপনা হিংসাবু থৌগৎলি, পূক্লীংদা শান্তি লৈহন্দে অদুগা লায়না কয়া পোকহল্লি। রজঃ অমসুং তমঃগী ওইবা চীঞাক চারবদি পূক্লীংবু ফাদুনা নত্তবা লম্বীদা চৎখিদনবা থম্বা ঙমদে। মরমদুনা ঐখোয়না চীঞাক্কী মরমদা য়াম্না খম্বুবা চুস্মি।

চীঞাক্কা শেংদ্রবদি পূক্লীং অমসুং হকচাঙ শেংলোই। পূক্লীং অমসুং হকচাঙনা শেংদ্রবদি কনামতনসু ধর্ম্মগী অকারম কাবা ঙম্লোই। ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনগে হায়রবদি চীঞাক্কী “অশেংবা” অহুমখক দরকার ওইঃ (১) চান-থক্লবা পোৎশিংগী অশেংবা, (২) চীঞাক থোং-থাক্লিবা পাত্রশিংগী অশেংবা, অদুগা (৩) চীঞাক য়েম্বোক-য়েক্সিননচিংবগী সেবা তৌরিবা মী নত্রগা মীশিংগী অশেংবা। চীঞাকশিং অদু অচুম্বা পাম্বৈ শীজন্নরগা ফংলক্কদবনি। চুমদ্‌বা পাম্বৈনা ফংলকপা পোৎ অমতা কনাগুম্বা অমগী য়োক-থাক্লবগীদমক্তা শীজন্নরোইদবনি। মদু ফংলকফমশিংদুমক্তদা শেংদ্রে। ফংফমসু অদুগা ফংলক্লবা থবক্কী পোরমসু লোয়নমক শেংমিন্নগদবনি। থোংনবা অমদি হাপনবা পাত্রশিংসু অমোং-অকায় পকহন্দনা তরু-তরু থমগদবনি। সেবা তৌরিবা নত্রগা তৌরিবী মহাক অদুসু হকচাঙ অমসুং মফি-মরোল লু-নানবতা নত্তনা মশাগী পূক্লীং অমসুং হৈনবী লমচৎ শাজৎসু লু-নানগদবনি। অচা-অথক্কী সেবা তৌরিঙৈদা মঙোন্দা অশাউবা, তুক্কচবা, পূক্লীং-ব্রাবা অমসুং থৌওই-ব্রাওইদবা মওং অমতা লৈরোইদবনি, মহাক হরাও-মকা-লামগদবনি অমসুং খীং-খাং লাউগদবনি। মহাক নোল্লুক্কদবনি অমসুং নুংশিবা মপূংফানা চেনগদবনি। সেবা তৌরিঙৈ মতমদা নত্তবা শাজৎকী মাঙহন্নীংঙাই ওইবা ব্রাখলশিং মঙোন্দা চেল্লবদি, চারি-থক্লিবা মীশিংদুনা ধর্ম্মগী নত্রগা ঈশ্বরগী লম্বী চৎপদা মাগী ফত্তবা ব্রাখলশিংদুগী খঙবদা লুরবা শাহুমশিংনা মখোয়গী পূক্লীংদা খোঙদারগনি।

সত্বগী ওইবা চীঞাক্কা হকচাঙবুসু পূক্লীংবুসু কনখৎহল্লি, অদুগা রজঃ অমসুং

তমঃগী ওইবা টীঙ্গাক্লা হকচাঙ ফহন্দে অমসুং পৃক্লীং মোৎহল্লি। রজঃ গুণ চেনবা মীশিংদি ফংনীংবা ময়াম্না কন্না চিংখিদুনা থবক য়াম্না চিলহল্লি, অদুবু মখোয়দি "ঐগী" হায়বা ৱাখলনা মোৎহল্লবা থবকশিংদা পৃক্লীং লৃপ্তুনা লৈগনি, ঈশ্বরগী ৱাখল কয়া খল্লোই। মী অতৈগী সেবা তৌনীংবগী অপাম্বদু মখোয়দা লৈবদি য়াই, অদুবু, মখোয়গী পৃক্লীংনা মোৎপনিনা মদুগী অপাম্বদুনা মখোয়বু মিংচৎ ফংনবরোমদা অমদি চাউথোক্লবরোমদা হোইজিনগনি। মখোয়না মখোয়গী অঙাওবা পৃক্লীংবু জয় তৌবা ঙল্লোই। তমঃগুণ অমসুং রজঃগুণ অনীনা থুম্নৎশ্লবা পৃক্লীং অদুদি খুদুম চনবদা য়াম্না ৱানা থোক্কনি।

সত্ত্ব গুণনা শান্তি পী। গুণ অহুমগী মরক্তগী সত্ত্ব গুণনা মক্তবা ওইবা মরম্না মসিনা মঙাল পীবগী অমসুং পৃক্লীং নুংঙাইনা হিংবা ঙমহনবগী মশক ওই। সত্ত্ব গুণগী লক্ষণ চেনবা মীগী মফমদদি তাইবংগী হম্বা অপাম্বা অমতা লৈরোই। মহাক্কী পৃক্লীংদি আত্মাদা লৃপ্তুনা লৈগনি। মহাক্লা পৃণ্যচেনবা থবকশিং তৌদুনা মুক্তি ফংননবা হোৎনগনি। মহাক্কী অফবা থবক তৌর-তৌরগা মাগী মপৃক্লীংদু শেংদোক্লুনা আত্মজ্ঞান ফংননবা হোৎনৈ। মহাক্লা পৃকচেল শেংনা মশাগী হৌনশাগা চুসন্নবা অমদি তৌফম থোকপা অশেংবা থবকশিংবু তৌবদা ওইজনাম-পূজনামগী নত্রগা থবক্কী মহেঃ ফংনীংবগী ৱাখল অমসুং 'ঐহাক থৌবুনি' হায়বগী নাপল থাদোকই। মরমসিদগী মাগী পৃক্লীং অদুবু শেংদোরক্লুনা খুদুম চনবা ঙম্লকই।

গুণ অহুমসি লৈবনা মায়া সংসার অসি লৈবনি। ঐখোয়না গুণশিংসিগা শম্নদুনা লৈরিবমখৈদি পৃক্লীংবু মপৃংফানা জয় তৌবা ঙল্লোই।পৃক্লীংবু মপৃংফানা খুদুমচন্নবগীদমক্তা য়াম্না দরকার ওইরিবদি গুণ অহুমসিগী ৱাংমদা চৎপা ঙম্নবা হোৎনবনি। মদুগীদমক্তদি ঐখোয়না তমঃদগী রজঃগী থাক্তা অদুগা রজঃদগী সত্ত্বগী থাক্তা কাখৎলগা, অদুদগীদি সত্ত্বনা সত্ত্ববু মায়থীবা পীহল্লগা চৎকদবনি। তমঃ গুণবু রজঃ অমসুং সত্ত্ব গুণ অনীসিনা মাঙহনবা ঙম্মি, রজ গুণবুনা সত্ত্ব গুণনা মাঙহনবা ঙম্মি, অদুগা সত্ত্ব গুণদি সত্ত্বনা মশা পূমশেং শেংলবা মতমদা মশানা অদুম শিজখি। পৃক্লীংবু খুদুম চন্নবগী লানফমদা তমঃ অমসুং রজঃ গুণ অনীসিখক্তবু মাঙহল্লগা নত্রগা মায়থীবা পীরগা লাল অদু মপৃংফানা মায়পাক্লে হায়বা য়াদ্রি ; সত্ত্বগুণনসু মীবু মায়া সংসারদা পুল্লি। মরমদুনা লাল অদুদা মপৃংফানা মায়পাকপা ফংগে হায়রবদি সত্ত্বসু শিহনখিবা তাই। গুণ অহুম অদুবু মায়থীবা পীরগা মখোয় অহুমগী ৱাংমদা চৎনবগী খ্বাইদগী লায়বা উপায়দু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী তাঙ্কক ১৪ শ্লোক ২৬ তা অসুম্না তাকপী : "মপৃংফাবা ভক্তিগা

লোয়ননা ঐবু (শ্রীভগবানবু) পেন্নবা থৌগল তৌরিবা মীদুনা গুণ অহুম্বু লাম্থোক্তুনা ব্রহ্মগী (ঈশ্বরগী) থাক্তা লাকই।" মসিনা তাকপদি গুণশিংগী থবকশিংদা পুক্নীং থিংজনবগী মহুত্তা ঐখোয়গী পুক্নীং অসি ঈশ্বরগী থবক্তা লেঙদনা থমসি হায়বনি। গুণশিংদগী লাম্থোকপা হায়বসি ব্রানঙাইগী মশক্তি, অদুবু কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী সেবাদা পুক্নীং লূপশ্লবদি মহাক্না ঈরায়-লায়না গুণশিংদগী লাম্থোরকপা ঙমগনি। মহাক্না মশাবু ঈশ্বরগী মফমদা হেক কখোকখিবদা, মঙোন্দা লৈরিবা গুণশিংগী মতীক-ময়াই অদু চন্নকনি। ঈশ্বরদি গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈবনিনা ইবুংঙো মহাকপু সেবা তৌগে হায়রবদি ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গা চপ-মান্ননা গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈমিন্নবা তাবনি।

গুণশিং অসিনা মকা ফোঙলক-ফোংলকপা মতমদা কনাগুম্বা অমগী আত্মানা লৈথোক্তুনা লৈবা ঙম্লবদি, মহাক্না গুণশিংনতা মখোয় মখোয়গী থবকশিং তৌজবনি মহাক মশাদি য়াওদে খন্দুনা করিশু লেঙদবমখৈ মশাগী অওইবা নত্রগা অশেংবা মওং অদুদা ফীভম করিমতা কায়দনা লৈবা ঙম্মি। মহাক্কী মফমদদি অপাম্বা অমসুং পামদবা হায়বদু লৈতে। মহাক্তী অব্রাবা থেংনরবসু ব্রাবিদে, নুংঙাইবা থেংনরবসু নুংঙাই-মথোই কাবিদে, থাগৎলে হরাওবিদে অদুগা মীনা থীনা চৈরে শাউবিদে। মাগী মপুক্নীংদি, মপুংফানা খুদুম চনখিদুনা, উন-ব্রাইমুক চিক্না লৈ। মতম অমসুং ফীভম পুম্নমক্তা মহাক্তী ইপেন্দা পেন্দুনা লৈবা ঙমই। মহাক্তী পুক্নীংগী শান্তি ফংগ্রবনিনা মশাদা সংসারগী অপাম-মিহৌ অমতা লৈখিদ্রে, মহাক্কী মীৎয়েংদা পুম্নমকসে চপ মান্নখ্রে। মহাক্কী আত্মাগা অতোপ্পগী আত্মাগা অমতনি হায়বসি মহাক্না খঙখ্রে। মঙোন্দা মরূপ নত্রগা য়েক্লবা, অচৌবা নত্রগা অপীকপা, লায়রবা নত্রগা ইনাকখুনবা, নুপা নত্রগা নুপী, মী নত্রগা শা হায়বনচিংবগী খেন্নবা ব্রাখল অমতা লৈত্রে। মহাক্না পুম্নমকপু মশামক্কি খঙদুনা নুংঙাইজে। মহাক্না গুণশিংদগী অসুম্না নাম্থোকখিদুনা গুণশিংগী অমোৎপশিংদু চেন্দ্রবা মতমদা মহাক্কী হকচাঙ, পুক্নীং অমসুং আত্মাদু শান্তি লৈরে হায়বা য়ারে। মহাক্তী ঈশ্বরগী থাক্তা লাক্লবনি।

আত্মাবু খঙননবা তান্নরকপদা পুক্নীংগী অপাম্বশিংনা অপনবা য়াম্না পী, অদুবু পুক্নীংবু আত্মাদা লেঙদনা থম্ববু ঙমগ্রবদি পুক্নীংনা পুক্নীংগী হম্বুবা অপাম্বশিংদু থাদোক্লকই। পুক্নীংগী অপাম্বা লৈরক্তবা মতমদা আত্মানা থম্মোয়নুংদা তশেং তশেংনা থোরকই। যোগী অমগী অশেংবা থম্মোয়গী অতিয়াদা মাগী আত্মানা তরং-তরং ঙাল্লকপা মতমদা মহাক্কী পুক্নীংদু শিরে। মসিগী পুক্নীংগী খুৎশি অসিদি পুক্নীংদু মাঙখ্রে হায়বা নত্তে,

পূক্লীংবু মপূংফানা শেংদোক্নুনা মপূংফানা খুদুম চনবা ঙম্লে হায়বনি। মদুদগীদি পূক্লীংগা আত্মাগা খায়দোক্লবা য়াদবমখৈ তিন্নসন্নম্লে। মশানা মশামকপু আত্মামক্লি হায়না খঙলবা মীশক অমগী মফমদদি মাগীনি হায়বা খুদুম-চন্নীংঙাই পূক্লীং লৈতে।

যোগগী অথোইবা গুরু পতঞ্জলিনা পূক্লীংবু খুদুম চল্লগা শান্তি ওইনা লৈননবগীদমক্তা মখাগী ব্রাফম খরসি তাকপীরম্মী ঃ

(১) অতোপ্পগী নুংঙাইবদা নহাকসু নুংঙাইয়ু, মরমদি মদুনা মীগী নুংঙাইবা উরগা পোক্লক্কদবা কল্লকপগী ফত্তবা ব্রাখলশিং অদু লাকহন্দে।
(২) অব্রাবা-তারবশিংবু নুংশিবিয়ু অদুগা মখোয়গা ব্রামিন্নৌ, মরমদি মদুনা ঈশ্বরগী সেবা তৌবা শক্নুনা পূক্লীংদা নুংঙাইবা অমদি শান্তি ফংহল্লি;
(৩) অফবা তৌবদা থোইনা হেন্না নুংঙাইবা ফংননবা তাল্লু, মরমদি অফবা তৌবনা পূক্লীং খুদুম চনবদা অমদি পূক্লীংগী শান্তি পুরকপদা য়াম্না মতেং-পাংই। ঐখোয়সে য়াম্না ব্রারে হায়না খল্লবফাওবদা ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না থীনা ব্রাবা ময়াম অমা লৈরি। মালেমগী য়াইফনবগীদমক্তা ঐখোয়না অঙম্বা অফবা খরদি তৌফম থোকই, অদুগা মদুদা অশেংবা নুংঙাইবা ফংগনি।
(৪) ফত্তবশিংবু থৌশা-ব্রাশারুনু, মরমদি মখোয়না অব্রাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া পীরকপা য়াই। মদুনা পূক্লীংগী অঙ্গংববু থুগায়গনি।

ঐখোয়গী পূক্লীংনা ইন্দ্রিয়শিংগী মচীঞ্জাক ওইরিবা তাইবংগী পোৎশিংগা শম্নরুরবদি মখোয়না পূক্লীংদা অকনবা শাফু অমা পীরগা ঐখোয়বু মখোয়গী মনাইশিং ওইহল্লি, অদুদগীদি ঐখোয়বু অপঙবা থবক কয়া তৌহল্লগা ব্রাহল্লি। ইন্দ্রিয়শিংবু আত্মাগী কান্ননবগী মায়কৈরোমদা শীজন্নগদবনি। ঐখোয় ইন্দ্রিয়শিংগী মনাইশিং ওইগুমসি, মখোয়দুম ঐখোয়গী ইনাইশিং ওইহনসি। মখোয়বু মপাম্ছোংগী ওইবা পোৎশকশিংগা শম্নবগী থবক শুক্তৌ-তৌহল্লোইদবনি। ঐখোয়না পঙমম্বদগী মপাম্ছোংগী সংসার অসিদা থব্রায়-হকচাঙ লূপ্পুবনা পূক্লীংসি শেংহন্দ্রে। ঐখোয়না করিশু কান্নদ্রবা মপানগী খোঞ্জেল, মহাও, মওংনচিংবদা পূক্লীং খোয়দারুই, অদুগা মদুগী ফল ওইনা ঐখোয়গী পূক্লীগী মমল অরেম্বদা মাঙহল্লে।

ইন্দ্রিয়শিংগা ইন্দ্রিয়শিংগী মচীঙ্ঙাক ওইরিবা মপাঙ্থোংগী পোৎশিংগা লৈনরিবা মরী অদুবু পূক্লীংনি হায়নসু লৌনৈ। পূক্লীংনা মপাঙ্থোংগী পোৎশিং অদুদগী হন্দোক্লকবদি ইন্দ্রিয়শিংসু পূক্লীংগী মতৌ তমদুনা মপাঙ্থোংগী পোৎশিংদগী হন্দোক্লকই। পূক্লীংগী অপান্বনা মপাঙ্থোংগী পোৎশিংবু লাম্মুদ্রবা নত্রগা মপাঙ্থোংগী পোৎলম ময়ামগী সংসার অসিনা পূক্লীংবু মপানলোমদা চিংথোক্লবা মতমদা মপাঙ্থোংগী ওইনা ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চল্লুবগী দরকার ওইদ্রে। পূক্লীংনা নীংলগা মপানগী ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী মচীঙ্ঙাক ওইরিবা পোৎশিংদা থবক তৌরকপনি। পূক্লীংগা পোৎশিংদুগা শম্নরক্লবদি, ইন্দ্রিয়শিংগী চাক্তাফম লৈরক্তদুনা মখোয়গা পোৎশিংগী তাইবংগা লৈনরীবা মরী অদু ককথৎখিগনি। মরী অদুবু ককথৎপ্রবা মতুংদদি পূক্লীংনা আত্মাদা শান্তি ওইনা পোত্থাবা ঙমলে। মতৌ অসুম্না পূক্লীং লৈতানা লৈবা ঙমপ্রবা মীশক অদুনা ঈশ্বরগী মশায়কোন্দা চঙবা ঙমজে অদুগা ইবুংঙো মহাক্লা অমতা ওইনা ওইশিন্নবা হায়বা ফীভমদু ফংজে।

দান-তৌবা অমদি কখোকপগা লোয়ননা থবক নিংথিনা তৌবা, ব্রাশক ঙাকপা, ধর্ম্মগী লাইব্রিকশিং পাবা অমসুং তাবা, হিংসা তৌদবা, অওইবা ঙাঙবা, শাউদবা, মীগী মরাল থিরুদবা, অব্রাবা তাদুনা লৈরবশিংদা থৌজালবিবা, সংসারগী পোৎশিংবু য়াম্না পামশিল্লুদবা, কল্লক-মিহৌবা তৌদবা, ব্রাঙাঙ-শাঙাঙদা লৈরী-খোয়রিবা, ধর্ম্ম কায়দবা, ঙাকপীহৈবা, কনাগুম্বা অমতগসু য়েংথীনদবা, নাপল শুকতৌ তৌদনা নোল্লুক্লা চৎপা, অশেংবা চীঙ্ঙাক চাবনচিংবনা পূক্লীং খুদুম চনবদা য়াম্না মতেং পাংই। পূক্লীংবু খুদুম চনবা ঙম্নবা লাক্লবা অসিমক খ্বাইদগী ব্রাংবা যোগনি। ধ্যান যোগগা পূক্লীং খুদুম চনবগা অনী অসি চৎমিন্নে। পূক্লীং খুদুম চনবগী খ্বাইদগী মরুওইনা অতম্নবা তান্নরিবা পান্দমফমদি আত্মা নত্রগা ঈশ্বরদা ধ্যান তৌবনি। অদুম অদুম ওইনমক ধ্যান তৌবনা পূক্লীং খুদুম চন্নবা লাক্লবদসু মতেং পাংই। শ্রীরামকৃষ্ণগী শিষ্য অমনা অসুম্না হায়ঃ "নহাক্লা ধ্যান তৌদ্রবদি পূক্লীং খুদুম চনবা ঙম্লোই। অদুবু "অহানবদা ঐবু পূক্লীং খুদুম চনবা ঙমহল্লু অদুগা মদুগী মতুংদা ঐহাক ধ্যান তৌগে" হায়না নহাক্লা হায়রবদি নহাক্লা কৈদৌঙৈদসু আধ্যাত্মিক্লী ওইবা পূন্সীগী লম্বীদা খক চৎপা ঙম্লোই। নহাক্লা মতম অমতদা অনীমক তৌগদবনি। পূক্লীংসু ফীভম চেৎনা লৈয়ু অদুগা ধ্যানসু তৌ।"

ফত্তবা ব্রাখলশিংনা পূক্লীংদা নৈশিন্দুনা হেক হেক লৈরকপা মতমদা ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা ওক্সনগদবনি, অদুগা থব্রায় য়াওনা প্রার্থনা তৌগদবনি। অসুম্না তত্তনা শাজেল তৌরগা পূক্লীংবু খুদুম চনবা ঙমগনি। নত্ত-নত্তবা ব্রাখলশিংদুবু

তাছোকখ্রগা শেংদোক্লবা পূক্লীংদুনা ঐখোয়গী আত্মাদা লেঙদনা লৈরবা মতমদা ঐখোয়গা আত্মাগা অমতা ওইসন্নখি। অদুদগীদি ঐখোয় অমর ওইরকই, তাইবংগী অৱা-অনানা ঐখোয়বু শোকপা ঙম্লক্তে, অদুগা ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক্তা ইফোং-ফোংনা লৈবিরক্কনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক্তা লেঙদনা ইফোং-ফোংনা লৈবিরবদা কনানা ঐখোয়গী মায়য়োক্তা লৈবা ঙমগনি ? অসুম্না য়াম্না মুন্না খন্থরগা, খুদুম চনবা ঙমদনা লৈরিবা পূক্লীংগী ফত্তবা ফীভম অদু মাঙহনখিনবা লাক্লসি।

পূক্লীং খুদুম চনবগী খ্বাইদগী লায়বা অমদি শোয়দবা থৌওংদি ঈশ্বরবু থম্মোয়-শেংনা নুংশিবনা ওইগনি। মরমদুনা ঈশ্বরবু নুংশিসি। ঈশ্বরবু নুংশিদবা মীতানা পূক্লীংবু খুদুম চনবা ঙম্বা হৌনদে। নুমিৎ খুদিংগী থৱায়-য়াওনা অমদি চাং-নাইনা প্রার্থনা তৌবনা পূক্লীংবু শেংদোকপদা য়াম্না মতেং ওই। পূকচেলশেংনা তৌবা প্রার্থনাবু ঈশ্বরনা হরাও-হরাওনা ওকই, অদুগা য়াম্না নিংথিনা পাউখুম পীবি। ইবুংঙো মহাক্না মনাই ভক্তশিংবু মঙোন্দা চঙজৌ অদুগা মখোয়গী পাপ পূম্নমক কোকথোকপীগে হায়। অদুবু পূক্লীংবু জয় তৌবা ঙমদ্রিবা মীশিংনা ইবুংঙো মহাক্কী অচানবা ভক্তশিং ওইনীংদে। পূক্লীংবু খুদুম চনদ্রিবমখৈদি পূক্লীং শেংলে হায়বা য়াদে। পূক্লীংদা অপাম্বা, অশাউবা , কল্লক-মিহৌবা অমদি অতোপ-অতোপ্পা পূক্লীংগী ফত্তবা ইহুলশিং লৈত্রবা মতমদা পূক্লীং শেংগনি। শেংদোক্লবা পূক্লীংগী মীৎনা ঈশ্বরবু উবা ঙমই।

শ্রী রামকৃষ্ণনা অসুম্না তাকপী ঃ "ঈশ্বরগী মিংলেন অমসুং মতীক-মগুণ শক শোল্লগা হকচাঙগী পাপ পূম্নমক মাঙখি। পাপকী উচেকশিংনা হকচাঙগী পাম্বীদা তোংদুনতা লৈ। ঈশ্বরগী মিংলেন অমসুং মতীক মগুণ শক-শোনবসি খুবাক-খূবগা মান্নে। খুবাক খূবদা উচেকশিংনা উপাম্বীদগী পাইথোকখিবগুম, ঈশ্বরগী মিংলেন অমসুং মতীক-মগুণ শক-শোনবা মতমদা ঐখোয়গী হকচাঙগী পাম্বীদা তোংলম্বা পাপকী উচেকশিং অদু পাইথোকখিগনি।"

ঐখোয়না পাপ চেল্লিবসি পূক্লীং খুদুম চনবা ঙমদবদগীনি। মরমদুনা ঐখোয়না পুক্লীং খুদুম চনবা ঙম্নবা লাক্লসি, অদুগা ধ্যান তৌর-তৌরগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা করিমতা চিংনবা লৈতনা চঙশিনসি।

*ওঁ শান্তি, শান্তি, শান্তি।*
*হকচাঙগী, পূক্লীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

মপাঙ্গোংগী ওইবা পোৎশিংগা শোক্ক-শম্নরুবদগী পোক্লকপা নুংঙাইবদি তাশংনমক অরাবগী হোফম ওইবনা অমদি আহোবা অমসুং আরোইবা নাইবনা, হে অর্জ্জুন, অশিংবা মীনদি মখোয়শিংদুদা নুংঙাইরুদে।

কনাগুম্বা অমনা মপাঙ্গোংগী মচাকশিংগা শম্নরক্লবা মতমদা, মহাক্কুনা থাম্মোয়নুংদা লৈরিবা ঈশ্বরগী নুংঙাইবদু হকাথেংননা ফংই। ঈশ্বরগী মফমদা থরায় য়াওনা হীরী কোপ্তরগা ঈশ্বরগা অমতা ওইসিন্নবা ঙমজরবা মহাক অদুনা মপান্নাইদবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংজৈ।

মাগী নুংঙাইবদি থাম্মোয়নুংদা লৈজবা অদুগা মাগী থাম্মোয়নুংদা জ্ঞানগী মঙালসু মপুংফানা লৈজবা যোগী অদুনা মশামক ব্রহ্ম (ঈশ্বর) ওইরক্কুনা ব্রহ্মদা তিঞ্জবা ফংজৈ (অরান-খুডম ফংজৈ)।

-শ্রীমদ্ভগবদ গীতা

# তরেৎ

## ধ্যান তৌবা ঙম্নবা লাক্লসি

ধ্যান তৌবা হায়বা অসি খ্বাইদগী মরুওইবা আধ্যাত্মিক্কি শাজেল অমনি। ধ্যান তৌবা মতমদা পুক্লীংবু আত্মাদা নত্রগা ঈশ্বরদা লেঙদনা থমগনি। মসিগীদমক্তদি ঐখোয়না ধর্ম্মগী লম্বী ইল্লগা পুক্লীংবু জয় তৌবা ঙম্নবা হোৎনগনি। মরুওইনা ধ্যান যোগ শান্নরিবসি পুক্লীংদনি। কনাগুম্বা অমনা পুক্লীংবু জয় তৌরগা প্রকৃতিগী নত্রগা গুণশিংগী ব্রাংমদা চৎপা ঙমই, অদুগা তাইবংগী অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা, অঈংবা অমসুং অশাবা, চোপ্পা অমসুং লেম্বা, ফজবা অমসুং অথীবনচিংবদা পাংদিং চপ মান্ননা লৈবা ঙমই। মসিগী ফীভম অসিদা লৈবা ঙম্নবা মহাক অদুদি ধ্যান যোগদা কাখৎপা চপ চানা য়ারে। ধ্যান তৌবা মতমদা মপাম্বোংগী ওইবা ব্রাখল অমতা তৌবোইদবনি ; ঈশ্বরগী মমিবু পুক্লীংদা শেংনা তাহনগদবনি, অদুগা ঈশ্বরবু উবা ফংগনি।

ঈশ্বরদি মঙাল পূম্নমক্কী মঙালনি। নুমিৎ, থা অমসুং থব্রাম্মিচাকশিংনা ঙাল্লিবসিসু ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা য়েরকপদগী ঙানবনি। ইবুংঙো মহাক্কী অরংবা মঙাল য়াওদনসু নোংথাঙ কূপ্লোই। ইবুংঙো মহাক্না জগৎসিগী আত্মানি, জীবাত্মাশিংগী পরমাত্মানি। ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা ঐখোয়গী হকচাঙবু হিংহল্লি, মীৎপু উহল্লি, চীম্বু ব্রা ঙাঙহল্লি। লীক্লাই-মিংশেলদগী হেন্না লূরবা অমসুং লংলবা বুদ্ধিদা আত্মাগী মঙাল-মশেক্লা য়ে, অদুগা বুদ্ধিদগী অমুক পুক্লীং, পঞ্চপ্রাণ অমদি ইন্দ্রিয়শিংদা মঙাল ফংহল্লি। পুক্লীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা লূরবা বুদ্ধিগী মখা পোন্না থবক তৌরবা মতমদা আত্মজ্ঞান ফংননবগী তাঞ্জা লাকই। আত্মা হায়বদি ঈশ্বরগী শরূক অমনি, ঈশ্বরনি। ঈশ্বরগী মঙাল মশেক য়াওদনদি কনামতনা থবক তৌবা ঙমদে।

ঐখোয়না ঈশ্বরগী মরমদা হেন্না লূথ-লূথনা খম্থরিবমখে, ঐখোয়গী পুক্লীংসু ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা অসুম অসুম নকশিল্লক্কনি, অদুদগীদি পুক্লীংগী মীৎনা

ঈশ্বরবু হেন্না হেন্না শেংনা উরক্কনি। ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা ঐখোয়বু থুন্মাত্রিবফাওবা হীরীকোনবা ঙম্লনবা লাক্লসি। ইবুংঙো মহাকপু আনন্দগী লংনা ঙানবা মহাসাগর অমগুম উবা ফংদ্রিফাওবা ধ্যানগী শাজেল শান্নসি।

হকচাঙগী নত্রগা পূক্লীংগী নত্রগা আধ্যাত্মিকী শক্তি, পাঙ্গল অমসুং থৌনা পূম্নমক ঈশ্বরদগী লাকপনি। ইবুংঙো মহাক্লা থবায়-পানবা পূম্নমক্কী পূন্সীনি। মতীক-মগুণ লৈরে লৈরে হায়রিবা, মশক ফজরে ফজরে হায়রিবা অমসুং শক্তি লৈরে লৈরে হায়রিবা মওং-মতৌ হেক মখৈ ইবুংঙো মহাক্কী মঙাল-মশোং মরীক অমখক্তংদগী চোংথোক্লকপনি। তেংবানবা পূম্বা অসিসু ইবুংঙো মহাক্কী শাক্তিগী মতেংনা ফোঙদোক্লকপা ঙম্বনি। ময়াম অসি অমতনি, অদুবু ময়াম ওইনা লান্না উহনবগী ৱানি। ইবুংঙো মহাক্কী শরূক মচেৎ অমখক্তংনা তেংবানবা অসিবু পুরিবনি। শ্রুতিনা অসুম্না তাক্লি ঃ " পরমেশ্বর ভগবানগী মশুং অমদা অচৎ-চত্ত হায়দুনা লৈরিবা পূম্নমক অসিনা চঙদুনা লৈ, অদুগা মশুং অহুমদি ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা মঙালগী মশক ওইবা চেতনা অদুনা অমৃত ওইনা লৈ।" ইবুংঙো মহাক্তী অমুক মচেৎ-মশুং তাদনা অমসুং মওং লৈতনা পূম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবিবনি। অদুবু তাইবং পূম্বসিনা ইবুংঙো মহাক্কী মচি অমদা চঙজদুনা লৈবনি।

জ্ঞানীশিংগী মফমদদি জীবাত্মাসিসু পবাত্মামক্লি। পূম্নমক অসিবু অমতা ওইনা লৌরগা অমতা ওইবা ৱাখল পোক্লবা কনাগুম্বা মী অমগীদমক্তদি অতোপ্পা অমা খঙনীংঙাই লৈত্রে হায়বা য়ারে। মরমদুনা ভক্তশিংনা পূক্লীং অনী লোঙদবমখৈ ঈশ্বরবু নীংলগা ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা মশক অদুবু শংশঙনা উবা ঙম্লনবা ধ্যান তৌই।

ইবুংঙো মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না নুমিৎ থোকই, থা-থৱাম্মিচাক থোকই, নুংশীৎ শীৎলি, মৈ চাকই, নোং তাই, অসিনচিংবা। ইবুংঙো মহাক্কী ফজবনা মহৌশা লাইরেম্বীবু ফজহল্লি, ইবুংঙোগী নুংশিবনা ঐখোয়বু নুংশিনহল্লি, ইবুংঙোগী নুংঙাইবনা ঐখোয়বু নুংঙাইহল্লি ----। ঐখোয়না তাইবংগী লল-থুম, শক্তি, মিংচৎনচিংবা পীবিয়ু হায়না ঈশ্বরদা হায়জরুরবসু ইবুংঙো মহাক্লা পীবি। অদুবু মখোয়শিং অদুদি ঐখোয়না শিরগা পুগদবা নত্তে। স্বগগী লাইশিংগী ওইবা নুংঙাইবদু পীবিয়ু হায়না হায়জরুরবসু ঐখোয়না স্বগগী নুংঙাইবদু ফংবা য়াই। অদুবু স্বগগী নুংঙাইবদুসু মতম কুইদে। ঐখোয়না তৌখিবা পুণ্যচেনবা থবকশিংগী মহৈ ঃ চাবা লোয়রগা অৱাবনা পীক থল্লবা তাইবংসিদা অমুক

হল্লকনি। ঐখোয়না ঈশ্বরদগী নিজগদবদি ইবুংঙো মহাক্কী নুংঙাইবা অয়ৌবী "আনন্দ" হায়বদুদি, ইবুংঙো মহাক্কী ওইবা জ্ঞানদুনি, ইবুংঙো মহাক্কী ওইবা পূর্ণদুনি, ইবুংঙো মহাক্কী ওইবা অচুম্বদুনি, অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী ওইবা নুংশিবদুনি। অদুবু পূম্নমকসি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগী মখা পোল্লি।

অপঙবশিংদি মীরল্লেনগী ওইবা নুংঙাইবশিংদুতা ফংননবা ঈশ্বরদা হায়জে। মরমদুনা মখোয়না তাইবংগী অৱা-অনা অমদি খুদোংথীবশিং থেংনৈ। মখোয়না আত্মজ্ঞানগী নুং-গী ওইবা নুংঙাইবদু ফংগে হায়না তাল্লুদে। মখোয়দি তাইবং-মায়াগী মমিং, মশক অমদি মওং-নাইবশিং ফংলগা লোয়রে হায়না খঞ্জে। মখোয়দু ফংলগা নুংঙাইবদুদি অশেংবা নুংঙাইবা নত্তে। মদুগী শেংদবা নুংঙাইবা অদুনা অৱাবগী ঈপাক্তা তাহল্লি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু ফংজগে হায়না শেংনা প্রার্থনা তৌরবদি ঈশ্বর ফংই, আনন্দ ফংই অদুগা ইবুংঙো মহাক্তা অমতা ওইনা ওইসন্নবা ঙমই।

ঈশ্বরবু ফংননবা হোৎনবদা হকচাঙগী, পূক্নীংগী, অচুম-অবান খঙবা ঙম্বগী, আধ্যাত্মিক্কী শক্তি দবকাব ওই। শক্তি পূম্নমক্কী ঈশ্বরগী খুত্তা লৈ। ইবুংঙো মহাক্কী শক্তিগী মতেংনা ধর্ম্মগী লম্বীদা ঐখোয়না চৎপা ঙমগদৌরিবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মঙালগী মতেংনাঐখোযনা ইবুংঙোবু উবা ফংগদৌবিবনি। ইবুংঙো মহাক্কী নুংশিবা অমসুং থৌজালগী মতেংনা ঐখোযনা অশেংবা ভক্তশিং ওইবা ঙমগদৌবিবনি, অদুগা আনন্দ ফংগদৌবিবনি। আনন্দদি ঐখোয় পূম্নমক্কী থম্মোয়দা য়াম্না শেংনা লৈ। তাইবংগী অৱা-অনা, খুদোংথীবা অমদি অকিবগা আনন্দগা তিন্নবা য়াদে। মীবল্লেনগী খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা, নিলখোংবা অমদি লাল-তৌনবনচিংবনা আনন্দদা চৈথেং পীবা ঙমদে। ঐখোয়গী পূক্নীংগী অমোৎপা ময়াম অদুনা মরম ওইরগা ঐখোয়না আনন্দবু ময়েক শেংনা লাকশিনবা ঙমদে। অশেংবা নুংঙাইবা "আনন্দ" হায়বদুদি ব্রহ্মনি, পরমাত্মানি, অমসুং পরমেশ্বর ভগবাননি। আত্মানা নুংঙাইবা পূম্নমক্কী হৌরকফমনি। ঐখোয়গী নুংঙাইবসি ৱাখলদগী লাকপা নত্তে নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংগা মখোয়গী অপান্বা পোৎশিংগা তিন্নবদগী লাকপা নত্তে। আত্মা হায়বসিসু আনন্দনি। নুংঙাইবা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা কংবকৌবদা নাইদ্রবা আনন্দগী অশেংবা ঈপাক অদুদা পূক্নীং লূপসি। মদুদি নুংঙাইবগী লোয়খম নাইদ্রবা মহাসগরনি। মসিদবু ঐখোয়না লূপ্পা ঙমখ্রবদি লাইগী ওইবা জ্ঞান, লাইগী ওইবা নুংশিবা অমদি লাইগী ওইবা শান্তিনচিংবা মরাংকাইনা ফংগনি। মহাসাগরদা লূপখ্রবা চফুশিংগুম ঐখোয়না আনন্দগী ঈপাক্তা লূপতুনা লৈগনি। মসিগী

পাক-চাউরবা ঈপাক অসিদদি শিবগী অকিবা করিমতা লৈরোই।

সংসার অসিদা ঐখোয়গী পৃথীগী অচুম্বা লম্বী থিগে হায়রবদি ঐখোয়না অথৌবা বুদ্ধি লৈননবা লাক্লবা তাই। মী অমনা ফনা ইনাকখুঞ্জরবসু নত্রগা অচৌবা ফম পায়জরবসু নত্রগা শক্তি য়াম্না লৈজরবসু মঙোন্দা অচুম অরান খন্দোকপা ওম্বগী বুদ্ধি অদু ব্রাৎলবদি মাগী লল নত্রগা ফম নত্রগা শক্তি অদু খুদক্তা মাঙখিবা য়াই; অদুবু অমরোমদা অমুক, ইনাক-খুঞ্জদবা নত্রগা ফম অমতা পায়জদবা নত্রগা শক্তি লৈজদবা মী অমনা অচুম্বা খনবা ওম্বগী বুদ্ধি লৈজরবদি মাগী মতীক-মগুণদু মতমগী মতুংইন্না য়াম্না ব্রাংনা হাইগৎলক্কনি। অথৌবা বুদ্ধিনা ঐখোয়বু তাইবংগী অব্রা-অনা অমদি খুদোংথীবশিংগী মরক্তা লমজিংবি। অদুবু ঐখোয়গী ব্রাখলনা, ব্রাহৈনা অমসুং থবক্লা মোৎপনিনা আত্মাগী অশেংবা মঙাল-মশেক্লা বুদ্ধিদা নিংথিনা তাবা ঙমদে। মরমদুদগী ঐখোয়না পোৎশিংবু চুম্না উবা ঙম্লক্তে। আত্মাগা বুদ্ধিগা হেক থংননা লৈ। অদুবু অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, চাওথোকপা অমদি য়েংথীনবনচিংবা হিংচাবা ময়াম অসিনা পৃক্লীংবু লাংহল্লি, ব্রাখলবু লাকথুবি অদুগা বুদ্ধিগী মীৎপু তাংহল্লি।

অশেংবা নত্রগা অথৌবা বুদ্ধি হায়বসি ঈশ্বরগী অতাঙবা খুদোল অমনি। তাইবংপানবা পূম্নমক অসি শেম্লগে হায়না পরমেশ্বর ভগবাননা হেক খল্লকপা মতমদা ইবুংঙোদগী বুদ্ধি থোক্লকখি। ঐখোয়গী বুদ্ধিনা ফগৎলকপগী মতুং ইন্না অচুম্বসু অসুম অসুম য়াকাইরকই। অচুম্বা বুদ্ধিগী মতেং লৌরগা ঐখোয়না ঈশ্বরবু থিগদবনি। ঈশ্বরগী মফমদতা অচুম্বা পৃথী, অচুম্বা মঙাল, অচুম্বা শান্তি অমসুং অচুম্বা নীংতম্বা লৈ। ঐখোয়না হেক নুংশিরিবমখৈ ইবুংঙো মহাক্কীদমক্তা নুংশিসি, ঐখোয়না হেক ব্রাখল খল্লিবমখৈ ইবুংঙো মহাক্কী মরমদা খনসি, ঐখোয়না হেক ব্রারী-ব্রাতাই শারিবমখৈ ইবুংঙো মহাক্কা মরী লৈনবা মরমদা ব্রারী-ব্রাতাই শাসি, অদুগা ঐখোয়না হেক তৌরিবা থবক মখৈ ইবুংঙো মহাক্কী থবক ওইনা তৌসি। ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেন অমদি মতীক-মগুণবু শক শোন্দুনা লৈরগা অপেনবা ওইসি। ইবুংঙো মহাক্কীদমক্তা ঐখোয় হিংসি, শিবসু ইবুংঙো মহাক্কীদমক্তা শিসি।

শ্রীভগবাননা ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা ভক্তশিংদা অচুম্বা অমসুং অরানবা অনীগী খেন্নবদু খন্দোকপা ওম্বগী অচুম্বা বুদ্ধি অদু পীবি। বুদ্ধিদা আত্মাগী অশেংবা মশেক্লা য়ৈরক্লবা মতমদা অচুম অরান খন্দোকপা ওম্বগী শক্তি অদু চোংথোরকই। শক্তি

অসিগী মপান্না আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমই। আত্মানা করিনো আত্মা-নত্তবনা করিনো হায়বদু তশেংনা খঙবা ঙম্বগী শক্তি অদুবু জ্ঞান শক্তি হায়না কৌই। মদুনা সংসারগী মায়া-লাংদগী নাম্থোক্লবা লম্বী অদু তাকই, অদুগা অশেংবা সাধকশিংনা মদুগী মতেং লৌরগা মখোয়গী অশেংবা মযুম ওইরিবা ঈশ্বরগী মরানয়ায়দা য়ৌই। অশেংবা ভক্তশিংদি হিংবদা চঙগদবা পোৎলমশিংগীদমক্তা বাখল থোইনা খল্লুদে, মরমদি মখোয়গী থম্মোয়গী অমম্বদুবু হেক কোক্লবদি ঈশ্বরনা অদুম মখোয়গী চংগদবা অবাৎপা পূম্বা ফংহনবিগনি হায়বসি মখোয়গী অচেৎপা থাজবনি। ভক্তশিংবু নুংশিরম্বখক্তদগী মখোয়বু যৌজালবিগে হায়দুনা ইবুংঙো মহাক মশামক্না মখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈবিরগা অজ্ঞান দগী পোক্লকপা মখোয়গী থম্মোয়নুংগী অমম্ববু জ্ঞানগী থাওমৈ পায়রগা তাম্থোকপী। আত্মজ্ঞানগী অঙানবা থাওমৈনা অজ্ঞানগী অমম্ববু তাম্থোকখ্রবা মতমদদি ঈশ্বরবু ময়েক শেংনা উবা ঙম্লকই।

ঈশ্বরগীদি পোকপা অমসুং শিবা নত্রগা অহৌবা অমসুং অরোইবা হায়বদু লৈতে। অওনবা নাইবা পূম্নমকসিনা মাঙখ্রবসু ইবুংঙো মহাক্কী মাঙদনা অদুগী অদু ওইদুনা অদুম লৈগনি। অওনবা ময়াম্না লেপ্তুনা চৎথরিবা সংসার অসিদা মতম খরা লৈরম্লগা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক য়ৌননবা চৎকে হায়রবদি ঐখোয়গীনি হায়বা পূম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা কখোক্লগা চঙজবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপুদি উবা ফংদে, ইবুংঙো মহাক্লদি লোয়নমক উবিরি ; ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু খঙবা ঙমদে, অদুবু ইবুংঙো মহাক্লদি লোয়নমক খঙবিরি ; ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী য়াবাদি তাবা ঙমদে, অদুবু ইবুংঙো মহাক্লদি ঐখোয় পূম্নমক্না ঙাঙলিবা বা খুদিংমক তাবিরি। ঐখোয়দি পাপীশিংনি। জ্ঞাণসু অজ্ঞাননা পূম্নম-মমশিলহনখ্রে। অফবা থবক তৌগে হায়না খল্লি অদুবু ঐখোয় ঙমদে। ধর্ম্মগী নিয়ম খর ঙাক্লা চৎকে খল্লবফাওবদা ঐখোয় ঙমদে। মায়াগী যৌরিনা পুল্লিনখিবনা ঐখোয় লেঙবা-ওৎপা ঙমদ্রে, য়াম্না বারে, য়াম্না শোল্লে অমসুং য়াম্না কিরে। ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাবু কঞ্জবা ঙমদ্রে। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গী থবায়গী থবায়নি। ইবুংঙো মহাক্কী আইন-বিচার কিজে. ঐখোয়বু কনবিনবা, নুংশিবিনবা অমদি ঙাকপীনবা ঈশ্বরদা হায়জসি।

ঐখোয়দি করম হায়না প্রার্থনা অমদি ধ্যান তৌগদগে হায়বদু খঙজদে। ইবুংঙো মহাক্কী যৌজালনা তাইবং-ঈপাক লান্নবগী হিনি। ইবুংঙো মহাক্কী য়াম্নসু শাথী অদুগা য়াম্নসু যৌজাল হৈ। ফত্তবশিংবু মাঙহনবীবা অদুগা অফবশিংবু ঙাকপী-শেম্বীবা ইবুংঙো

মহাক্কি। ইবুংঙো মহাক্কী মতম লৈবা খিবিক্তা ঐখোয়বু লমজিংবিগে, তেংবাংবিগে অমদি ঐখোয়দা ইবুংঙো মহাক্কী মশক উৎপীগে হায়দুনা শেমশারগা লৈবিবনি। অদুবু ঐখোয়না মদুদা পূক্নীং চিংশল্লুদে। ঈশ্বরদা থম্মোয়বু শেংনা হেক হায়বু হায়জরবদি ঐখোয়না পাল্লিবদু ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়দা শোয়দনা পীবিগনি। যীশু খৃষ্টনা হায় ঃ "হায়জৌ, অদুগা মদু ঈশ্বরনা নঙোন্দা শোয়দনা পীবিগনি।"

ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা অমম্ববু কোকহন্দুনা জ্ঞান পূম্নমক থোকহল্লি। অমোৎপশিংসি অমম্বদা লৈ, অজ্ঞানদা লৈ। অরানবা ৱাখলশিং অমদি অরানবা থবকশিংগী হৌরকফমদি অজ্ঞাননি। অজ্ঞানননা মরম ওইদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাঙবু আত্মানি হায়না লান্না লৌরুই, অদুগা ইশা-ইশাগীদা য়েংলুই। মসিনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবদা অপনবা অমা ওই। ইশা ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনমিন্নসি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মফমদা চম্না হেক চঙজবগা ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গীদমক্তা ৱাবিবা হৌরগনি, অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা অমম্ববু তাম্থোকপীরগা ঐখোয়বু লমজিংবিগনি। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ইবুংঙো মহাক্কী জ্ঞানগী থাওমৈনা ঈরং-লংনা ঙান্দুনা লৈরগা ঐখোয়গী পাপ পূম্নমক কোক্কনি। ইবুংঙোগী থৌজালবু ফংজরবদি পাপী অমনসু সাধু ওইরকপা ঙম্মি।

খ্বাইদগী হেন্না পাপ চেনবা মহাপাপী অমনা শাথীরবা পাপকী থবক কয়া তৌরুরবসু, তুংদা মপূক্নীং অনী লোঙদনা, থৱায় য়াওনা অমদি পূকচেল শেংনা ঈশ্বরদা ভক্তি তৌজবা হেকমক ঙম্লবদি মহাক তশেংনমক ফরবনি। পাপশিং অদু করিনুংগী তৌজরুরবনো হায়না মহাক্না অনুতাপ তৌরবা অদুগা অমুক হন্না পাপ খক তৌজররোই হায়না পূক্নীং চপ য়ুংনা লেপ্পবা মতমদা মহাক্কী থম্মোয়দু শেংদোক্লক্তুনা পাপ কোকপা হৌরক্লবনি। "করিনুংগী পাপ তৌজরুরবনো হায়না অনুতাপ তৌবা" হায়বা অসিমক থম্মোয়গী অশেংবা অওনবা অমনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, রত্নাকর কৌবা শাথীরম্বা ডাকু অদুদা করিনুংগী পাপকী মশক ওইবা থবক কয়া তৌরুরবনো হায়বা অনুতাপ অমা লাকখি। অদুদগীদি অদুগুম্বা পাপকী থবকশিং অদু তৌররোই হায়না পূক্নীং-চপ-য়ুংনা লেপ্লগা মহাক্না অতৎ-অখম লৈতনা ঈশ্বরগী ৱাখলদা পূক্নীং লূপখি অদুগা মাগী থম্মোয় অদু পূমশেং শেংদোকখি। মরম অদুদগীনি ডাকু রত্নাকরনা মানা লঙজরুবা পাপ পূম্নমক কোক্তুনা বাল্মিকী মহর্ষি ওইখিবসি। মহাপাপী অমনা ঈশ্বরবু নীংদুনা প্রেম ভক্তি লৈজরক্লবদি মানা থুনমক লীচৎ-শাজৎ চুম্লক্তুনা ধর্ম্ম চেনবা মী অমা ওইরকপা য়াই।

ঈশ্বরদি ঐখোয় পূম্নমক্কী মফমদা মীচং মীখায় নাইদে। কনাবুসু ইবুংঙো মহাক্তা য়েংথীবা নত্রগা হঙোইবা তৌদে। ঐখোয় খুদিংমক্তা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজবা য়ানবা ইবুংঙো মহাক মশানা থোঙ লাউনা হাংদোক্লুনা অদুম থম্মি। অশেংবা ভক্তশিংনা শ্রীভগবানগী মনাক্তা লৈ, অদুগা ইবুংঙো মহাকসু মহাক্কী অচানবা ভক্তশিংগী মনাক্তা লৈদুনা থৌজাল পীবি। সংসারগী থৌরিনা চেংনা পুল্লিবা ভক্ত-নত্তবশিংদুদি পুল্লিবা থৌরিদুদগী নাম্থোক্লুনা ঈশ্বরগী নাক্তা চৎপা ঙমদে। মসিদি ভক্ত-নত্তবা অপঙবা ঐখোয়গী দোষনি ; ঈশ্বরগী অচান-অরাই নাইবগী ব্রাফম নত্তে। নিংথমথাদা মৈনাক্তা চঙদুনা মৈ য়াইদ্রবদি মৈগী মৈশা ফংদুনা কনানা অঙৈংবা কোকপা ঙমগনি? মৈদগী লাপ্না লৈবশিংনা মৈগী মৈশা ফংদনা থক-থক নীক্লুনা ব্রানা অঙৈংবা খাঙবা তাই। মসিদি মশানা অদুম তাজরবনি ; মৈনা মীচং-মীখায় নাইবগী ব্রাফম নত্তে। মরমদুনা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজরুদনা কনামতনা ঈশ্বরনা মাবু চঙহন্দে হায়দুনা প্রতিবাদ তৌবা য়াদে। দোষ পূম্নমক ঐখোয়গীনি, ঈশ্বরদা করিমতা থংজিনবা য়ারোই।

পৃথীগী লম্বী চৎপদা ঈশ্বর নত্তনা ঐখোয়দা লম্বী তাকপীগদবা নত্রগা ঐখোয়বু লমজিংবিগদবা কনা অমতা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্কী অচুম্বগী জ্ঞাননা অমম্বগী নত্রগা অজ্ঞানগী লৈচিনবু হাংদোকপীগনি। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবতদা ঐখোয়না ধর্ম্মগী লম্বী চৎপা ঙমগদৌরিবনি। ঐখোয়বু লমজিংবিয়ু হায়দুনা ঈশ্বরদা হায়জসি। মচানা মপাগী মখুৎ পায়দুনা চৎলবদি মচা তুগনি, অদুগা মপানা মচাগী মখুৎ পায়দুনা লমজিংবিরবদি মচা তুরোই। ইপা শক্লবা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী খুৎ পায়দুনা লমজিংবিসনু। ইবুংঙো মহাকখক্তননি ঐখোয়বু অমরগী লম্বীদা লমজিংবিগদবসি। লল-থুমগী, মরূপ মপাংগী, ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবগী অমদি মিংচৎকী যাদু-মন্ত্রশিংনা ঐখোয়গী পুক্নীংবু ঈশ্বরদগী চিংথোকখিদনবসু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা কন্না হায়জসি। জগৎ অসিদা ইবুংঙো মহাক নত্তনা থাজনঙাই কনামতা লৈতে। মুক্তি পীবীবা ঙম্ববু ইবুংঙো মহাক্নি। আনন্দগী মশক ওইবসু ইবুংঙো মহাক্নি। আনন্দগী মহাসাগর অমা ওইনা লৈবিরিবা ইবুংঙো মহাকপু হীরী কোনসি। আনন্দগী ঈপাক্তা ঈরাক্লদুনা শিগনি হায়দুনা কিনীংঙাইসু ওইদে। মদুদবু ঐখোয়না লূপ্তুনা লৈবা ঙমজরবদি ঐখোয় মুক্তি ফংলে, অমর ওইরে।

মমাংগী মপোক মপোক কয়ারক্তসু ঐখোয়গী ইপা-ইমা মথং মথং কয়া লৈখি, মরূপ-মপাংসু মথং মথং কয়া লৈখি অদুগা কায়নখি; লল-থুমসু কয়া লৈখি অদুগা মাঙখি। মখোয়না ঐখোয়বু খক পেলহনবা ঙমখিদে, অদুগা হৌজিকসু ঐখোয় পেনবা

ঙমদ্রি। "উনবা অদুগা কায়নবা" হায়বদুনা তাইবং-পূন্সীগী হকচিনবা খুদম অমা ওইরি। মপাঙ্ঙোংগী মীরম্লেনগী ওইবা পোৎশিং অসিদি তুং-কোয়দবনি। মখোয়না পীবা ঙম্বশিংদি ঙমখৈ-নাইবা তাইবংগী নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অৱাবা ঙাক্তনি। তাইবংগী অৱাবশিং অসিদগী লানখৎপ্রবদি নুংঙাইবা অয়ৌবী অমা ফংই। মদুদি ঙমখৈ নাইদ্রে, অতৈগী মখা পোন্দ্রে অমসুং মপুংফাবা হায়বদু ওইরে। মদুদি অমর ওইবগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা, সৎ-চিৎ-আনন্দ স্বরূপতা লূপ্পা হায়বদুনি। মদুনি ঐখোয়গী থস্মোয়না য়াম্না পাম্না নিজগদবদি।

ঈশ্বরনা ঐখোয়গী চপ-চাবা ইমানি, ইপানি, মরূপনি অমসুং লোয়নবনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গদি শুককায়-কায়নরোই। মরমদুনা ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু পোকপীবা ইমা-ইপাদগীসু হেল্লি, মরূপ-মপাংদগীসু হেল্লি, লোয়নবশিংদগীসু হেল্লি, লল-থুমদগীসু হেল্লি-- পুম্নমক্তগী পূমহেল-হেল্লি। অপঙবা ঐখোয়না ঈশ্বর মহাকপু মফম কদাইদা উগনি ? মহাত্মাশিংনদি ইবুংঙো মহাকপু মখোয় মশা মশাগী থস্মোয়নুংদা উই। থস্মোয়না আত্মাগী নত্রগা ঈশ্বরগী অরোনবা কানি, লৈফমনি। মসিগী থস্মোয়সিদি আধ্যাত্মিকী থস্মোয়নি, হকচাঙগী শাবানবা থস্মোয়দু নত্তে। ঐখোয় পুম্নমকপু নুংশিবিবদগী ঐখোয়গী থস্মোয়দা ইবুংঙো মহাক্না চঙদুনা লৈবি। ঐখোয়গী হকচাঙ অসিনা ঈশ্বরগী মন্দিরনি , হকচাঙসিগী ইন্দ্রিয় মাপলনা মন্দিরদুগী থোঙ মাপলনি। ইবুংঙো মহাক্না লেঙশিন্দুনা লৈবদা নুংঙাইনবা ইবুংঙো মহাক্কী লৈফম ওইরিবা থস্মোয় , মন্দির ওইরিবা হকচাঙ অমসুং থোঙশিং ওইরিবা ইন্দ্রিয়শিং য়াম্না তরু-তনান্না অমদি শেংনা থমসি, অদুগা ইবুংঙো মহাকপু উননবা ধ্যান তৌসি।

ধ্যান -যোগী অমনা আত্মাগী মঙাল-মশেক্না য়েৎবদা ঈরং-লংনা ঙাল্লিবা পূক্লীংগী পাৎকী লেঙদবা ঈমায়দা য়েংবা মতমদা অশাৎপা থম্বাল অমা উগনি। মদুগী থম্বাল অদুদা অঙৌবা, তগৎ-তগৎ তেকপা অমদি মনম য়াম্না নুংশিবা লৈনা ময়াম অমা পাল্লি হায়নৈ। ঐখোয়গী থস্মোয়দা ঈশ্বরগী ভক্তি লৈরে হায়বদু থম্বালদুনা তাকই। ঈশ্বরগী লৈফমদি থম্বালদুদনি। মদু খ্বাইদগী হেন্না তাংবা পোৎ অমনি। জগৎসিদা লৈরিবা খ্বাইদগী হেন্না ফজরে ফজরে হায়দুনা লৈরিবা পোৎ মখলশিং অদুদগীসু থম্বালসিনা হেন্না ফজরবা পোৎ অমনি হায়না যোগীনা মহাক্কী পূক্লীংদা মওং লাকশিল্লি। ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা থম্বালদুবু ঈরং-লংনা অমদি মকা লাম্না নিংথিনা শাৎহল্লি। মহাক্না অসুম অসুম থম্বালদুদা লেঙদনা য়েংলকপা মতমদা পরমেশ্বর ভগবাননা নুংশিবা, জ্ঞান

অমদি শক্তিগী মঙাল ফুদোক্লুনা ফিদম্নফম ওইরবা ফজবগী মওংদা থম্বালগী মথক্তা ফম্বাল লাংদুনা লৈবদু মহাক্লা উই। ভক্তদুবু নুংশিবথক্কীদমক্তা মওং অমদি মশক লৈতবা শ্রীভগবাননা মাগী অচানবা ভক্তদুগী পূক্নীংগী মীৎতা মাগী ৱাখলনা শাজবা ইবুংঙোগী মওং অদু পুথোক্লুনা উহল্লি। মশক-মওং লৈতবা ইবুংঙো মহাক্কী মশক-মওংদু মদুনি।

মুক্তি ফংবা পাম্বা মীনা ঈশ্বরদা মশামকসু য়াওনা পূম্নমক কখোকই। মশাগীতা য়েংবা মতৌ অদু মঙোন্দা লৈতে। ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিংদু থাদোক্লগা ঈশ্বরবু অথোইবা পম্ভুংফমনি হায়না মহাক্লা লৌই। সাধক অমনা মাগী আত্মাদুবু ঈশ্বরমক্তি হায়না খঙলবা মতমদা মহাক মুক্তি ফংবা য়ারে। আত্মাবু নত্রগা ঈশ্বরবু লাইরিক্তগী ফংলকপা জ্ঞাননা নত্রগা পূক্নীংদগী মওল-মওল খল্লকপা মতৌনা নত্রগা বুদ্ধিনা হেক্তা লাম্বা ফংলোই। ঈশ্বরবু ফংননবা থিরিবা মীশক অদুনা ইবুংঙো মহাকপু পুজা তৌগনি, অদুগা অচেৎপা থাজবা অমদি ভক্তিগা লোয়ননা ইবুংঙো মহাকপু ফংলগা লোয়রে খন্দুনা ধ্যান তৌগনি। মহাক্লা শ্রীভগবানবু মতম পূম্নমক্তা চেৎনা নীংগনি, অদুগা পূক্নীং-চপ-য়ুংনা লেঙদনা ধ্যান তৌগনি। মহাক্কী পূক্নীংনা ঈশ্বরদা নত্রগা আনন্দগী পাক-চাউরবা ঈপাক্তা লূপশিনখ্রবা মতমদা মহাক্লা আত্মাগী মঙালদু হকথেংননা ফংলক্কনি, ভাবনা শাগৎপদা উরিবা ইবুংঙো মহাক্কী মশক-মওং অদু শেংনা উরক্কনি, অদুগা আত্মানা ঈশ্বরনি হায়বা অচুম্বদুসু খঙলক্কনি। অসুম্না মহাক্লা মহাক মশামকপু হায়বদি মহাক্কী আত্মাবু ঈশ্বরনি হায়বা খঙলকই। উপনিষদনা হায়ঃ "আত্মাবু বেদ নৈনবনা নত্রগা বুদ্ধিগী শক্তিনা নত্রগা লাইরিক য়াম্না হৈবনা ফংবা ঙম্লোই। আত্মাবু ফংননবা থিরিবা মীশক অদুনতা আত্মাবু ফংননবা থিরগা ফংগনি।" মরমদুনা ঐখোয়না আত্মাবু থিদবা মরম্না আত্মাবু ফংবা ঙমদবনি। আত্মাবু থিসি, ফংননবা থিসি। আত্মাদি হকচাঙগী, ইন্দ্রিয়শিংগী অমদি পূক্নীংগী ৱাংমদা লৈ।

মঙাল পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বরদা পূক্নীং লূপশিনসি। ইবুংঙো মহাক্কা ঐখোয়গা খায়দোক্লবা য়াদবমখৈ পূক্নীম্নরগা ধ্যান তৌসি। হকচাঙদি মতম খরগী শেংননবা ফিগুম্বনি অদুগা মদুনা মল্লক্লগা হুন্দোকখিগদবনি হায়না ঐখোয়না খন্দোক্কদবনি। থম্মোয়নুংদা ঙাল্লিবা অশেংবা মৈদুগী লেঙদবা মৈরী অদুদা ধ্যান তৌবা ঙম্নবা হোৎনসি। মসিনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চুমদ্রিং-চুম্না চঙশিনবগী মওংনি। অতৈ অতোপ্পা মওংশিংদি অপান্নবা চঙশিন্দবা মওংশিংনি। নুংঙাইবা পূম্নমক্কী, জ্ঞান পূম্নমক্কী, শক্তি পূম্নমক্কী অমসুং নীংতম্বা মতা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বর মহাক্কী ঐখোয়গী

থম্মোয়নুংদা লৈ হায়বসি ঐখোয়না খক কাউরোইদবনি। ঐখোয় মীওইবনা ঈশ্বরবু থেংনগদবা নত্রগা উনগদবা মফমদি ঐখোয়গী থম্মোয়গী অথূপ্পা কা অদুদনি।

মপাম্বোংগী তুংকোয়দবা অরঙ-অরাকশিংগী অপাম্বা লৈরিবমখৈদি ধ্যান তৌবা য়ারোই। ধ্যান তৌরিঙৈদসু তাইবংগী ওইবা পোৎশিংদুবু নীংশিংলুরবদি ধ্যান কায়গনি। অতে অতোপ্পা করিমতা খল্লুদনা আত্মাতবু খল্লিবা মহাক অদুনা আত্মাগী অশেংবা মশক অদু খঙবা ঙম্মি। অদুদগীদি মহাক্না ঈশ্বরবু পূক্নীং-চপ-যুংনা নীংবা ঙম্মি। মসিবু ধ্যান কৌই। ধ্যানবু তশেংনমক হেক তৌবা ঙম্লবদি জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অমতা ওইরকই। ঐখোয়গী পূন্সীগী পান্দমদি ঐখোয়গী হৌরকফমসু পম্থুংফমসু ওইরিবা মফমদুনা য়ৌবদুনি। ঐখোয়না ধ্যান তৌরগা তানগদৌরিবদুসু মায়াগী ঈপাক অসি লাম্বোক্লগা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা অদুগা মদুদগী অমুক সংসারসিদা অমুক হল্লক্তবা হায়বদুনি।

ঐখোয়গী নুংঙাইবা, নুংশিবা, শক্তি অমসুং জ্ঞানদি মপূংফাবা ওইদে। ঈশ্বরদা ধ্যান তৌর-তৌরগা ঈশ্বরদগী নুংঙাইবা, নুংশিবা, শক্তি অমসুং জ্ঞানগী ঈচেল লেপ্তুনা অসুম অসুম নিংথিনা চেম্থরক্কনি। মখোয় পূম্নমক্কুগী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বরগা ঐখোয়গা শম্নবা হায়বসি মখোয় পূম্নমক্কী অশেংবা অরোনবা অদুবু থেংনবা হায়বনি। হৌরকফমদুগা ঐখোয়গা শম্নবগীদমক্তা ঐখোয়গী ব্বাখলসি ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা ওন্সনসি, অদুগা অচেৎপা থাজবা অমদি ভক্তিগা লোয়ননা হৌরকফমদুদা ধ্যান তৌসি।

হকচাঙগী ব্বাখল খন্ন-খন্না হিংদুনা লৈবদি হিংনা হিংনা শিরবনি। যীশু খৃষ্টকী শিষ্য সেন্ট পোলনা হায়রম্মী ঃ "হকচাঙ নুংঙাইনবগী ওইবা শেংদবা ব্বাখল খনবদি শিবনি, অদুগা আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অশেংবা ব্বাখল খনবনা পূন্সীনি অমসুং শান্তিনি।" যীশু খৃষ্টনা শিবা মতমদা আত্মাদি শিদে হকচাঙদি শিবা নাই হায়বসি তশেং-তশেংনা উৎলম্মী। অদুবু ঐখোয়না আত্মাগী মরম খল্লুদনা হকচাঙগী ব্বাখলতা খন্দুনা লৈবদগী ঐখোয়না হকচাঙগী অমসুং পূক্নীংগী অব্বাবা কয়া নংলি। পোকপা অমসুং শিবা হায়বসিদি হকচাঙগা মরী লৈনবনি, আত্মাগদি মরী লৈনদে। মসিবু খঙলবদি ঐখোয়না অশেংবা জ্ঞান ফংগনি, শান্তি ফংগনি, অশেংবা নুংঙাইবা ফংগনি ---। আত্মা অমখক্না থব্বায়-পানবা খুদিংমক্তা লৈ হায়বসি যীশু খৃষ্টনা খঙই। মরম অদুনা প্রভুযীশুনা অসুম্না হায়খি ঃ "কনাগুম্বনা নহাক্কী য়েংথংবা নখজাইদা খুপাক্না থারক্লবদি, অথিংবা করিমতা

পীদনা মঙোল্দা নহাক্কী অতোপ্পা ওইথংবা নখজাই অদুসু ওন্সিনখো ; নহাক্কী য়েক্লনবশিংবু নুংশিয়ু, নঙোল্দা শিরাপ তৌরকপশিংগীদমক্তসু প্রার্থনা তৌবিয়ু---।" মসি প্রভু যীশুনা পীবিবা মমল য়াম্না য়াল্লবা পাউজেলনি। প্রভুবু ক্রোসতা ফলাং চল্লগা হাৎখিবদুনা পাউজেল অসিগী ময়েক-লারবা খুদম্নি। ক্রোস অদু প্রভুগী নুংশিবা অমসুং ঙাকপী-হৈবগী খুদম্নি।

ঐখোয়না অহানবদা য়ারিবমখৈ হকচাঙগী ব্বাখলগী ব্বাংমদা চৎপা ঙম্লনবা লাক্লসি। হকচাঙনি মোৎলিবসে অমসুং অওনবা নাইরিবসে, অদুগা আত্মাদি মোত্তে অমসুং অওনবা নাইদে। ঐখোয়দি আত্মানি, হকচাঙ নত্তে। শিগদৌবদি ঐখোয়গী হকচাঙনি,ঐখোয় নত্তে। সেন্ট পোলগী মতুংইন্না ঐখোয়না হকচাঙগী ব্বাখলদা তাউদুনা লৈরিবমখৈ নত্রগা ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাঙগী লু-তোং নুংঙাইনবগী ব্বাখল খল্লিবমখৈ ঐখোয় শিবগী খায়াত্তা নত্রগা খুৎপায়দা লৈ হায়রি। অদুবু ঐখোয়গী ব্বাখলবু আত্মারোমদা পুশিল্লগা ঐখোয়না আত্মাগী থাক্তা কাখৎপা ঙম্লবদি ঐখোয় আধ্যাত্মিকী ব্বাখল চেল্লরক্লনি , ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরক্লনি, অদুদগীদি ঐখোয়না শিবা কিররোই। পোকপা অমদি শিবা লৈতবা, অরাম-খৌরাংবা লৈতবা, অঙ্গং-অশা অমদি অব্বা-অনানা শোকপা ঙমদবা আত্মাদুদা ধ্যান তৌসি।

অচুম্বা ব্বাখল খনবা অমদি অচুম্বা থবক তৌবা হায়বসিনা ঐখোয়গী হকচাঙ অমসুং পূক্নীংবু শেংদোকই অদুগা আত্মাগী অওইবী মতৌ অদুবু ঐখোয়দা উৎলকই। ঐখোয়না আত্মাবু অদুক্কী মতীক হেন্না হেন্না নীংশিংলিবমখৈ আত্মাগী মঙালনা ঐখোয়গী হকচাঙ অমসুং পূক্নীংদা হেন্না হেন্না ঙাল্লকনি। অদুদগীদি হকচাঙ অমসুং পূক্নীংগী থবকশিংদু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা লাক্কনি। অমম্বা নত্রগা অজ্ঞানগী মায়খুম অদু হাংদোক্লগা আত্মাগী মঙান্না চুমথ্রিং-চুম্না বুদ্ধিদা, পূক্নীংদা অমদি হকচাঙদা য়ৈরক্লবা মতমখক্তদা ঐখোয়না ব্বাখল চুম্না খনবা ঙম্লকই, অদুগা থবকসু চুম্না তৌবা ঙম্লকই। আত্মাগী অওইবী মতৌ অদুদা লেঙদনা ধ্যান তৌরগা অজ্ঞানগী মায়খুম হাংদোকই অদুগা আত্মাগী মঙালনা লংনা ঙাল্লি। আত্মাগী মঙালদি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ঙাল্লি। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ঙাল্লিবা মঙাল অদুনসু জগৎ পুম্বদা ঙানগনি। মঙাল অদুনা, পূক্নীংগী অমম্ববু লৈহল্লবা মতমদা, ঐখোয়গী হকচাঙদগী মনুং-মপান ফাওনা ঙাল্লক্লগা ঈশ্বরগী মঙাল মপূং অদুগা তিনশিন্নখিগনি। ফীভম অসিদবু য়ৌরবদি ঐখোয়না আনন্দগী লংলবা মহাসাগরদা লৈবা ঙম্লে।

পূম্নমকসি পূক্নীং য়াওদনদি করিমতা ওইথোক্লোই। কনাগুম্বা অমনা ঐখোয়দা

য়া-ঙাঙলকপা মতমদা ঐখোয়গী পূক্লীং অদু মঙোন্দা অমসুং মাগী য়াহৈশিংদুদা থল্লুদ্রবদি ঐখোয়না মানা ঙাঙলক্লিবা য়াশিংদু খঙবা ঙম্লোই। চাক-থোংবা, য়াইশীংপা, ঈরুজবনচিংবা ঐখোয়গী নুতিগী ইচম-চম্বা থবকশিংসি তৌবফাওবদা পূক্লীংবু চঙলুদ্রবদি তৌরু-তৌরুবা থবক অদুগী অফবা ফল ফংবা ওইথোক্তে। মথৌ মথৌদা পূক্লীংবু চঙলুদ্রবদি, বক্তা অমনসু অফবা বক্তা অমা ওইরকপা ঙম্লোই, পাঠক অমনসু অফবা পাঠক অমা ওইরকপা ঙম্লোই, শান্নরোই অমনসু মায়পাকপা শান্নরোই অমা ওইরকপা ঙম্লোই। পূক্লীং-চঙবগী পাঙ্গল অসি নিংথিনা লৈহন্নবগীদমক্তা চাং-নাইনা অমদি চুম্না অভ্যাস তৌবা দরকার ওই। শা-কাপ্পা হৈনবা অভ্যাস তৌদবা মী অমনা মায়পাক্লা শা কাপ্পা ঙম্লোই।

খোইচোপ্পা নুপা অমগী য়ারী অমা লৈ। নোংমা লম্বীদা লাকপা নুপা অমনা খোইচোপ্পা নুপা অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা মাগী য়ুম্লোন্নবদা লৈবা মী অমা কদাইদা চৎখিবগে হায়না হংলম্মী। মহাক্লা অনী অহুন্নক হংলবফাওবদা খোইচোপ্পা নুপা অদুনা পাউখুম শুকপী পীরকখিদে, মরমদি মাগী মপূক্লীং অদু ঈমায়দা তাউরিবা খোইরীদা হাপ্পা লাঙ্গোম অদুদা চপ-য়ুংনা লৈরম্মী। খোইচোপ্পা নুপা অদুনা অদুক শাংনা পাউখুম পীরক্তুবা মতমদা লম্বীদা লাকপা নুপা অদুনা মঙোন্দা য়াম্না থীনা চৈরম্মী। অদুবু খোইচোপ্পা নুপা অদুনা ঙা ফারবা মতুংদদি মাবু ঙাকপীয়ু হায়দুনা লম্বীদা লাকপা নুপা অদুদা হায়জরম্মী। মরম অদুনা থবক অমা মায়পাক্লা পাঙথোক্কে হায়রবদি তৌরিবা থবক অদুদা পূক্লীং চঙগদবনি ; অদুগা থবক্তু তৌরিঙেদদি অতৈ থৌশিংবু খক্তোকখিবা তাই। অদুম হায়না ধ্যান তৌবা মতমদসু পূক্লীংদা ঈশ্বরগী য়াখল নত্তনা অতোপ্পা য়াখল অমতা লৈবা য়াদে। মসিদদি ইশানা ইশাবু য়ারকচবা ঙম্বা হায়বদুমা দরকার ওই।

অফবা লমচৎ চৎলগা, অফ-অফবা থবক তৌরগা অমদি ধর্ম্ম লৈরগা ইশানা ইশাবু য়ারকচবা ঙম্লকই। লুদবা পূকচেল চেল্লগা অমদি ফত্তবা থবক তৌরগা কনানসু মাগী পূক্লীংবু জয় তৌবা ঙম্লোই, মশানা মশাবু য়ারকচবা ঙম্লোই। পূক্লীংদি পোত্থাবা লৈতে, লাকঙম-ফাঙমদে অমসুং মঙক-কল্লি হায়বসি ঐখোয়না খঙই। মসিবু খুদুম চনবা হায়বা অসি য়াম্না য়ানা থোকই, অদুবু তত্তবা শাজেন্না অমদি পূক্লীংগা মপাম্থোংগী পোৎশিংগা শম্নদবনা উপায় ওইরগদি পূক্লীংবু লাকশিনবা ঙম্মি। চাওরাক্লা হায়রবদা, ঈশ্বরবু ফংননবা থিবা মীশিংনা চৎকদবা অশেংবা লম্বী অনী লৈ। অমনা ভক্তিগী লম্বী, ভক্তি যোগ; অতোপ্পদুনা জ্ঞানগী লম্বী, জ্ঞান যোগ। অমদুনা পূক্লীংদা ফাওরকপা

অনুভবনা অথোই শরূক ওই, অদুগা অতোপ্পদুনা অচুম্বা ৱাখলনা অথোই-শরূক ওই। অনীসে পূক্নীংগী মরুওইবা থবক অনীনি। মখোয়না ঐখোয়গী থবকশিংবু অমদি ৱাখলশিংবু লাকশিল্লি। মখোয় অনীনা ঐখোয়বু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চিংশিল্লি।

নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরগা পূক্নীং শেংদোকপা ঙম্মি, অদুগা মদুনা ধ্যান তৌরক্লনবগী উপায় অমসু ওইরকই। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবসু অপাম্বা থাদোক্লবদি তৌবা ঙমদে। অপাম্বা থাদোকপা হায়বসিসু পূক্নীংগী ৱাফমনি। থবক্কী মহৈঃ থাদোকপা হায়বসিসু পূক্নীংগী ৱাফমনি। থবক্কী মহৈঃ ফংবগী অপাম্বা থাদোক্লবা অদুগা থবক্কী খুরৌদগী নাম্থোক্লক্লবা মীদুনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চৎলি। "মায়পাকপা" অমসুং "মায়থীবা" অনীমকসিনা মহাক্কী পূক্নীংবু লাওতক্লহনবা ঙমদে। মহাক্কী মতম অমদি ফীভম খুদিংমক্তা পূক্নীং লৈতানা লৈবা ঙম্মি, মরমদুনা মহাক্কীদমক্তদি ধ্যান তৌবদা য়াম্না খুদোংচানা থোকই। নিষ্কাম কর্ম্ম যোগদা য়ূম্ফম ওইরবতদা ধ্যান যোগ ওইথোকই।

নিষ্কাম কর্ম্মনা পূক্নীং শেংদোক্লগতা জ্ঞান যোগগী লৈত-য়াদ্রবা মরুওইবা মচাকশিং অদু লৈরকই। মচাকশিং অদুদি ঃ (১) ঈশ্বরদা থাজবা থম্লগা ঈশ্বরখক্তনা অওইবনি অদুগা মওং অমদি মমিং মখল মখা লৈরিবশিংসিনা ওইদবনি হায়না খঙবা, (২) থবক্কী কান্নদবা মহৈঃশিংবু পামশিল্লুদবা, (৩) পূক্নীং খুদুম চনবা,(৪) ইন্দ্রিয়শিং খুদুম চনবা, (৫) বুদ্ধি মকহন্দবা, (৬) অৱাবা খাঙবগী লিংজেল লৈবা, (৭) নাপল তৌদবা, (৮) ওজা-গুরুগী অমসুং বেদান্তগী ৱা থাজবা, (৯) মুক্তিবু পামজবা, (১০) আত্মজ্ঞান ফংনীংবা, (১১) ঈশ্বরদা পূক্নীং থিংজিনবা অমসুং (১২) ঈশ্বরবু ফংনীংবা। জ্ঞানীশিংনদি শকফোঙদবা ঈশ্বরবু ধ্যান তৌই । আত্মাগা আত্মা-নত্তবগা করি খেন্নবগে খঙদবা মীনা জ্ঞান যোগী অমা ওইবা ঙমদে। ঈশ্বরবু মওং অমদি গুণশিং লাক্না লাৎপা ঙম্বনা চপ চানা মুক্তি ফংবা য়ারে হায়বদি য়াদে। মদুনা মুক্তি ফংননবা হোৎনবদা অহানবগী ওইনা মতেং খরগী মখৈদি ওইগনি । ব্রহ্ম নত্রগা ঈশ্বরদি ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংদবা, ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদবা, মফম খুদিংমক্তা শীঙ্গুংনা লৈবা, বুদ্ধিনা য়ৌবা ঙমদবা, পূম্নমক্কী মরুদা লৈবা অমসুং অমাঙ-অতা লৈতবা শকউদবা ইবুংঙো মহাক্তুনি। মুক্তি ফংননবগীদমক্তদি ঈশ্বরবু মওং অমসুং গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবনি হায়না নীংবা দরকার ওই।

মুক্তি তাল্লিবা মীনা হকচাঙগী ৱাখল থাদোক্লদবনি। হকচাঙবু আত্মানি হায়না

খনবা মীতানা ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগীদমক্তা থবক তৌবনিনা ঈশ্বরগী ৱাখল কাউথোকই। মুক্তি হায়বসিদি হকচাঙবু আত্মানি হায়বা ৱাখল অদুদগী লাম্থোকপা মতৌ অদুবু হায়বনি। জ্ঞান যোগ অমদি ভক্তি যোগ অনীমক্তা হকচাঙবু আত্মানি হায়না লৌরবদি যোগ তৌবা য়ারোই। ভক্তি যোগদা চঙলবা ভক্তনা মহাকসে ঈশ্বরগীনি হায়না লৌই, অদুগা জ্ঞান যোগদা চঙলবা জ্ঞানীনা মহাকসে ঈশ্বরনি হায়না লৌই। ঈশ্বরবু মশক-মওং নাইদে হায়না নীংবা জ্ঞানীনা ঈশ্বরগা মাগা অমতা ওইরকপা ফীভমদু ফংবনা মরোইরে হায়না লৌই।

নির্গুণ উপাসনা অমদি সগুণ উপাসনা হায়বা লাই-খুৎনীং অনীসিগী মনুংদা নিগুর্ণ উপাসনা হায়বা লাই-খুৎনীং অদুনা য়াম্না ৱাবা হেল্লি। ফোঙদোক্তনা লৈরিবা ঈশ্বরবু খঙগে হোৎনরিবা মী অদুবু জ্ঞান-যোগী কৌই, অদুগা ফোঙদোক্তনা লৈরিবা সাকার ভগবানবু ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌরিবা মীদুবুনা ভক্তি-যোগী কৌই। মখোয় অনীগী পম্ফুংফমদি অমতনি । অদুম ওইনমক নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদি "ঐ ব্রহ্মনি নত্রগা ঈশ্বরনি" হায়না ধ্যান তৌরকপা তারকপনিনা সগুণ সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌবদগী য়াম্না হেন্না ৱানীংঙাই ওই।

সগুণ সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌবা মতমদা মওং নাইনা লৈরিবা পোৎশক অদুমক্তদা পূক্নীং তুংদুনা লৈরে হায়বসি থোকহনগদবনি। পোৎশক্তবু ঈশ্বর ওইহনগদবদি নত্তে, পোৎশক অদুগী মনুংদা ঈশ্বরবু উগদবনি । পোৎশক্তবু মদুনা লেপ্লমক ওইরিবা লাইশক অদুনা মনুংদগী মপান ফাওরক্তুনা শক্তম লাংলিবা লাই অমা ওইনা শক্তম লাক্কনি। ভক্তশিংনা মখোয়গী পূক্নীং অমসুং বুদ্ধিবু সংসারগী পোৎশিংদগী চিংথোক্লগা শ্রীভগবানগী মুর্ত্তিদা লেঙদনা থম্বা ঙম্ববা হোৎনৈ। মাঙদা থম্লিবা মুর্ত্তিদুবু মখোয়গী থম্মোয়দা পুশিল্লক্তুনা লেঙদনা থম্লগা মীৎ উইশিন্দুনা ইবুংঙো মহাকপু নীংই। মদুদা শ্রীভগবানগী ৱাখল নত্তনা অতোপ্পা ৱাখল অমতা লাক্তবদি মদুবু ধ্যান কৌবা য়ারে। অতৎ-অখম লৈতনা ইবুংঙো মহাক্তবু লাৎলিবা অমসুং ইবুংঙো মহাকখক্তগী ৱাখলদা লূপ্লিবা ভক্তশিং অদুদি সংসারগী ৱাখল থাদোকপগী জ্ঞান লাক্তুনা ইবুংঙো মহাক্কী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকই। মওং অমসুং গুণ লৈবা শ্রীভগবানদা চুম্না অমদি তত্তনা ভক্তি কৎলবা মতুংদা গুণ অমসুং মওং লৈতবা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা অরায়বা নত্তবা ধ্যান অদু তৌবা ঙম্লকই। মালেমসিদা মতম মতমগী ওইনা নির্গুণ অমসুং নিরাকার ওইবা ইবুংঙো মহাক্না মালেমদা কুমথবিরকপা মতমদা সগুণ অমসুং সাকার ওইরে।

অশেংবা জ্ঞানগী মীৎয়েংনা য়েংলবদি মখোয় অনীসি অমতনি, মরমদি ঈশ্বর অনী শুবা য়াদে।

ভক্তশিংনা ঈশ্বরদা চান্ননমক থব্রায়-হকচাঙ য়াওনা ভক্তি তৌবা ঙমজরবদি, ভক্তিদুনা সনাগী থৌরী ওইরগা ইবুংঙো মহাকপু পুনবা ঙমই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীঃ "ব্রাখল অনী লোঙদনা ঐখক্তবু খন্দুনা ভক্তিগা লোয়ননা ঐবু লাৎলিবা মখোয়শিংদুগা ঐগা অমতা ওইশিন্নরগা ঐনা মখোয়গী অব্রাৎপা পূম্বা পীবি, অদুগা মখোয়গী লৈজরিবশিংদুবুসু মাঙখিদনবা ঐনা ঙাকপী-শেনবী।" ভক্তি অসুম অসুম হেনগৎলকপগী মতুংইন্না ভক্তনা মশাগী অশেংবা শক্তম খঙজবা ঙম্লকই, অদুগা মাগা ঈশ্বরগা লৈনরিবা তৎন-থানবা য়াদবা মরী অদুবুসু খঙলকই। ভক্তগা ভগবানগা করিমতা লাপ্নদে। মখোয় অনী অমতনি।

অতৈ করিমতা খল্লুদনা পূম্নমকপু ইবুংঙো মহাকী মফমদা কখোক্তুনা ইবুংঙোগী পেন্ননবতা তৌজরিবা; ইবুংঙো মহাকী মতীক-মগুণশিংবু শক-শোন্দুনা, তাদুনা অমদি নীংশিংদুনা লৈজরিবা; ইবুংঙো মহাকপু অথোইবা পক্টুংফম অমা ওইনা লৌরগা থব্রায় য়াওনা সেবা তৌজরিবা; পূক্নীং অনী লোঙদনা ভক্তি তৌরগা ইবুংঙো মহাক্তবু ফংলগা লোয়রে হায়না লৌজরিবা অমসুং অতৎ-অখম নাইদনা ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌজরিবা ভক্তশিংনা সংসারগী অপাম্বশিং থাদোকপগী জ্ঞান ফংই, অদুগা মমৈথংদা মখোয়গা সংসারগা মরী লৈনরক্তে। অদুদগীদি মখোয়না ঈশ্বরগী নাক্তা চঙশিল্লকই। অসুম্না চঙশিঞ্জরক্লবা ভক্তশিংবু ইবুংঙো মহাক্না হিরোই ওইরগা পোকপা, অহল ওইরকপা অমসুং শিবগা য়াওন্নরবা সংসারগী ঈপাক্তগী থীম্থবা তৌদনা লাম্থোকপী ।

খ্বাইদগী ব্রাংবা ভক্তিদি জ্ঞানগা খায়দোক্লবা য়াদে। ঈশ্বরবু খঙলবা মহাক অদুনা থব্রায়-পানবা পূম্নমক্তা লৈরিবা ঈশ্বরবু উবা নত্রগা খঙবা ঙমগনি। ভক্তিগী খম-থেংবা ঙমখৈদি জীব পূম্নমক্তা লৈরিবা ঈশ্বরবু উবা অদুগা পূজা তৌবনি। মসিগী ব্রাফম অসি চুম্মি হায়দুনা মঙাল ফংলবা ঋষিশিংনা হায়খ্রবনি, উপনিষদনসু লাউথোকখ্রবনি, অদুগা বেদদা য়ুম্ফম ওইবা দর্শণগী খোরিরোলদসু ফোঙদোকখ্রবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মসিগী মরমদা য়াম্না ব্রাংনা থাঙ্গৎলদুনা গীতাগী তাঙ্কক ৬ কী শ্লোক

২৯,৩০, ৩১ অমসুং ৩২দা অসুম্না হায়রি ঃ

যোগনা মরম ওইদুনা আত্মাদা মপূক্কীং লূপশিল্লবা, অদুগা পুন্নমক্তা ইমান-মান্নবগী শক্লোন উবা ঙন্নবা অশেংবা যোগী অমনা জীব পুন্নমক্তা ঐনা লৈবা অদুগা ঐঙোন্দা জীব পুন্নমক্লা লৈববু উই।

অদুগা পুন্নমক্তা ঐবু উরিবা অদুগা পুন্নমকপুসু ঐঙোন্দা উরিবা মহাক অদুবু ঐনা খক থাদোক্লোই অদুগা মহাক্লসু ঐবু কৈদৌনুংদা থাদোক্লোই।

নুংশিবগী অমতা ওইবা শক্তমদা তঙ-তাহল্লগা ঐহাকপু জীব পুন্নমক্কী থম্মোয়নুংদা লৈ হায়না লৌদুনা ঈড়াৎলিবা যোগী অদুদি ফীভম অমদি মতম পুম্বদা ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈ।

অদুগা পুন্নমক্কী মফমদা ওইবা অৱাবা নত্রগা নুংঙাইবা অদুবু, হে অৰ্জ্জুন, মখোয়গা মহাক মশামক্তা চাংদম্নদুনা মাগীগুম্না চপ মান্ননা নীংলবা যোগীবু পূমথোই-থোইবা যোগী অমনি হায়না লৌই।

শ্রীভগবানদি পরমাত্মা ওইনা জীব পুন্নমক্তা লৈবিবনি। ইবুংঙো মহাক্লা ব্রাহ্মণ অমগী থম্মোয়নুংদা লৈবগুম্না ককচেং অমগী থম্মোয়নুংদসু লৈ। ইবুংঙো মহাক্কী জীব অমদবু অমদবু লৈরবসু মায়াগী দোষনা শোকপা শুকঙম ঙমদে। পরমাত্মাবু জীব খুদিংদা উবা ঙন্নবা যোগী অদুনা জীবশিংগী অৱা-নুংঙাইবু মহাক মশামক্কী অৱা-নুংঙাইমক্নি হায়না লৌরকই। অপঙবা মীনা মশাগী নুংঙাইবা থিবদা অতোপ্পশিংবু চিংনবা লৈতনা অৱাবা পী। অতোপ্পশিংদুসু মহাক্লুম্না নুংঙাইবা পাম্বনি হায়বসি মহাক্লা খক খল্লুদে। মহাক্লা মহাক মশামকপু নত্রগা শ্রীভগবানবু পুন্নমক্তা উবা ঙমদে। যোগীদি পুন্নমক্তা শ্রীভগবানবু উই অদুগা অমুকসু শ্রীভগবানদা পুন্নমকপু উই। মরম অদুদগী শ্রীভগবাননা মহাকপু খক থাদোক্তে অদুগা মহাক্লসু ইবুংঙো মহাকপু খক থাদোক্তে।

ভক্ত অমগী মফমদদি পুন্নমকসি ইবুংঙো মহাক্কী মশক ওইনা উই। ভক্তগা ভগবানগা মনুং-হৃজিন্না মরী লৈনৈ। ভক্ত অমনা মাগী শিদবা শকওংদু ফংলক্লবা মতমদা মাগা শ্রীভগবানগা তিন্সিন্নখি। ঈশ্বরগা অমতা ওইনা তিন্সিন্নবা হায়বসিদি আত্মাগী

তোঙান তাবা হায়বা ফীভমদু মাগুখিবনি। শ্রীভগবাননা জীব খুদিংমক্তা পরমাত্মা ওইনা লৈ হায়বসি খণ্ডবদুমক্লফাওবা ভক্তবু দোষ চেন্দবা মীশক অমা ওইহল্লি। মসিবু খণ্ডলগা ধ্যান তৌবা ওন্নবা লাক্লসি। ভক্তনা ধ্যান তৌরগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চণ্ডজরকপগী মহৈঃদি অমরনি। মসিনি ঐখোয়গী পৃথীগী অশেংবা পান্দম ওইরিবদুসু।

*ওঁ শান্তি, শান্তি, শান্তি।*
*হুকচাঙগী, পুক্নীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

*নহাক্কী হক-তি নহাক্কী নাথো তোবখক্কুনি, অদুবু, মদুগা থবক্কুগী মাইহৈগদি মরী থক লৈনদে; থবক্কী মাইহৈবু নহাক্কী পূক্নীংগী শাদোঙ ওইহনগনু। থবক তৌনীংদবগী মতো অমতসু নাঙোন্দা পোক্তবা ওইসনু।*

*নহাক্কী তৌফম থোকপা শিঙ্থা নিংথিনা পাঙথোকউ, মরমদি থবক তৌবনা থবক তৌদবদগী হেন্না ফৈ, অদুগা নহাক্কীদমক্তসু থবক তৌদবনদি নহাক্কী হকচাঙ অদুবু তেক্ত-কায়দনা থম্বা ঙম্নবা য়েংশিন-খোৎচিনবফাওবসু ওইথোক্লক্লোই।*

*থবকশিংসি ঈশ্বরগীদমক্তা কাখোকপা ওইনা পাঙথোক্কবদি তাইবং অসি থবক্কী খুরো থাংদুনা অদুম লৈ। মরম অসিনা, হে অর্জ্জুন, থবক্কী মাইহৈ য়েংলূদনা, তাইবং মপুগী সেবাগীদমক্তা থবক পাঙথোকউ।।*

*- শ্রীমদ্ভগবদ গীতা*

# *নীপান*

## *পাওতাক্কী য়ারী খরা*

### *১। থবক্কী অশেংবা মহৈংশিং*

থাংজ নুমিৎ অমনি। শ্রীভগবানবু পূজা তৌননবগীদমক্তা মপা অমনা মচানুপাবু কৌরগা লুপা অমগী লফোই কৈথেলদগী লৈরুচো হায়না থারম্মী। মাগী মচানুপা অদুসু য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা অমদি মীনুংশি খঙবা ছাত্র অমা ওইরম্মী। মচানুপাদুনা লফোইশিংদু লৈরগা য়ুমদা পূরকপা মতমদা লম্বীদা মমা-মচা অনীখক য়াম্না অরাম-খৌরাংনা লেপ্তুনা লৈবা উরম্মী। অরাম-খৌরাংবনা খাঙবা ঙম্লক্তবা অঙাং অদুনা লফোইদু উবদা লফোই পুরিবা ছাত্র অদুদা চেনশিনখিরম্মী। চাদবনা চোকথরবী মমা অদুনা চেনশিনপ্রিবা মচা অদুবু য়াম্না য়ানা তান্নরগা ফারম্মী। ওহোকপনি! অরাম-খৌরাংবগী চৈথেংনা য়েরকপদা খাঙবা ঙমশিল্লক্তবী মমা মচা অনীদু য়াম্বরম্মী। ছাত্র অদুনা লফোইশিংদু য়ুমদা লাই পূজাগীদমক পুগদবগী শরূককপুদি য়াম্বদুনা লৈরিবী মমা অমসুং মচাদুদা পীজথোকপনা হেন্না ফরে হায়না খল্লম্মী ; মরমদি মদুনা হাকথেংননা ঈশ্বরদা পীজবগা চপ মান্নরে। মরমদুনা মহাক্না লফোইশিংদু মমা-মচাদা পীজথোক্লম্মী, অদুগা ঈশিংসু লৌরুরগা মখোয় অনীদা পীথক্লম্মী। মদুদা মমা-মচাগী অরাম-খৌরাংবা অদু কোকখি। মখোয় মমা-মচানা ছাত্রদুদা মখল মখলগী তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী অমসুং নুংঙাইবগী পী শীন্থরম্মী। ছাত্রদুনা করিমতা পুরক্তনা য়ুমদা হল্লকপা অদুদা মপানা লফোই পুরক্তবরা হায়না হংলম্মী। মচানা খুল্লম্মী : "বাবা, পুরকই, অদুবু লফোইশিংদু লাইদা কৎখ্রবা অশেংবা উহৈংশিং ওইগ্রে, পুল্লরোই অমসুং উবা ফংলরোই। য়াম্না অরাম-খৌরাংলবা মীশক অনীখক্তা পীজথোকগ্রে, অদুগা য়ুমদা পুরক্কদবা লফোইশিংদুনা থবক্কী অশেংবা মহৈংশিং ঙাক্তা ওইগ্রে।" মদু তাবদা মপানা মচাবু মাগী মতীক চাবা মচানি অমসুং মানা তৌজবা প্রার্থনা পূন্নমক্কী পাউখুমদু ঈশ্বরনা নুমিৎতুদগী পীনবিরে হায়দুনা মপূক্লীংদা য়াম্না নুংঙাইবা

ফাওরম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা মপানা মচাবু য়াম্না হেন্না হেন্না নুংশিরক্লম্মী, অদুগা মখোয় অনী অমগা অমগা অসুক্কী মতীক য়াম্না হেন্না হেন্না নকশিন্নখি।

## ২। নিংথৌ অমসুং ঈশ্বরগী ভক্ত

নিংথৌ অমা লৈরম্মী, অদুগা মায়ানা চঙবা ঙমদ্রবা ঈশ্বরগী ভক্ত অমসু মাগী মরূপ অমা ওইনা লৈরম্মী। নিংথৌদুনা ইতৎ-তত্তুনা মাগী মরূপ ভক্ত অদুদা হায়জরম্মীঃ "ঐবু সংসারগী অফা-অপুন্নবা পৃশীদগী অমুক্তা থাদোকপীয়ু, ঐবু মপৃংফানা অমুক্তা নীংতমহনবীয়ু।" ভক্ত অদুনা মাগী মরূপ নিংথৌ অদুদা মদুগীদমক্তা তৌগদবা হিরম কয়া তাকপীরম্মী ; অদুবু নিংথৌদুনা মাগী মরূপ ভক্তনা তাকপীরকপশিংদু শুরুইন্দি - ইন্দনা "ঐবু মপৃংফানা নীংতমহনবীয়ু " হায়দুনতা অদুম লৈরম্মী।

নোংমদি ভক্ত মশামক্লা যুম্বী অমদা চেংশন্না কোল্লিন্দুনতা লৈরম্মী অদুগা নিংথৌদুদা হন্না হন্না হায়জরম্মী ঃ "ইনিংথৌ, ঐনা যুম্বীসিদা কোল্লিন্দুনতা লৈরিবসিদগী ঐবু অমুক্তা থাদোকপীয়ু।" নিংথৌদুনা হায়রক্লম্মী ঃ " নহাক্লা কোল্লিঙরিবদুদি নহাক নশানা থাদোকচগদবনি, করিগীনো নহাক্লা যুম্বীদুদা অদুম কোল্লিন্দুনা 'থাদোক্তনা' লৈরিবদুবো ?" ভক্ত অদুনা খুন্নম্মী ঃ "নত্তে, নহাক্লা ঐবু থাদোকপীগদবনি।" নিংথৌদুনা খুন্নম্মী ঃ " মসিদি থাঙ্গেশেংনমক অচৌবা কুম্মৈ অমনিদা ! নহাক নশামক্লা যুম্বীদুদা চেংসন্না কোল্লিঙরে, নহাক্লা যুম্বীদু কোনবা থাদোক্কে হায়বা মতমদা নহাক্লা হেক্তা থাদোকপা ঙম্মি, অদুবু, মদু তৌগে হায়দ্রদনা নহাক্লা ঐঙোন্দা থাদোকপীয়ু হায়না হন্না হন্না হায়রি। নহাক নশামক্লা যুম্বীদু কোল্লিঙবনি, নহাক নশামক্লা মদুবু থাদোকচদ্রিবা করিগীনো ?" ভক্ত অদুনা যুম্বী অদু থাদোক্লম্মী অদুগা নিংথৌদুদা অসুম্না হায়রম্মীঃ "নহাক্লা তৌরিবদুগা মসিগা চপ মান্নে। নহাক নশামক্লা মায়া সংসারদা চেংনা কোল্লিঙরি ; অদুগা ঐঙোন্দা মদুদগী নহাকপু থাদোকপীয়ু হায়না হন্না হন্না হায়রি। নহাক নশামক্লা মদুবু থাদোক্ত্রিবা করিগীনো ?" নিংথৌ অদু ভাব তাখি।

## ৩। কাহেন্না লল্লেবনা মী মাঙহল্লি

মমা অমনা মচা নুপা অমথক্তা পোক্লম্মী, অদুবু মহাক পৈশাদি অঙকপা ফংনা পায়রম্মী। মচা নুপা অদুনা য়াম্না পীক্লিঙৈদা মপা অদু লৈখিদ্রে। অঙাঙ অদু অসুম অসুম চহী য়াম্লকপগা লোয়ননা মাগী ফত্তবা সঙ্গসু অসুম অসুম হেনগৎলক্লম্মী। পূম্ভীদা ঈশিং

পীক থন্না লৈরিঙৈদদি হঙোই ময়াম অমা পৃথ্বীদা পুন্সীন্দুনা লৈরম্মী, অদুবু পৃথ্বীনা হেক কংখিবগা হঙোইশিংদু মাঙখি। অদুমহায়না ঐখোয়না পৈশা পায়রিঙৈ মতমদদি মরূপ য়াম্না লৈগনি, অদুগা পৈশা হেক পায়রক্তবা মতমদনা মরূপশিংদু ঐখোয়দা করিমতা হায়রমদনা মাঙখিগনি। লমৈবী মমা অদুগী মচানুপা অদুনা ফত্তবা মরুপ ময়াম অমা খোমজিল্লগা তিন্নরম্মী। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী মমাগী মনাক্তা চঙলম্মী, অদুগা নোংম-নোংমগী পৈশা য়াম্না য়াম্না তাল্লম্মী। মদুগী ফল অমা ওইনা মমানা মচাবু নুংশিবগী চাং অদু য়াম্না হম্থরক্লম্মী, অদুগা মমৈথংদদি মমানা মচা নুপাদুবু য়েংথীবা হৌরকখি। মতম খর লৈরগদি মচা নুপা অদুনা মমাবুসু নুংশিরকখিদ্রে, মমাবু মমানি হায়নফাওবা খল্লকখিদ্রে। ইমুং মনুংগী সম্মাণ অমদি মিংচৎ মাঙহনবা মচা নুপা অদু হিংদুনা অদুম মালেম লূম্ননবা লৈথহনগদগী শরূক শিহনখিবনা হেন্না ফরে হায়বা ৱাখল খল্লগা মমানা মচাবু নোংমা হাৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। অদুগা অমরোমদা অমুক, মচা নুপা অদুনসু মমাদু মানা হায়বা য়াদ্রে হিংহল্লুবগী করিসু কান্নদ্রে হাণ্ডোক্লগে হায়না খল্লম্মী। নোংমদি মচানুপা অদুনা মমাবু য়োৎচৈনা থোল্লগা হাৎকে হায়না খনখি, অদুগা নুমিৎ অদুমক্তদা মমানা মচা নুপা অদুবুসু মানা চানবা চাক্তা হু হাপ্লগা পীজদুনা হাৎকে খল্লম্মী। মমানা মচা নুপাগী চানবা চাক পুশিল্লক্তুনা মচাদা পীজরবা মতুংদা মচানা মমাবু য়োৎচৈনা থোমদুনা হাৎখি, অদুগা মচা নুপাদুসু ঙাইহাক্তং লৈরগা হু হাপ্লবা চাক অদু চারুবদগী শিখি।

## ৪। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থবক অমদি ৱাহৈ খুদিংমক অর্থ লৈ।

কুরুক্ষেত্র লাল মনুংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী নাপলবু য়াম্না ফজবা মওং অমদা তৃহৎখি। লাল অদু লোইরমদাইগী নুমিদাংৱাইরম অমনি। অর্জ্জুননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মাগী দোলাই থৌবা সারথিনি অমসুং থৌদারোয়নি হায়বা ৱাখল অসিদা নাপল কারম্মী। অর্জ্জুননা মহাক মপুনি হায়বগী ৱাখল অমদা খল্লিবদি শ্রীকৃষ্ণনা দোলাইদগী কুমথখ্রবা মতুংদা মহাক্না কোন্না কুমথগদবনি হায়বসিনি।মরমদুনা নুমিৎ অদুদা মানা শ্রীকৃষ্ণবু দোলাইদগী হান্না কুমথৌ হায়না তকশিল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী ঃ " হে অর্জ্জুন, নহাক হান্না কুমথৌ।" মখোয় অনী য়েৎনদুনা, খূম্নদুনা অমদি হায়জনদুনা মতম শাংনা মাঙহল্লবা মতুংদা য়াম্না য়ানীং-য়ানীংদনা অর্জ্জুননা দোলাইদগী কুমথরম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মতুংদা দোলাইদগী হেক কুমথরকপগা দোলাই অদু মৈ হৌনা চাকখিরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা দোলাই মৈ হৌনা চাকপগী মরম অদু অর্জ্জুনদা শুগায়না তাক্লম্মী। দোলাইদুদা মচীন থিংজিন-থিংজিন্দুনা লৈরিবা

তেনজৈশিং অমদি অতৈ খূৎলায়শিং অদু শ্রীভগবাননা দোলাইথক্তা লৈরিবমখৈদি মৈ হৌবা ঙমখিদবনি, অদুবু ইবুংঙো মহাক্না দোলাইথক্তা লৈত্রবা মতমদদি খূৎলায়শিংদুনা দোলাইদু মৈ হৌনা চাকথেকহনখি। মরমদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী থবক অমসুং ৱাহৈ খুদিংমক মীওইবনা খঙদ্রবসু অর্থ লৈ হায়বসি উৎপীরম্মী। নাপল হায়বা অসি ঐখোয়গী শাথীরবা অরিংবা য়েক্লবা অমনি।

## ৫। শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভূগী অঙকপা

শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা শকাব্দ ১৪০৭ কী ফাল্গুনগী পূর্ণিমা সন্ধ্যাদা অবতার তৌবিখি, অদুগা নুমিৎ অদুমক্তদা ইবুংঙো মহাক্কী অঙকপা অনীংবা অমগী মখা পোন্না চন্দ্রগ্রহন তৌখি। মহাপ্রভুগী থা ৬ শুবগী চউম্বদা বেদগী চৎনবী মতুংইন্না মাগী তুংগী পৃশ্নী খঙননবা সনা-লুপাগা লাইরিক্তা ইবুংঙো মহাক্কী নাকলদা তোঙান-তোঙান্না থল্লম্মী। মদুদা মহাপ্রভুনা সনা-লুপা অদু পায়রুদনা শ্রীমদ্ভাগবতম হায়বা অশেংবা লাইরিক অদু পায়খি। ইবুংঙো মহাক্না ষণ শাদুনা চৎলকপা মতমদনা লিলগা শুমাংদা শান্নমিন্নরম্মী। ইমুং-মনুংগী মীপূম খুদিংমক্না মদু উবদা অঙকপা অমসুং অকিবা পোক্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্না শান্নমিন্নবা লোইরগসু লিল অদু হুরাও-হরাওনা চৎখি। নোংমসু হুরানবা অমনা অঙাং ওইরিবা মহাপ্রভুগী লীক-কোন থৎকে হায়দুনা ইবুংঙো মহাকপু হুদুনা পুরম্মী। অচীকপা মফম থিরিবা হুরানবা অদুগী মরেংবান্দা তোংদুনা ইবুংঙো মহাক্না য়াম্না নুংঙাইনা কোয়রম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী মায়াগী শক্তিনা মরম ওইদুনা হুরানবদুনা মহাপ্রভুবু পুদুনা কোয়চৎ-চৎলুরবা মতুংদা জগন্নাথ মিশ্রগী থোঙ্গালদা য়ৌরক্লম্মী। মাবু ফারগনি হায়দুনা পাখৎখিবদগী অঙাং অদুবু (মহাপ্রভুবু) থাদোক্লম্লগা হুরানবা অদু চেনখ্রে।

অমুকসু মহাপ্রভুনা শ্রীবাস ঠাকুরগী ময়ুমদা অঙকপা অমসু উৎখি। নুমিৎ অদু সংকীর্ত্তন য়াম্না কন্না তৌরম্মী। মহাপ্রভুনা ভক্তশিংদা করি চানীংবগে হায়না হংলম্মী। মদুদা মখোয়না হৈনৌ মতমসু নত্তনা হৈনৌ চানীংই হায়না হায়রম্মী। মহাপ্রভুনা ভক্তশিংদা হৈনৌ মরূ অমা পুরকউ অদুগা পীয়ু হায়না হায়রম্মী। ভক্ত অমনা হৈনৌ মরূ অমা পুরক্তুনা মহাপ্রভুদা পীরবা মতুংদা ইবুংঙো মহাক্না হৈনৌ মরূদু শ্রীবাস ঠাকুরগী শুমাংদা হুনখি ; অদুগা ঙাইহাক্কী মনুংদা মরূদুদগী হৌগৎলক্তুনা হৈনৌ পাম্বী অচৌবা অমা ওইরকখি। অদুদগী মফম অদুদা তিল্লিবা ভক্তশিংদুনা চাবদা লোইবা ঙম্লোইদবা হৈনৌ ময়াম অমা তেকথবমখৈ পাল্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা মখোয়না চানীংবা

হৈনৌমখৈ হেক্তুনা হেক হেক চারম্মী। অদুগা অমুকসু মহাপ্রভুনা পুরীদা তৌরম্বা সংকীর্ত্তন অদুদি মীয়ামদা য়াম্না গুক্না থোকপা মহামেলা অমা ওইরম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী সংকীর্ত্তননা ঝরিখণ্ড (মধ্য প্রদেশ) ফাওদুনা চৎপা মতমদা জঙ্গলগী শাশিং ফাওবা ইবুংঙো মহাক্কী সংকীর্ত্তনদা য়াওরম্মী। শাসু ঈশ্বরগী মচানীনা ইবুংঙো মহাকপু নীংজৈ।

## ৬। ঈশ্বরদা থাজবা থম্বা

লামা থাপা কৌবা জার্ম্মানি পাখণ্ড অমা য়ুঃএসঃএঃগী মিশন কলেজ অমদা বিঃএঃ তম্লম্মী। মহাক মমাগী অমখক্তা পোকচবা মচা নুপানি। মমা লুখ্রাবীনা পৈশা মতীক চানা থাবীবা ঙমদবনা মরম ওইদুনা মচা নুপাদুনা মাগী কলেজ হোষ্টেলদা থবক খর শুরগা পৈশা তান্দুনা মাগী লাইরিক তম্বগী খরচ ওইরম্মী। লাইবক থীবদগী মহাক য়াম্না কন্না নারম্মী।ময়ুমদা লৈহৌবী মমা লুখ্রাবীদুসু য়াম্না কন্না নারম্মী। য়ুমদগীসু পৈশা থারকখিদ্রে, অদুগা মহাক্রুসু নাদুনা লৈবনিনা পৈশা তানবা ঙমখিদ্রে। কলেজগী হোষ্টেল বিল য়াম্না ৱাংখৎখিরম্মী। কলেজগী থৌপুবশিংনা থাপাবু কলেজ থাদোক্তুনা চৎখিনবা হুকুম পীখি। মিশন কলেজ অদুগী য়াম্না ফজবা থৌজাল হায়ববু মহাক্না ময়ুম য়ৌনা চৎননবা ভারা অমদি লম্বীদা চাক চাননবা পৈশা মতীক চানা পীবিখি। থাপানা ময়ুম হেক য়ৌবগা মখোয়গী নোংয়ুরবা য়ুমদুগী মনুংদা মমা অনাবীনা হীগুনা নাহেরগা লৈরম্বদু উখি ; মদুদা মহাক্কী মথৱায় য়াম্না শোকখি, অদুগা মমাবু কোল্লগা মখোল থোক্না কপখি। মমানা হায়রকখি ঃ "ইচানুপা, নহাকপু বিঃএঃ দদি লোইশিলহন্নীংঙিদা, অদুবু নমা ঐহাক্কী উপায় লৈত্রে ! হৌজিক্তি স্বর্গদা লৈবা নহাক্কী নয়াম্বসু শকপা অদুগা অচানবা নরূপসু ওইরিবা যীশু খৃষ্টতা নিজৌ। ইবুংঙো মহাক্না থৌজালবিসনু।" থাপানা অয়ুক অমদি নুমিদাং খুদিং যীশু খৃষ্টতা প্রার্থনা তৌজরম্মী। নোংমদি অহিং অথেংবদা থাপানা যীশু খৃষ্টতা প্রার্থনা তৌবগী মথক্তা চিঠি ওইনসু ইবগে হায়দুনা চিঠি অমা ইজখি । মহাক্কী চিঠি অদুদা অসুম্না ইখি ঃ "প্রভু যীশু খৃষ্ট, ইমানা ঐঙোন্দা হায়বি মদুদি নহাক অসি ঐহাক্কী ইয়াম্বা শকপনি অমসুং ঐহাক্কী খ্বাইদগী অচানবা মরূপসুনি। নহাকখক্তনা ঐগী অৱাৎপা শেল-থুমনচিংবা উপায় তৌবিবা ঙমগনি। উপায় অমতং তৌবিয়ু।" "নহাক্কী ননাও, লামা থাপা" হায়না মহাক্কী লৈফম্নচিংবা চিঠিদুগী অরোইবদা ইখি। নোংঙাল্লগা থাপানা পোষ্ট ওফিসতা চৎলগা ইনভেলব অমদা টিকেট নপ্পগা মদুগী মথক্তা "টু যীশু খৃষ্ট, পিঃওঃ স্বর্গ " হায়না ইশিল্লগা পোষ্ট বোক্সতা থাদখি। পোষ্টমেন্না মদু থেংনরুবদা ঙকমনখ্রদুনা পোষ্ট মাষ্টরদা পীশিনখি। পোষ্ট মাষ্টরনা চিঠিদু হাংদোক্তুনা পাবদা থম্মোয় য়াম্না শোকখি। মরম অদুনা মহাক্না থাপাগী য়ুম থিবা চৎখি। মহাক্না থাপাখোয়গী থোঙ

থীন্দুনা কৌবদা থাপা মশামক থোরকখি। থাপানা মমীত্তগী পীরাং শীস্থরগা হঙ্গচরম্মী ঃ "অদোমবু কনা ওইবিরবনো ? করি তাকপীগদবা লৈবিবগে ?" পোষ্ট মাষ্টরদুসু মমীত্তগী মপী তারক্লম্মী অদুগা হায়খি ঃ "নহাক্কী নয়াম্বা শকপা অদুগা অচানবা নরূপসু ওইবা যীশু খৃষ্ট হায়বদু ঐহাক্কি।" পোষ্ট মাষ্টরনা ইমুংদা চঙদুনা থাপাগী অনাবা মমাগসু উনরগা মখোয়গী ইমুং-মনুংগী লৈত-লায়রগী মরমদা অমদি থাপাগী বিঃএঃ লোইশিনহন্নীংবগী মরমদা ৱারী শানখি। মরম পূম্নমক খঙলবা মতুংদা পোষ্ট মাষ্টরনা থাপাবু য়ুঃএসঃএঃ দা পুবিদুনা মহাক্কী কলেজগী শেন্দোল পূম্নমক শিংদোকপীরগা বিঃএঃ লোইশিনহনখি। থাপা ময়ুমদা হল্লক্লগা যীশুগী সেবা থৱায় য়াওনা তৌখি। মমৈথংদা মহাক অফাওবা ধর্ম্ম শন্দোকপা নুপা অমা ওইখি। ঈশ্বরবু থাজরবদি লেম্না খক মাঙদে।

## ৭। ঈশ্বরগী থৌজাল

নহাক্না লল-থুম ময়াম অমা পৈশিন্দুনা থম্বা য়াই, লাইরিক য়াম্না হৈবা য়াই, অদুগা হকচাঙ নত্রগা পাঙ্গল য়াম্না ফবা য়াই ; অদুবু নহাক্না ঈশ্বরগী ৱাখল অমতা খন্দ্রবদি পূম্নমক্তু অরেম্বনি। কৌরবকা পাণ্ডবকা কুরুক্ষেত্রদা লাল থেংনখি। কৌরবনা পাণ্ডবতগী লল-থুম অমদি লাম্মী মশীঙ অঙকপা ফংনা লৈবা হেল্লি। কৌরবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদগী লাম্মী অমসুং লালগী খৃৎজু-খুৎলায় ময়াম অমা হায়জরুবদগী ফংলকপদুদা পূমপেন-পেল্লম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শাজৈ অমখক্তং পায়রগা পাণ্ডবকী মীচংদা অর্জ্জুনগী দোলাই থৌরম্মী। মদুখক্তনা পাণ্ডবকীদি অপেনবা ওইখি। লাল জয় ওইনবগীদমক্তা দরকার ওইরিবদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্না থৌজালবিবখক্তুদনি। মরমদুনা পাণ্ডবনা কৌরবপু য়াম্না শাথীনা মায়থীবা পীখি।

## ৮। মালেমসিদা খ্বাইদগী ঙকপদু করিনো ?

ব্রহ্মানা নারদদা হংলম্মী ঃ "নহাক্না উবদা মালেমসিদা খ্বাইদগী ঙকপদু করিনো ?" নারদনা খুম্নম্মী ঃ "ঐনা উবদা মালেমসিদা খ্বাইদগী ঙকপদি শিগদবা মীশিংনা অশিবশিংগীদমক্তা কপ্লসিনি। মীৎকূপ খুদিংগী অশিবগী খয়াত্তা অসুম অসুম নকশিল্লক্লিবা মীশিংনা শিপ্পবা মীশিংগীদমক্তা থম্মোয় শোক্লা কপ্লি। মসিনা অশিবদুবু হিংগৎহনবসু ঙল্লোই অদুগা মখোয় মশামকপু শিবদগী নাছোকহনবসু ঙল্লোই। মরমদুনা মখোয়না কপ্লগা কান্নগনি হায়বগী মতাগুম কপ্লিবদু অরেম্বনি।" ব্রহ্মানা নারদদা অতোপ্পা

অগুকপা অমগা অমুক হায়য়ু হায়রম্মী। নারদনা অসুম্না হায়রম্মী ঃ “মী খুদিংমক্না পাপকী ফল ফংবসি কিনৈ, অদুবু পাপকী থবক্তি অদুম অরেপ্পা লৈতনা তৌনরি। মী খুদিংনা পুণ্যগী ফল ফংবা পামনৈ, অদুবু পুণ্যগী থবক্তী খক তৌদে।”

## ৯। ইমুং অমগী লুনা-নীংনবগী অথুপ্পা

মতম অমদা বিহারদা য়াম্না শাথীনা চাকতাগুখি। মফম অদুদগী মপা, মমা অমসুং মচা নুপা অনী লৈবা ইমুং অমা হুপ্না অতোপ্পা মফম অমদা হিংননবা পাম্বৈ থিবা লাক্লম্মী। মপাদুনা মাগী নুপী অমসুং মচা নুপা অনীগী চানবা হুনবগী দায়িত্ব পুরম্মী। মরমদুনা মহাক্না অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া নংলম্মী। অয়াম্বা মতমদা মতু-মচাশিং পীজরগা মহাক্না চানগাইহ লৈতদুনা চরা হেল্লম্মী, অদুগা তোহ্না তোহ্না চরা হেনমনবদগী মতম খর লৈরম্লগা মহাক অরোইবা য়াহিপ তানখি । মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদদি মমাদুখক্তনা ইমুং অদুবু পাক্লবা মালেমসিদা হিংহন্নবগী পোৎলূম অদু য়াম্না ৱানা পুবা তারম্মী। মমাদুনা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ চত্তুনা মরুওইনা মচাশিংগী চাননবা পোৎ নিরম্মী। মহাক্না নিরুবদা খজিক্তা ফংলক্লবদি মহাক্না চরা হেক্তা হেন্দোকখি, অদুগা মচাশিংদা পীজথোকখি। মচাশিংদুনা চারগা মমাদুনা পেঞ্জখি। মতম খর লৈরগা মমা অদুগী হকচাঙ অদু অসুক্কী মতীক শোহ্বরক্লম্মী মদুদি মহাক্না ভিক্ষারি অমা ওইনা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ চৎলগা মচাশিংগী চানবা ভিক্ষা নিবা গুল্লকখিদ্রে।

চহি তরানিথোইদা ঙাইরিবা মচানুপা অহল অদুনা মমাগী অৱাবা ফীভম অদু উবদা মপূক্কীং য়াম্না নুংশিরম্মী অদুগা হায়রম্মী ঃ “ হে ইমা অপোকপী, মতম খর পোত্থাবিয়ু। করিমতা ৱারুগনু। নচা লৈরি। ঐহাক ভিক্ষা নিবা চৎকে অদুগা নখোয়গী চাননবা পুরক্কে।” নৌরিবা মচানুপা অদুবু ভিক্ষা নিবা থাবা তারকপা অদুদা মমাদু থম্মোয় শোক্না কপ্লক্লম্মী। করম্বা মমানা মচাবু ভিক্ষারি ওইহন্নীংবা য়াওবগে ? অদুবু ফীভমনা য়াদবনে অদুগা মচানুপা অহল অদুনা তকশিন্মল্লকপনে মমানা মচাদা ভিক্ষা নিবা চৎপগী অয়াবা পীখি। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা নুপা মচা অদুনা ভিক্ষা নিরগা মমা অমসুং মহাক্কী য়াম্না পীক্লিবা মনাও নুপা অদুবু পীজরম্মী ; অদুগা মহাক্না অয়াম্বা মতমদা চাবা কোন্নদদুনা চরা হেল্লম্মী। নুমিৎ খরনি লৈরবা মতুংদা মহাক্কী হকচাঙ অদু শোহ্বরক্তুনা ভিক্ষা নিবা চৎপা ঙমদবগী ফীভমদা লাক্কে।

নুপা মচা অদুনা নোংমদি য়ুম অমদা হকচাঙ ঙমদ-ঙমদনা ভিক্ষা নিবা চৎলম্মী

অদুগা য়ুমদুগী মপুদুনা আরাম চৌকি অমদা ফম্লগা খবর-কাগজ অমা পাদুনা লৈবা থেংনরম্মী। নুপা মচা অদুনা য়াম্না শোনবা খোঞ্জেলনা য়ুম্নুদুদা চানবা খরা পীবিয়ু হায়না হায়জরম্মী। য়ুম্নুদুনা মঙোন্দা ভিক্ষা পীররোই, অদুবু মাগী চানবা খজিক্তং উনাদা হাপ্লগা পীগনি হায়রম্মী। নুপা মচা অদু মাগী হকচাঙ শোম্নমল্লকপদগী ব্রাম্নখিরম্মী। য়ুম্নুদুনা নুপা মচা অদুবু কোনখৎপীরগা মাগী মতম্বাক্তা থম্বীরম্মী। নুপা মচা অদুনা মচীন্দা ঙাঙবোই-ঙাঙদবোই মখোল নিংথিনা থোক্তবমখৈ ব্রা খর ঙাঙলম্মী ঃ "অ-অদোমনা-পীগে-হায়না-খনবীরিবা-চানবা-পোত্তু----চানবীদুনা---- ঐগী ----ইমাদা --- হান্না --পী-বি-য়ু।" ব্রাহৈ খরসি অরোইবা ওইনা হায়রম্লগা মহাক্না ঈশ্বরগী লৈবাক্তা য়াম্না নুংঙাইনা চৎখি। কয়াদা ফজম্ববনো ইমুং অমগী লুনা-নীংনবগী অথৃপ্পসি।

## *১০। মীগী মতৌ তম্বসি অপঙবনিনে!*

ব্রারী মচা অমা লৈ। ভারতকী থায়নগী রুহী মতুংইন্না ভারত্তা লাইরিক অদুম তম্লকপা কনাগুম্বা অমনা ভারতকী মপান্দা লাইরিক মখা তমথরুবা পান্লক্লম্মী। মহাক্কী মপানা মাবু য়ুমগী কা অমদা লৈবা য়ুমগী লাইরেম্বীগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী অদুগা মচাবু মীরমদা য়ৈখায়-থীনগায় লৈতনা ঈংনা লৈরুনবা অদুগা ময়ুমদা তেক্তা-কায়দনা অমুক হল্লক্লবা প্রার্থনা তৌরম্মী। মহাক চহি অনী ভারতকী মপান্দা লাইরিক তমখি। মহাক্না ভারত লৈবাক অসিদা চহি ২৪ লৈরম্লগা চহি অনীখক্তনি মীরমদা লৈরুবসি। মহাক্না লাইরিক তম্বা লোইরে ময়ুমদা হল্লক্লনি হায়দুনা মমা-মপাদা চিঠি ইরকখি। মদুদা মমা-মপানা য়াম্না হরাওরম্মী অদুগা মহাকপু এরোপ্লেন থাংফমদা ওক্লম্মী। মচা নুপাদুনা এরোপ্লেনদগী হেক কুমথরকপদা মহাক নোংচুপকী ফিজোল শেৎলে হায়বসি মমা-মপানা উখি। মমা-মপাদা খূরুম্বা তৌদনা মহাক্না মমাদা হংলম্মী ঃ "হাউ আর ইউ, মমি?" মসিদা মপাদি য়াম্না নুংঙাইরমদে; অদুবু মমাদুদি করিমতা ব্রারৌখিদে, মচাদা য়াম্না নুংশিনা বরদুম পীবিরম্মী। মমা-মপানা মচাবু য়ুমদা পুরম্মী অদুগা য়ুমগী লাইরেম্বী মনাক্তা পুশিন্নবা লাক্লরম্মী। মচাদুনা য়ুমগী মরুওইবা থোঙ অদু চঙবদা মাগী খোঙউপশিংদু লৌথোক্লমখিদে অদুগা মঙোন্দা মাগী ইমুং-মনুংগী চৎনবী অদু খাঙঙমদবমখৈসু হৈনরমদে। মহাক্না মাগী মমা-মপাদু য়াম্না চাওখত্তেদা হায়না খল্লম্মী। প্রার্থনা তৌবা মতমদা মহাকপুসু প্রার্থনা তৌবা য়াও হায়না মমা-মপানা হায়রম্মী, অদুবু মানা মাগী মখুৎ অনীদু মাগী খোঙগ্রাওগী ফুরীৎখাও অনীদুদা হুমজিন্দুনা অদুম লৈরম্মী, অদুগা মহাক্না প্রার্থনা তৌ হায়বা য়াখিদে। মমা-মপানা লাইরেম্বীদুদা খুরুম্মু হায়বা মতমদসু, মহাক্না লাইখুরুম্বদি হায়রুনু মমাদা অমুকসু " হাউ আর ইউ, মমি ?" হায়না হংলম্মী ।

মদুনা মপাদুবু অসুক্কী মতীক শাউগৎহনখ্রে মদুদি মহাক্না মচাগী মখজাইদা খুবাক্না ওন-ওন্দুনা থারম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ঃ "ইমা লাইরেম্বীগী থৌজালদগী নহাক্না নোংচুপ লৈবাক্তা চৎলুরে, অদুগা য়ুমদা হল্লক্লগা ইমা লাইরেম্বীবু কাউথোক্লবা ! নহাক তৌবিমল য়াম্না খঙদবা মীনি, অদুনা নহাক অসি ঐগী ইচা ওইবদা মতীক চাদে। নহাক্না চহি ২৪ চংনা তম্লকপা ঐখোয়গী থায়নগী চৎনবী রুহী অদুবু কাউথোক্লগা চহি অনীখক্তং অতোপ্পা দেশ অমদগী তম্লকপা হৌন-লীচৎ অমদি পূন্দী খুৎলেন অদুনা নহাক্কী ওইরবকো ! নহাক অদুম হায়না তুং-কোয়না ওইখিগদ্রা ? মীগী মতৌ তম্বসি অপঙবনিনে! অতোপ্পগী হৈনবী মতৌশিং তমগদবগী শরূকপুদি ঐখোয় শিখিবনা য়াম্না হেন্না ফৈ। ঐখোয়না ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা হৈনবীশিংদু ইন্না চৎলবদি, মদুনা ঐখোয়বু হরাওহনগনি, নুংঙাইহনগনি অমসুং ধর্ম্মগী ওইনা শেংহনগনি।

## ১১। ব্রারকহৌদবা

মমা অমনা মাগী চহি অনীদা ঙাইরিবা মচানুপা অমবু লেংবান্দা থাঙ্গক্তুনা পুরগা কৈথেলদা চৎলম্মী। অদুগা নুপী অমসু উহৈ য়াওবা থুম্মুক অমা পুরগা মনাক্তা পরপ-পরপ চৎখি। অঙাং অদুনা উহৈ-পুবীগী থুম্মুক্তগী লফোই অমা লোন্না লাম্লগা লৌহৌখি অদুগা চাখি। মচাগী হৈশিংবা মতৌদুবু উরগা মমানা মচাবু য়াম্না থাগৎখি। মদুনা মচাবু ফুরীৎখাওচপ্লনচিংবা হুরানবা মচা মচা তৌবা হৈনহনখি। অদুগা মচাদুনা মপূংমরৈ ফারক্লবা মতমদদি পোৎ মুনবা অমদি লুট তৌবনচিংবা ডাকুগী থবকশিং তৌরকখি। নোংমদি মহাক্না লুট তৌবা চৎবা মতমদা মী অমা হাৎখি। মদুগীদমক্তা মহাকপু জেলদা থমখি। মাগী মরালগী মতুংইন্না মহাকপূ ফাঁসি তৌবা তাখি। মাবু ফাঁসি তৌদুনা হাত্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্না মমাবু উনবা পাম্লম্মী। তেংথাদুনা কপ্প-কপ্পগা মমাদুনা অঙাওবীগী মতৌগুম মচাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না মচাগী লাইবক অদুবু করম্না তম্বীরম্মীবনো হায়দুনা হিক্রা হিক্রা কপ্লম্মী। মচা নুপাদুনা, মমানা মাগী মনাক্তা হেক চঙলকপগা, মানা মমাগী মখৌরী চরম মেৎলগা হাৎকে হোৎনরম্মী ; অদুবু জেলগী সন্ত্রীশিংদুনা মমা-মচাবু শেত্তোক-খাইদোক্লম্মী। মচা নুপাদুনা মমাদা য়াম্না পেন্দনা হায়রম্মী ঃ "শিবগী দণ্ডি অসি ইমানা ফংবনা মতীক চাবনি, মরমদি নহাক্লনি ঐবু শিবগী দশা তাহল্লিবসে ! ঐনা চহি অনী শুরকপদা ঙাইরিঙৈদা লফোই অমা হুরানখিবা মতম অদুদা নহাক্না নচাবু ব্রারকপীরম্লবদি ঐনা অসিগুম্বা লম্বী অসিদা চৎলম্লোইদবনি ।"

## ১২। মাগী নুপীনা মাগী গুরু ওইখি

ফৌ-চেং তকফম অমগী মপু ওইবা য়াম্না ইনাকখুল্লবা নুপা অমা লৈরম্মী। "ঈশ্বরনা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা সেবাদি চাক্লাম্না মীশিংবু চাক পীজবনি" হায়না পণ্ডিত অমনা হায়বা মহাক্না তাখি। মরমদুনা মহাক্না মাগী খুলদুগী য়াম্না লাইরনা অমদি চাবা ফংদনা লৈবা মীশিংবু চাক পীজরগা সেবা অমুক্তা তৌজগে হায়না মপুক্লীংদা লেপ্লম্মী। অদুবু মানা মদুগীদমক্তা অফবা মখলগী চেং শীজন্নগে হায়না খনখিদে। লাইরবশিংগীদমক্তদি ফত্তবা চেংনা তৌরবসু য়ানি হায়না মহাক্না খনখি। মরমদুনা মহাক্না গুদামদা পুমদুনা লৈরিবা চেংশিং অদু মহাক্কী মীশিংদা হায়রগা লৌথোকহল্লম্মী, অদুগা চেংশিংদুদা চণ্ডনা লৈরিবা তীলশিংদুফাওবা লৌথোক্তবমখে থোংহল্লগা লাইরবশিংদুদা পীজরম্মী। মরাইবক থীরবা লাইরবশিংদুনা মদু চারুবদগী মখল মখলগী লায়নাশিংনা নারম্মী । মাগী নুপীনা মপুরোইববু য়াম্না নুংশিনা খণ্ডহন্নীংবগী মওংদা হায়জরম্মীঃ "মী চামা চামাদা ফত্তবা চীঞ্জাক পীজগদবগী শরুকপুদি মী তরাখক্তদা অফবা চীঞ্জাক পীজবনা পুণ্য চেনবা হেল্লি।"

অদুদগীদি মাগী নুপী অদুনা মাগী মপুরোইববু জ্ঞান তাহন্নবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী তীল য়াওবা অপুম্বা চেংদুনা থোংবা চাক অদু পুখম অমদা হাপ্ল-হাপ্লগা মপুরোইবদা পীজরম্মী। মপুরোইবনা শাউদুনা মাবু থীনা চৈরবা মতমদসু মহাক্না য়াম্না ফজনা হায়জরম্মী : "পণ্ডিত অদুনা হায়রম্মী মদুদি কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পশিংদা অরানবা অমা তৌরবদি নহাক [illegible] ভাগনি ; নহাকসু হয়েংপোক্তা তীল ঙাক্তা য়াওবা অপুম্বা চীঞ্জাক চাগনি। ঐনা হৌজিক অদুগুম্বা ফত্তবা চীঞ্জাক অদু নঙোন্দা পীজরিবসিনি, মরমদি মসি চাহৌবনা নহাক্কী ফত্তবা থবক্কী মহৈঃদু চাথোকপদা তেঙবাংদুনা পাপ কোকনি।" খাফম অসি তাবদদি মপুরোইবা অদুনা মাগী অরানবা অদুগীদমক্তা করিনুংগী তৌজরবনো হায়না অনুতাপ তৌখি, অদুগা লাইরবশিংবু সেবা তৌবগী হেন্না ফবা লম্বী অদুসু মহাক্না খণ্ডখি।

## ১৩। কিবদগী শিজখিবনি।

সুফি অমনা (লাইবু উবা ফংই হায়বা মী অমনা) লম্বীদা অমুবা শগোল তোংদুনা লাকপী প্লেগ লাইরেম্বীবু থেংনরম্মী। মহাক্না প্লেগ লাইরেম্বীদা হংলম্মীঃ " হে দেবী, নহাক কদাইদা করি তৌবা চংকদৌরিবনো ?"

প্লেগ লাইরেম্বীনা খুল্লম্মী : " ঐহাক অসিদা লৈরিবা মফম অসিদা মী লিশিং তরাখক্তং হাৎলুগে হায়না লাকপনি।"

নুমিৎ খরনিগী মতুংদদি মফম অদুদা শাথীরবা প্লেগ লাইচৎনা নাদুনা মী লিশিং কুম্থা শিগ্রে হায়না পাও অমা শন্দোক্লম্মী । সুফি অদুনা প্লেগ লাইরেম্বীবু অমুক হন্না উন্নবা মতমদা অসুম্না হংলম্মী : " হে দেবী, নহাক্তী নচিন য়াম্না থী। নহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্বদি মী লিশিং তরাখক্তং হাৎলুগনি হায়রম্বনি, অদুগা তশেংনা প্লেগ লাইচৎনা নাদুনা শিখি হায়রিবসিদি মী লিশিং কুম্থানি । মদু মতৌ করম্না ওইগ্রিবনো ?"

প্লেগ লাইরেম্বীনা খুল্লক্লম্মী : "ঐনা হাৎখিবদি মী লিশিং তরাখক্তনি ; অতোপ্পা মী লিশিং কুন্দুদি কিবদগী শিজখিবনি।"

আত্মাদি শিদে, অদুগা শিরিবদি হকচাঙনি হায়বসি খঙলবা মীনা অয়ম্বা খক ওইরোই।

## ১৪। হেম্না হৈশিংবা হুরানবা

হুরানবদা য়াম্না হৈশিংলবা নুপা অমা লৈরম্মী। নোংমদি মহাক্না মমল য়াম্না য়াম্লবা পোৎচৈ ময়াম অমা হুয়াল্লম্মী। হুরানপোৎশিং অদু ফি অমদা য়েম্বশিল্লগা লেংবান্দা হাইগত্তুনা পুরগা মীপোং চত্তবা লম্বী অমদা হুরানবদু লাক্লম্মী। মহাক্না লম্বী ময়াদা লৈবা পৃষ্ট্রী অমগী মপান্দা য়াম্না ৱানা খোঙ্হোক্না কপ্তুনা লৈবা অঙাং অমা উরম্মী। হুরানবদুনা কপ্তুনা লৈরিবা অঙাং অদুগী মনাক্তা চঙলম্মী অদুগা হংলম্মী : " করিনো নহাক্না অদুক থম্মোয় শোক্না কপ্লিবদুদে। নহাকপু করি তৌরবগে ?" অঙাং অদুনা খুল্লক্লম্মী : "ঐহাক পৃষ্ট্রী অসিদা ঈরুজবা লাকপনি ; ঐগী সনাগী লীক অদু ঐনা ইরুপকে হোৎনরম্বা মফম অসিমক্তদা তাখোকখ্রে। মফম অসিদি ঈশিং য়াম্না লুই ; ঐনা কুমথরগা লীক অদু খিবা ওল্লোই।" হুরানবদুনা সনাগী লীক অদুসু লৌরগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না অপীকপা অঙাং অদুবুদি করিশু থওইবিখিদে। মরমদুনা মাগী পোৎয়োম অদু পৃষ্ট্রী মপান্দা অদুম থনল্লগা মহাক্না সনাগী লীক অদু থিনবা লীক তাখি হায়রিবা মফম অদুদা ঈরুপখিরম্মী। চৈরক্তুদা অঙাংদুনা হুরানবদুগী পোৎয়োমদু পুরগা অনকপা জঙ্গল অদুদা মাঙখিরম্মী। হুরানবদুনা সনাগী লীক ফংদবদগী নীংবা কায়না ঈশিংদগী ফাওগৎলকপদদি অঙাংদুসু মাগী পোৎয়োমদুসু লৈরমখিদ্রে। মানা হৈশিংবা মহেল্লে

হায়দুনা লৈরিবা মী অদুদগীসু হেন্না হৈশিংবা মী অমা শোয়দনা লৈগনি।

## ১৫। অনীমক য়াওদবা

য়াম্না মন্নবা অহিং অমদা নহা অমনা একাগাড়ী থৌরগা মী য়াম্না চৎপা লম্বী অমদা লাক্লম্মী। পুলিসনা মহাকপু থাওমৈ থাল্লু হায়না য়াম্না কন্না হায়রক্লম্মী। অদুগা নহা অদুনা অমুক য়াম্না কন্না লাউশিল্লক্লম্মী : "পুলিস! পুলিস! হন্দোকউ! হন্দোকউ! থাওমৈ য়াওদে, চেকশিল্লু, গাড়িগী ব্রেকসু য়াওদে।" মসিনি হৌজিক মতমগী মী খুদিংমক্কী নুংশিনগাই ওইবা ফীভমসি! কনামতা জ্ঞানগী থাওমৈ য়াওদ্রে নত্রগা মশাবু ব্বারকচনবা ব্রেকসু য়াওদ্রে। মখোয়না মতৌ করম্না আনন্দগী লম্বীদা চৎপা ঙমগদৌরিবনো? নহা অদুগী একাগাড়ী অদুদা থাওমৈসু ব্রেকসু য়াওগদবনি। মীওইবসু জ্ঞান লৈবা দরকার ওই অদুগা মশাবু মশানা খুদুম চনবা ঙম্বগী শক্তিসু লৈবা দরকার ওই। মদু নত্রবদি মীওইবসে মশানা অদুম মাঙজখিগনি।

## ১৬। নঙোন্দা অদুম থমজরো

নোংমা গৌতম বুদ্ধনা য়াম্না চীক্লা মথন্তা ফল্লম্মী। অদুবু মমৈথংদদি মী খর লাক্লগা মাগী অকোয়বদা তিল্লখি। মখোয়গী মরক্তগী বুদ্ধগী পাওতাকশিং তানীংদবা মী অমনা ফুক-হৌগৎলক্লগা ইবুংঙো মহাকপু লুদবা ব্বাহে কয়া শীজন্নদুনা য়াম্না থীনা চৈরম্মী। বুদ্ধনা নোকমি নোকমি তৌদুনা ফল্লগা ফীভম করিমতা কায়দনা মাগী ব্বাশিং অদু মুন্না তারম্মী। শাউনা ব্বা-ঙাঙমনবদগী নুপা অদুগী মচীন্দু কোন্সোল কারম্মী অদুগা লৈয়েংসু য়াম্না ফায়রক্লম্মী। অদুবু বুদ্ধদি মহৌশাগী মহৌশা ওইনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা অদুম লৈরম্মী। মমৈথংদা বুদ্ধনা নুপাদুদা হংলম্মী : "ইয়াম্বা, ব্বা ঙাঙবা লোইখিরব্রা?" নুপা অদুনা শাউনা হায়রক্লম্মী : "নহাকসিদি ইকাইবা অমতা খঙদমাল্লে, হে মায়থাবা! ঐনা নঙবু অসুক য়াম্না থীনা চৈবদা নঙদি করিমতা নাচুংবিদে। নহাকসি মায়পান্দবা মীনি ; নহাকসি উতুপ অমনি।" বুদ্ধনা মোমোন মোমোন নোক্লগা নুপা অদুদা হংলম্মী : " ইয়াম্বা, মী অমনা কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমদা খুদোলপোৎ পীবা মতমদা অতোপ্পা মীদুনা মদু লৌবিদ্রবদি খুদোলপোৎ অদু কনাগী মখুত্তা লৈগনি?" নুপা অদুনা য়াম্না থুনা হেক্তা খুল্লক্লম্মী : " মদুদি খুদোলপোৎ পীরিবা মী অদুগী মখুত্তা অদুম লৈগনি।" অদুদগীদি বুদ্ধনা অসুম্না হায়রক্লম্মী : " অদুদি য়াম্না ফরে, ইয়াম্বা,

নহাক্না ঐঙোন্দা চৈবদা ঐনা করিমতা নাচুংবিখিদ্রবনিনা নহাক্কী অচৈবা ব্রাহৈশিংগী খুদোলপোৎশিংদু ঐনা লৌখিদ্রে, মরমদুনা মখোয়দু নঙোন্দা অদুম থমজরো।"

## ১৭। কনবীবা ওয়া খোল্লাও

য়াম্না ফজরবা ব্রারী মচা অমা লৈ। নোংমা য়াম্না মন্নবা অহিং অমদা মহাদেবগা ইবুংঙো মহাক্কী লোয়নবী পার্ব্বতীগা অতিয়াদা কোয়চৎ চত্তুনা কোয়বা মতমদা মখোয় অনীনা নুপা অমা উফৈদা য়াম্না ব্রানা য়ান্দুনা লৈমায়দা হেক্তা তারকদৌবগী মওংদা লৈবা উরম্মী। পার্ব্বতীনা মহাদেবদা নুপাদু খর কনবিয়ু হায়দুনা থব্রায় য়াম্না য়াওনা হায়জরম্মী ; অদুবু মহাদেবনা অমুক মাগী মহুত্তা পার্ব্বতীনা নুপাদুবু কনবীবনা হেন্না ফৈ হায়রম্মী। মখোয় অনী অমনা অমদা ইন্নরম্মী। চৈরক অসিদা নুপা অদুদি উফৈদুদগী তারকদৌখিরম্মী। তাবু তারক্লবদি মহাক শিবা নত্রগা শরূ-শয়াং পূমতেক-তেকপা হায়বসিমা শুকশোয়-শোয়দবগী ফীভমদা লৈরম্মী। মতাং অসি য়ৌরকপা মতম অদুদদি, মখোয় অনীনা অসুম্না ব্রারেপ্নখি মদুদি :- নুপা অদুনা উফৈদগী তারকপা মতমদা "ইমা" হায়না লাউরক্লবদি পার্ব্বতীনা চেনশিন্দুনা মাবু কনবা, অদুগা "ইপা" হায়না লাউরক্লগনা মহাদেবনা চেনশিন্দুনা মাবু কনবা। নুপা অদু উফৈদগী তারকখি। লাইবক থীবদি মহাক্না "ইমা" নত্রগা "ইপা" হায়না লাউরকখিদ্রে, "অয়ো" হায়নতা লাউরকখি। মরমদুনা মহাক্না মহাক্কী দশা অদু কনবীনবা কনামতা য়াওদনা মথন্তা থেংনজবা তাখি।

## ১৮। হকচাঙগী ফজবা

মহারাজ অমগী য়াম্না চুং-ফিরাল চাবা অমদি পাঙ্গল কনবা মচা রাজকুমার অমা লৈরম্মী। মহাক্না চহি ২২ শুরকপা মতমদা মপাবু মহারাজনা মাগী লুহোংনবগী মরমদা মঙোন্দা ব্রারী শারম্মী। মচানুপা রাজকুমার অদুনা মপাবুং মহারাজদা মাগী নুপীদি(কণ্যাদি) মশানা মখোয়গী প্রজাশিংগী মনুংদগী খঞ্জগে য়াবিয়ু হায়না হায়জরম্মী। মপাবুং মহারাজনা মচানা হায়রিবদু হরাও-হরাওনা য়াবিরম্মী। নোংমা রাজকুমারদুনা শগোল তোংলগা থোং অমা লানবা মতমদা য়াম্না ফজব্রবী লৈশাবী অমা তুরেল মখাদুদা ঈরুজবা লাকপা উরম্মী। মহাক্না লৈশাবীদুগী ফজবদু হেক উবমত্তদা মহাকপু মফম-মরাং হেক খঙদবমখৈ নুংশিরম্মী। লৈশাবী অদু সহর অদুগী য়াম্না ইনাকখুনবা লল্লোন-ঈতিক তৌবা বৈশ্য অমগী মচানুপী ওইরম্মী। মহাক্না ধর্ম্মগী লাইরিকশিংসু য়াম্না নিংথিনা খঙলম্মী অদুগা লুহোংবগুম্বা সংসারগী অফা-অপুনশিংসিবু য়েংথীরম্মী। কোনুংগী

অঙম-অথৌশিংনা লৈশাবীদুগী মপাবু ফংননবা থিরক্লম্মী অদুগা মাগী মচানুপীদু নিংথৌগী মচানুপাদুদা লুহোংঙসি য়ারো হায়রম্মী। মপা বৈশ্যদুনা মচানুপীদুবু নিংথৌগী মচানুপাদা লুহোংহনবদু য়ানীংলমদে। মদুদা অঙম-অথৌশিংদুনা পৃঙক-ঙকলম্মী। মপানা মহাক্কী বৈশ্য ওইবনিনা মহাক্কী ময়ানুপাসু বৈশ্য ওইবা পাল্লম্মী। মচানুপীদুনা লুহোংবা ঙম্লোই হায়রকখিবদুনা অমুক হেন্না ব্রাফম অদু চয়েৎনহনখি। অদুদগীদি কোনুংনা লুহোংবদু য়াদ্রবদি মপা অমসুং মচানুপীবু অকিবগী মশক ওইবা চৈরাক পীগনি হায়দুনা কিহল্লকখি।

ধর্ম্ম চেনবী মচানুপী লৈশাবী অদুনা চৈরাক অদুদগী নাম্থোক্লবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মচানুপীনা মপাদা হায়রম্মী ঃ " বাবা, নুমিৎ নিপালনিগী মতুংদা ঐনা নিংথৌ মচা অদুবু মায়য়োক্লনা উননীংই অদুগা মানা মতমদুদফাওবদা ঐবু লুহোংবা পাল্লবদি ঐহাক মহাক্কা লুহোংবা য়ারে হায়দুনা কোনুংগী অঙম্বশিংদা খর হায়বিরুচো।" মচানুপীনা হায়বা মতুংইন্না মপানা কোনুংগী অঙম্বশিংদা পাউদমখিরম্মী। নুমিত্তুদগী হৌদুনা মচানুপীদুনা অকনবা জোলাপশিং নুতিগী চারম্মী, অদুগা মাগী থী-য়ুং অদু নুমিৎ খুদিংগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা চফু অমমমদা থল্লম্মী। নিপালনিশুবা নুমিৎ অদুদা রাজকুমার উননবা মথক কুপ্পা দোলাই অমদা লৈশাবী অদু পুরম্মী। মহাক্কা লোয়ননা মখুম ফজনা কৃপ্পবা থী-য়ুং য়াওবা চফু নিপাল অদুসু পুরম্মী। চফু নিপাল অদু রাজকুমারগা মাগা উন্নগদবা হোল মনুং অদুদা মানা হায়জবগী মতুংইন্না থল্লম্মী। কনামতনা চফুশিংদুদা করি য়াওরিবগে হায়বদু খঙখিদে। অকিবগী মশক ওইনা চৈরুং-চপশিল্লবা, মমিৎ-কুৎশিল্লবা অমদি শরূ-শয়াং ঙাক্তা ঙাইরবা লৈশাবী অদু উবমক্তদা নিংথৌ মচাদুগী থম্মোয়দা থুক লাউবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না লৈশাবীদুদা হংলম্মী ঃ "নহাক্কী ফজরম্বা পৃম্নমক অদুদি কদাইদা লৈপ্রে ?" লৈশাবী অদুনা থী-য়ুং য়াওবা চফু নিপাল অদুদা খুদোম্বী-থিল্লগা উত্তুনা তাক্লম্মী। অদুদগীদি নিংথৌ মচা অদু লৈশাবীদুগা লুহোংবগী ব্রাখল লৈরকখিদ্রে। "হকচাঙগী ফজবসিদি উরম্বদগী মাঙখিগদবনি" হায়বা পারা অদু নিংথৌ মচা অদুদা তম্বীখিবসিদা লৈশাবী অদুনা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী।

## ১৭। ধর্ম্ম চেনবা হঙোই মচা

নোংমা শ্রীরামচন্দ্রনা য়াম্না লুবা শংবাল্লবা পাৎ অমগী অথেনবা মফম অমদা কুমথরম্মী। শ্রীরামচন্দ্রনা মফম অদুদা হেক কুমথবমক্তদা হঙোই মচা অমা নেৎলম্মী।

হণ্ডোই মচাদুনা অনাবগী চৈনাদু য়াম্না ৱানা অমদি তুমিন্না খাওলম্মী। শ্রীরামচন্দ্রনা মরাইবক থীরবা জীব মচাদুগী অৱাবা ফীভমদু উরগা য়াম্না নুংশিরম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ঃ "ঐনা নঙবু নেৎলে হায়বা ঐঙোন্দা খঙহন্নবা নঙনা করিগী খোঙলক্লিবনো ?" হণ্ডোই মচা অদুনা খুন্নক্লম্মী ঃ "ঐনা অৱাবা অমা হেক নংলকপা মতমদা নত্রগা য়েক্লবশিংনা হেক কিহল্লকপদা ঐবু ইবুংঙো নহাক্না কনবীনবা "রাম !", "রাম !", "রাম !" হায়দুনা কন্না কন্না খোঙই, অদুবু ইবুংঙো নহাক নশামক্লা ঐঙোন্দা অৱা-অনা পীবিরক্লবা মতমদা, ঐনা কনাদা হায়জরগনি ?"

## ২০। লল্লোনবা নুপা অমা

নোংমদি শোয়দনা শিগনি খল্লুবদা য়াম্না কিজরবা লল্লোনবা নুপা অমনা শিবগী লাই ওইরিবা যম নিংথৌবু চহি কয়ামুক চুপ্পা পূজা তৌজরকখি। লল্লোনবদুনা থোইদোক-হেন্দোক্লা থৱায় য়াওনা মঙোন্দা ভক্তি উৎপদু উরগা যমরাজনা য়াম্না পেল্লম্মী। মরমদুনা লল্লোনবা নুপা অদুনা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্কী তৌগদবা থবক পূম্নমক তৌরম্বা ঙম্ন-নবা মহাকপু খুদক্তা শিহল্লোই অমসুং মহাক শিগদৌরে হায়নসু মাংজৌননা খঙহল্লকনি হায়না যমরাজনা মহাক্কী মফমদা ৱাশক্লম্মী। শিরমদাইদদি লল্লোনবা নুপা অদু য়াম্না শাউরম্মী, অদুগা যমরাজবু তৌবিমল খঙদে, পূকচেল লেপ্তে অমসুং নমথাক তৌই হায়না মরাল শীরম্মী। মহাক্না যমরাজদা হায়রম্মী ঃ "হে যম নিংথৌ, নহাক ওইদবা ৱা য়াম্না ঙাঙই । ঐহাক শিগদৌরে হায়বা মাংজৌননা খঙহল্লকনি হায়রম্লগা ঐঙোন্দা করিসু খঙহনবিরকখিদ্রে।" যমরাজনা পাউখুম পীরম্মী ঃ " করিগী ? নহাক্কী শিরমদাইগী অয়োৌবী ফীভম অসি য়ৌরক্লিঙৈদা য়াম্না মাংজৌননা অমুক্তা নত্তনা মরিরক নহাক শিগদৌরে চেকশিলহৌরো হায়না খঙহনখ্রবনি।" লল্লোনবা নুপা অদুনা মঙোন্দা যমরাজনা মাংজৌননা খঙহল্লকখিবা করিমতা লৈতে হায়না অদুম হায়রম্মী। অদুবু যমরাজনা মঙোন্দা শন্দোক্লা হায়রকখি ঃ "নহাক শম ঙৌরকখি। মদুনা নহাক শিগদৌরে হায়বসি অহানবা ওইনা খঙহনবনি। অদুবু নহাক্কী অঙৌবা শমশিংদু মচু শঙখি অদুগা নহাক্লা মদুগী পারা অদু কাউথোকখি। অদুদগী অমুক অনীশুবা ওইনা নহাকপু কোক তাংহল্লে, অদুবু, নহাক্লা অমুক খুৎশেম-শম হাপখি, অদুগা ঐগী পাউমেন্দুবু করিসু ওইদনা লৌখি। অদুগী মতুংদা অহুমশুবা ওইনা নহাক্কী নয়াশিংদু তেকহনখি ; অদুবু নহাক্লা অশেম্বা য়া-পরেং-পরেং হাপখি ; অদুগা নহাক্লা করিমতা থৌশাদবমখৈ খক

শিররোই মতাগুম অদুম লৈথোকখি। ঐনা নঙোন্দা মরিগুবা ওইনা নহাক শিগদৌরে কুইররোই হায়না খঙহনখিবদুনা নহাক্কী উল্লাপূন্না খুইহনখিবদুনি। নহাক্না মদুবুসু থৌওইবিখিদে।" যমরাজদি থাঙ্গেশেংনমক মশাগী ব্রা ঙাক্না চৎচবনি।

## ২১ / হনুবা অমসুং মাইবা

হনুবা অমনা মাইবা অমগী মনাক্তা চৎলম্মী অদুগা হায়রম্মী :

"ঐগী নীংশিংনবগী পাঙ্গল অসি য়াম্না শোল্লে। ঐনা করিমতা নীংশিংবা ঙমদ্রে।"

মাইবদুনা পাউখুম পীরম্মী :

"নহাক্কী নীংশিংনবগী পাঙ্গল অসি য়াম্না শোম্বরকপগী মরমদি নহাক্না অহল ওইরকপননি।"

হনুবা অদুনা অমুক হায়রকখি :

"উবগী শক্তিসু শোম্বরক্লুনা মীৎসি মশেং-মরাং তৌরে, ঈউ-উদ্রে।"

মদুদা মাইবদুনা পাউখুম পীরম্মী :

"হে ইকাইখুম্নঙাই ওইবা অহল, মদুসু অহল ওইশিল্লকপননিনে।"

অহলদুনা অমুকসু হায়রকখি :

"ঐগী নঙ্গলসিসু য়াম্না নারে, নুংশাসোর হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌবসু য়াম্না ব্রারে। ঐহাক অরাম-খৌরাংবা করিমতা পোক্রে, খোঙ-থাঙবা থোকচিল্লক্রে, মীৎ মমশিল্লক্রে, খুৎ-শা থক থক নীক্লক্রে।

মাইবদুনা পাউখুম পীরম্মী :

"পূম্নমক্তু অহল ওইরকপদগীনি।"

## ২২ / নোংশা অমসুং ককচেং

বর্মাগী ব্রারী অমা লৈ। নোংমা উমংগী শা পূম্নমক শাশিংগী নিংথৌ নোংশা-নিংথৌদা কাঙ্গৎ কাবা লাক্লম্মী। ককচেং মচা অমসু শাশিংগী নিংথৌ অদুদা ভক্তি কচ্চবা লাক্লম্মী। ককচেং মচা অদুবু মাগী প্রজা অমা নত্তে হায়রগা য়াম্না থীনা চৈদুনা নোংশা-নিংথৌনা তাম্বোকপীখিরম্মী। মাগী মখা পোন্না লৈজরিবা প্রজা অমবু হৌনখঙদবা মওংদা য়াম্না থীনা তৌবিরকপদু ককচেং-নিংথৌনা হেক তাবগা মহাক্না য়াম্না শাথীরবা তীল মচা অমবু নোংশাদুগী মনাকোঙ মনুংদা লোন্না চঙলগা মরেং মরেং চৎহন্দুনা অমদি

চিক্তুনা ওৎ নৈরুরো হায়না থারম্মী। তীল মচা অদুনা নোংশাগী মনাকোঙ মনুংদা চঙলগা চীকপদা নাদুনা নোংশা নিংথৌনা লাউরক্লম্মী। মহাক্কী খোল্লাও অদু তাবদা শা পুম্নমক্না য়েক্লবদু থেংনরগে অদুগা মখোয়গী নোংশা-নিংথৌবু সেবা তৌজরগে হায়দুনা চেনশিঞ্জরম্মী ; অদুবু তীল অদু মখোয়না ফংবা ঙমদবনিনা মখোয়গী উপায় অমতা লৈখিদে। মরমদুনা মমৈথংদদি শাশিংগী নিংথৌ নোংশা অদুনা ককচেংশিংগী নিংথৌ অদুদা য়াম্না নোল্লুক্না অমুক্তা মাবু কনবিয়ু হায়জরকপদগী ককচেং-নিংথৌনা মহাক্কী প্রজা অমমুক নোংশা মনাকোঙ মনুংদা চঙলগা তীল মচা অদু লৌথোকউনবা থারম্মী।

মতম অদুদগী হৌদুনা ককচেংশিংনা মখোয় মখোয়না লৈনীং লৈনীংবা মফমদা লৈবা ফংবগী খুদোংচাবা অদু ফংজখি।

## ২৩/ নচাদা লৌনম তৌগনু ।

চীনাগী ৱারী মচা অমা লৈ। শেঙজী কৌবা নুপা অমগী নুপীনা মখোয়গী চহি তরেৎ শুদ্রিবা মচা নুপা অমা পুরগা নোংমা কৈথেল কারম্মী। মচা নুপা অদুনা লম্বীদা য়াম্না কপ্লম্মী। কপ্পা ফনবা হায়দুনা মমানা মচা নুপা অদুদা অসুম্না হায়রম্মী ঃ "ইবুংঙো, কপকনু, ইচাদি মরম য়াম্না ওকপনি, য়াম্না ফবনি। মমানা হায়বা ইনবনি। য়ুম হেক য়ৌবগনে ঐনা ওক অমা হাৎপিগনি, অদুগা চাগনি।" মচা নুপা অদু কপ্পা হেক ফখি। মখোয়না য়ুম হেক য়ৌরকপদা মপানা মচানুপাদগী ওক হাৎপগী ৱাদু তাখি। অদুদগীদি মপানা ওক হাৎননবা থৌরাং তৌবা হৌরকখি। মাগী নুপীনা মাবু খাম্মি অদুগা হায়রক্লম্মীঃ "ওক হাৎপীগনু। ঐনা লম্বীদা অঙাং কপ্পা ফনবা হায়দুনা থেম্বদা "ওক হাৎকনি" হায়দুনা ফাগি ওইনা হায়খিবনি।" মদুদা মহাক্কী নুপাদুনা শাউরপ্না মাগী নুপীদা হায়রক্লম্মীঃ "অদুম হায়না নহাক্না অঙাংদা ফাগি তৌগদবা নত্তে। অঙাংদি মশাগী জ্ঞান লৈজবা নত্তে, মমা-মপানা হায়বদুগী মখা পোল্লি অদুগা মখোয়না হায়বদুবু থাজে অমসুং ইল্লি। নহাক্না নচাদা লৌনম তৌরবদি, নহাক্না নচাবু লৌনম্না তম্বীরে। মসিগুম্বসি খক তৌরোইদবনিকো।" মমানা হায়খিবদুগী মতুংইন্না মপানা মখোয়গী য়াচংবগী চরাগীদমক্তা ওক অমা হাৎখি।

## ২৪/ কৈ অমসুং শাদানবা মী

নোংমা শাদানবা মী অমবু কৈ অমনা তান্নরম্মি। শাদানবদুনা য়াম্না কন্না

চেল্লম্মী, অদুগা মামৈথংদা উপাম্বী অমগী মথক্তা কাখৎলম্মী। কৈ অদুনা উ অদুগী মথক্তা লৈবা য়োং অদুদা হায়রম্মী ঃ "হে য়োং, নুপা অদু ইশ্বরকউ। মহাক শাদানবা মী অমনি। মরমদুনা মহাক ঐখোয় পুম্নমকপু হাৎকদবা শাদানবনি। মহাক ফত্তবা মী অমনি"। য়োং অদুনা পাওখুম্লম্মী ঃ "মহাক ফত্তবা মী অমা ওইজরবসু নহাকপু কিদুনা ঐঙোন্দা চঙজরক্লবা মী অমনি। ঐঙোন্দা চঙজরক্লবা মী অমগী মফমদা ঐনা করিগুম্বা অকায়বা থবক অমতা তৌনীংদে ; নহাক মফম অসি থাদোক্তুনা চৎল্লো।" কৈ অদুনা উপাম্বী অদুগী মখাদা মীদুবু ঙাইদুনা অদুম লৈরম্মী। শাদানবা মী অদু মপূক য়াম্না লাম্লম্লগনি খন্দুনা য়োংদুনা মাগীদমক্তা উহৈ-ৱাহৈ থিবা চৎখিরম্মী। চৈরক অদুদা কৈ অদুনা শাদানবদুদা য়েংলগা হায়রক্লম্মী ঃ "হে শাদানবা ইবুংঙো, য়োংদুগী মচাদু উথক্তুদা লৈবনি। মদু মখাদা লংথরকউ, অদুগা ঐনা নহাকপু থাদোক্লম্লগা মদু পুদুনা চৎখ্রগে।" মপূক ফত্তবা শাদানবা অদুনা য়োং অদুগী মচা য়োংনাওদু মখাদা লংথরকখি। মাগী অরাম্বা কোক্লনবগীদমক্তা উহৈ-ৱাহৈ থিবা চৎখিবা য়োং অদু খুদক্তুদা হল্লক্লম্মী। কৈদুনা য়োংদুদা হায়রক্লম্মীঃ "হে য়োং অপঙবা, নহাক্লা অসুক্কী মতীক নুংশিজরিবা শাদানবা অদুনা নহাক্কী নচাদু ঐনা চানবা হায়দুনা মখাদা লংথবিরক্লিবসিনি। মহাকপু ইশ্বরকউ, অদুগা ঐনা নচাসি থম্মীরম্লগা চৎখিগে।" য়োং অদুনা শাদানবা মী অদুবু মখাদা ইশ্বরকউ হায়বদু শুকয়ামক য়াখিদে। কৈদুনা কন্না লাউরক্লম্মী ঃ " ফত্তবা মী অমবু নহাক্লা থৌজালবিরবদি নহাক মাঙজগনি।" মসি হায়রম্লগা কৈ অদুনা য়োং মচা অদু চাদনা অদুম থম্লম্লগা হনখি। শাদানবা অদুনা য়োংদুনা পুরকপা উহৈ-ৱাহৈশিংদু চাথোক্লগা মশামক্লা অসুম্না খন্থরক্লম্মীঃ "ঐগী নুপী অমসুং ইচাশিংনা চাননবা শদুম অমতা য়ুমদা লৈহৌদে।" পূকচেল চাউরবা য়োং অদুনা পূক্লীং য়াম্না তপ্না উশাদা য়ান্দুনা লৈরিঙৈদুদা মপূক ফত্তবা শাদানবা অদুনা মাগী মতেং পাংবিরিবা য়োংদুবু হাৎখি, অদুগা য়োংদুগী অশিবা মাশাদু পুরগা ময়ুমদা হল্লকখি। ফত্তবা মীশিংদা মতেং পাংলবদি অসুম হায়না হেক থোক্কল্লি।

## ২৫/ ধর্ম্ম লৈসি, অদুগা ঈশ্বরনা ঐখোয়বুসু কনবীসনু

ধর্ম্ম লৈবা নুপা অমনা ষণ অমোম অমা লৈঃরম্মী অদুগা মদু পুরগা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। ষণ অমোম অদু হুরানগে হায়দুনা হুরানবা অমনা মাগী মতুং ইল্লক্লম্মী। হুরানবা অদুনা লম্বীদা ফত্তবা নুপা অমসু থেংনরগা ৱারী শান্নরম্মী। ফত্তবা নুপা অদুসু ধর্ম্ম লৈবা নুপা অদুবু হাৎকে হায়দুনা লাকখিরম্বনি। ধর্ম্ম লৈবা নুপা অদুনা ময়ুম হেক য়ৌবগা ষণ অমোম অদু ষণগোন্দা পুল্লিলম্মী অদুগা চাবা-থক্পা লোইরগা তুমথখিরম্মী।

হুরানবা তাদুনা খল্লকল্মী ঃ "ফত্তবা নুপা অসিনা য়ুম্বু অসিবু হান্না হাত্তোকপ্তবদি মাগী ইমুং মনুংগী মীশিংসি হৌগৎলকনি। অদু ওইরবদি ষণ অমোম অসিবু হুরানবগী তাঞ্জা ফংলরোই।" মতম অদুমক্তদা ফত্তবা নুপা অদুনসু ৱাখল খনবা হৌরকল্মীঃ " হুরানবসিনা ষণ অমোমসি হান্না হুরানখিবা তারবদি ষণ অমোমসিনা খোল্লাও থাদুনা খোংলকনি ; অদুদগীদি মপু হৌগৎলক্তুনা মাবু হাৎপা শুমহৌররোই।" মখোয় অনী মাগী মাগী থবক পাওথোকপদা অহানবা তান্নরম্মী। মমৈথংদদি মখোয় অনী ফুনরকখি। হুরানবদুনা লাউবা হৌরকল্মীঃ " ও ধর্ম্ম লৈবা নুপা, নহাকপু হাৎকে হায়দুনা লাকপা ফত্তবা নুপা অমা মফম অসিদা লৈরে।" ফত্তবা নুপা অদুনসু লাউশিল্লকল্মীঃ "ও ধর্ম্ম লৈবা নুপা, নহাক্কী ষণ অমোমদু হুরানগে হায়দুনা লাকপা হুরানবা অমা মফম অসিদা লৈরে।" মমৈথংদদি মপুদুনে অদুগা মাগী ইমুং-মনুংগী মীশিংনে তৃম্বদগী হৌগৎলকল্মী। হুরানবা অমসুং ফত্তবা নুপা অনীমক হৌদুনা চেনখি। থৌদোক অসিনা মহাক্কী ইমুং-মনুং অদুগী য়াইফনবীদমক্তা য়াম্না কান্নরবা পারা অমা ওইখি। ধর্ম্ম লৈসি, অদুগা ঈশ্বরনা ঐখোয়বুসু কনবীসনু।

## ২৬/ জামিদার অমগী মালী অনী।

জামিদার অমগী মালী অনীখক লৈরম্মী। মালী অনীদুগী মরক্তগী অমদি মতম অয়াম্বদা মপুগী মনাক্তা মখুৎ-লোন্নরগা ফমদুনা অদুম লৈরম্মী, অদুগা ভক্তি য়াম্না লৈবা শাজন্নরগা মপুদা অসুম্না হায়রম্মী ঃ "হায় ! হায় ! ঐগী ইপুগী মীৎশিংসিদি কয়াদা ফজপ্তবনো! নাতোন্না কয়াদা শুমহৎনবগী মশক ওইরিবা ! শক্লা কয়াদা য়াম্না ফজরিবা !" অতোপ্পা মালী অদুনা নুমিৎ চুপ্পা লৌবুক্তা থৱায় য়াম্না য়াওনা থবক শুরম্মী ; অদুগা মখল মখলগী মনা-মশীঙ, উহৈ-ৱাহৈ অমসুং লৈশু ময়াম অমা পুথোক্লম্মী। মানা পুথোক্লিবা পোৎশিংদু মহাক্কী মপুগী মনাক্তা নুমিৎ খুদিংগী পুরক্তুনা থল্লগা খুরুম্লম্মী অদুগা অদুম তুমিন্না থবক শুবা চৎখি। মালী অনীদুগী মনুংদগী কনাবুনা হেন্না জামিদার অদুনা নুংশিবিফম থোকই ? অকোনবগী মালীদুনা হেন্না নুংশিবিফম থোকই। অদুম হায়না শ্রীভগবাননসু ইবুংঙো মহাক্কী পূজা ওইনা নুমিৎ খুদিংগী থবক নিংথিনা তৌরিবা যোগীদুবু য়াম্না হেন্না নুংশিবি। অহানবা মালী মখল অদুগী কাঙলুপতুগা তিন্নরোইদবনি।

## ২৭/ থাজবা অমসুং নাপল।

গুরুগী শুমখৈ নাইদবা শক্তিবু য়াম্না থাজবা শিষ্য অমনা মাগী গুরুগী মিং শোল্ল-শোল্লগা তুরেল অমগী ঈশিং মথক্তা খোঙনা চৎলম্মী। অদু উবদা মাগী গুরু

অদুনা খল্লরক্লম্মীঃ "ফরে! করিশু লৈতবা ঐগী মিং অসিদা অসিগুম্বা অঙকপা শক্তি অসি লৈবজাৎলনে? অদু ওইরবদি ঐসি কয়াদা য়াম্না শক্তি লৈরবনো?" মথৎগী নুমিৎ অদুদা গুরু অদুনা "ঐ" "ঐ" "ঐ" হায়না শোল্ল-শোল্লগা তুরেলদুগী ঈশিং মথক্তা খোঙনা চৎকে হায়না হোৎনরম্মী, অদুবু মহাক্লা তুরেলদুদা হেক কুমথবগা মহাক লূপথখি অদুগা থুনা ঈরাক্লদুনা শিখি। মদুগী মরমদি গুরু অদুনা ঈশ্বরবু থাজবা ব্রাৎলম্মী অমসুং করম হায়না ঈরোইগদগে হায়বফাওবা খঙদবা মীশক অমা মহাক ওইরম্মী। থাজবনা মীবু অঙকপা মতৌশিং উৎপা ঙমহল্লি অদুগা অমরোমদনা নাপলনা মীবু মাঙ-তাকহল্লি।

## ২৮/ ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চেনশিল্লক্লনি।

মমানা লৈরিবা মফম অদুদগী খর লাপথোক্লা লৈবা কা অমদা মচাশিংনা মখোয় মখোয়না পামজবা মওংদা য়াম্না নুংঙাইনা লাইফদীবিশিং শান্নরম্মী ; অদুবু মমানা কাদুদা হেক চঙলকপদা মখোয়না লাইফদীবীশিংদু থাদোক্লম্লগা "ইমা!, ইমা! ইমা!" হায়না কৌরগা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লম্মী। ঐখোয়না ঈশ্বরগী ব্রাখল করিমতা খল্লুদনা সংসারসিদা লল-থুম অমদি মিংচৎনচিংবগী লাইফদীবীশিং শান্নবদা পুক্লীং লূপ্তুনা লৈরুবা য়াই। অদুবু ঐখোয়না অমুক্তংবু ঐখোয়গী থম্মোয়লকানুংদা আত্মাগী মশক লৌদুনা লৈরিবা ঈশ্বরবু উবা ফংবা ঙমজরবদি, ঐখোয়না সংসারগী লল-থুম অমদি মিংচৎনচিংবগী লাইফদীবিশিং শান্নবদা নুংঙাইবা ফংলক্লোই। মখোয় পূম্নমকপু থাদোক্লম্লগা ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চেনশিল্লক্লনি।

## ২৯/ চুরূপ থক্লীংদুনা মৈ থিবা।

নুপা অমনা অহিং নোংয়ায় অমদা চুরূপ য়াম্না থক্লীংদুনা হৌগৎলম্মী। মহাক্লা চুরূপ চম্নবা মৈ পাল্লম্মী। মহাক্লা থাওমৈ লালটেন অমা পায়রগা মাগী য়ুমলোন্নবা অমগী য়ুমদা চৎলম্মী, অদুগা থোঙ থীল্লম্মী। য়ুমলোন্নবদুনা থোঙ হাংদোক্লম্মী অদুগা মঙোন্দা "করি পাম্বগে" হায়না হংলম্মী। নুপাদুনা হায়রক্লম্মী : মৈ মচেৎ অমতা ঐঙোন্দা পীবিয়ু। ঐহাক চুরূপ য়াম্না থক্লীংলে।" য়ুমলোন্নবদুনা হাম্নরক্লম্মী : "হিঃ হিঃ! করিনো নহাক্লা তৌজশারিসিবো ? থেংলবা মতম অসিদা নহাক্লা য়াম্না ব্রানা লাক্লগা মৈ মচেৎ অমগীদমক্তা ঐবু হৌদোক্লরি, অদুগা নহাক্কী নখুৎমক্লদি অঙানবা লালটেন অমা পায়রি।" মীওইবনা ফংবা পাল্লিবা মঙালগী নত্রগা মৈগী মশক ওইবা ঈশ্বরদি মশামক্তা হান্না অদুম য়াওজে, অদুবু মানা মদু মফম অমা অমদা চক্তুনা য়াম্না ব্রানা থিরি।

## ৩০/ নহাক্কি অওইবা ওক্তবীদি, নূপীদু নত্তে।

সন্ন্যাসী অমা মন্দির অমগী মনাক্তা লৈরম্মী, অদুগা মহাক্না লৈরিবা মফম অদুগী মমাংহেকমক্তদা ওক্তবী বেশ্যা অমা লৈরম্মী। নুপা ময়াম ময়াম অমা ওক্তবীদুগী য়ুমদা নুমিৎ খুদিংগী লাকপদু উবদা সন্ন্যাসী অদুগী পুক্নীংদু পোত্থাফম খঙলমদে। নোংমদি মহাক্না নুপীদু কৌরম্মী অদুগা ব্বারক-ব্বাতেন্নীবা ওইনা হায়রম্মী ঃ "নহাক মহাপাপী অমা ওইরে। নহাক্না করিমতা কিদবমখৈ অহিং নুংথিল চুপ্পা পাপ তৌরি! ওঃ! নহাক্কী শিরতুংদা য়াম্না ব্বাগদৌরিদা!" লাইবকথীরবী ওক্তবী অদুনা মানা তৌরিবা ফত্তবা থবকশিং অদুগীদমক্তা অঙকপা ফংনা মথব্বায় নুংঙাইরমখিদে। মহাক্না থম্মোয়নুংগী মপূংফাবা অনুতাপকা লোয়ননা মহাক্কী মরালবু ঙাকপীয়ু হায়দুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা ·তৌজরম্মী। কচ্ছুবী খনবনা মাগী শিন্‌ফম ওইখিরব্বনা মহাক্না অতোপ্পা হিংননবা পান্বে অমা ঈরায়-লায়না হেক্তা ফংবা ঙমখিদে। মহাক্কী হকচাঙনা পাপ তৌজরবসু মাগী থম্মোয়নদি মাবু ঙাকপীয়ু হায়দুনা হেন্না হেন্না থব্বায় য়াওনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরকখি।

ওক্তবী অদুনা সন্ন্যাসীগী পাওতাক ইন্না চৎপা ঙমখিদে। মাগী পাওতাকপু অর্থ লৈহন্দ্রে হায়বসি সন্ন্যাসী অদুনা উরম্মী, অদুগা মানা খল্লরুম্মী ঃ "ফরে, কচ্ছুবীসিগী লেমহৌরিবা পৃশী অসিদা নুপা কয়ামুক মঙোন্দা লাকপগে হায়বদু য়েংলগে।" নুমিৎ অদুদগী মাগী মথৌ অমা ওইনা নুপী অদুগী য়ুমদা চঙখিবা নুপা হেক খুদিংগী নূঙ-মচা অমমম মাগীদমক থল্লগা সন্ন্যাসী অদুনা নুপা মশীঙ থীবা হৌরক্লম্মী। মতমগী মতুংইন্না নূঙ-মচাশিংদুনা অচৌবা নূঙ মপৈ অমা ফারকখি। নোংমদি নূঙ-মচাশিংগী অচৌবা মপৈ অদুদা খুদোম্বী থিল্লগা সন্ন্যাসী অদুনা ওক্তবী অদুদা হায়রম্মীঃ "হে নুপী! মসিদা লৈরিবা নূঙ-মচাশিংগী মপৈসি নহাক খঙব্রা ? ঐনা নঙোন্দা ফত্তবা লীচৎ-শাজৎ চৎলনু হায়দুনা পাওতাক পীখিবা নুমিৎতুদগীসু নহাক্না শিবগা মান্নরবা পাপ ময়াম অমা অকিবা লৈতনা তৌরক্লি। নূঙ-মচা অমনা নহাক্কী শিবগা মান্নরবা পাপ অমনি। হৌজিকসু ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনিঃ নহাক্না তৌরিবা ফত্তবা থবকশিংদুগীদমক্তা য়াম্না চেকশিল্লু।" মরাইবকথীরবী ওক্তবী অদুনা মহাক্কী পাপশিংগী মপৈ অদু উবদা পাখত্তুনা থক-থক নীক্লম্মী, অদুগা উপায় অমতা লৈজদদুনা মমীত্তা মপী চদুম চদুম শীঙ্করগা ঈশ্বরদা থব্বায়-য়াওনা প্রার্থনা তৌজরম্মী ঃ " হে প্রভু, ননাইনা লেল্লিবা ব্বারবা পৃশী অসিদগী ননাইবু লাম্থোকপীররোইদ্রা ?" মহাক্কী থম্মোয়শোক্লা তৌজবা প্রার্থনা অদুবু ইবুংঙো মহাক্না তাবিখি ; নুমিৎ অদুমক্তদা ওক্তবী অদুবু ঙাকপী হৈবা জগৎকী মপুনা লৌশিনবিখি।

অঙকপনি ঈশ্বরগী ব্রাখৈসি ! সন্ন্যাসী অদুসু নুমিত্তুমক্তদা শিখি। ঈশ্বরগী দুতশিংনা স্বর্গদগী কুমথরকখি অদুগা ওক্তবী অদুগী আত্মাদু স্বগগী লৈবাক্তা পুখৎপা হৌরক্লম্মী। অমরোমদনা অমুক যমরাজগী দুতশিংনা সন্ন্যাসীগী আত্মাবু নরক্তা পুথবা হৌরক্লম্মী। ওক্তবী অদুগী অফবা নোংদমদুবু উবদা সন্ন্যাসী অদুনা লাউরক্লম্মীঃ "মসিরা ঈশ্বরগী মীচং-মীখায়-নাইদবা হায়বদো ? ঐনা পূর্ণী চুপ্পা শেল-থুম তান্দবমখৈ ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙজনবা কন্না হোৎনখি অদুগা ঐবু হৌজিক নরক্তা পুথবিরবা ! অমরোমদনা অমুক পাপনা য়োমখিবী ওক্তবী অদুগী আত্মাদুবুনা স্বর্গদা পুখৎখিবা !" মসি তাবদা ঈশ্বরগী দুতশিংদুনা হায়রক্লম্মী : " ঈশ্বরগী ব্রাখৈশিংদি মতম লৈবা খিবিক্তা চুম্বনি। নহাক্লা করি করি খনখিবগে হায়বদু ঈশ্বরনা খঙখি, মরমদুনা নহাক্কী ব্রাখলগী মতুংইন্না ঈশ্বরনা ব্রাখৈ পীবনি। নহাক্কী মপান্দা নঙ-মঙাইরে হায়না উৎপা পাম্মি, নাপল তৌই, মিংচৎনচিংবা ফংননবা হোৎনৈ; মদুনা মরম ওইদুনা ঈশ্বরনা ব্রাখৈ অসি নঙোন্দা পীবনি। নহাক্কী থম্মোয়নদি ঈশ্বিরবু থব্রায় য়াওনা নুংশিরুদে। ওক্তবী অসিদি মাগী হকচাঙনা মতম অয়াম্বদা পাপ য়াম্না তৌজরুরবসু অহিং-নুংথিল নাইদনা থব্রায় য়াওনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা লেপ্তে। য়েংউ, নহাক্কী হকচাঙ অমসুং নুপীদুগী হকচাঙ অনীদুদা তৌরিবসে! নহাক্কী হকচাঙনা পাপ তৌখিদবা মরমদগী হিংহৌরিবা মখোয় ময়াম্না নহাক্কী হকচাঙবু ফজ-ফজরবা মখল কয়াগী লৈশিং অমদি লৈ-পরেংশিং পুরক্তুনা লৈতেংলি, অদুগা ঈশৈ-নোংমাইগা লোয়ননা অশেংবা তুরেল তম্না শোভাযাত্রা চৎলি। অদুগা অমরোমদনা পাপনা থল্লবী ওক্তবী অদুগী হকচাঙ অদুদি লমহুইশিং অমদি লংজাশিংনা হৌজিক মচেৎ মচেৎ শেগায়রি। অদুম ওইনমক ওক্তবীসিগী থম্মোয়দি শেংই, মরমদুনা মহাক্লা অশেংবশিংনা লৈবা লমদমদা চৎপনি। নহাক্কী থম্মোয়দি মতম লৈবা খিবিক্তা ওক্তবী নুপী অদুগী পাপশিংগী ব্রাখলদা লূপ্তুনা লৈরুবা মরমনা শেংদে। মরম অদুদগীনি নহাক্লা শেংদবশিংনা লৈবা লমশিংদা চৎলিবসি। নহাক্লি অওইবা ওক্তবীদি, নুপীদু নত্তে।"

## ৩১/ কুহাগী হঙোই।

হঙোই মচা অমা কুহা অমদা মতম কুইনদগী লৈরক্লম্মী। মহাক কুহাদুদা পোকখি অমসুং চাউরকখি। নোংমদি সমুদ্রদগী অতোপ্পা হঙোই অমা লাকখি অদুগা কুহাদুদা চোংথরকখি। কুহাদুদা হান্না লৈরম্বা হঙোই মচা অদুনা অনৌবা লাকপা হঙোই অদুদা হংলম্মী : "নহাক কদাইদগী লাকপনো?" সমুদ্রদগী লাকপা হঙোই অদুনা খুন্নম্মীঃ "ঐহাক সমুদ্রদগী লাকপনি।" কুহাদুগী হঙোইদুনা অমুক হংলক্লম্মী : "সমুদ্র!

সমুদ্রদুদি কয়াম চাউই ?” সমুদ্রগী হঙোইদুনা খুন্নরুম্মী : “মদুদি য়াম্না, য়াম্না চাউইদা!” কুহাগী হঙোইদুনা মখোঙশিংদু শৎ তিংথোক্লম্মী অদুগা হংলম্মী : “ অহা! নঙগী সমুদ্রদুবু ঐনা খোঙ তিংথোক্লিবা মফমসিমুক চাউব্রনে ?” সমুদ্রগী হঙোইদুনা অমুক খুন্নরুম্মীঃ “অদুদগীদি য়াম্না য়াম্না হেন্না চাউই।” কুহাগী হঙোই অদুনা শাউনীংবা অমা য়াওনা কুহাদুগী নাকল অমদগী নাকল অমদা ফন-ফন চোংলম্মী অদুগা সমুদ্রগী হঙোইদুদা অমুক হংলম্মী : “নহাক্কী সমুদ্রদুবু ঐগী কুহাসিমুক চাউব্রনে ?” সমুদ্রগী হঙোইদুনা য়াম্না তপ্না হায়রক্লম্মী : “ ঐগী নুংশিরবা মরূপ, সমুদ্রগা নহাক্কী পীকখ্রবা কুহাসিগা করম্না চাংদম্নবা য়াগদগেনে ? সমুদ্রদি অঙকপা ফংনা পাকচাউই।” কুহাগী হঙোইনা য়াম্না শাউনা হায়রক্লম্মী : “ নত্তে, নত্তে, ঐগী কুহাদগী হেন্না চাউবা করিমতা লৈরোই। তশেংনমক্কি, সমুদ্রনা ঐগী কুহাদগী হেন্না চাউরোই। মসিগী মরূপসি চীম্পীবনি, মহাক তাম্থোকখিগদবনি।” মসিগুম্বা মতৌসি পূকচেল পীক্লবা মীশিংগী মফমদা ওইথোক্লি। মখোয়দি মখোয় মশা মশাগী পীকখ্রবা কুহাদা ফমদুনা লৈথোক্লগা মালেম পুম্নমকসিনা মখোয় মশা মশাগী কুহাশিংদুদগী হেন্না চাউদে হায়না লান্না লৌই।

## ৩২ / ঈশ্বর থাজবগী শক্তি

জাতিলা কৌবা নুপা মচা অমা লৈরম্মী। মহাক্লা জঙ্গল ফাওদুনা নুমিৎ খুদিংগী মথন্তা ষুল চংপা তারম্মী। মহাক্লা অয়াম্বা মতমদা মথন্তা ষুল চংপদুদা অকিবা ফাওরম্মী। মহাক্লা মদুগী মরম অদু মমাদা তল্লম্মী। মদুদা মমানা হায়রক্লম্মীঃ “ইচা নুপা, নহাক্লা করিগী কিরিবনো ? নহাক্লা হেক কিরকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু কৌ, তারক্লগনা কন্না অমুক কৌ। ইবুংঙো মহাক্লা নহাকপু ষুল ফাওবা থিনবিগনি।” মচা নুপা অদুনা মমাদা হংলক্লম্মীঃ “ইমা, কৃষ্ণ হায়বদুবু কনানো?” মমানা খুন্নক্লম্মী : “কৃষ্ণদি নহাক্কী নয়াম্বনিনে।” মদুগী মতুংদা জাতিলানা নোংমা জঙ্গলদা মথন্তা ষুল চংপা মতমদা য়াম্না কিরক্লম্মী। মমাগী য়াথং মতুং ইন্না মহাক্লা শ্রীকৃষ্ণবু “ওঃ তাদা কৃষ্ণ” হায়না অমুক অনীরক কৌরম্মী। মহাক্লা কৌবদুদা কনামতা থোরকপীখিদে। মরমদুনা মহাক্লা অমুক কন্না কম্না কৌরক্লম্মী : “ওঃ তাদা কৃষ্ণ ! ওঃ তাদা কৃষ্ণ ! ওঃ তাদা কৃষ্ণ ! নহাকপু কদাইদা লৈবগে । ঐনা কৌবসে তাদ্রবরা ? ঐগী নাক্তা অমুক্তা লাকপীয়ু, ঐবু অমুক্তা ঙাক-শেনবীয়ু, ঐহাক য়াম্না কিরে।” অঙাংদুনা অসুক্কী মতীক থাজনা কৌবদু তারগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদু অসুম তুমিন্না লৈথোকপা ঙল্লকখিদে ; ইবুংঙো মহাক্লা নুপা মচা অমগী মশক-মওং লৌরগা থোরক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী : “ঐহাক মফম অসিদা লৈরে, ঐহাক নহাক্লা কৌরিবা নয়াম্বা কৃষ্ণদুনি। করিগী কিরিবনো ? নয়াম্বা লৈরি। কিগনু লাও, ঐনা

নহাকপু ফুল ফাওবা থিনবিগে।" মহাকপু ফুল ফাওবা থিনবিরগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা হায়বিরম্মী ঃ "নহাক্না হেক কিরকপগা ঐনা নহাক্কী ননাক্তা লাক্কনি। নহাক করিমতা কিগনু।" ঈশ্বর থাজবগী শক্তিদি মসিনি।

## ৩৩/ শাঙ্গোম য়ৌনবী অমসুং পুরোহিত।

শঙ্গোম য়োনবী অমনা তুরেল অমগী ৱাংমদা লৈবা ব্রাহ্মণ পুরোহিত অমদা নুমিৎ খুদিংগী শঙ্গোম পীরম্মী। তুরেন্দুদা হি-লানবগী খুদোংচাদবা কয়া লৈবা মরম্না নুপী অদুনা নুমিৎ খুদিংগী মঙোন্দা শঙ্গোম চাং-নাইনা পীবা ঙমখিদে। নোংমদি শঙ্গোম য়োনবীদুনা থেংনা লাকপা মতমদা ব্রাহ্মণ পুরোহিত অদুনা মাবু য়াম্না থীনা চৈবিরম্মী। উপায় লৈজদ্রবী নুপীদুনা য়াম্না নোল্লুক্না হায়জরম্মী ঃ "ননাই ঐহাক করম হায়না তৌগদবনো খঙজদ্রে। ঐনা য়ুমদগী য়াম্না ঙন্না থোকচরকই, অদুবু তুরেল লানবীনবা হি-হোনবা নুপা অদু লাক্তবনা তুরেল মপান্দা য়াম্না কুইনা ঙাইবা তাখি। ঐগী উপায় অমতা লৈখিদে। ঐবু ঙাকপীয়ু।" পুরোহিত অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ " হে নুপী, ভক্তশিংনা ঈশ্বরগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লগা পৃথীগী পাকচাউরবা মহাসাগর লাল্লি ; নঙদি পীকথ্রবা তুরেল মচা অদুফাওবা লানবা ঙমদ্রিবা করিগীনো ?" তুরেলদু লান্নবগী অরায়বা উপায় অদু তাকপীরকপদুদা পৃকচেল-তিংলবী নুপী অদুনা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। মথংগী নুমিত্তগীদি অয়ুক অঙনবদা মহাক্না শঙ্গোম চাং-নাইনা পীবা ঙমখি। পুরোহিত অদুনা নোংমদি নুপী অদুদা হংখি ঃ "হে নুপী, হন্দক মরক্তী নহাক্না শঙ্গোম পীবদা থেংনা অমুক্তা লাকখিদ্রে। মদু করম হায়না তৌবদগীনো ?" নুপীদুনা য়াম্না থুনা খুম্নক্লম্মী ঃ "অদোম্না তাকপীখিবদুগী মতুং ইন্না ঐনা ঈশ্বরগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লগা তুরেলদু লাল্লি ; হৌজিক্তি হি-হোনবা মী ঙাইরুবগী দরকার ওইদ্রে।" পুরোহিত অদুনা মহাক্না হায়রিবদু অচুম্বনি হায়বা থাজখিদে। মরমদুনা মহাক্না নুপী অদুদা অসুম্না হংলক্লম্মী ঃ "নহাক্না মতৌ করম্না তুরেল অদু লানবগে হায়বদু ঐঙোন্দা তশেংনা উৎপা ঙমগদ্রা?" নুপী অদুনা মদু উৎপা ঙমগনি হায়রম্মী। নুপী অদুগা পুরোহিত অদুগা তুরেল য়ৌনবা চৎলম্মী অদুগা নুপীদুনা তুরেলগী ঈশিং মথক্তা ঈশ্বরগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লগা খোঙনা চৎপা হৌরক্লম্মী। পুরোহিত অদুসু ঈশ্বরগী মিংলেন শোল্লগা ঈশিং মথক্তা চৎকে হায়না লাক্লরম্মী। নুপীদুনা তুংলোমদা য়েংথোক্লকপদদি পুরোহিত অদু য়াম্না ৱাবা ফীভম অমদা লৈবদু উরম্মী। মদুদা নুপী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ "মহাশয়,করম হায়না তৌরিবনো অদোম্না তৌরিবদুবো, নচিন্দদি ঈশ্বরগী মিংলেন শোল্লগা নখুৎশিংনদি নফি ঈশিং চোক্তনবা হায়দুনা য়াম্না ৱানা লাক্লরিবদুবো ? অদোম্না ঈশ্বরবু মপৃংফানা থাজদে।"

কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরবু মপূংফানা থাজবা ঙম্নবদি মহাক্না লাইগী ওইবা অঙকপা থবকশিংসু তৌবা ঙমগনি।

## ৩৪/ নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী।

নোংমা নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী অমনা য়ুম অমদা ভিক্ষা নিবা চৎলম্মী। মহাক অঙাং য়াম্না ওইরিঙেদগী হেক হৌদুনা সন্ন্যাসীগী পূর্ণীদা চঙখিরম্মী। মরমদুনা মহাক্না সংসারগী ওইবা জ্ঞান অমতা লৈখিদে। য়ুম অদুগী মনুংদগী লৈশাবী অমা ভিক্ষা হাপ্নবা থোরকলম্মী। লৈশাবীদুগী খোম অনীদু হেক উবদা নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী অদুনা মাগী থবাক্তা পোম্নব্রা হায়না হংলম্মী। মদুদা লৈশাবীদুগী মমানা খুম্নক্লম্মীঃ "নত্তে, ইচানুপা, ইচানুপীগী অপোম্বা অনাবা অমতা লৈতে। মহাক্না অঙাং পোক্লক্কনি। অঙাং অদুদা খোম পীথক্নবা খোম অনী অদু ঈশ্বরনা মাংজৌননা পীবিরকপনি। অঙাং অদুনা পোক্লকগা খোমশিং অদু থক্নুনা হিংগনি।" অদু হেক তাবগা সন্ন্যাসী নহা অদুনা ঙক্নুনা খঙলাউ লাউরক্লম্মী ঃ "অঙাং পোক্লিঙৈগী মমাংদগী হান্না ঈশ্বরনা অঙাংগী মচীঞ্জাক থম্বীরম্লে। হৌজিক্তি ঐহাক ঐগী চরা নামাগীদমক্তা ভিক্ষা নিররোই। ঐবু শেম্বীরকপা ইবুংঙো মহাক্না ঐগীসু চরা পীজগনি।"

## ৩৫/ যাদু মন্ত্রগী শক্তি।

মতম অমদা যাদুমন্ত্র হৈবা সাধু অমা লৈরম্মী। মহৌশানা মশাগী ওইনা মহাক অফবা মী অমা ওইরম্মী। মহাক্না চাকহেন-ঙাহেনবনচিংবা অকন অকনবা শাজৎসু চৎলম্মী। অদুবু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা য়েংলুরবদি মহাক পূংহো-হোরম্মী। মরমদুনা মহাকপু চুমথোকপীগে হায়দুনা শ্রীভগবাননা সন্ন্যাসী অমগী ফিজেৎ শেৎলগা সন্ন্যাসী শাদুনা মঙোন্দা লাক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ঃ "মহাশয়, ঐনা তাজবদি অদোমগী যাদুমন্ত্রগী থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি অমা লৈ হায়নৈ!" সাধু অদুনা মহাকপু অথোইবা সম্মানগা লোয়ননা হরাও হরাও ওক্লম্মী অদুগা ফম্বীয়ু হায়না হায়জরম্মী। মতম অদুমক্তদা লম্বীদা শমু অমা লাক্লম্মী। শমু অদু হেক উবমক্তদা সন্ন্যাসী অদুনা সাধু অদুদা হায়রম্মী ঃ "ফরে, মহাশয়, শমু অসি নহাক্ন হাৎকে হায়না খম্লবদি নহাক্কী মন্ত্রনা হাৎপা ঙমগদ্রা ?" সাধু অদুনা খুম্নক্লম্মী, "হোই, ঐনা শামুসি হাৎপা ঙমগনি," অদুগা অদুম হায়না হায়রবা মতুংদা মহাক্না উফুল খুবাম অমা লৌরম্মী অদুগা মাগী শোয়দ্রবা মন্ত্র অমা শোম্লগা উফুলদু শমুদুদা চাইশিল্লম্মী। শমু অদু খুদক্তা মন্ত্রগী চৈনা ফংদুনা প্রোক-প্রোক চাক্লম্মী

অদুগা দোম লাউনা হাইথখিরম্মী। শমু অদু শিখি।

সন্ন্যাসী অদুনা অশিবা শমু অদুদা য়াম্না মুন্না য়েংলম্মী অদুগা সাধু অদুদা হায়রক্লম্মী : "ওঃ! কয়াদা ঙকপ্রবনো নহাক্কী মন্ত্রগী শক্তিসে ! কয়াদা লায়না শমুসিবু নহাক্না হাৎস্ত্রিবা !" থাগৎবাহৈশিংদু তাবদা সাধু অদু নোকমি-নোকমি তৌজরম্মী। সন্ন্যাসী অদুনা অমুক হায়রক্লম্মী "ফরে, মহাশয়, নহাক্না শমু অসি অমুক হিংগৎহনবদি ঙমগদ্রা ?" মহাক্না নোকমি-নোকমি তৌরগা খুমক্লম্মী : "ঐনা অশিবা শমুসিবু অমুক হিংগৎহনবসু ঙমগনি।" অদুদগীদি মহাক্না অমুক উফুল খুবাম অমা লৌরগা মদুদা মন্ত্র শোল্লম্মী। মহাক্না উফুল অদু অশিবা শমু অদুদা চাইশিনবদদি শমু অদু অমুক হিংগৎলক্লম্মী। মসিদা সন্ন্যাসী অদুনা মাগী হায়নীংবদু হায়রক্লম্মী :"থাঙ্গৈশেংনমক নহাক্কী শক্তিসি য়াম্না ঙকইদকো ! অদুবু ঐনা নঙোন্দা বাহং অমতদি হংনীংই। হৌজিকমক নহাক্না শমু অমা হাৎখি, অদুগা অমুক অশিবা শমুদু হিংগৎহনখি, অদুবু মদুনা নঙোন্দা করি কান্নবা পুরকই ? মদুনা নঙোন্দা করি ফগৎহল্লি? মদুনা ঈশ্বর ফংননবা হোৎনবদা নঙোন্দা করি তেঙবাংখি?" অসুম্না হায়রম্লগা সন্ন্যাসী অদু মাঙখি।

## *৩৬/ মায়াগী গুণ অহুম।*

লমকোয়বা নুপা অমনা নোংমা জঙ্গল ফাওদুনা চৎলম্মী। মহাকপু পোৎমুম্বা নুপা অহুম্না শাবা খুৎপু অমনা ফারম্মী। মাগী য়াওজরকপা পোৎ পূম্নমক মখোয়না মুনবিখি। অদুদগীদি অহানবা পোৎমুম্বা নুপা অদুনা মাগী মরূপ অনীদুদা হংলক্লম্মীঃ "মাবু হিংনা থম্মুদনা করি কান্নগদগে?" মহাক্না মহাক্কী থাংশাং শত্তোক্লগা লমকোয়বদুবু হাৎকে হেক তৌরকপদা অনীশুবা পোৎমুম্বা নুপা অদুনা খামলম্মী অদুগা হায়রক্লম্মীঃ "মাবু হাৎলগা করি কান্নগনি ? মাগী মখোঙ অমদি মখুৎশিং পুন্দল্লো অদুগা লম্বীগী নাকলদা হুন্দোক্কুনা থম্লম্মু।" মরমদুদগী মাগী মখোঙ অমদি মখুৎশিং পুল্লম্মী অদুগা মফম অদুদা হুন্দোক্কুনা থম্লম্মী। মখোয়না খর লাপ্না চখোরক্লবা মতুংদা, অহুমশুবা পোৎমুম্বা নুপা অদুনা অমুক হল্লক্লগা পুন্দুনা থম্লল্লিবা নুপা অদুদা হায়রম্মী : "হায় ! হায় ! নহাকপু অশোক অপন য়াওব্রা ? শে , পুল্লিবদু ঐহাক্না লৌথোকপীগে অদুগা নহাকপু থাদোকপীগে।" মহাক্না পুল্লিবশিংদু লৌথোকপীবা মতমদা অসুম্না হায়রম্মী : "হৌজিক্তি, ঐগী ইতুং ইল্লকউ। ঐনা নঙোন্দা পূন্দীগী অশেংবা লম্বীদু তাকপীগে।" মখোয় অনীনা খোঙনা শাংনা চৎলবা মতুংদা অশেংবা পুন্দীগী লম্বী অদু থেংনরম্মী, অদুগা মদুগী মতুংদদি অহুমশুবা পোৎমুম্বা নুপা অদুনা হায়রক্লম্মী : "য়েংউ, আঃদা নহাক্কী নয়ুমদু লৈরে। লম্বীসিগী মতুংইন্না চৎলু অদুগা নহাক্না নহাক্কী নয়ুম য়াম্না থুনা

য়ৌগনি।" মহাক্না অহুমশুবা নুপা অদুবু য়াম্না থাগৎলম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ঃ"মহাশয়, নহাক্না ঐগীদমক অচৌবা থবক অমা তৌবিরে। ঐহাক নহাক্কী লমন য়াম্না তোল্সিল্লে; নহাকপু ঐগী য়ুমদা লাক্নোইদ্রা?" অহুমশুবা পোৎমুম্বা নুপাদুনা খুন্নক্লম্মী ঃ "নত্তে, ঐদি মফম অদুদা চৎপা য়াদে, পুলিসনা ঐবু ফাখিনি।"

সংসার অসিদি লম্লক্কি, জঙ্গলনি। পোৎমুম্বা নুপা অহুম অদুনা গুণ অহুমনি-সত্ত্ব, রজঃ অমসুংঃ তমঃ। জীব নত্রগা জীবাত্মানা লমকোয়রিবা মীদুনি। আত্মজ্ঞাননা মহাক্কী ললনি। তমঃ গুণনা মহাকপু মাঙহনবা পাম্মি, অদুগা রজঃ গুণনা তমঃ গুণ দা মহাকপু মাঙহনবীদনবা হায়বী অদুগা পুন্দুনদি থম্বী। অদুবু সত্ত্ব গুণনদি মহাকপু রজঃ অমসুং তমঃগুণ অনীনা তৌরকপা ফত্তবা থবকশিং অদুদগী ঙাকথোকপী। সত্ত্ব গুণদা চঙজরবা জীবনা অপাম্বা, অশাউবা অমসুং তাইবংগী অফা-অপুন্নবনচিংবশিংদগী নাম্থোকপা ঙমজে। মরমদুনা সত্ত্বগুণনা জীববু সংসারগী লাংদা থুদুনা লৈবদগী থাদোকপী। অদুবু সত্ত্বগুণসিমকসু লুট-ব্বালা অমনি। অদুম অদুম ওইনমক সত্ত্বগুণনা মীওইববু ঈশ্বরগী লৈফম য়ৌননবা চৎপা লম্বী অদুফাওবদি লমজিংবি অদুগা হায়বি, "য়েংউ, আঃ দা নহাক্কী অশেংবা নয়ুম (ঈশ্বর) লৈরে।" অদুদগীদি সত্ত্বগুণ মাঙখি। সত্ত্বগুণনদি ঈশ্বরগী লৈবাক য়ৌনা চৎপা ঙমদে।

## ৩৭/ মুণি-ঋষি অমগী অথূপ্পা।

নোংমা ভক্ত অমনা মুণি-ঋষি অমগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা মঙোন্দা হংজরম্মীঃ " মহারাজ, অদোমদি অসুক্কী মতীক পূকচেল তিংই, অদুগা অদোমগী পূম্নীসু নীংখাতম্মি। অদোমগী অথূপ্পা অমতা লৈতে। অদোমদি কনাগুম্বা অমতগসু শাউনদে, অদুগা য়াম্না ঈংনা, তপ্না অমদি পূক্নীং য়াম্না লৈতানা লৈ। মদু করি মরমদগীনো? অদোমগী পূম্নীগী অরোনবা নত্রগা অথূপ্পা অদু অমুক্তা তাকপীয়ু।" মহাক্কী ব্বাহং অদুগী পাওখুম খুম্বগী মহুত্তা মুণি-ঋষি অদুনা হায়রক্লম্মীঃ " য়েংউ, নহাক্কী মরমদা অথূপ্পা নত্রগা অরোনবা অমদি ঐনা খঙলে।" ভক্ত অদুনা করি হায়গদবনো হায়বদু খঙখিদে। মহাক্না হংজরম্মী ঃ "মহারাজ, মদুবু করিনো ?" মুণি-ঋষি অদুনা খুন্নক্লম্মী ঃ" নহাক নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা শিরগনি।"

ভক্ত অদুনা মুণি-ঋষি অদুবু য়াম্না থাজরম্মী। মহাক্না ব্বাখল য়াম্না মুন্না খল্লগা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী, অদুগা নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা মানা তৌবা য়াবা থবক পূম্নমক তৌথোক্লম্মী। মহাক্না হিংগদবসি নুমিৎ তরেৎনিখক্তা ঙাইরবনিনা মহাক্কী নুম্মী, অঙাংশিং

অমসুং মরূপশিংদা পূকচেল য়াম্না ফজথোক্লম্মী। মানা ঙল্লিবমখৈ খ্বাইদগী ফবা মী অমা ওইননবা তেল্লবা মতম অদুদা কন্না হোৎনরম্মী। তরেৎনিশুবা নুমিৎ অদুদা কনাগুম্বা অমনা মুণি-ঋষি অদুদা ভক্ত অদু নুমিৎ তরেৎনি শুরক্লবনিনা শিরগনি হায়না খঙহল্লম্মী। মদু তাবদা মুণি-ঋষি অদুনা ভক্তদুগী মনাক্তা চৎলম্মী। ভক্ত অদুনা মঙোন্দা হায়রক্লম্মীঃ "মহারাজ, ঐহাক হৌজিক শিগদৌরবনি। মরমদুনা ঐঙোন্দা বর পীবিয়ু, অদুগা ঐগীদমক্তা প্রার্থনা তৌবিয়ু।"

মুণি-ঋষি অদুনা হংলক্লম্মী ঃ "য়াম্না ফরে, নহাক্না হৌখিবা নুমিৎ তরেৎনিদুবু মতৌ করম্না লেনখিবগে ? নহাক্কী নুপী নত্রগা নহাক্কী অঙাংশিং নত্রগা নহাক্কী মরূপশিংগা শাউনখিবগা য়াওখিব্রা ?"

ভক্তদুনা খুম্নক্লম্মী ঃ"মহারাজ, নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা শিগদৌরবা ঐহাক্না কনাগা শাউনরুগদগে? শাউনরুবগী মহুক্তা ঐগী পূকচেল চাউবদুম অসুম অসুম হেনগৎলকই।" মুণি-ঋষি অদুনা হায়রক্লম্মীঃ "ঐগী পূক্নীং অসি মতৌ করম্না ঈংনা, তপ্না অমদি লৈতানা লৈবগে হায়বদুগী অথূপ্পা অদু নহাক্না হৌজিক্তি খঙলে। মীৎকূপ অমদা হেক্তা ঐখোয়গী অরোইবা অদু ওইবা য়াই হায়বসি ঐনা নীংশিংই, কাউদে। মরমদুনা ঐনা জ্ঞান তানা, ঈংনা, তপ্না অমসুং অকিবা লৈতনা হিংই।"

*ওঁ, শান্তি শান্তি, শান্তি।*
*হকচাঙগী পূক্নীংগী অমসুং আত্মাগী*
*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

*ধৰ্ম্মনা মরায়-চায়থরকপা অদুগা অধৰ্ম্মনা মরায়-হাইগৎলকপা খুদিংদা, হে অৰ্জ্জুন, ঐ ইশামক লাংওল্লি।*

*অফবশিংবু ঙাক-শেন্নবগীদমক, ফত্তবশিংবু মাঙ-তাকহন্নবগীদমক অদুগা ধৰ্ম্মবু অমুক হন্না লীংনবগীদমক, ঐনা চক চক (যুগ যুগ) খুদিংগী ওইনা তাইবংসিদা লাংওল্লে।*

*অসুম্না ঐগী থোইয়ুম লাংওল অমসুং ঐনা তাইবংগী য়াইফনবা তোরিবা ইথোশিংবু থাম্পাশংনমক হেক খঙবা ঙম্নবা মীশক অদু, মাগী শিবা নাইবা হকচাঙদুগা মথরায়গা থাদোক্লরবা মতুংদদি, অমুক হন্না পোক্ল-শির পোক্ল-শির তোরারোই, মরমদি মহাক অদু তশেংনা ঐঙোন্দা লাক্লে, হে অৰ্জ্জুন!*

*-শ্রীমদ্ভগবদ গীতা*

## মাপল

## জ্ঞানগী লোথোক্লকপা য়া খর

১। অশিংবা শাগনু, পাঙ্গল কনবা শাগনু, অফাওবা শাগনু, লল-থুম লৈবা শাগনু, অখণ্ডবা শাগনু, অদুগা দান তৌবা ঙম্বসু শাগনু। নহাক্নুম্বা অশিংবা, পাঙ্গল কনবা, অফাওবা, লল্লৈবা, অখণ্ডবা অমসুং দান তৌবা ঙম্বা মীওই কয়ানা য়ুগ মরিসিদা মায়াগী ঈরোননুংদা লৃপ্তুনা লোয়না মাঙখ্রবনি।

২। অশেংবা নয়ুম ওইবা হৌরকফমদুদা হল্লু, অদুগা নহাক্না অমরগী মশক ওইবা খুভম অমসুং মপৃংফাবা নুংঙাইবদু ফংগনি। মদুগী হৌরকফমদুদি ঈশ্বরনি, খ্বাইদগী পূমথোই-থোইবদুনি।

৩। ঈশ্বরবু নুংশিয়ু, জীবশিংবু নুংশিয়ু। নুংশিবা লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ। জীব পৃম্নমকপু নুংশিবদুনা ঈশ্বরগী সেবা ওইনা ওম্বোকউ, অদুগা সেবাদুনা পূজা ওইনা ওম্বোকউ। অসিগুম্বা পূজা মখল অসিনা ধর্ম্মগী খ্বাইদগী অথোইবা লম্বীনি।

৪। অশেংবা ভক্তনা মন্ত্র-যন্ত্র খণ্ডম্রগসু ঈশ্বরবু থম্মোয়শেংনমক নীংজরবদি, খুৎকপ থীবা অঙাংবু মমানা নুংশিবগুম, ঈশ্বরনা মহাকপুসু থৌজালবি।

৫। নহাক্কী থম্মোয়লকানুংদা লৈরিবা অমরগী মশক ওইরিবা অমদি মফম পৃম্বদা শীম্ফুংনা শন্দোক্নুনা লৈরিবা আত্মাদুবু মুম্না খঙজিল্লু। মসিনা ধর্ম্মগী মচংনি।

৬। ব্রহ্ম নত্রগা পরমাত্মাগী জ্ঞান অদুদি লাইরিক্তগী অমসুং খাঙাঙ-হৈবা মীগী

ঋাঙাঙদগী ফংবা ইচম-চম্বা জ্ঞান অদু নত্তে ; মদুদি চপচানা তশেংনা হকথেংনরগা খঙলকপা অদুবুনি।

৭। নহাক্না থিরিবা ঈশ্বরদু তাইবং শীন্থুংনা লৈবনি, অরাপ্পদদা লৈবা নত্তে, নহাক্কী থম্মোয়নুংদসু লৈ। নহাক্না চৎপমখৈ চৎলুরগা নয়ুমদা হঞ্জিল্লকপগুম নহাক্না ঈশ্বরবু থিবমখৈ থিরুরগা নশাদা অদুম লৈরম্বনি।

৮। পূকচেল শেংলবা, অপাম্বা য়াওদ্রবা, পূক্নীং ঈংলবা, বুদ্ধি লৈতারবা, নোল্লুক্লবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা মীগী পূক্নীংনা আত্মাদা য়ুংশন্দুনা লৈরবদি মহাক্না আত্মজ্ঞান ফংই।

৯। হকচাঙগা আত্মাগা অমতনি হায়না খঞ্জিল্লুবদগী নহাক্না হন্না হন্না পোকপগী পূন্সী খোঙচৎ অসি থেংনরিবনি। আত্মজ্ঞাননা মসিবুদি মাঙহনবা ঙম্মি।

১০। নহাক্না দরকার ওইরিবা লৌ-ইশ্খোল, মৈ অমসুং ঈশিংগী খাজনাদি থীফম থোক্তুনা থীরি। অদুগা নহাকপু শেম্বীরকপা অমদি ঙাক-শেনবীরিবা মপু মহাক্কী (ঈশ্বরগী) খাজনাদি ঙসিফাওবা থীদ্রি।

১১। কাঙগুম ঈ চূপ্পগা লায়না য়েনগনু, হয়িংখোইগুম লৈহি চূপ্পগা অমৃত য়েল্লু।

১২। ধর্ম্ম তোঙান-তোঙানবা য়াই, অদুবু পম্থুংফমদি অমতনি। ষণশিংগী মচু তোঙান-তোঙাঞ্জরবসু শঙ্গোমদি মচু অমতা ওই। লিক, খুদোপ, খুজীনচিংবসিগী মওং তোঙান-তোঙান ওইজরবসু মখোয়বু শারিবা মচাক্তুদি অমতনি। সনানি নত্রগা লুপানি।

১৩। ধর্ম্ম অমতনি - নুংশিবগী ধর্ম্ম,
জাতি অমতনি - মীওইবগী জাতি,
লোল অমতনি - থম্মোয়গী লোল,
ঈশ্বর অমতনি - মহাক্তী মফম খুদিংমক্তা লৈবা।

১৪। নহাক্না কা-হেন্না লল-থুম পৈশিল্লিবমখৈ, অদুগা নহাক্না কা-হেন্না পাপকী

থবক তৌরিবমখৈ নহাক্কী থম্মোয়দু অসুম অসুম শান্তি লৈরক্লোই, অদুগা অকিবনা মাঙদা চপ চপ লেপ্লগনি। অদুবু নহাক্লা ঈশ্বর-ভক্তি তাসিল্লবদি নহাক্কী অকিবা পূম্বা মাঙখিদুনা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমগনি।

১৫। পৃকচেল তপ্লবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা, অপাম্বা লৈত্রবা, অচুম-অরান খেন্নবা খঙলবা, অখাঙ কল্লবা, ঈশ্বরবু থাজরবা, ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরবা, বিশ্ব-প্রেম লৈরবা, থৌনা লৈরবা, নোল্লুক্লবা, অচুম্বা চৎলবা, মীনুংশি হৈরবা, পূক্লিং-চোয়দ্রবা, ধ্যান তৌরবা, অরান-খুভম ফংনীংবনা থম্মোয় চাক্লবা, অমদি ঈশ্বরতবু ফংলগা লোইরে হায়না খঞ্জবা মীশিংনা আত্মাবু শংশঙনা উবা নত্রগা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙম্মি।

১৬। নহাক্লা নহাকপু শেম্বীবা মপুবু মশক খঙদ্রিবা করিগীনো ? মীদি লায়রদুনা শা ফাওবা মপু মশক খঙই। মপু নীংজবা হুইনা মপুনা তোঙান-তোঙানবা শক্লোন ওন্দুনা লাক্লবসু মপুদুগী হোংবা নাইদবা মনস্ম নম্লগা মাগী মপুনি হায়বা খঙই। মপুদুনা চাবা থকপা লোইরগা অরেম্বদু খরদং পীজবদা হরাওনা মমৈ হাইর-হাইরদুনা হুইদুনা চাই অদুগা মপুদুদা নোঞ্জবা মতৌ উৎলি। হুইনা মপু নীংজবগুম নহাকসু নহাকপু শেম্বীরকপা মপুবু (ঈশ্বরবু) কাউগনু।

১৭। মফম পূম্নমক্তা পাক-শন্না শীম্বুংদুনা লৈবা নুংশিৎনা চফুশিংগী মনুংদসু মপান্দসু লৈবগুম, মতৌ অসুম তৌনা, মফম পূম্নমক্তা শীম্বুংনা লৈবিরিবা ঈশ্বরনা জীব পূম্নমক্কী মনুংদসু মপান্দসু লৈ।

১৮। নহাক্কী অপাম্বদু নমথৌ। কামগী ঈরাং অমসুং নাপলবু জয় তৌ। আত্মাদা ধ্যান তৌ। অদুগা নহাক্লা আত্মজ্ঞান ফংদুনা ঈংনা লৈবা ফংগনি।

১৯। লৌরি-যুম্ফম মরাঙ-কাইনা লেপশিল্লু, যুম-কৈ মথোল মথোল শাগৎলু, শেল-থুম য়াম্না তুংশিল্লু, ফম অচৌ-অচৌবা পায়শিল্লু-পূম্নমকসি লৈরগা নহাক পেল্লব্রা? পেল্লোই, শান্তি ফংবা ঙল্লোই। শান্তি পীবা ঙমদবা পোৎশিংসিগী মনাক্তা লৈবদি অচাকপা মৈরক্তা লৈবগা পাম্মকনি।

২০। খায়দোক্লবা য়াদ্রবা আত্মা অদু য়েংউ। মসি অচুম্বা জ্ঞাননি। মপাম্বোংগী শকফম ময়াম অমা লৈবসিদগী মান্নবা শকফম অমা লৈবদু পুথোকউ। অরেম্বা লৈত্রবা মিংশিং অমসুং মওংশিংগী মনুংদা হোংদ্রবা আত্মা অদু লৈ হায়বসি খঙজিল্লু।

২১। নহাক্লা ওম্মি হায়দুনা অতোনবদা চৈরাক পীগনু, নহাকপুসু ওম্বা অওম্বা অমা শোয়দনা লৈরমগনি হায়বসি কাউগনু। নহাক্লা খ্বাইদগী য়াহৌঙল্লে হায়না খল্লবসু নঙোন্দগী হেন্না য়াহৌঙনবা অমা শোয়দনা লৈরমগনি।

২২। অশেংবা জ্ঞানগা অশেংবা নুংঙাইবগা মশা অমতনি। জ্ঞানসু নুংঙাইবা মশামক্নি।

২৩। জীব পূম্নমক্কী মফমদা হিংসা তৌরুগনু। অহিংসানা অথোইবা ধর্ম্মনি। হিংসা তৌদ্রবদি জীব পূম্নমক্না নহাক্কী নক্লবা মরূপশিং শোয়দনা ওইরক্কনি।

২৪। আত্মাদি অমরনি, অহোংবা নাইদবনি, মতোমতা হিংদুনা লৈবনি, মতোমতা ঙান্দুনা লৈবনি। মসি খঙজিল্লু, অদুগা শেংনা নুংঙাইয়ু।

২৫। নহাক্কী নমা-নপা অমদি নচিন-ননাওশিংনা চাবা ফংদদুনা চরি তৎনা খাঙলি। অদুগা নহাক্লা মীমাঙদা কখোকপা ওম্বা শাদুনা ঐঙোন্দা সনা-লুপা অমদি ফুরা-দলান চীঙমুক খাংনা কৎলরি। মদুনা ঐহাক (ঈশ্বর) পেনগদবা নত্তে। মখোয়গী অরাম-খৌরাংবদু হান্না কোকহনখো, অদুগা কোন্না ঐগী নাক্তা লাকউ।

২৬। ঈশিং লৈবা পূত্রী ময়ামদা নুমিৎকী মমি ময়াম তাবগুম্না, আত্মানা হকচাঙ ময়ামদা চঙদুনা লৈবা মতমদা আত্মা ময়াম লৈবগুম উহল্লি।

২৭। ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংলিবা মখল মথেল য়াম্লবা শকফমশিং অসি মায়ানি। ঈশ্বরতনা অরেম্বনি।

২৮। হকচাঙগী ইন্দ্রিয় অমা ওইরিবা নহাক্কী নমীৎ অমনা অরানবা মায়কৈ অমদা

য়েংলুবদগী খুদোংথীদুনা পাপকী কোমদা তারগা ইন্দ্রিয় পূম্নমক মাঙখিগদবগী শরূকপুদি নমীৎ নামদু কোখোক্নুনা মাঙহনথ্রগা হকচাঙগী অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিংদু কলহৌবনা নহাক্কী তোঙজবা ওইগনি।

২৯। নহাক্কী অরোনবা বাদু মীয়ামদা ফোঙদোকউ, লোন্দবা বানা তুমিন্না নশানা নৈনজৌ।হৌজিক্তি অরোনবা বাফমশিংনা চিরোল ঙাক্তা থোক্লক্নুনা মালেমসি পূমনিল নিল্লে।

৩০। নহাক্কা তৌরিবা মায়াগী থবক ময়ামদু মীওইবনা মপাঙ্থোংদতা য়েংগনি। অদুগা ঈশ্বরনদি নহাক্কী থম্মোয়নুংদা অমদি মপান্দা লৈরগা নুং-পান ফাওনা য়েংগনি।

৩১। চাওথোক্নু। তাইবং-সাংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশিং পূম্নমক নহাক্কী নপোৎ অমতা নত্তে। নহাক্কী নপোৎনি হায়না খল্লিবা পূম্নমক অদু ওইদবা ঙাক্তনি। নহাক্কী অশেংবা পোৎশক ওইরম্লবদি নহাক্কী নয়া অদু তেক্লোই, নশম ঙৌরক্লোই অমদি নহাক্কী হকচাঙ অদু শিরোই। নহাক্কী নপোৎশিং নত্তবনিনা মপু মহাক্না মাগী মপোৎশিং খোমজিঙখিবদা নহাক্না করিশু তৌবা ঙম্লোই।

৩২। মীনা নহাক্কী লম্বীদা তিংখং থারম্লবসু নহাক্নদি তিংখংগী মহুত্তা হৈনম-লৈনম নুংশিবা চেনবা পাম্বীশিং থাবা তাই। মীনা নহাক্কী লম্বীদা তিংখং থারম্লে হায়দুনা মদুগী লম্মণ শিংবা ওইনা নহাকনসু মীগী লম্বীদা তিংখং থাগদবনি হায়বসিনা চৎনবী অমা ওইরক্লবদি মালেমসে তিংখং ঙাক্তা ঙায়দুনা খোঙ-থাফম লৈররোই।

৩৩। খঙলি-উরিবা শকফম ময়াম অসিদা অচুম্বা অমদি লোত্তুনা লৈরি। মদুগী অথোইবা অচুম্বা অদু ব্রহ্মনি, পরমাত্মানি। পূম্নমকপু ব্রহ্ম নত্রগা পরমাত্মা ওইনা উবা ঙমন্ত্রবদি মশক-মওং ময়াম অমা থোক্নুনা লৈরিবসি মাঙখিগনি।

৩৪। ঈশ্বরতনা ঐখোয়গী ইমানি, ইপানি, মরূপনি, মরী-মতানি, গুরুনি, খুদিংমক্লি অমসুং পূম্নমক্লি।

৩৫। অব্রাবা পূন্নমক্কী মরুদি মরোং-মরোং লোঙখ্রবা মীৎয়েংদুনি। মসিননি পোকপা অমসুং শিবা নাইহল্লিবসি। মসি অজ্ঞানদগী লাকইবনি।

৩৬। মায়া হায়বসি পোকপা অমসুং শিবা হায়বসিগা মশা অমতনি।

৩৭। হকচাঙবু "ঐ" নি হায়না খল্লুরিবসিসু অজ্ঞানদগীনি।

৩৮। অহঙ্কার (নাপল কাবা) হায়বসি অজ্ঞাননি। অজ্ঞানদগী অপাম্বা পোক্লকই। অপাম-পামদ হায়দুনা লৈরিবসি অপঙবা ব্রাখলদগী পোকপনি। ঈরাংগী পৃক্সীদা চঙশিল্লক্লিবদুসু অজ্ঞানদগী ওইরকপনি।

৩৯। অচুম্বমক আত্মাদি মতম পূম্বদা মনীং তমজবনি অমদি কৈদৌঙৈদসু ফাজিন-পৃক্সিনবগী ফীভমদা খক লৈতবনি। ঐনা ঐদি ফাজিন-পৃক্সিল্লে হায়না খল্লুরিবদুসু পঙবদগীনি।

৪০। ঈশ্বরগী মিংলেনদি নুংশিবনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী লম্বীনা থৌজাল হৈবগী লম্বেলদুনি। নুংশিহৈরবা মহাক অদুনা ঈশ্বর মশক খঙগনি, অদুগা থৌজাল হৈরগনা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎকনি।

৪১। হৌখিবা মতমদুদা ঈশ্বরনা নহাকপু কনবিদুনা লাকখি, হৌজিকসু ইবুংঙো মহাক্না নহাকপু কনবিরি, অদুগা মতম লৈবা খিবিক্তসু ইবুংঙো মহাক্না নহাকপু কনবিগনি। ঈশ্বরদি পূন্নমক্কী আত্মানি, পূন্নমকপু ঙাকপীবা মপুনি, পূন্নমকপু নুংশিবিবনি, অব্রাবা পূন্নমকপু কোকপীবা ঙম্বনি অমসুং পূন্নমকপু কোনশিনবিরিবনি।

৪২। খৃষিশিং অমসুং ধর্ম্ম-শাস্ত্রোকপশিংদা ঈশ্বরগী শক্তমদু উ; পোৎশক খুদিংদা, মায়থোং খুদিংদা, জাতি খুদিংদা, ধর্ম্ম খুদিংদা, মরোল থোকচস্রবা শা-ঙানচিংবশিংদা ঈশ্বরবু উ।

৪৩। অচুম্বা ঙাঙউ, অচুম্বা ঙাঙবনা মীঙোন্দা অব্রা-অনা পীগদবা লৈরবদি তুমিন্না লৈয়ু।

৪৪। আধ্যাত্মিক লম্বীদা চঙলক্লবা মী অমনা খুদক্তগী চুরুট থকপা, য়ু থকপা, শা চাবা অমসুং জুৱার শান্নবা থাদোক্কদবনি।

৪৫। ইথৌ হায়বসিমক ঈশ্বরনি, অদুগা থবক তৌবা হায়বসিনা পূজা তৌবনি। ঈশ্বরনা নঙোন্দা পীবিরক্লিবা শক্তি অদু য়াম্না তৌবীমল খঙবা উৎপগী ৱাখল অমসুং ব্যবহারগা লোয়ননা শীজন্নৌ।

৪৬। থবক খুদিংমক ধর্ম্মগা মরী লৈনবনি হায়না লৌরোইদবনি। থবক অমা পাঙথোকপা মতমদা পূক্নীংদা লৈরিবা ওইজবা থিবগী ৱাখল অমসুং তোঙান-তোঙানবা অপাম্বশিং অদু থাদোক্লগতা নহাক্না তৌরিবা থবক অদু ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ হায়না লৌবা য়ারে।

৪৭। মীঙোন্দা শেল পীজদুনা মীবু য়াহন্নবা থবক খক তৌগনু, নত্রগা মীঙোন্দগী শেল চাদুনা নগুণ হম্থহনগনু।

৪৮। পৈশাদি তাল্লিল-তাল্লিল্লগা খরচ তৌথোকখি, অদুগা অচুম্বা চৎপা মীদি নোংমা নোংমগী অসুম চাওখৎলকই।

৪৯। থবক অমা তৌবদা মসিনা ঐগী শরূকনি, মদুনা মাগী শরূকনি হায়দুনা য়েৎনগনু। অমগা অমগা তেংবাংনৌ, য়াম্না নুংশিননা অমদি হৱাও-তয়াম্না অৱাৎ-অপা মেনখৎনৌ, অদুগা অমগা অমগা পাঙ্গল হাপকৎনৌ।

৫০। কনাগুম্বা অমনা মীওইবগী পম্বুংফম ওইরিবা ব্রহ্মবু মশক খঙবা ঙম্লবদি মহাক মশামক ব্রহ্ম ওইরে।

৫১। মীওই মপোক্তা পোক্লকগা মায়া ঈপাক্তা তাউদুনা লৈগদবা নত্তে ; মায়াবু জয় তৌরগা আত্মাবু মশক খঙননবা হোৎনগদবনি।

৫২। ঈশ্বরবু নীংদ্রবা মী অদুদি মী নত্রে ; ঈশ্বরদি মী য়াওদ্রবসু ঈশ্বর ওইদুনতা অদুম লৈ।

৫৩। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী পস্থুংফমদি অমতনি, ঈশ্বরবু ফংবনি। মরমদুনা ধর্ম্ম খুদিংমকপু ইকাইখুম্না চংকদবনি।

৫৪। ঈশ্বরদি জীব খুদিংমক্তা য়াওরিবা লেঙদ্রবা আত্মাদুনি। য়াইফনবা তৌরিবা সেবা খুদিংমক ঈশ্বরবু পূজা তৌবগা চপ মান্নে। জীবগী ফত্তনবা তৌরিবা খুদিংমক ঈশ্বরগী মফমদা অরানবা তৌবনি ; অদুগা জীবদা থীনা ভাঙলিবা খুদিংমক ঈশ্বরবু হন্দুনা ভাঙবনি।

৫৫। ঐগী হায়বা ৱাখল থাদোক্লগা ঐখোয়গী হায়বা ৱাখলদা লাক্লবদি মদুনা পূর্ণীগী অফবা লম্বী অমা ওইগনি।

৫৬। নহাক্না তৌরিবা থবক খুদিংমক অদু নশামক্তা তৌরিবনি হায়না খন্দুনা তৌরবদি নহাক্না ফত্তবা থবক অমতা তৌররোই।

৫৭। নহাক্না মীগী অরানবা অমা পুথোকউবদা মীনা নহাক্কী অরানবা অহুম পুথোরক্কনি। মরমদুনা নহাক্না মীগী মরাল পুথোক্লিঙৈদা নহাক্না নহাক্কী নশাগী অরানবা অদু অহুমলক হন্না খন্থগদবনি। অদুগা মীনা নহাক্কী অরানবা পুথোকপীরক্লবদি নহাক্না মীদুবু থাগৎকদবনি, মরমদি নহাক্না নশাগী নরানবু নশানা খঙজবা ঙম্লোই।

৫৮। য়ুম পান্দুনা লৈরবসু ঈশ্বরগী ৱাখলদা লূপ্তুনা লৈরবদি ঐখোয়না মুক্তি ফংবা ঙম্মি। অদুবু ঐখোয়না তৌরিবা থবক পূম্নমক ঈশ্বরদা কখোকপা ওইনা তৌগদবনি।

৫৯। ঐখোয়না মুর্ত্তিবু লাই ওইনা নীংবদি লাল্লি। নহাক্না পোৎ খুদিংমকপু লাইগী থাক্তা পুখৎলকপা য়াই, অদুবু লাইবু মুর্ত্তিগী থাক্তা পুথরকপদি লাল্লি।

৬০। ঈশ্বরগী লাইশঙশিং অমসুং অশেংবা মফমশিং চত্তুনা ঈশ্বরবু থৌগল তৌবা ফংননবা ঐখোয়গী খোঙশিং অসি পীবিরকপনি ; অফবা থবকশিং তৌননবা অমদি ঈশ্বরদা পূজা কচ্চবা ঙম্নবা ঐখোয়গী খুৎশিং অসি পীবিরকপনি,

ঈশ্বরগী মিংলেন অমসং মতীক মগুণবু শক-শোন্ননবা ঐখোয়গী লৈয়েং অসি পীবিরকপনি ; ঈশ্বরগী মিংলেন অমসুং মতীক-মগুণবু শক-শোনবা তাজনবা ঐখোয়দা গাশিং পীবিরকপনি। মালেমসিদা উরিবা পূম্নমক অসি অরেম্বনি, অদুগা ঈশ্বরতনা ঐখোয়গী লেঙদবা মপুনি হায়বা খঙননবা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা লৌশিং পীনবিরিবনি। জীবশিংগী অফবা তৌনবা অমসুং মতেং পাংননবগীদমক্তা ঐখোয়গী হকচাঙ অসি পীনবিরকপনি।

৬১। নমা-নপাবু ঈশ্বরগুম নুংশিয়ু, ব্যেবহার লৈনা লোয়নৌ, অদুগা মখোয়বু সেবা তৌ। মদুগী মতুংদা ঈশ্বরগী থৌজাল অতৎপা লৈতনা লাক্কনি।

৬২। নুমিৎ খুদিংমক নুংশিবনা হৌ,
নুমিৎ খুদিংমক নুংশিবগী ব্রাখলতা খল্লু,
নুমিৎ খুদিংমক নুংশিবনা লোইশিল্লু,
মদুনা ঈশ্বরবু ফংননবগী লম্বীনি।

৬৩। ঈশ্বরবু কাউগনু অমসুং শিববু কিগনু। ঈশ্বরগা নুংঙাইনা লৈমিন্নবা মতম অদু ঙাইয়ু। মদুনি শিবা-নাইদবা অমর হায়বদু। শিননবা পোক্লকপনি, অমুক হন্না পোক্লক্লবা শিগদবা নত্তে।

৬৪। থেংনরুবদগী খঙলকপা অদুনা নহাক্কী জ্ঞান ওইরকই। নহাক্লা ফংলুরিবা জ্ঞান অদুগী নুংঙাইবা অদু অতৈদসু শান্দোকউ অদুগা মখোয়গী থম্মোয়বুসু নুংঙাইহল্লু।

৬৫। শেংদবা পূক্নীং হায়বদি অপাম্বগী শরূক য়াওবা পূক্নীং হায়বনি। থাঙ্গৈশেংনমক অশাউবা হায়বসিমকসু অপাম্বগী শক্তম্মক্নি।

৬৬। মীনুংশি খঙবা, থৌজাল হৈবা, অতোনবশিংবু নুংশিবিবা, থৌনা লৈবা, খাঙবা কনবা, ভক্তি লৈবা অমসুং বিশ্বপ্রেম লৈবা তমউ। মদুতনা ঈশ্বর ফংননবগী পাম্বৈনি।

৬৭। থৌনা লৈতবা , খাঙবা কন্দবা, নুংঙাইবা হৈতবা, থম্মোয় শেংদবা, অচুম্বা চত্তবা অমদি পূক্নীংদা শান্তি লৈতবা মী অমতনা আধ্যাত্মিকী লম্বীদা খোঙদাবা ঙমদে।

৬৮। ধর্মগী লাইরিকশিং অসি পূক্নীং-চঙনা তত্তনা পারবদি লাইরিকশিংদুনা তাক্লিবা ফিদম অদুদা নহাক্না নোংম-নোংমগী অসুম নকশিল্লকনি। নহাক্না পূক্নীং চঙনা গীতা পাবা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না নহাক্না অমতা ওইনা পূন্না লৈমিন্নরগনি।

৬৯। নহাক্কী লল-থুম পূম্বসি করিশু লৈতবনি। নহাক্কী নরল অদুনা নহাকপু খুদোংথীবদা পুরগা থম্মী। মরমদুনা ময়েংতাবা-নাইদ্রবা আধ্যাত্মিকী ললদু তাশিল্লু।

৭০। মপাম্বোংগী সংসারসিদি মায়ানি। মসিগী মচুদা অমদি অরং-অরাক্তা শুজ্জাংলুগনু। শিবনাইদ্রবা অশেংবা, নুংঙাইবা অমদি নীংতম্বা পূন্সী অদু থিযু।

৭১। সংসারসিদা উরিবা পুম্নমক অওনবা নাইবা ঙাক্তনি। মরমসিনা মখোয়দি অরেপ্পা লৈতে অমসুং শেংদে। পুম্নমক মাঙখিগনি।

৭২। নহাক্না শুপ্নগী ঙরাং তৌখিবা থবক অদু হঞ্জিন হঞ্জিন তৌদুনতা মলেরে। মদু ঙাইহাক্কী ওইবা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবখক্তা তৌবনি। মদু য়াম্না বাপ্রবা অমদি তেংথানীংঙাই ওইরবা থবক্নি। নহাকপু ইকাইদ্রা ?

৭৩। অপাম-পামদ হায়দুনা লৈরিবা অনীমকসিবু পূমথা-থাদোকপদুনা অশেংবা বৈরাগ্যনি। বৈরাগ্য হায়বসিদি য়াগনী উমংবু চাকথোকপা ঙম্বা মৈদুনি। অশেংবা বৈরাগ্যদি পূক্নীংদা লৈ, পূক্নীংগীনি। নুমিৎ খুদিংগী পূক্নীংদা বৈরাগ্যগী সাধনা তৌ। বৈরাগ্য লৈবা মফমদা ভক্তি অমসুং জ্ঞান লৈ, অদুগা ভক্তি অমসুং জ্ঞান লৈবা মফমদসু বৈরাগ্য লৈ।

৭৪। অবাবা পুম্নমক্কী হৌরকফমদি অপাম্বনি। শক্তি, ফম অমসুং লল-থুমনা

নহাকপু পূন্সিল্লি। মরমদুনা বৈরাগ্যগী পূন্সীদা লেল্লু। অপান্বু জয় তৌনবা বৈরাগ্য দরকার ওই। বৈরাগ্য হায়বদি ঐখোয়না পাল্লিবা পোৎ অদুদগী নাম্থোকপা হায়বনি।

৭৫। সংসারগী ৱারীদা পূক্নীং লূপশিল্লুগনু। ইন্দ্রিয়গী মরী লৈনবা ৱারীশিং অসি অসুম অসুম শান্নরুরগা মীওইবগী পূক্নীংসু ইন্দ্রিয়শিংগী অপান্বদা লূপশিল্লকই। মতম লৈবা খিবিক্তা আধ্যাত্মিকী নত্রগা ঈশ্বরগী ৱারী শাও।

৭৬। করিগুম্বা লৈত্রবা ইন্দ্রিয়শিংগা মরী লৈনবা পূন্সী অসি থাদোক্তনা আধ্যাত্মিকী পূন্সী অদু ফংবা ঙম্লোই। ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা পূম্বা থাদোকউ, সত্ত্ব গুণ তান্সিল্লু, ঈশ্বর নত্তনা অতৈ পাম্মুনু, ধ্যান তৌ, অদুগা নুং-গী মঙালদু ফংউ। আধ্যাত্মিকীদমক্তা ঈথৌ-লাংবনা মৈ ওইরগা অপাম্বা অমসুং অৱাবা পূম্বা লোয়না উং ওলহনগদবনি। মোক্ষ ফংননবা হোৎনৌ। মোক্ষ পাম্বদুদি অপাম্বা কৌদে।

৭৭। অরাম্বা মীবু পীজ-পীথক তৌবনা খুদোল পূম্বদগী অথোইবনি।

৭৮। নাপল তৌবনা নত্রগা ঐ মঙাইরে হায়না খনবনা মীওইববু অচুম্বদগী য়াম্না লাপ্না পুথোকখি, অদুগা মদুগী ফল ওইনা পেন্দবা, অৱাবা, লায়না, খৎন-চৈনবা অমদি লাল থোক্লকই।

৭৯। নুমিৎনা মঙাল পীবদা অমদি ঈশিংনা চেনবদা করিমতা চোকথবা লৈতে। মরমদুনা নথৌ তৌবদা অৱাবা খঙগনু।

৮০। নহাক্না নমা-নপাবু লুনা তৌরবদি, নহাকপুসু নচাশিংনা লুনা তৌরক্লনি। নহাক্না নমা-নপাবু লুনা তৌরবদি, জগৎ অসিগী মমা-মপানসু (ঈশ্বরনসু) নহাকপু ঙাকপীগনি।

৮১। নহাক্না ঈশ্বরগী মনাক নকপগী মতীক ঈশ্বরনসু নহাক্কী ননাক নক্না লৈ।

৮২। মীনা মীবু মশক শেংনা খঙজরবা মতমদা মহাক ঈশ্বরনি হায়বা খঙলক্কনি, অদুগা অতৈবুসু ঈশ্বর ওইনা মহাক্না ইকাই খুম্নরক্কনি।

৮৩। লম্বীদা পোত্থাদুনা লৈরগা কনামতনসু পম্থুংফম য়ৌবা ঙম্লোই।

৮৪। পুক্নীংদি শক্তি য়াম্না লৈ, নম্ফুদা মসিবু লাকশিল্লুবা ঙম্লোই। মসিদি ঈখায় পীদুনা প্রেম অমদি ঈশ্বরগী ব্রাখলনা খুদুম চনগদবনি।

৮৫। নীতি য়াওদবা রাজনীতি,
লমচৎ য়াওদবা লাইরিক-খুৎতম,
মীনুংশি য়াওদবা বিজ্ঞান,
তৌহৈদবা মওংগী লল্লোন-ইতিক,
চুম্না কান্নদবদা নত্তে খুদোংথীনীংঙাইনি।

৮৬। অব্রা-অনাদি অপাম্বনা থোকহনবনি। অব্রা-অনা কোক্কে হায়রবদি অপাম্বদু ঈশ্বরদা ওক্সনবা তাই, ঈশ্বরবু পাম্বা তাই।

৮৭। মহাক্কী আত্মাগা অতোপ্পগী আত্মাগা অমতনি হায়না উবা ঙম্লবা মহাক অদুগী মফমদদি পূম্নমকসি ময়াম ওইনা মপাম্থোংদা উজরবসু অমতনি। মঙোম্দা মরূপ অমসুং য়েক্লবা নত্রগা অচৌবা অমসুং অপীকপা হায়বগী ব্রাফম লৈতে। মহাক্না পূম্নমকপু মশামক্লি হায়না খঞ্জে। মতৌ অসুম্না মহাক্না গুণশিংদগী নাম্থোকখিদুনা গুণশিংদুগী অমোৎপশিংদু চেন্দ্রবা মতমদা মহাক্না লাইগী থাক্তা লাকই।

৮৮। ঈশ্বরবু মতম পূম্নমক্তা কাউরোইদবনি। ইবুংঙো মহাক্কীদমক্তা অব্রাবা খাঙগদবনি। ঐখোয়না করি ফংগদবা অমসুং করম্বা মতমদা মদু ফংগদবা হায়বদু ইবুংঙো মহাক্না চপ চানা লেপ্পীরক্কনি। মদুগীদমক্তা খম্থরুবা চুমদে।

৮৯। শিরবা তুংগী ওইরক্কদবা মীওইবগী লাইবক অদুদি শিবগী মীৎকৃপ্তা অথোইবা শরূক ওইনা লৈখিবা ব্রাখল অদুনা শেম্মী। শিবগী মীৎকুপ অদুদা ঈশ্বরবু

নীংশিংবা ওমজরবা মহাক অদুনা ঈশ্বর মশামক্তা অমতা ওইনা তিন্সিন্নবা ওমজে। শিবগী মীৎকূপ হায়বা অদু হৌজিক হৌজিক্কী মীৎকূপ অমনা হেক্তা ওইবা য়াই। মরমদুনা মীৎকূপ খুদিংমক "অরোইবা" হায়বদুনি হায়না লৌবা য়াই।

৯০। য়োৎচাবীনা য়োত্তা ওইবগুম ঈশ্বরনা মীদা ওই। য়োৎপু লৈখোমদা য়ুংশিন্দুনা থম্লগা য়োৎচাবীনা চিংশিনবা ওমদবগুম, মীনা মায়াগী লৈখোমদা য়ুংশিন্দুনা লৈরবদি ঈশ্বরগী চিংশিনবা ওম্বগী শক্তি অদুনা মঙোন্দা য়ৌবা ওমদে। য়োত্তা পল্লিবা লৈখোমদু নিংথিনা চামথোক্লবদি য়োৎচাবীদুনা য়োত্তুবু চিংশিল্লি। অদুম হায়না প্রার্থনা অমসুং অনুতাপকী পীরাংশিংনা তাইবং সংসার অসিদা মাবু নপশিন্দুনা লৈহল্লিবা মায়াগী লৈখোম অদুবু চামথোকখ্রবদি ঈশ্বরনা মাবু চিংশিনবিগনি।

৯১। চিনিগা লৈঙোইগা পুন্না তোৎশন্নদুনা লৈবা য়াই, অদুবু ককচেংনদি লৈঙোইদু খত্তোক্লম্লগা চিনি পুরগা চৎলি। অদুম হায়না ধর্ম্ম চেনবা মীনা ফত্তববু হুন্দোক্লম্লগা অফববু লৌবা ওমই।

৯২। শাহিং-ওাহিং চাবা কৈগী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি চুম্মি, অদুবু ঐখোয়না শাদুগী মনাক্তা চত্তুনা শাদুগা থেংনরুগদবা নত্তে। খ্বাইদগী ফত্তবা মীশিংগী থম্মোয়নুংদসু ঈশ্বর লৈ হায়বসিসু চুম্মি, অদুবু ঐখোয়না মখোয়বু মরূপ ওইনা তিন্নগদবনি হায়বসিদি অচুম্বা নত্তে।

৯৩। কনাগুম্বা অমগী হুকচাঙগী অরুম-লাইহৌ লৈরিবমখৈদি মহাক্না অহাওবা চীঞ্জাক ফাওবা চানীংলোই। অদুম হায়না কনাগুম্বা অমনা পাপ তৌদুনা লৈরিবমখৈদি মাগী পূক্নীং অদুনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা ওজল্লোই।

৯৪। মীওইবদি মায়া-সংসারবু জয় তৌননবা পোক্লকপনি, মায়া সংসারনা অব্বাবা পীহন্নবা পোক্লকপা নত্তে। সংসারসিদা লৈবদি লৈয়ু, অদুবু সংসারগী মীদি ওইগনু। হঙোইনা লিলগী মমাংদা জগোই শাবদি শাজসনু, অদুবু লিলনা হঙোইবু য়োৎহনখিরোইদবনি। হিনা ঈশিংদা লৈগদবনি , অদুবু হি মনুংদা ঈশিংদি লৈহল্লোইদবনি।

৯৫। অৱাংবা য়ুম অমা শাবদা শাগাই শাবা দরকার ওই। য়ুমদু শাবা লোইরবদি শাগাইদু দরকার ওইদ্রে। অদুম হায়না মর্ত্তি লাৎপসি অহানবদদি দরকার ওই, অদুবু মমৈথংদদি দরকার ওইরক্তে।

৯৬। কনাগুম্বা অমনা উকিল অমা উবা মতমদা থৌদোক ৱাথোকশিং, আইন বিচারশিং অমদি বিচার লোয়শঙশিংগী ৱাখল খল্লকই। অদুগা মান্ননা, কনাগুম্বা অমনা ভক্ত অমা উবা মতমদা ঈশ্বরবু নীংশিংলক্কনি, অদুগা শিরতুংগী পূর্ণ্বী অদুগী মরমদসু খন্থরক্কনি।

৯৭। অফবা তৌ,
অফবা য়েংউ,
অদুগা অফবা ওইয়ু,
মদুনা ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীনি।

৯৮। মীনা নঙোন্দা তৌহন্নীংদবা থবক অদু নহাক্না মীঙোন্দা থক তৌরুগনু।

৯৯। ঈশ্বরবুদি অশেংবা ভক্তশিংদনা খঙবা ঙমই,অদুগা ভক্তশিংবুসু ইবুংঙো মহাক্না খঙবা ঙমই। ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংদি ভক্তি লৈতবা মীশিংগা ৱারী শান্নগদবা নত্তে ; মদুনা নহাক্কী ভক্তি অদুমক ময়েং তাহল্লকপা য়াই।

১০০। নুপী অমগী ইহান-হানবা মথৌদি মপুরোইবগী সেবা তৌবনি ; মদু তশেংনমক ঈশ্বরগী সেবানি। মপুরোইবগী সেবা তৌদনা ধ্যান নত্রগা পূজা তৌবা মপূং ফারোই। মপুরোইবনা অনা-অয়েক তৌদুনা অৱাবা তারবা মতমদা মহাক্না মমানি।

১০১। ষণগী ষণথীবু অশেংবনি হায়রগদি বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অমগী মথীনমুক হেন্না শেংফম থোকই হায়না কনাগুম্বা অমনা য়েৎলকপা তারবদি মাগী অয়েৎপা ৱাফমদু চৎনরোই। ষণথীবুদি অশেংবনি হায়না লৌনৈ অদুগা মহাপণ্ডিত অমগী মথীবুদি অমাংবনি হায়দুনা শোক্লদে।

১০২। "মুক্তি" হায়বা বাহে অসি পরমেশ্বর ভগবানগা মান্নে। "মুক্তি ফংবা" হায়বগী অর্থদি পরমেশ্বর ভগবানবু সেবা তৌবা ফংজবা হায়বনি।

১০৩। আত্মাবু খণ্ডলবা ভক্তশিংনা সংসারগী চাওখৎপা অসিদা করিগুম্বা অপাম্বা অমতা পোক্তে। ঈশ্বরগী জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা মায়া-সংসার চাওখৎপগী নত্রগা ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগী লম্বীশিংদা খুমাঙ চাওশিল্লি। ঈশ্বর অমসুং ভক্তশিংগী য়েক্লবা ওইরবা সমাজ অমদা শান্তি লৈবা ওইথোক্তে।

১০৪। ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবা মতমদা নাপীদগী হেন্না তোন্না খনগদবনি, উপালদগী হেন্না খাঙবা কনগদবনি অদুগা মশাবু মীনা ঈকাই খুম্নবিরকপা পামদনা মী অতৈগী মফমদদি ঈকাইখুম্নবা উংকদবনি। অসুম্না তৌবা মীদনা মতম পুম্বদা হরিনাম শোঙবা ঙমই।

১০৫। ঈশিংবু থাঙশাংনা ককথৎকে হায়না খক হোৎনরুগনু।

১০৬। লল-থুম খোমজিনবা পামগনু, ননাই-নশনসু পামগনু। নহাক্না পামগদবদি মপোক মপোক খুদিংদা ঈশ্বরবু মরম লৈতনা সেবা তৌজবা ফংবা অদুতনি।

১০৭। ঐখোয়দি পোকপা-শিবা সংসারগী ঈপাকসিদা তাররে ; ঈপাকসিদগী ঐখোয়বু লৌখৎপীরগা ইবুংঙো মহাক্কী মখুয়াদা উফুল মরীক অমা ওইনা থম্বীনবা প্রার্থনা তৌসি।

১০৮। পুম্নমক্তা ঐবু (ঈশ্বরবু) উ। ঐঙোন্দা চঙজৌ। কর্ম্ম পুম্নমক ঐগীদমক তৌ। মখল খুদিংগী অপাম্বা থাদোকউ। লেঙদবা পুক্নীংগী মপুংফাবা ভক্তি অদু ঐঙোন্দা থম্মু। ঐগী ইতীক-ইগুণ শক-শোল্লু।

১০৯। শক্তি অমসুং ফমনা মীওইববুতা নত্তনা দেবতাশিংবুসু ময়াই কাহল্লি। শক্তি অমসুং ফমনা মখোয়বু মমীং তাংহল্লি। শ্রীভগবাননা কনাগুম্বা অমদা কৃপা পীগে নীংলক্লবদা মাগী ফম অমসুং শক্তি অদুবু লৌথোকই।

১১০। মৱা-মপুরোইববু নুংশিনা নীংজবা হায়বসিনা নুপী ওইবিশিংগী চাউরবা ধর্ম্মনি। অৱাংবা অমদি অশেংবা ধর্ম্ম ফংনীংবা নুপীশিংনা মখোয়গী মপুরোইবশিংবু ফীভম পূম্নমক্তা থাদোক্লোইদবনি।

১১১। ভক্তশিংনা হিংনবগীদমক্তা অরৈবা খরদংদনা পেন্নগদবনি। অশেংবা জ্ঞান মাঙখিদনবা মখোয়না ইন্দ্রিয় পেলহনবা ওস্বা পোৎশকশিংদা খৌরাংবা থম্মোইদবনি।

১১২। নুপীগী ফজবনা, সনাগী লৈতেংনা, ফিজেৎ-ফিরোলনা অমদি ইন্দ্রিয় পেন্নবগী মশক ওইরবা পোৎলম কয়ানা পূক্নীংবু হদুনা পুহনখ্রবা অপঙবা মী অদুদি মৈরাম্বীনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা মাঙজবগুম মাঙজে।

১১৩। অরীকপা মীনা মাগী মরল অদু পীথোকপসু তৌদে নত্রগা মানা মদুবু মশাগী নুংঙাইনবা শীজন্নথোকপসু তৌদে। হয়িংখোইশিংনা পৈশঙবা খোইহিদু খোইহি-লোকপা মীনা পূন্না লৌথোকখিবগুম্না মী অমনা তাঙরুবা মরল পূম্বদু কনাগুম্বা মী অমনা নত্রগা মীশিংনা লৌথোকপীখিনি।

১১৪। ঈশ্বর, ধর্ম্মগী লাইরিক অমসুং ভক্ত মখোয় অহুম অসি অমতা ওইনা লৌগনি।

১১৫। মিনা মশাদগী লং পুথোক্নুনা মিরাং শারগা মদুগী মনুংদা শান্নে, অদুগা মিরাং অদুবু মি মশানা অমুক য়োৎশিল্লি। মতৌ অদুগুম্না শ্রীভগবাননা গুণ অহুম য়াওবা মায়াদা তোংদুনা মশাদগী বিশ্ব-জগৎ অসিবু শেম্লগা মদুগী মনুংদা ইবুংঙো মহাক্না লিলা শান্নে, অদুগা বিশ্ব-জগৎ অসিবু অমুক লৌশিনখি।

১১৬। প্রার্থনাদি থম্মোয়দগী হৌরক্কদবনি, অদুগা পাওতাকশিং অমদি চিংনবশিংনা নৈসন্দুনা লৈরিবা কোক্তগী হৌরক্কদবা নত্তে।

১১৭। ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী মায়কৈদা নুপাবু চিংশিল্লিবা নুপীদু য়াম্না হেন্না হন্থবা মীতানি, অদুগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবদা নুপাবু মতেং পাংলিবা নুপীদুনা য়াম্না হেন্না থাক ৱাংলবা মীতানি। শাস্ত্রনা সাধকশিংদা অহানবা পনখিবা নুপী কাঙবুশিংদুদগী অদুগা মখোয়গা লোয়নবশিংদুদগী ফাওবা

য়াম্না লাপ্না হন্দোক্নুনা লৈয়ু হায়না পাওতাক পী।

১১৮। হিপ্না হিপ্না চাবা,
করিশু নত্তবদা সোরমপী হোনবা,
ফমুংদা ঈশৈ শকপা,
মমা-মপা পল্লগা ব্রাশকপা,
থাবলদা মাংবা নত্রগা শম থাদোকপা,
মীঙোন্দা শাপ তৌবদা থবাক য়ৈবা,
পৃম্নমকসি ফত্তবা ওইরক্নতৌবগী খুদমশিংনি।

১১৯। য়াম্না খোংবা হুইদি অফবা হুইনি হায়নদে। অদুম হায়না ব্রা য়াম্না ঙাঙবা মীসু অফবা মীনি হায়নদে।

১২০। লৈশাবী অমগী মগুণ লেপকে হায়রবদি, মহাক্কী মমাদু য়েংউ।

১২১। মালেম ইমাদা পীয়ু, মালেম ইমানা নঙোন্দা পীরক্কনি।

১২২। "হে প্রভু, ঐহাক পৃশীগী অব্রা-অনা পুবা য়াম্না ব্বারে ; অব্রাৎ-অপা লৈহনবীনু, হকচাঙ ফহনবিয়ু, পূক্লীং লাঙতক্লহনবিগনু অমসুং নুংঙইহনবিয়ু .......।" মসিনা মশাগী ওইজবা থিবা মীশিংগী প্রার্থনানি। "হে প্রভু, ইবুংঙো নহাক্লা পীবিনীংবা অব্রাবগী পোৎলূম অদু ঐঙোন্দা থাঙ্গৎপীদুনা ব্রাহনবিয়ু, অমসুং খুদোংথীবগী ঈপাক্তা লংথবিয়ু ; তৌবতদি ইবুংঙো নহাকপু কাউদবা অমদি ইবুংঙো নহাক্কী নখোঙ থম্বালদা অশেংবা ভক্তি থম্বা ঙম্বগী পাঙ্গল অমদি থৌনা অদুখক্তদি পীনবিয়ু।" মসিনা অপাম্বা থাদোক্লবা ভক্তশিংগী প্রার্থনানি।

১২৩। মীওইবদি শিননবা পোক্লকপনি। শিবগী অশেংবা মীৎকৃপ অদুদি কনানসু খঙবা ঙমদে। ঐহাক শিনীংঙে হায়দুনা হেক্তা শিবা য়াদে। করম্বা মতমদা, করম্বা মফমদা অমদি মতৌ করম্না শিগনি হায়বদুগী মরমদা পূক্লীং-লাংতক্লরুবগী দরকার করিমতা ওইদে। লাইবক্তা তমগ্রবদু কনানসু ককথৎপা

ঙল্লোই। মচানা অসুম অসুম চাওখৎলকপদা মমানা চাওথোকচৈ অমদি নুংঙাইজে, অদুবু মমানা মচাদু শিবরোমদা অসুম অসুম নকশিল্লক্লিবনি হায়বদুমদি খক খল্লুদে। শিবগী মীৎকূপ অদু হৌজিক্তগী হৌরগা চহি কয়াগী মতুংদা ওইরবসু য়াই নত্রগা মীকূপ খরগী মনুংদা ওইরবসু য়াই। হৌজিকমক্কী মীৎকূপ অসিসু শিবগী মীৎকূপ অদু হেক্তা ওইবা য়াই। ঐখোয় ঈশ্বরদগী লাকপনি, ঈশ্বরদা হনগদবনি হায়বসিমদি কাউরোইদবনি। জ্ঞানীশিংনা নুমিৎ খুদিংমকপু অরোইবা নুমিৎনি হায়না লৌই।

১২৪। থাজবা লৈবা মফমদা নুংশিবা লৈ,
নুংশিবা লৈবা মফমদা শান্তি লৈ,
শান্তি লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ,
ঈশ্বর লৈবা মফমদা আনন্দ লৈ।

১২৫। ঈশ্বরনা মী পূম্নমক্তা লৈ ; অদুবু মী পূম্নমক্কদি ঈশ্বরদা লৈতে, মরমদুনা মখোয়না অব্বা-অনা ফংই।

১২৬। পূক্লীংনা করম্বা ফীভমদা লৈরগা ঈশ্বরবু উবা ফংগনি ? পূক্লীংনা মপূংফানা ঈংনা লৈরবা মতমদা ঈশ্বরবু উবা ফংগনি। অপাম্বশিংগী নুংশিৎনা কনাগুম্বা অমগী পূক্লীংগী ঈপাকপু লেংঙহল্লবদি পূক্লীংদুদা ঈশ্বরগী মমি তাবা ঙল্লোই, অদুদগীদি ঈশ্বরবু উবা ফংলোই।

১২৭। ভক্তিগী মতেংনা ওইথোক্তবশিংবু ওইথোকহনবা ঙম্মী।

১২৮। নহাক্না শন্তি পাল্লবদি অতোপ্পগী মরাল থিরুগনু ; মদুগী মহুত্তা নহাক নশামক্কী নরালশিংদু য়েংশিল্লু।

১২৯। নুপীবু নহাক নশামক্কী নমা ওইনা য়েংউ ; নুপীগী মমায়নচিংবদা খক য়েংলুগনু, খোঙদা য়েংউ। অদু ওইরবদি ফত্তবা বাখল পূম্নমক নঙোন্দগী পাইথোকখিগনি।

১৩০। সন্ন্যাসী নত্রগা ভক্ত খুদিংমক্কা নুপীবু ইমা লাইরেম্বীগী উৎথোক্লকপা শকফমনি হায়না লৌই।

১৩১। থাও য়াওদনা থাওমৈ ঙানবা ঙমদবগুম ঈশ্বর য়াওদনা মী হিংবা ঙমদে।

১৩২। অশেংবা জ্ঞানগা অশেংবা নুংশিবগা অনীসি খেন্নবা লৈতে, অমতনি, চপ মান্নে। অশেংবা ভক্তিনা নত্রগা নুংশিবনা য়ৌহল্লিবা পচুং অদুমক্তদা অশেংবা জ্ঞাননসু খুৎ পায়দুনা লমজিংবি।

১৩৩। ঈশ্বরগী লৈবাক্তদি ব্রাখল খনবগী পাঙ্গল, বুদ্ধি অমসুং বিদ্যাগী কান্নবা করিশু লৈতে। মফম অদুদদি মরোল-থোক্তবশিংনা ব্রা ঙাঙই, মীৎ-তাঙবশিংনা উবা ঙম্মি, অদুগা ণা-পঙবশিংনা তাবা ঙম্মি।

১৩৪। অফবা তৌ, অফবা ফংগনি।

১৩৫। ষণশিংনা ব্রাইনবা মতমদা তশেংনা হেন্না শাথীনা ব্রারিবদি মখোয়না চবেৎ-চবেৎ নেৎখায়বিরিবা নাপীশিংদুনি।

১৩৬। সনা খাউজাও অমা পীবদগীদি ঙাকপীবনা হেন্না ফৈ।

১৩৭। খৎনববু তাইসন্নহন্নবগী পান্বেদি খন্নবনি। মরমদুনা খৎনবা তোকথোক্নুনা খন্নৌ।

১৩৮। মীঙোন্দা নুংঙাইগদবা অচুম্বা অদু ঙাঙউ, অদুগা নুংঙাইরোইদবা অচুম্বা অদুদি খক ঙাঙলুগনু। নুংঙাইবদি নুংঙাইগদবা অদুগা চুমদি চুমদবা ব্রা অদুদি খক ঙাঙলুগনু।

১৩৯। অফবদি ফজে, অদুবু ফজবদি অফবা ওইদবা য়াই।

১৪০। তুরেলনা মশাগী ঈশিং থক্তে, উহৈ-পাম্বীনা মশাগী উহৈ চাদে ; অদুম হায়না

পূকচেল চাওবা মীশিংনা মশাগী মরলশিংদু ময়ামগী য়াইফনবগীদমক্তা শীজন্নে।

১৪১। ঈশ্বরবু থম্মোয়দা মমি তাহনগে হায়রবদি থম্মোয়দু হান্না শেংদোকপা তাই। থম্মোয় শেংলবা মীশক অদুনতা ঈশ্বরবু উবা ঙমগনি।

১৪২। মী খুদিংমকসি পাপীনি, অদুগা মাগী ফত্তবা থবকশিংনা মরম ওইদুনা মহাক ঈশ্বরগী মায়য়োক্তা লৈ হায়বসি অচুম্বনি। মরমদুনা মহাক্না করিনুংগী ফত্তবা থবকশিং তৌরুরবনো হায়না তশেংনা অনুতাপ তৌদ্রবদি মহাক মতম পূম্বগী ওইনা মাঙজরে।

১৪৩। নহাক্না নহাক্কী ব্রাখলগী মপু ওইয়ু। নহাক্কী ব্রাখলবু কৈদৌনুংদা নহাক্কী নপু ওইহনগনু।

১৪৪। মী খরনা চহি ৩০ শুরকপদা অহল ওই, অদুগা মী খরনা চহি ৮০ শুরফাওবদা অহল ওইদনা অদুম লৈ।

১৪৫। থবক ফজনা তৌবনা ব্রা ফজনা ঙাঙবদগী হেন্না ফৈ।

১৪৬। ঈশ্বরনা উচেক খুদিংমক্কী মচীঞ্জাক পীবি, তৌইগুম্বসুং ইবুংঙো মহাক্না উচেক খুদিংমক্কী মচীন্দা মচীঞ্জাক ইনবিদে।

১৪৭। মীবু য়েংথীবগা উচি কল্লক্তুনা য়ুম মৈ থাবগা অনীসি চপ মান্নে।

১৪৮। ঐখোয়না খল্লি-খল্লিবা ব্রাখলশিংদুনা ঐখোয়বু মতম লৈবা খিবিক্তা কোয়শিল্লি।

১৪৯। মরাল লৈরবা মীনা মনীংতম্না কোয়চৎ-চৎপা ঙমদে।

১৫০। ঈশ্বর হায়বসিদি উবা ফংদবা ইমানি। অদুগা ঐখোয়বু পোকপীবা ইমানা উবা ফংলবা ঈশ্বরনি।

১৫১। পূন্নীদা নহাক্লা মায়পাকপা মী অমা ওইগে হায়রবদি নহাক্লা মীঙোন্দা পীরিবা পাওতাকশিং অদুগী মতুংইন্না নহাক্লা থবক তৌগদবনি।

১৫২। ৱারিঙৈ মতমদা নুংঙাইরিঙৈগী মতমদুবু নীংশিংলুবমুক হেন্না ৱাবা অতোপ্পা অৱাবা অমা লৈত্রে।

১৫৩। ৱা য়াম্না ঙাঙগনু।

১৫৪। "অচুম্বা" হায়বদুদগী হেন্না ৱাংবা ধর্ম্ম অমা লৈত্রে।

১৫৫। নহাক্লা তাবা খুদিংমক থাজরুনু, নহাক্লা পাম্বা খুদিংমক তৌরুনু, নহাক্লা খঙবা পূম্নমক হায়রুনু, নহাক্লা নহাক্কী অৰেবা পূম্নমক শীজিন্নথোকনু, নহাক্লা উবা খুদিংমক লৈগনু, অদুদগীদি নহাক মতম পূম্বদা নুংঙাইগনি।

১৫৬। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইশাগী ওইজবখক্তা য়েংদুনা তৌবা থবকশিং অদুদি ঐখোয়না শিরগা লোইরে; অদুগা ঐখোয়না অতোপ্পশিংগী য়াইফনবা তৌরম্বা থবকশিং অদুদি ঐখোয়না শিরগসু অমর ওইনা অদুম লৈহৌগনি।

১৫৭। মী অয়াম্বনা পাওতাক ফংই, অদুবু অশিংবা মীখক্তনা মদুগী কান্নবা ফংই।

১৫৮। মালেমসিদা লৈরিবা খ্বাইদগী ফবা পোৎ অদুদি ঐখোয়গী পাপ চেল্লবা মীৎশিংসিনা উবা ফংদে। মদুদি শেংলবা থম্মোয়লকানুংখক্তদা মমি তাই, অদুগা নুং-গী মীৎখক্লতা মদুবু উবা ফংগনি।

১৫৯। অচুম্বগী ষুম্নীরেল য়াওদনা ধর্ম্মগী থোং শাবা য়ারোই।

১৬০। নশামকপু লাকশিঞ্জগে হায়রবদি কোক শীজিন্নৌ; অদুগা অতোপ্পশিংবু লাকশিনগে হায়রগনা থম্মোয় শীজিন্নৌ।

১৬১। মালেমসিদা লৈরিবা কোক পূম্নমক অসিদগী অফবা থম্মোয় অমনা য়াম্না ফবা হেল্লি।

১৬২। ফত্তবা সঙ্গ তৌগদবগী শরূকপুদি নথন্তা অদুম লৈবনা হেন্না ফৈ।

১৬৩। মীবু ঙাকপী-কনবীবা হৈত্রবা মীশক অদুবুদি ঈশ্বরনা খক ঙাকপী-কনবীদে।

১৬৪। লৈশাবী অমনা ইকাইখঙলক্ত্রবা মতমদা মাগী শুদ্ধাৎনঙাই ওইনা ফজবগী খ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈরবা গুণ অদু মাঙখিগনি।

১৬৫। থস্মোয় য়াওদনা ৱাহৈনা প্রার্থনা তৌববুদি ৱাহে য়াওদনা থস্মোয়না প্রার্থনা তৌবনা হেন্না ফৈ।

১৬৬। থবক য়াওদবা আশাদি উহে পান্দবা উপাম্বীগা চপ মান্নে।

১৬৭। মীগী ফত্তবা ৱা ঙাঙলিবা নত্রগা মীগী ফত্তবা ৱা ঙাঙনবা তারিবা মীশক অদু মরাল য়াম্না লৈরবনি।

১৬৮। মপান্দা য়েক্লবা লিশিং অমা লৈবনা ইমুং-মনুংদা য়েক্লবা অমা লৈবদগী য়াম্না হেন্না ফৈ।

১৬৯। নহাক্না শিরগা পুগদবা পোৎশিং অদুদি নহাক্না হিংলিঙৈদা পীথোকখিবা পোৎশিং অদুনি।

১৭০। নুংঙাইগদবা মফমদি মফমসিনি। নুংঙাইগদবা মতমদি হৌজিকসিনি। নুংঙাইগদবা লম্বীদি থস্মোয় শেংনা অতোপ্পশিংবু নুংঙাইহন্নবা মতেং পীবনি।

১৭১। নহাক্না ঙসি তৌবা ঙস্বা থবক্তু হয়েং তৌগে হায়দুনা খক য়েথোক্কনু।

১৭২। শিবনা পুল্লীগী লূহূপনি হায়না নীংশিংদুনা ঐখোয়গী অরোইবা মীৎকূপ অদুবু আধ্যাত্মিকী শেংলবা মীৎকূপ অমা ওইহন্নবা উপায় থিরগা থম্মগী অকারম তানগদবনি।

১৭৩। ঐখোয়গী নুং-দা লৈরিবা অথূপ্পা পোৎসিগা ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা পীশক-পীশক পীকপা পোৎশিং অসিগা খক চাংদম্নবা য়াদে।

১৭৪। "মতম" হায়বা অসিদি পৈশানা লৈবা য়াদে, কৈথেলদা য়োন্দে অমসুং তুগু-শিনবা য়াদে। মসিদি শীজিন্নগদবনি। গুসিসিনা অরোইবা নুমিৎনি হায়না খনগদবনি। মতমবু ইকাইখুম্নগদবনি।

১৭৫। হকচাঙ-শাজেল তৌনবগী মতম ফংদ্রবা মহাক অদুনা হকচাঙ নাবগী মতমদি শোয়দনা ফংবা তাবনি।

১৭৬। ঐখোয়গী পূসীগী অহানবা ইথৌদি প্রার্থনা তৌবনি, অদুগা প্রার্থনা তৌনবগী মতম ফংদে হায়রবদি ঈশ্বরবু ইকাইবা পীবনি।

১৭৭। উপাধ্বী মচা অমনা উজাও অমগী মরুমদা হৌরবদি, মদু চাউবা গুমদনা পীক্লিগুদা অদুম শিজখিগনি।

১৭৮। হকচাঙবু ঈশিংনা ঈরুজরগা শেংদোকপগুম পূক্লীংবুসু অচুম্বা গাগুলগা শেংদোকই।

১৭৯। লাইরিক লৈতবা কা অদুদি থব্বায় য়াওদবা হকচাঙনি।

১৮০। পীবগী থৌওং অদুনা পীরিবা খুদোলপোৎ অদুদগী হেন্না মমল লৈ।

১৮১। মী অনীথক্কা মীৎহুৎথোঙ অমখক্তদগী য়েংথোরকপা মতমদা মী অমনা লৈখোম উগনি অদুগা অতোপ্পা মী অমদুনা থবাম্মিচাকশিং উগনি।

১৮২। নহাক্কা হায়দোকখিবা অদুগী মরমদা খল্লু, অদুবু নহাক্কা খল্লিবদুদি খক হায়দোক্কনু।

১৮৩। " নুংঙাইবা " অমসুং " অব্বাবা " অনীমক পূক্লীংগী ফীভমশিংনি।

১৮৪। লৈবাক মীয়ামগী স্কুলশিংদা ওজাশিংনা ওজা মকোকশিংবু কি, ওজা-মকোকশিংনা স্কুল কমিটিশিংগী সেক্রেটরিশিংবু কি, কমিটিশিংগী মীশিংনা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মমা-মপাশিংবু কি, অদুগা অঙাংশিংনা কনাবুসু কিবিদে।

১৮৫। পৈশা পাম্বনা ফত্তবা পূম্নমক্কী হৌরকফমনি।

১৮৬। মরূপ লিশিং অমা লৈবদি য়াম্মন্দে, অদুগা য়েক্লবা অমা লৈবদি য়াম্মল্লি।

১৮৭। মীনা মীরম্লেনসিদা মী অমা ওইনা পোক্লকপা মতমদা কল্লী অদুগা মাগী মরী-মতাশিংনদি নোকই। ঐখোয়না শিবা মতমদা পেল্লা নোকসি, অদুগা লৈহৌরিবা মীশিংদুনা ঐখোয় শিখ্রে হায়দুনা থম্মোয় শোক্লা কপচসনু। মসিনা পৃথীগী পান্দম ওইগদবনি। মদুবু ফংননবা তানগদবনি।

১৮৮। পূজাগী মওংদা সেবা তৌ।

১৮৯। পূম্নমক্কী মরালবু ঙাকপীয়ু, অদুবু নশাগী নরালদি খক কাউথোক্লনু।

১৯০। মীওইবগী হৃকচাঙসি ঈশ্বরগী মন্দিরনি।

১৯১। নুংদি-নুংঙাইতবা শেল-থুমদি য়াম্না পায়বা মী য়াম্না লৈ, অদুগা নুংদি-নুংঙাইবা শেল-থুমদি পায়জদবা মীসু লৈ।

১৯২। ইনাক খুনবা অরীকপা মী অমনা লাইরবা মী অমদগী হেন্না লাইরে।

১৯৩। কনাগুম্বা অমনা হেন্না হেন্না হেক পীথোক্লিবমখে হেন্না হেন্না ফংই। পীথোকউ শেংনা ফংগনি। ঐখোয়না পীথোক্লিবা অদুক্কী মতীক ঐখোয়না ফংই। ঐখোয়না লোইনমক পীথোক্লবদি লোইনমক ফংই।

১৯৪। শিদ্রিফাওবদি কনামতবু নুংঙাইবনি হায়না লৌরুবা য়াদে।

১৯৫। নহা অমগী মীনাই ওইরুগদবগী শরুকপুদি অহল অমগী নুংশিবা মী অমা ওইরুবনা হেন্না ফৈ।

১৯৬। য়ুনা মনুংদা চঙখিবগা বুদ্ধি-লৌশিং মপান থোকখি।

১৯৭। ঐখোয়না ঐখোয়গী কাদা মৈ ঙান্না থাল্লবদি, কাদুদা অমম্বনা চঙলকপা ঙম্লোই। অদুম হায়না ঐখোয়গী পূক্নীংদসু ঈশ্বরগী ৱাখলনা পীক থন্না লৈরবদি, পূক্নীংদুদা ফত্তবা ৱাখল অমতা চঙলক্লোই।

১৯৮। মী পূম্নমক্না তুং-কোয়না নুংঙাইবা পাম্মি, অদুবু তুং-কোয়না নুংঙাইবদুদি খুদক্তা ঐখোয়না হেক্তা তরায়-তরায় ফংবা ঙমদে। ঐখোয়না মদুবু কদাইদগী হৌরকপনো হায়বদু হান্না খঙদোকপা তাই। মদু থম্মোয়নুংদগী হৌরকপনি।

১৯৯। নুংশিবগী মচানুপী অনী লৈ-থৌজালহৈবী অমসুং অখাঙ-কনবী।

২০০। নহাক্না ধ্যান তৌবা মতমদা সংসারগা নহাক্কা লৈনরিবা মরী অদু ককথংখিগনি। নুমিৎ খুদিংগী ধ্যান খর খর তৌবনা নহাক্কী পূন্সীদা অফবা অওনবা অমা শোয়দনা লাক্কনি। ধ্যানগী পূন্সী হায়বসিদি নুংঙাইবগী পূন্সীনি, শান্তিগী পূন্সীনি অমসুং আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অৱাংবা থাক্নি।

২০১। হিংননবা চাও, চাননবা হিংগনু।

২০২। নোম্লুকপনা পূন্সীগী খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা লৈতেংনি। নোম্লুকপা লৈবা মফমদা ঈশ্বর লাক্কনি।

২০৩। নহাক্না কনাগুম্বা অমগী দোষ-গুণ নৈনরগা মাগী মরালবু পুখোক্লবা অদুগা মাগী ফত্তনবা খল্লবা মতমদা ফত্তবা অদু নঙোন্দা শোয়দনা হেক্তা লাক্কনি।

২০৪। নুংশিবনা খুৎলায় ওইরগা নহাক্না পৃথিবীসি জয় তৌবা ঙমগনি।

২০৫। তাইবং-সংসার অসিনা ঐখোয়বু মায়কৈ-শরাই খণ্ডহন্দদুনা ঈশ্বরবু কাউথোকহল্লবা মতমদা, ঐখোয়গী শ্বাইদগী অচৌবা লাইবকথীবা হায়বদু লাক্লে হায়না লৌবা য়ারে।

২০৬। আত্মাদি হকচাঙগুম্না খক পোক্তে, শিবসু খক শিদে, লৈদুনতা অদুম লৈজবনি, হোংবা নাইদে, পখ-পূমথ তৌদে অমসুং কুইবদগী হেন্না কুইরবনি। হকচাঙনা শিবদা আত্মাদি শিদে।

২০৭। মীওইবনা মশাদা পল্লিবা অমনবা চরৈ হুন্দোক্লগা অহনবা অমা হোংবগুম আত্মানা অশিবা হকচাঙ থাদোক্লগা অনৌবা হকচাঙ অমদা চঙশিল্লি।

২০৮। ঐখোয়না শিরগা অনৌ-অনৌবা হকচাঙ লৌই। ঐখোয় ঐখোয়গী অপাম্বা, থবক অমসুং হোৎনবগী মতুংইন্না ঐখোয়না হয়েং মপোক্তা লাইগী হকচাঙ লৌদুনা লাইরৈবাক্তা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরুবা য়াই নত্রগা মীগী হকচাঙ লৌদুনা মী মরক্তা অমুক হন্না লৈরবা য়াই নত্রগা শুইগী হকচাঙ লৌদুনা শুই মরক্তা লৈরুবা য়াই নত্রগা তীল-কাঙগী হকচাঙ লৌদুনা তীল-কাঙগী মরক্তা লৈরুবা য়াই, অসিনচিংবা।

২০৯। অপঙবা মীনা থবক্কী মহৈঃ চানীংবগা লোয়ননা থবক তৌই, অদুগা অশিংবা মীনা থবক্কী মহৈঃ পাম্লুদনা তাইবংগী য়াইফনবতা খন্দুনা থবক তৌই।

২১০। শিরগা কনাগুম্বা মী অমনা মণ্ডালগী লম্বীদা চৎলবদি মহাক্না তাইবং-সংসার অসিদা অমুক হল্লক্তনবা চৎলি, অদুগা মানা অমম্বা লম্বীদা চৎলগনা মহাক মীরম্লেনসিদা অমুক পোক্লরে।

২১১। থবক্কী মহৈঃবু চাবা পাম্লুদ্রবা যোগী অমনা অশেংবা শান্তি ফংজে। অমরোমদনা অমুক থবক্কী মহৈঃশিংগীদমক্তা মিহৌ-চাউরবা মী অদুদি মায়া-সংসারগী লাংদা থুই।

২১২। পূর্ণী + অপাম্বশিং = মী
পূর্ণী − অপাম্বসিং = ঈশ্বর

২১৩। মী খুদিংমকপু নুংশিয়ু, অদুবু কনাবুদি থাজরুগনু। নহাক্না ঈশ্বরখক্তবু থাজগবনি। মীবু থাজরোইদবগী মরমদি করিগীনো ? মীদি তুং-কোয়দে।

২১৪। নহাক্না নুংঙাইবা পান্নবদি অতোপ্পা মীশিংদা নুংঙাইবা পীয়ু।

২১৫। নশামক্না নশামকসে শোল্লে হায়না খঞ্জবমুক চাউবা পাপ অমা লৈত্রে।

২১৬। মীওইবগী হকচাঙসি তুং-কোয়দে। মসিদি অমোৎপা অমসুং লায়নানা পীক থল্লি। মসিনা পূর্ণীগী ঈপাক লানবা ঙল্লোই। মরমদুনা নহাক্না হকচাঙবু থাজরোইদবনি।

২১৭। নহাক্না নশাবু ঈশ্বরগী মফমদা হেক কখোকপা ঙমখিবদা নঙোন্দা লৈরিবা লাইগী ওইবা মতীক-ময়াই অদু চুল্লকনি। ঈশ্বরদি গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈবনিনা ইবুংঙো মহাকপু সেবা তৌগে হায়রবদি ইবুংঙো মহাক্না নহাক্না চপ মান্ননা গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈমিন্নবা তাবনি।

২১৮। অফবা পাওতাকমুক মমল য়াম্বা অতোপ্পা খুদোল অমা লৈতে।

২১৯। অকিবনা নিংথৌ অমবু ভিক্কারি ওলহল্লি। অকিবা লৈতবনা ভিক্কারি অমবু নিংথৌ ওলহল্লি। অকিবা লৈতবনা অথোইবা ধর্ম্মনি, অদুগা অকিবনা অথোইবা অধর্ম্মনি।

২২০। নঙোন্দা নুংঙাইরোই হায়না খনবা থবক্তু মীঙোন্দা তৌরুগনু।

২২১। প্রার্থনানা ধর্ম্মগী যুম্বীনি, অদুগা মদুনা স্বর্গ কাননবগী কৈরাকসু ওই।

২২২। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী ইপা ওইরবদি, ঐখোয় পুম্নমকসি ইচিন-ইনাওশিংনি।

২২৩। অশেংবা জ্ঞানদি পুক্নীং অমসুং থম্মোয়বু শেংদোক্লিবা জ্ঞানদুনি।

২২৪। কখোকপদগী হেনবা স্বর্গ অমা লৈত্রে। লল-থুম কা-হেন্না পান্নুগনু।

কখোকপা গুম্বগী পূন্সী অমা ফংননবা লাকনৌ, অদুগা শান্তি ওইনা হিংউ। মদুনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চৎপগী ফজরবা লম্বী অমা ওইগনি।

২২৫। ভক্তি-যোগদা চঙলবা ভক্তনা মহাকসে ঈশ্বরগীনি হায়না লৌই, অদুগা জ্ঞান-যোগদা চঙলবা জ্ঞানীনা মহাকসে ঈশ্বরনি হায়না লৌই।

২২৬। ধর্ম্ম য়াওদবা পূন্সীদি চাওখত্তবা ফীভমনি। মীওইবগী পূন্সী হৌগদবদি ধর্ম্ম চৎপা হৌরগনি। চাবা, তুম্বা, কিবা অমসুং লাবা-অমোম চীল্লোক্লবা হায়বসি শা-ঙাগী লীচৎ মরিনি। হায়রিবা লীচৎ মরিসি শাগু মীসু মচৎলী। তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম হায়বসিদি মীওইবগী তোপ-তোপ্পা মথৌ অমনি। ধর্ম্মবু য়াওদ্রবদি মীওইবগী পূন্সীসি শাগী পূন্সীগা মান্নরে।

২২৭। অতোপ্পা মীশিংগা লোয়ননা নোকমিন্নবা য়াই, অদুবু কৈদৌনুংদা মখোয়বু নোক্লরুগনু।

২২৮। মশাগী ওইজবতা থিদুনা থবক তৌরগা ঈশ্বরগী থৌদাবু কাউথোকপা হৌনদে। মদুদি পাপকী মশক্কি।

২২৯। মীগী লৈতেং য়ুমনা ওইহনগুমসি, য়ুমগী লৈতেং মীনা ওইহনসি।

২৩০। মীওইবদা লৈবা শাগী গুণ নমথরগা মীগী গুণ ব্রাংখৎহন্দুনা লাইগী গুণ তানগদবনি। লাইগী গুণ অদুবু নুতিগী পূন্সীদা থবক ওইনা ওঙ্খোকপবু লাইগী পূন্সী কৌই।

২৩১। থাজবনা মরম ওইদুনা মীশিংনা হিংলিবনি। পুক্লীংদা চিংনবা লৈরবা মীশিংদুদি মাঙজরবনি। মী অমগী ফীভমসি মানা থাজরিবা অদুগী মতুংইন্না ওই। মী অমগা মী অমগা খেন্নরিবসি থাজবা খেন্নবদগীনি।

২৩২। অৱাবনি হায়দুনা লৈরিবশিংসি অৱাবা নত্তে, ইনাকখুনবনি হায়দুনা লৈরিবশিংসি ইনাকখুনবা নত্তে; ঈশ্বরবু থাজদবনা অচুম্বা অৱাবনি, ঈশ্বরবু থাজবনা অচুম্বা ইনাকখুনবনি।

২৩৩। পূকচেল ফজবা, জ্ঞান লৈবা, খ্বাইদগী কান্নগদবা থবক তৌবা অমদি ধর্ম্ম চেনবা মীবু দেবতা (সূর) কৌই। অদুগা মশাগী ওইজবা য়েংবা, ধর্ম্ম লৈতবা, মরমচৎ কাস্বা, মপূকচেল ফত্তবা অমদি মীগী মাঙননবা থবক তৌবা মীবু অসুর (হিংচাবা) কৌই।

২৩৪। ঐখোয় মীওইবদি ব্রাখলগী মখা পোল্লি। ব্রাখলনা ঐখোয়বু কলহল্লি, অদুগা ব্রাখলনসু ঐখোয়বু শোলহল্লি।

১৩৫। অশেংবা ভক্তিনা য়ৌবা ঙম্বা পম্বুং অদু অশেংবা জ্ঞাননসু য়ৌবা ঙম্মি।

২৩৬। ঐখোয়না প্রার্থনা তৌবা খুদিংগী অরোইবদা ' শান্তি ', ' শান্তি ', 'শান্তি' হায়দুনা শান্তি অহুমলক শোল্লি। অহানবগী শান্তি অদুনা তাকপদি ঐখোয়গী হকচাঙ অসি শান্তি ওইনা লৈবা ওইরসনু হায়বনি, অনীশুবা শান্তি অদুনা তাকপনা ঐখোয়গী পূক্লীং অসি শান্তি ওইনা লৈবা ওইরসনু হায়বনি, অদুগা অহুমশুবা শান্তি অদুনা ঐখোয়গী আত্মা অসি শান্তি ওইনা লৈরসনু হায়বনি।

২৩৭। অশেংবা নুংঙাইবা হায়বা অদুদি মীশিংবু নত্রগা অতোপ্পা জীবশিংবু নুংঙাইহনবদুনি।

২৩৮। মীনা থবক অফবা তৌববুদি য়েংউ, অদুগা মীনা য়েংননবখক্কীদমক্তা অফবা থবক তৌবদি তৌগনু।

২৩৯। নহাক্না অফবা থবক অমা তৌবা তারবদি খুদক্তা থবক্তু তৌ, অদুগা নহাক্না ফত্তবা থবক অমা তৌবা তারবদি, হয়েংফাওবদদি থবক্তু তৌবা ঙাইখো।

২৪০। ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ তত্তনা শক-শোল্লিবা ইমুং-মনুং অদুদা ফত্তবা লাইনা খক চঙবা ঙমদে।

২৪১। পূন্নমক্কী মফমদা অচুম্বা চৎলু, অদুবু পূন্নমকপুদি থাজরুগনু।

২৪২। নহাক্না শাউরবদি নহাক য়াম্না থুনা অহল ওইরক্কনি।

২৪৩। কনাগুম্বা অমনা সংসার অসিবু য়াম্না নুংশিজরবদি মঙোন্দা ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বদু পক্কনবনি।

২৪৪। থবক তৌবা হায়বা অসি প্রার্থনা তৌবনি।

২৪৫। নঙোন্দা ঈশিং পীবিরিবা কুহা অদুদা অমোংপা লঙথগনু।

২৪৬। থম্মোয় শেংলবা মীশিং অদুদি য়াইফরবনি, মরমদি মথোয়না ঈশ্বরবু উবা ঙমই।

২৪৭। শিম্প্রবা মীগী ফত্তবা ব্রা ঙাঙগনু, মাগী অফবা ব্রাতমক ঙাঙউ।

২৪৮। ঈশিংনা মৈ মুথৎলি, নুমিৎকী মঙালনা অমম্বা মাঙহল্লিঃ কলি যুগ অসিদদি শ্রীহরিগী মিংলেন তত্তনা শোনবনা পাপ পুম্নমক চপ চানা কোকহল্লি।

২৪৯। থ্বাইদগী অচৌবা দানদি হিংসা তৌদবনি।

২৫০। অপঙবা মীশিংনতা মথোয়না লোইনা খঙই হায়না পুক্নীংদা ফাওগনি, অদুগা মদুগী মশাবু ব্রাংনা লৌজবগী কিনঙাই ওইবা লায়না অদুনা মরম ওইরগা মথোয় নাগনি।

*ওঁ, শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

*হকচাঙগী, পুক্নীংগী অমসুং আত্মাগী*

*শান্তি, শান্তি, শান্তি।*



*লোইরবা।*

# যাদ ভবম ত্যদ ভবতি

বেদনা হায়, যাদ ভবম ত্যদ ভবতি (নঙনা খল্লিবদুমক নঙনি) নঙনা অতোপ্পগী ফত্তবতা খন্দুনা লৈবগদি ফত্তবদুমক নশাদা চঙশীল্লকই । কবম্না ? নঙগী খুত্তা কেমেবা পাযববা মতমদা নঙনা ফংলিবসি নঙনা ওল্লুবা অমদি নম্লুবা মাযকৈ অদুগী শক্তমদুনি । নঙগী হকচাংশি কেমেবা অমগী পাংখক্লী । নঙগী মীৎয়েংনা মঙাল লাকখ্রী, নঙগী থম্মোয়না মমি তাফম্রী অদুগা নংগী ব্রাখলনা দৃশ্যদু শাগৎলি । নঙগী জ্ঞাননা খুমজিন্নবা মখুমদুনি । নঙগী জ্ঞানগী মতেঙনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা লৈবা ইথিল অদুতবু লৌশিল্লু । নঙনা খল্লিবদুনা ফত্তবা ওইরবা, মদুগী মমিদি নঙগী থাম্মোয়দা তাহৌই । অদুনা ফত্তবা ব্রাখলগী মফম হক পীগনু ।

\- বাবা